ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯀꯂꯆꯔꯗꯥ ꯃꯤꯠꯌꯦꯡ ꯈꯔꯥ

# মণিপুরী সাহিত্য অমসুং কলচরদা

## মীৎয়েং খরা

*ইডিটর*

রঘু লৈশাংথেম

প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসন
মণিপুর চেপ্টর, ইম্ফাল

ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇꯌ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯀꯂꯆꯔꯗꯥ ꯃꯤꯇꯌꯦꯡ ꯈꯔꯥ

মণিপুরী সাহিত্য অমসুং কলচরদা মীৎয়েং খরা

# ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯀꯂꯆꯔꯗ
# ꯃꯤꯠꯌꯦꯡ ꯈꯔ

# মণিপুরী সাহিত্য অমসুং কলচরদা
# মীৎয়েং খরা

ইডিটর ঃ

রঘু লৈশাংথেম




প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসন
মণিপুর চেপ্টর, ইম্ফাল।

Manipuri Sahitya Amasung Cultureda Meeyeng Khara

*(A compilation of Literary and cultural essays)*




অহানবা খূৎনম ঃ ২০১১ ইং

অফোঙবা ঃ প্রোগ্রেসিব রাইটস' এসোসিয়েসন
মণিপুর চেপ্তর, ইম্ফাল – ৭৯৫০০১

কোপি মশীং ঃ ৫০০

মমল ঃ লুপা ১৪০

ফংফম থোকপা ঃ অফোঙবা

ফংফম ঃ লাইরিক য়োনবা দুকান্দ অয়ান্বদা



ISBN 978-81-922630-0-7

নম্ফম ঃ
পদ্মা প্রিন্টর্স
পাউনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

“মণিপুবী সাহিত্য অমসুং কলচবদা মীৎয়েং খবা” নৈনবোল লাইবিক অসি পুথোকচবগী মবমদি মণিপুবী সাহিত্য অমসুং কলচবগী মশক অমা উৎনবা হোৎনজর্বনি। মসি সাহিত্যগী নৈনবোলগী লমদসু নৈবোযশিংনা প্রোগ্রেসিব ওইবা মীৎযেং মাযকৈ অসোমদা যেংশিনবা খবা বাৎনা উবগুম তৌবসিদা ৱাবেংশিংসি খোমজিন্দুনা লাইবিক অসি পুথোকচবনি।

মীৎযেং অমদি অনৌবা মণিপুবী সাহিত্যগী খোঙজেন্দা সাহিত্য অমসুং কলচবগী ওইবা ঈহৌ অমা মশক থোক্লা লৈব্রা হাযবগী থিবগী খোঙচৎ অমনি। কুনশুবা চহীচাদা মাক্সিজমনা ঈথিল পীবকপা মতমদা লমদমসিগী অইবশিংগা মীচমগী পুন্সি অমসুং সমস্যাদা কবি থৌদাং লৌবিবগে হাযবসিনি।

প্রোগ্রেসিবিজম হাযবসি যেলহৌঙৈদগী হৌনা মীওইবগী মশাদা যাওজবক্লবা বাখল ঈন্দন অমনি। মসি ঐখোযগী সাহিত্য অমসুং কলচবদা কযাম যাম্না চংশিল্লনবগে হাযবদু খোমজিনজবা ৱাবেং খর্বসিনা শক তাকপা ঙম্লা হাযবসিগী মীৎযেংসু অমনি।

মতাং অসিদা নৈনবির্বদি মাক্সিজমগী মীৎযেংদি পৃথিবীনা চাওখৎপগী মাযকৈদা চঙশিল্লকপগা লোযননা চৎনবা যাদ্রবা সমাজগী অবিবা চৎনবীশিং মাঙখ্রগা পুন্সিগা হক খেংনবিবা সাহিত্যসু প্রোগ্রেসিব ওইগদবনি হাযবসিনি।

মবম কযাসিগা মণিপুবী সাহিত্যদা কবম্বা মমি তাবিবগে হাযবসিগী মীৎযেংদা নৈনবোল লাইবিক অসি শাগৎলকখিবনি। মতাং অসিদা হাযজানংবদি অনৌবা নৈনবোয কযা পুথোকপগী পান্দমসু অমনি। লাইবিক অসিদা অনৌবা নৈবোয কযা যাওবি। মীং খবদং পনজববদা আব জে মীতৈ, ৱাহেংবম কুমাবী চনু, যোদ্ধ ছী সনসম, পি. বিপ্রচান্দ, থিঙ্গোম তৰুনকুমবা, ডা. নাওবেম বীদ্যাসাগব, উশম ধনঞ্জয় সিংহ, ডা. লাইশ্রম শশিকুমাব, সলাম তোম্বা নচিংবা কযা অসিনি। মখোযগী বাখলদা কবি ফাওবিবা মসিসু চাংযেং অমনি।

নুংঙাইবিবা অমদি প্রোগ্রেসিব বাইটর্স এসোসিযেসন, মণিপুব চেপ্টবনা “মণিপুবী সাহিত্য অমসুং কলচবদা মীযেং খবা” হাযবা নৈনবোল লাইবিক অসিগী সম্পাদক ওইনবা থৌদাং ঐঙোন্দা পীবিবা অসিনি।

নৈনবোল লাইরিক অসিদা হাপচার্রিবা ৱারেংশিং অসি প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসনগী চহীগী চেফোঙ "কুমদম 'শৈ" দগী খরা অমসুং অতোপ্পা নৈনরোয় খবদগী ৱারেং খরগা খোমজিনদুনা পুথোকচবনি। লাইরিক অসি অপাবশিংগী খুৎতা শীন্নজরি। অশোয় অঙাম কয়া য়াওরম্লবসু মথংগী খুৎনমদা শেমদোকচনবা খৌবাং তৌজরি।

*ইম্ফাল,*

তাং ১৫ । ৮ । ২০১১ ইং

*ইডিটর*

**রঘু লৈশাংথেম**

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

প্রোগ্রেসিব বাইটবস' এসোসিযেসন, মণিপুব চেপ্তুবনা তোঙান তোঙানবা লম কযাদা থবক থৌবম কযা পাঙথোকক্তুনা লাক্লি। খন্ন-নৈনবা, সেমিনাব, সিমপোজিযম, মতম মতমগী ওইবা ইসুশিংদা থবক পাযখৎপা, লাইবিক ফোঙবা, জর্নেল পুথোকপা কযা তৌবি। এসোসিযেসননা লৌখৎপা লাইবিক ফোঙবগী থবক ওইনা মমাঙ চহীশিংদা লাইবিক কযা পুথোকখ্রে। ইং ২০০৮ দগী এসোসিযেসননা ফোঙবা লাইবিকশিংদি– **'ঐ শৈবেং ইখিনি'** (২০০৮), **'তাবিনবা লৈত্রবা ৱাকৎ'** (২০০৯) নি। অদুগা ইং ২০১১ দা জননেতা ইবাবতকী মবমদা শৈশাবা শৈবেং লাইবিক **'অশংবা ফৌনাগী ঈথক'** ইবাবত থাগা মবি লৈননা সেপ্তেম্বব থাগী তাং ১৮ দা ফোঙখ্রে। অদুগা সেপ্তেম্বব ২৩, ২০১১ ইংদা এসোসিযেসন অসিগী মাউন্ট পিস্ট ওইবিবা চেফোঙ **'কুমদম'শৈ'** অহানবা ওইনা ফোঙখ্রে। মসিগী মথংদা হন্দক অমুক নবেম্বব ২৯, ২০১১ ইংদা এসোসিযেসন অসিনা খোমজিনবা বাবেং লাইবিক **'মণিপুবী সাহিত্য অমসুং কলচবদা মীৎয়েং খন্না'** হাযনা মিংথোনবা বাবেংগী লাইবিক অমসু ফোঙনবা খৌবাং পুন্বা লোইজবে। শোযদনা ফোঙলগনি খনবদা নুংঙাইবা পোকই। অদুগা লাইবিক অসিনা অপাবশিংদা কান্নবা খবদি শোযদনা পীবা ঙমগনি হাযনসু থাজৈ। মক ওইনা থিজিন হুর্মজিনবগী লমদা চাউনা মতেঙ পীবা ঙমগনি। খঙ্জে। অদুনা বাবেংশিং অসি ইবিবকপা ইবিবকপী মযাম পূন্নমকপু থম্মোয শেঙনা থাগৎচবি। অদুগা তৌবিমল খঙবা উৎচবি। লোযননা লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা খৌদাং লৌবিখিবা পূন্নমকপু থাগৎচবি। লোযননা লাইবিক অসি মীযামদা শিন্নজবি।

ইম্ফাল,
নবেম্বব ২১, ২০০১ ইং

**ইবোম্চা খুমন**
*সেক্রেটাব*

# য়াওরিবশিং

অব্রা-অনা লৈত-লাইর

শুদংপিরবা-নৈহংপিরবা

শুজ-নোমজরিবা শোংথহৌরবশিংদা

# ভারতকী সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবকী ঈহৌ

পি. বিপ্রচান্দ

**ৱাহৌদোক**

সাহিত্যদা ‘প্রোগ্রেসিবিজম’ নৎত্রগা ‘প্রোগ্রেসিব মুবমেন্ট’ হায়বসিগী ৱাহল্পোকসি অনীথোক্লা শীজিন্নবা য়াই– লিটরেরী ক্রিতিসিজমদা অমসুং অতৈ জানরশিংদা।

‘প্রোগ্রেস’ হায়বা ইংরাজী ৱাহৈসিগী অর্থ 'moving forward, finding new paths, shedding the slough of dead conventions and thinking in new ideas' হায়রিবনিনা প্রোগ্রেসিবিজম হায়বসি হেক তাবমক্তদা দাইনামিক ওইবা হেন্না কান্নবা হেন্না ফবা লম্বীবু থিরিবা লীক্লম অমা ওইরম্বা তাই হায়বসিদি সাধারণ মীচম অমনসু খঙবা ঙম্মী। থাঙ্গৈশেংবদি প্রোগ্রেসিবিজম হায়বসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা মীওইবগী মশাদা য়াওজরক্লবা ৱাখল-ঈহুল অমনি। মসিগী মমি অরিবা সাহিত্য অমদি ফোক কলচরশিংদা তারি। খুদম ওইনা নীংশিংবা য়াই– মৈতৈগী পুয়া *নুমীৎ কাপ্পা*, পঞ্চতন্ত্রগী ৱারীশিং, লোয়ননা রুশিয়া, জর্মন, ফ্রান্স, ইতালি, দেনিশ. কোশাক অমসুং চেককী রিভোল্যুসনরী সোংশিং অমদি সেতাইবিকেল সোংশিং। মহাভারত্তা য়াওরিবা একলব্যগী এপিসোদসু প্রিভিলেজ গ্রুপশিংনা অতোন অতাশিংবু নমথবীবগী মায়োকতা ইঙ্গীৎ ওইনা প্রোতেস্ত তৌবনি হায়দবা ঙমদে। স্পারতেকসকী ৱারীসু ময়েক লারবা খুদমনি।

অদুম ওইনমক নোমেনক্লচর অমা ওইনা ‘প্রোগ্রেসিব লিতরেচর’ হায়না খঙনবিবসিদি অথেঙবা মতমদগীনি, ইং ১৯৩০ গী মতমদগীনি। ভাবতকী প্রোগ্রেসিব লিতরেচরবু ইথিল পীথিবা ফেক্তরশিংদি (১) মার্ক্স-ইঙ্গেলসনা কলা অমসুং সাহিত্যগী পোথোকশিংবু দাইলেক্তিকেল মেতরিয়েলিজমগা শম্নহন্দুনা, কলা খুদিংমক্কী পান্দমসু য়ুতিলিতরিয়ান থিওরীদা পুশিন্দুনা ‘কলাগীদমক কলা’গী মহুত্তা ‘পুন্সিগীদমক কলা’ হায়বা মীৎয়েংবু কন্না শৌগৎলকপা, (২) ইমপরিয়েলিজম, কোলোনিয়েলিজম অমসুং ফেসিজম্নচিংবগী মায়োক্তা পৃথিবীগী লৈবাক কয়ানা জাতি কয়ানা লৌরকপা ফিরেপ, (৩) লোইলম ওইদুনা মীথা পোল্লিবা লৈবাকশিংদা হৌরিবা নীংতম-লান কনখৎলকপা।

## প্রোগ্রেসিব লিটরেচরগী মশক-মওং

The world is always in a constant motion, change and development হায়দুনা ককঙমদনা ফজনা হায়রিবা মার্ক্সিজমগী চাদা-নাওদা ওইনা লাকপা প্রোগ্রেসিব লিতরেচবনা কনবেন্সনেল লিটরেরী ট্রেন্দশিংবু মরু ওইনা ক্লাসসিজম অমসুং রোমেন্তিসিজমবু শীংনরকখি। মীওইবগী সমাজদা মীওং মীনৈগী চাং হন্থবদি লায়রদুনা হেন্না হেন্নদুম হেনগৎলক্লিবা ফীভমসিদদি সাহিত্যগী থৌদাং অসি চূম্নগী নুংঙাইবা পীবদু নত্তে, অমসুং অধ্যাত্মিক্কী পাউজেল পীদ্রিঙৈ মাঙওইননা ক্লাস ষ্ট্রগলগী যোল্লিং অসি হান্না থদৎহৌবা তাই, ক্লাসলেস সোসাইতি অমা হান্না লিংখিবা তাই হায়না থাজরকপদগীনি। মসি হৌজিক্তি ঈহৌ অমা ওইনা অদুক হাক্লা মশক থোক্লা চৎথখিদ্রে হায়বসু য়াই। মতম মতমগী ওইনা সাহিত্যগী ঈহৌ কয়ামুক্কা তোৎশিন-য়াশিন্নদুনা চৎথখিবগুম তৌরে। অয়াম্বা অইবশিংদা প্রোগ্রেসিবিস্তকী মচৎ খরা খরদি অসুম্মক ইয়াও য়াওবদৌনা তৌবাসিসু হোংলক্লিবা মতমগী খূৎইদা থেংনবা মশক অমদি ওইরি।

প্রোগ্রেসিব লিটবেচরগী মচরীৎ খরা হাযবা তারবদি

Dynamic outlook ← Conventional outlook

মরম অসিনা,

| | | |
|---|---|---|
| Realism | > | Ideallism |
| Mass | > | Individual |
| Utility | > | Beauty |
| Rationality | > | Sentimentality |

মথক্তা পল্লিবা কেরেক্তরিস্তিকশিং অসি সাহিত্যগী পোখোক অমদা হেন্দোক হেনজিন নাইনা থেংনবদি য়াহ। সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবকী ঈহৌ অসিবু কবি অমসুং পণ্ডিত কে. সৎচিদানন্দনগী ৱাহৈদা হায়বা তারবদি a Movement that had challenged the conventions and mores of status-quoist art and literature and sought to transform them into effective and beautiful tools for the subversion of canons and transformation of life হায়বসিসু নিংশিংবা য়াই।

## প্রোগ্রেসিব লিতরেচর নৈনবগী কান্নবা

মরম অমা নৎত্রগা অমদগী প্রোগ্রেসিব লিতরেচরগী ঈহৌ নেমথখ্রবসু, ঈহৌ অসি নৈনবনা ঐখোয়দা কান্নবা য়াম্না পীরি। কান্নবশিংদুদি -(১) মসিগী হিস্ত্রিকেল ইমপোর্টেন্স অসি জাতি অমসুং অন্তরজাতিগী থাক্তা য়াম্নমক মরু ওই (২) সাহিত্য অমসুং সমাজগী মরী অসি মরম কযামুক্তগী কোমথোকপা তারক্লবদা প্রোগ্রেসিবিজমগী ঈহৌগী সিরিয়সনেস অসিনা কান্নরবা চৈঙাক অমা ওইগনি (৩) ঐখোয়না অধ্যাত্মিকী ব্রাফমশিং নৈনবা মীকুপশিংদা ঐখোযগী পুক্নীং ব্রাখল অমসুং থাজবগী লীচিংনা ঐখোয় ইশামকপু লুথনা (vertical ওইনা) পুবা ঙম্বগুম, মার্ক্সিস্ত ইদিওলোজি অমদি প্রোগ্রেসিবিজম নৈনবনা ঐখোয়গী ব্রাখল মীৎয়েং অমসুং থাজবগী ঙমখৈবু horizontal ওইনা পাকথোক চাউথোকহল্লি, মোদর্ন সেন্সিবিলিতি শাগৎপদা অচৌবা মতেং ওই। ঐখোয়না খঙই, অফবা সাহিত্য পুথোকপদা তঙায়ফদনা পোৎচঙ মরিগী মথৌ তাই–

– philosophical depth

– psychological insight

– intellectual maturity

– artistic finesse

মসিদা চঙলিবা intellectual maturity হায়বসি তানবদা মার্ক্সিস্ত প্রোগ্রেসিব থিঙ্কিংনা য়াম্না চাউনা তেঙবাংগনি।

## ভারত্তা প্রোগ্রেসিব লিতরেচরগী ঈহৌ লাক্লমদাই

ভারত মনুংগী ফীভম অমদি অন্তরজাতিগী ওইবা ঈরাং অনীনা ভাবতকী সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিব লিতবেচরগী ঈহৌ লাকহনখি। ভারত মনুংগী ফীভম হায়বদি মপূংদা ভাবতকী নীংতম অন্দোলননি। নীংতম ঈহৌ কনখৎহন্নবগীদমক ভাবতবাসীশিংগী মরক্তা একতা শাগৎপা তারকই, একতাগীদমক ইন্তিগ্রেসন শাগৎপা তাবকই, ইন্তিগ্রেসনগীদমক ধর্ম্মগী অখূবা মীৎযেংবু থুগাইবা তাবকই, জাৎ-বিজাৎ খায়বগী চৎনবীবু লংশেকপা তারকই। লব্রার মিদল ক্লাস অমদি অপ্পর মিদল ক্লাস (ভাবতকী ওইনদি লো কাষ্ট অমদি হায় কাষ্ট হায়রবসু য়াই) অনীগী মরক্তা লৈরিবা (লৈবক্লিবা) শেল-থুমগী খেন্নববু বৈজ্ঞানীক ওইনা নৈনবা তারকই।

অসুম্না লেফতিন্ত কাঙবুনা ভাব তানা মার্ক্সিজমবু নৈনবা হৌরক্লে। সাহিত্যকারশিংগী মরক্তসু কয়া অমনা ভাব তানা, কয়া অমনা ভাব তানবু ওইরবসু তাদনবু ওইরবসু মতমগী ঈচেলদা য়াওশিনখিদুনা, রোম্যেন্তিসিজমদগী রিয়েলিজমলোমদা কলমগী মমায় থৈরকখি।

নীংশিংবা য়াই, ইংরাজী সাহিত্যদা দিকন্স অমসুং থাকরেগী খুৎইশিং, ফ্রেন্স সাহিত্যদা বালজ্যেক,স্তেন্দহল অমসুং ফ্লোবার্ট অদুগা রুশকী সাহিত্যদনা গোগোল, পুস্কিন,টর্গেনেব, টৌলস্তোয় অমসুং দোস্তয়েবস্কিনচিংবশিংনা ১৯ শুবা শতাব্দিদগী হৌনা রিয়েলিজমদা খুৎ থাবা হৌখ্রবনি। অমরোমদনা অলবার্ট আইন্সতাইন, বর্নাদ শো, এনাতোলে ফ্রান্স অমসং মার্টিন এন্দর্সন নেক্সোনচিংবা ইন্তলেকচুয়েলশিংনা ফাষ্ট ৱালর্দ ৱারগী হেক মতুংদগীদি মীকপ থোক্লবা মীওইবা *the new awakening man* অমা শেম্বগী তঙায়ফদবসু উনখ্রবনি।

অসুম্না য়ুরোপ্তা মার্ক্সিস্ত ফিলোসোফি লাকখ্রবতুংদা,ইন্তলেকচুয়েলশিংগী সার্কলদনা প্রোগ্রেসিবিজম অমসুং সাহিত্যগী লমদনা রিয়েলিজম লাকখি। মদুগী প্রভাব ভারতকী উর্দ্দু বাইটরশিংগী মফমদা য়ৌরকখি। লোয়ননা ভারত্তা প্রোগ্রেসিব লিতরেচরগী মরূ হুনখি।

অসিগুম্বা তাঞ্জাসিদনি-- ইং ১৯৩৫ দা পেরিসতা International Association of Writers for the Defence of Culture against Fascism গী কনফরেন্স অমা ফমখিবা। মীফম অসিদা শরুক য়াখিবা মালেমগী শকনাইরবা দেলিগেৎ অইবশিং গোর্কি,বোমেন রোল্যান্দ, টোমস মোন, হেনরী বারবুসেনচিংবগী মরক্তা ওবজার্বর ওইনা শরুক য়াখিবা ভাবত মচাশিংদু মুল্কবাজ আনন্দ অমসুং সজ্জাদ জহীরগা লোয়ন্না ছাত্র-নহাবোল খর্ননি। থা খরগী মতুংদা লণ্ডন্দা আনন্দ অমসুং জহীরনা দ্রাফট তৌবে- ভারতকী প্রোগ্রেসিব রাইটরশিংগী ইহান হানবা মেনিফেস্তো।

### ভারত্তা প্রোগ্রেসিব লিটরেচরগী ঈহৌদা 'অঙ্গারে কাঙবু'

ইং ১৯৩২ দা নহা ওইরিবা উর্দ্দু বাইটর মরিনা ৱারীমচাগী লাইবিক 'অঙ্গারে' (মৈতান অরাবা) ফোঙই। মখোয় মারিগী মনুংদা সয়দ সজ্জাদ জহীর (১৯০৫-'৭৩) মশক নাইরবা শিয়া ফেমিলিদগী হৌরকপনি, অল্লাহবাদতগীনি, মপাবুং অদু হায়কোর্টকী জর্জনি, মশামক ওক্সফর্দ য়ুনিভরসিতিগী ছাত্রনি; অহম্মদ আলীনা লক্ষনৌ য়ুনিভরসিতিগী ইংরাজীগী ওজা ওইবম্মী; দা. রশিদ জহাঁ (১৯০৫-৫২)

গাইনোকোলোজিস্তনি, পোলিতিকেল এক্তিবিস্তনি, মপাবুং অদু মুসলিম নুপীশিংবু মহৈ-মশিং তমহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরকপা লৈবাক্লা শকখঙ-মায়খঙনরবা মীওইনি। মরিশুবা মহমদুজফর (১৯০৫-'৫৬) রামপুরগী রোয়েল ফেমিলিদগী হৌরকপনি। মহাকসু ওক্সফর্দ যুনিবরসিতিদা তম্লকই, অমৃতসরদা লৈবা মহম্মদন এংলো ওরিয়েন্তেল কলেজদা ভাইস প্রিন্সিপল ওইনা ইতিহাস অমসুং ইংবাজী তম্বীরম্মী। মতুংদা কম্যুনিস্ত পার্টিগী থবকশিংদা কখোকখি।

*অঙ্গারে* হেক ফোঙবগা লৈবাক ইরাং হৌখ্রে। ধর্ম্মগী প্রচার তৌফমশিংদা মসজীদশিংদা মখোয় মরিবু চৈ থাংদুনা হুন্দুনা ঙাঙবতা নত্তনা খবর কাগজশিংদসু মখোয়গী মায়োক্তা ইনরম্মী, পমফ্লের্টশিং চাইদুনা মখোয়বু থীনা চৈরম্মী। দি ওল ইন্দিয়া শিয়া কনফরেন্সনা অঙ্গারেগী মায়োক্তা ব্বারেপ ফাওবা লৌখি। সজ্জাদ জহীর লন্দনদা চেন্দুনা লৈখি। ইকুই-কুইদনা লাইরিক অসিবু বৃটিশ ইন্দিয়ান গোবর্নমেন্টনা থিংজিনখ্রে। লোয়ননা মখোয় অসিবু 'অঙ্গারে কাঙবু' হায়নসু খঙনবা হৌরকখি। কাঙবু অসিনা ইং ১৯৩৩ এপ্রিল ৫ দা মখোয়গী শেংদোক ব্বারোল অমা ফোঙলকখি। ব্বারোল অদুদা মখোয়না League of Progressive Authors হায়না কৌবা লূপ অমা শেম্লে হায়না লাউথোকখি। লূপ অসি ইং ১৯৩৫ দা All India Progressive Writers' Association হায়না মমিং ওনখি।

অহম্মদ আলী উপন্যাসসু ইখি। অদুবু প্রোগ্রেসিব রাইটর অমা ওইবগী খূৎইদি মহাক্কী মমিং চৎলবা ব্বারীমচাশিং "হমারী গলী" অমসুং "মেরা কমরা" নি হায়নৈ। 'মেরা কমবা' দা লেনিনগা সৈতানগা মরৈ য়েৎনহল্লি। প্রোগ্রেসিবিজমগী ঈহৌদা অইবা মশানা খোঙফম চেৎনা লেপ্লদু উবা ফংই। রিভোল্যুসনগী অকনবা পাউজেল পীনবা হোৎনৈ।

দা. রশিদ জহাঁননা ব্বাবীমচাগী লাইরিক অনী ফোঙখি- *ঔরত ঔর দিগর অফসানা* (নুপী অমসুং অতৈ ব্বারীশিং, ১৯৩৭, ১৯৬৭ বিপ্রিন্ট) *ঔরত*হায়বসি থাঙ্গৈশেংবদি লীলা অমনি। মহাক রেডিও নাটকসু ই; প্রেমচন্দগী *কফন* বু ড্রামাতাইজেসন তৌখি। মাগী অনীশুবা ব্বারীমচাগী লাইবিক্তি *শোলা জববালা* (মৈচাক ফরবা মৈরী, ১৯৭৪) হায়বসিনি। মহম্মদুজফর কম্যুনিস্ত পার্টিগী ফুলটাইম ব্বার্কবনি, উর্দ্দু চেফোঙ *ছিংগারি* (মৈরী) গী ইডিটরনি। জব্বাহরলাল নেহরুনা প্রধান মন্ত্রী ওইরকপদা মতাক অন্দরগ্রাউন্দ তাখি। সজ্জাদ জহীরদি রাইটর

অমা ওইবদগীদি পোলিতিকেল এক্তিবিস্ত অমা ওইবনা হেনখি। মাগী উপন্যাস ***লন্দনকী এক রাট*** লন্দনদা ফোঙই।

অঙ্গাবে কাঙবুগী শেংদোক ৱাবোল অদুনা প্রোগ্রেসিব বাইটবশিংগী অহানবা মেনিফেষ্টো ওইফম থোকই হায়না অহম্মদ আলীনা মতাং অমদা মোত পীখি। অযাম্বনা লৌনবিবদি ওল ইন্দিযা প্রোগ্রেসিব বাইটর্স এসোসিযেসনগী অহানবা লক্ষনৌ কনফবেন্সতা এদোপ্ট তৌখিবা (লণ্ডনদা ড্রাফট তৌবা) মেনিফেষ্টো অদুনা ওর্ফিসিযেল ওইবা মেনিফেস্তোনি হাযবসিনি।

## ওল ইন্দিয়া প্রোগ্রেসিব রাইর্টস এসোসিয়েসন

ইং ১৯৩৬ কী দিসেম্বরদা লক্ষনৌদা পাঙথোকপা ওল ইন্দিযা প্রোগ্রেসিব বাইটর্স এসোসিযেসনগী অহানবা কনফবেন্সতা প্রোগ্রেসিব অইবশিংগী মেনিফেস্তো এদোপ্ত তৌখি। লণ্ডন্দা ড্রাফট তৌবা মেনিফেস্তো অসিদা মযেক শেংনা পল্লিঃ

> We believe that the new literature of India must deal with the basic problems of our existence today, the problems of hunger and poverty social backwardness and political subjection All that drags us down to passivity, inaction and unreason we reject as reactionary All that arouses in us the critical spirit, which examines institutions and customs in the light of reason, which helps us to act, to organise ourselves, to transform, we accept as progressive

মসিদগী খঙবদি প্রোগ্রেসিব বাইতিং হাযবাস মীচমগী অৱা অনাদা চুম্নতগী ওইনা মীনুংশি উৎতুনা ইবদু নত্তে। তোই গুম্বসুং ক্লাস স্ত্রগলগী হৌবকফম অমসুং মসিবু থেংননবগী লম্বী অদুবু মুন্না মশক খঙনা অপূনবগী পাঙ্গল অমা শাগৎলগা থেংনমিন্নবগী মাযকৈদা ইথিল পীবা হাযবসি থানবা যাদ্রবা মচৎ অমনি (to act, to organise, to transform)।

মীফমসিদা মুনশী প্রেমচন্দনা সভাপতিগী ৱাবোল পীবদা হাযখি — "We have to change the criteria of beauty" মসি ইচঙথৌনা হাযববনি। অইবশিংগী এষ্টেতিক সেন্স অমসুং সেন্সিবিলিতি হোংদোকপা তঙাযফদ্রে হাযবনি।

চহী অনীগী তুংদা (ইং ১৯৩৮ দা) ওল ইন্দিয়া প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসনগী অনীশুবা কনফরেন্স কলকটাদা পাঙথোকই। লাইরিক পাবগী হৈনবী ফজনা লৈরিবা, মশাগী সাহিত্য ব্রাংনা লৈজরকপা, অইবশিংবু য়াম্নমক ব্যবহার তৌরিবা বেঙ্গলনা কনফরেন্স অসিগী য়ুম্বু ওইবা হায়বসিমক প্রোগ্রেসিব মুবমেন্টনা ভারতকী সাহিত্যদা অচৌবা ফিদা অমা ফংজবে হায়বনি।

## ভারত্তগী ওইবা ঈহৌ

প্রোগ্রেসিব লিতরেচরগী ঈহৌ হায়বসি মশক থোক্না শাফু লৈনা লৈখিবদি ভারতকী সাহিত্য খোঙচৎখক্তদা ওইনা থেংনরি। মালেমগী অতৈ মফমশিংদদি প্রোগ্রেসিব লিতরেচর নৎত্রগা প্রোগ্রেসিব মুবমেন্ট ইন লিতরেচর হায়না মিংনাইবা ঈহৌ অমা ওইনা থেংনদ্রি। মসিগী মরম কবিনো?

মসিগী মরম হায়ববু কুনশুবা চহীচাগী অহানবা তঙ্খায় ফাওবদা ওইখিবা ভাবতকী সমাজ, সংস্কৃতি, বাজনীতি, শেল-থুম অমসুং পুন্সি মহিং অদো অতৈ লৈবাকশিংদগী তোপ-তোপ্না তাখির্বসিননি। বর্ণ সিষ্টেম অমদি লায়রবগী চৈথেং নংলিবা মীশীং য়াম্না লৈবাকসিগী তোপ-তোপ্পা মশক মওং অমা লৈজরকপসিগী মথক্তা, লৈবাক অসিনা বৃতিশকী মাযোক্তা থেংনখিবা নীংতম ঈহৌ অদুসু মালেমগী পুরাবীদা তোমর্থিন্নি। নীংতম ঈহৌ অদুমক্তগী পোক্লখিবনি ভারত্তা প্রোগ্রেসিব লিতরেচরগী ঈহৌ। ভারতনা রাজনীতিগী নীংতম্বা ফংলবসু শেল-থুমগী নীংতম্বদি তরাই-তরাইনা ফংখিবোই, মীনাই য়োহ্লিং থদৎখ্রবসু লায়রবে য়োহ্লিংদি লৈহৌর্থিনি, কম্যুনেলিজম অমসুং কেপিতেলিজমগী লাংদা থুহৌর্থিনি হাযর্বসি মাঙজৌননা উখিবগা লোযননা, অসিগুম্বা নীংতম ঈহৌ অসিগী মপাঙ্গল হাপ্তুনা তুংলমচৎকী মান্নবা খুন্নাই অমগী মঙলানবু মঙফাওননবগী পান্দমদা সাহিত্যবু মথৌ হার্পাখবা ঈহৌনি— ভাবতকী প্রোগ্রেসিব লিতরেচর, মতমদুগী প্রোগ্রেসিব লিতরেচব।

## উর্দু সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবিজমকী ঈহৌ

১৮ শুবা চহীচাদগী হৌনা উর্দু সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবিজমগী মমি তস্না হৌরকপদুনা মির্জা ঘলিবকী অনকনবেন্সনেল ওইবা খূৎইদদি ফনা নীংথিনা মসিগী মমি উবক্লে। সিফাই লালহৌ (ইং ১৮৫৭) গী তুংদগী মমি অসি অসুম অসুম ময়েক লাখৎলকপনা কুনশুবা চহীচাগী অঙনবা মতমদদি ইকবাল অমসুং প্রেমচন্দগী খূৎইশিংদা

প্রোগ্রেসিবিজম অসি পোলিতিকেল কনশসনেসকা লোয়ননা শাফোঙলকপা হৌরে। মসিনা '৩০ গী মতম য়ৌরক্তুনা অঙ্গারে কাঙবুনচিংবা থোরকপদদি পোলিতিকেল ওভরতোনগা লোয়ননা তোপ-তোপ্না অমুক চোংথোরক্লে। হায়রিবা মতমসি ভারত্তা নীংতম ঈহৌগী খোঙজেল য়াঙখৎলকঙৈনি। লোয়ননা ভারতকী অতৈ সাহিত্যশিংদসু প্রোগ্রেসিবকী ঈহৌ অসি ইকান-কান্নদনা অদুম শন্দোরক্লে।

League of Progressive Authors লিংখৎলিবা আঙ্গরে কাঙবুনা, মখোয়না পামজরিবা সাহিত্য অমসুং সমাজগী মশক অসি পুরক্লবগী পান্দমদা, ইং ১৯৩৯ দা ইংলিসকী চেফোঙ *New Indian Literature* অমসুং উর্দুগী চেফোঙ ***নয়া অদাব*** পুথোকই। ইংলিসকী চেফোঙ অসিগী অহানবা পুথোকপা মশীংদা প্রেমচন্দগী ***কফন*** ইংলিসতা অহম্মদ আলীনা হন্দোক্তুনা হাপখি। কাঙবু অসিনা সাহিত্যগী লমদা লৌরিবা ফীরেপ অমসুং মখোয়গী নৌনা ফংজবা সেন্সিবিলিতিবু শক্তাক্তুনা সাহিত্য নৈনরোয় অমনা হায়–

> it (the Angaray Group) attacked the old and decadent institutions and ideas. It also revealed a new approach to the problems of sex in the middle class society.

অঙনবা মতমদা থোকখিবা উর্দু অইবশিং অদুগী মনুংদা অয়াম্বদি ঙসিগী উর্দু সাহিত্যদসু শক্লাইরবা অইবশিং ওইরি। মমিং খরদং পল্লবদা - ফিক্সন রাইটরশিংগী মনুংদা কৃশন চন্দর, রাজেন্দর সিংহ বেদি, সাদত হাসন মন্তো, ইস্মত চুঘতাই, হয়াতুল্লাহ অন্সাবি, কে এ অব্বাস; কবিশিংগী মনুংদা ফৈজ অহম্মদ ফৈজ, ফিরাক গোরখপুরী, অশ্রারুল হক মজাজ, মখদুম মোহিউদ্দিন, আলি জব্বদ জৈদি, আলী সর্দার জাফরী; সমালোচকশিংগী মনুংদনা এহ্‌তিশাহ হুশৈন, আলে অহমদ সুরুব অমসুং মজনু গোরখপুরী অসিনচিংবা। অইবশিং অসিবু অখণ্ড-অহৈশিংনা কাঙলুপ অহুম থোক্লসু খায়দোকই– গান্ধীবাদতা থাজবশিং, নেহরুগী দিমোক্রেতিক সোসিয়েলজিমদা থাজবশিং, মার্ক্সিস্তকী হকচিনবা ব্রাখল্লোন্দা থাজবশিং। মখোয় খুদিংমক্কী অপাম্বদি মান্নে– existing social system and morality গী মায়োক্তা বিভোল্ট তৌনীংবা খোইশাউনরবা মরৈবাক নীংবা নহারোলশিংনি মখোয়।

'৪০ গী মতমদা থোরকখিবা কবিশিংগী মনুংদগী ঘুলাম ববরানী তবান, সাহির লুধিয়ানবী, কৈফী আজমী ঙসি ফাওবদা গজল, প্রোগ্রেসিব গজল অমসুং বিপ্লবী শৈরেংদা মমিং চৎলি। অতৈশিংদি উপেন্দ্রনাথ অস্ক, জানী নিসর অখতার, মজরুহ সুলতানপুরী, অহম্মদ নদীম কশ্মী, বলৱন্ত সিংহ, মহেন্দ্রনাথ অসিনচিংবনি।

'৫০গী মতুংদা লাকখিবা অইবশিংগী খূৎইদদি ভারত পাকিস্তান খায়দোকচৈঙগী ৱারী অমসুং ফ্যুদেল সোসাইতি লোইশিল্লকপগী ৱাবীশিংদা যূম্ফম ওইবা নোবেলশিং মবাঙ কায়না থোরকই। অদুবু মখোয় কনামত্তনা প্রেমচন্দগী *গোদান* গী মনাক নক্লবদি ঙমদে। মতমসিগী মমিং পনবা যাবা অইবশিংদি— রাজিয়া সজ্জাদ জহীর, প্রকাশ পণ্ডিত, মোহম্মদ হসন, সৌকৎ সিদ্দিকি, জিলানী বানো, মমতাজ মির্জা, জহীদা জৈদি অসিনচিংবনি।

উর্দুগী পুক্কৈদা ৱারীমচা অমসুং শৈরেংনা নোবেলদগীদি মপুং মরৈ ফাবা হেনখি। লোন মশাগী থোৎচ-নৌজবগী মথক্তা ক্লাসিকেল গজলগী সিম্বলশিং শীজন্নগনবা অসিনা বিপ্লবকী শৈবেংবু কন্থা কল্লিংনহনবগী মহুৎতা য়াম্না উইবা মতৌ অমা য়াওনা ফজহনবা ঙম্বসি ভাবতকী অতৈ লোলশিংগা চাংদম্নবদা থাঙ্গৈশেংনমক অতাঙবনি।

ভারত নীংতম অন্দোলনগী ঈথক ঈহুলগা লোযননা পোকমিন্নখিবা উর্দু সাহিত্যগী প্রোগ্রেসিব ঈহৌ অসি ইং ১৯৪৭ কী মতুংদগীদি মমি খবা খবা শান্না হৌবকখি। অদুবু থৱায় য়াওবা খরগী খূত্তদি চঙ চঙ লাউনা হিংহৌবি। মখোযবু লোন কয়াদা হন্দোক্লরি।

### হিন্দী সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবিজমকী ঈহৌ

জাতিগী লোন ওইবিবা হিন্দীগী কবিতা, ফিক্সন অমসুং আলোচনাদা তাখিবা প্রোগ্রেসিবিজমগী মমিসু শীংথানিঙাইনি। প্রেমচন্দ অমসুং নিবালানা লমসিদা লময়ানবনি। বোম্যোন্তিক স্ত্রীমদা মাঙজিন থাবম্না অইবশিং কয়া'মসু কলাগী মতাংদা মীৎয়েং হোংনরকখি। সুমিত্রানন্দন পন্তনা মতাংসিদা হায়খিবনি— *'শৈরেং হায়বসি মঙলান্দা শাগৎকদবা নত্তে। মলেমথক্তা হিংলিবা মীওইশিংগী ৱাববা য়েংহৈদ্রবা সমস্যাশিংবু কোনশিনদুনা ইফম থোকই।'* মহাক্তি তাজমহলগী ফজবদা শুস্কাৎখিদে, মশীং লাকঙমদ্রবা মীওই কযানা চবা হেন্দুনা শিবিচৈঙদা কোনুংগী

মতৌগুল্লবা মোংফম ফুবা শাদুনা অকেমফাত্তা হিংখিবা নিংথৌ শাহজহানবু মহাক্না থীনা চৈখি। মহাক্কী শৈবেং "যুগবানী" অমসুং "গ্রম্যা" দা মহাক্না মীয়াম্বু পৃথিবী মাতা অমসুং মহাক্কী মচাশিংনা মাযোক্লবিবা সমস্যাদগী লাপথোকখিদনবা পাউমেল্লকই। নিবালানা মহাক্কী ***বিক্ষুক, তোবতি পটথর*** অমসুং ***কুকুরমুত্তা*** দা লাযববা শিন্নীশিংনা কেপিতেলিস্তশিংগী কযাৎতা তাবিবা দষাবু উৎলি। দিনকবনা অমুক সমাজ অমসুং অর্থনীতিগী ফীভমদা থোং মান্নদ্রবশিংনা লৈবাকসিগী ফীবম কবি ওইহল্লিবগে হাযবসিদা খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লকই। নবিন, নবেন্দ্র শর্ম্মা, নাগার্জুন, মুক্তিবোধ, কেদাবনাথ অগ্রবাল, ধুমিলসু ভাবত্তা লৈবিবা লৈত-লাযবশিংগী ফীভম অমদি শুবি নোল্লিবশিংবু এক্সপ্লোইত তৌবীবগী অবস্থা অসিদগী নাথৈদুনা খক চৎখিদে। মখোয খবদি বিভোল্যুসনতনা অমত্তা ঙাযববা পাম্বেনি হাযবসি থাজে। নবিন্না ইথোবর্কাখ–

'হে কবি শকউ ঈশে মীযামগী থম্মোযদা যাওল ঈহৌ'মগী ঈহুলবু যাকাযহন্না, 'দুদগীদি পৃথিবী অসিনা উজবগনি অনৌবা ঈহৌ অমা মমাঙথক্তা 'মুক্তসু উর্খিদ্রবা।' (মৈতৈলোন্দা)

কবি অসিনা তৎনা পাউজেল্লকই– *ধর্ম্ম অমদি বিধাতাগী মকমদা লান্না থাজনবিবশিং, নোবোক পতালগী মবমদা খল্লিবা অন্ধবিশ্বাসশিং লংশেকখিনবা, লোযননা মীওইবা হাযবসিনা অথোইবনি, মীওইবগী যাইফ লর্ম্বী থিবতনা অচুম্বা খোঙথাংনি* হাযবদুনা। মখোযগী শৈবেংশিংদা ইমোসনগী মফমসু চাউনা কল্লি, অদুবু সবজেক্তিবতি ওইদে। মতম মতমগী বাথোক থৌদোকশিং হাযর্বাদ বেঙ্গলগী চাক্তাঙবা, হিবোশিমাবু এটোম বোমনা মাং তাকহনবা, ভাবত পাকিস্তান খাযদোবকপা, সুযেজ কেনেলগী ব্রাথোক, কোবিযাগী লান, নীংতম্লবা ভাবত্তা ওইবক্লিবা কবপসন অমসুং মশা-মশাগীতা যেংনবকপা অখূবা মীৎযেংশিং পূম্নমকসিনা মখোযগী শৈবেংশিংগী বিষয ওইবকপদা হিন্দী সাহিত্যদা অনৌবা ঈপোম অমা শাকহনখি। শৈবেংগী ক্রাফটসমেনশিপতা চাউনা হোংলকখি, ছন্দ তাল মাত্র অমসুং অলঙ্কাবগী নীযমশিংদা অনৌবা চাংযেং তৌনবকখি।

ফিক্সনগী লমদসু অদুমঙায। ক্লাস ষ্ট্রগলনা থোকহনবা সমস্যাশিং নৈনদুনা সোসিযেল বিযেলিতি উৎলকই। খুৎই অসিদা শীংথাবা যাবশিংদি যশপাল, বাহুল সংকৃত্যাযন, বঙ্গেয বাঘব, অমৃত বাই অমদি নাগর্জ্জুনর্নাচিংবনি। মখোযগী ইতিহাসিক উপন্যাসশিং ***দিব্য, মুরদোঁকা তিলা, জয় যোধেয়, সিংহ সেনাপতি***

নচিংবদা বুর্জুৱা অমসুং প্রোলেতরিয়েৎকী মুক্লবা য়েখায়নবগী মমি তাহন্নবা হোৎনৈ। মখোয়গী মতুংদা লাকখিবা ভিষ্ম সাহনি, মন্নু ভন্দারী, নরেশ মেহতা অমসুং শ্রীলাল শুক্লানচিংবশিংগী খূৎইদনা অমুক্কা হেন্না চরীত্র য়েকপদা অমসুং প্লোট শাগৎপদা মপূং ফাবদি হেল্লকই।

আলোচনাগী লমদসু মার্ক্সবাদগী মীৎয়েং পুশিল্লক্কুনা ফজনা নৈনবিবা শক্লাইববা নৈনরোয়শিংদি প্রকাশ চন্দ্র গুপ্ত, রামবিলাস শর্ম্মা, শিবদান সিংহ চৌহান, মুক্তিবোধ অমসুং অমৃত রাইনি। আলোচনা তৌবদা সমাজিক পরিস্থিতিগা লোয়ননা উবা ঙমদবা আলোচনাশিংবু পি. সি. গুপ্তনা মাগী লাইবিকশিং *নয়া হিন্দী সাহিত্য, হিন্দী সাহিত্যকী জনবাদী পরম্পরা* অমসুং *সাহিত্য ধারা* দা কন্না যানীংদবা উৎলি। রীতিকালগী শৈরেংশিংবু য়াবমদবা সমালোচক অসিনা সন্ত কবিশিংগী শৈশকশিংদা য়াওরিবা প্রোগ্রেসিবিজমগী মচাকশিং হায়বদি পুক্নীং অমসুং আত্মাবুদি থাজদনা, মন্ত্র-যন্ত্র অমদি আজা-পূজাবুদি থাজরিবা মতৌবু শীংনরকপা অদু পুথোক্কুনা নৈনখি।

রামবিলাস শর্ম্মাগী *প্রেমচন্দ ঔর উনকা যুগ, নিরালা* অমদি *প্রগতিশীল সাহিত্যকী সমস্যাএঁ* নচিংবা নৈন ৱাবেংগী লাইরিকশিংসু থোইদোক্না শীংথানরি। শিবদান সিংহ চৌহান্না মাগী লাইবিক *সাহিত্যকী পরখ* অমসুং *প্রগতিবাদ ঔর হিন্দীকা গদ্য সাহিত্য* দা প্রোপগেন্দা সাহিত্যগী অশোয়বশিং পুথোক্কুনা প্রোগ্রেসিব লিতবেচবগী ঈহৌদা চেকশিন্নিংঙাই ওইবশিংদু থিন্দুনা তাকই।

## তেলুগু সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবিজমগী ঈহৌ

তেলুগু সাহিত্যদা পোগ্রেসিবকী ঈহৌ শাগৎলকখিবা লময়ানবা কবিশিং অদু অযাম্বনা মার্ক্সিজমবু চেৎনা থাজবঙাক্লি। সাহিত্য নৈনরোয় সম্পতকুমারগী মোত মতুং ইন্না তেলুগুগী প্রেগ্রেসিব ঈহৌদা মখল অনীগী খূৎই থেংনৈ— ১) এক্সপরিমেন্তল ফোর্মদা ইবশিং, ২) মার্ক্সিষ্ট বাইযসকা লোযননা ইবশিং। অহানবগী অসিদা শ্রীশ্রীগী মিং থোইদোক্লা শীংথানিঙাইনি, মাগী খূৎইদি রিয়েলিস্তিক ওই। রোম্যেন্তিসিজমগী স্কুলদগী হৌবকপা কবিসিনা মহাক্কী শৈবেং "খান্দা সাশি" (১৯৩২) দা থা মচেৎপু থাঙ্গোলগা প্রমান তৌদুনা মহাক্লা প্রোগ্রেসিব থিঙ্কিংদা মায়ওর্নাশিল্লকপবু ঈঙ্গীৎ তৌবা হৌই। "জয়াভেবী" (১৯৩২) হায়বা শৈরেংদদি মপুং ফানা প্রোগ্রেসিব ওইরকই। *'পৃথিবীগী যুমথক্তা*

*ফিরালগী মতৌগুম্না পাইগনি'* হায়না রিভোল্যুসনরী ওপতিমিজমগা লোয়ননা শৈদমখোল তম্লকপদা অপাবশিংগী থম্মোয়দা য়ৈরকই। প্রোগ্রেসিব শৈরেং অমা ওইনা য়াম্নমক মশক নাইনা থোবকখিবা শৈরেং অমদি "মারো প্রপানচম" হায়বসিনি। এপ্রিল ২৪, ১৯৪০ ফাওবদা মহাক্না ইখিবা শৈরেংশিংদা শুরি-নোম্লিবা প্রোলেতরিয়েৎ কাঙলূপকী দম্বা অমসুং আশা উৎপদা য়াম্না শাফু লৈনা ফোঙদোকই। প্রোগ্রেসিব শৈরেংদা মহাক্কী ঈথিল মরু ওই। পত্তভীনা মাগী শৈরেং লাইবিক *দিদেল রিগালা দোজেন* (১৯৩৮) দা প্রোজ -পোইমদা ইবগী চাংয়েং তৌবকপদু বোমেন্তিকশিংগী মতৌগুম অপাবশিংদা য়ৈহনবদি ঙমদে। নরায়ন বাবুসু বোমেন্তিসিজমগী মায়োক্তা কন্না চঙশিল্লকই। মাগী শৈরেং লাইরিক ***রুধিরা জোতি*** দা ঈশিং খূজোক অমা থকচবা ফংদ্রবা চাক চখোম অমা চাবা ফংজদ্রবা তোল্লবা মীওইশিংগী পুন্সিবু য়েকথোকই। নজরুল ইসলামগী ***'বিদ্রোহী'*** না ঈথিল পীরদুনা মহাকসু ইরকই- *Viplavarishi* (Prophet of revolution)। শ্রীশ্রীগী মতৌগুম *Raktapatakam* দা মহাক্না শক্লি ঃ

The banner of blood
the tongue of shaktı, the crown of fire
callıng out from the sky (ইংরাজীদা)

The banner of blood, the tongue of shakti অমসুং the crown of fire অহুম অসিবু প্রেগ্রেসিব রিভোল্যুসনগী ত্রিমুর্ত্তি ওইনা লৌরকপনি। অপ্পলাস্বামিনা মাগী শৈবেং 'দাইভম' (১৯৩৭) দা the flags of authority flying over the altars of dead human bodies হায়দুনা অকনবা ইমোসনগা লোয়ননা শক্তি লৈববা ইমেজরীদা ফোঙদোকই।

ইং ১৯৪৩ দা Abhyudaya Rachayitala Sangam (Progressive Writers' Associatıon) লিংখৎলকপদগীদি তেলুগু সাহিত্যদা হেন্না চাউবা ঈনোৎ অমমুক হাপকৎলকখি। মসিগী মতুংদগীদি কবি কয়া কয়ামুক্লি ঈহৌ অসিদা তিল্লরিবা। দশবথী কৌবা কবি অমখক্তি হায়দ্রাবাদকী নিজামগী মথক্তা মরাল শিবা শৈরেং কয়ামুক লেংদুনা ইখি। শ্রীশ্রীনা ইং ১৯৭৯ দা ***মারো প্রসথনম*** ফোঙদুনা proleterıan poems গী ঈচেল থকহনখিদে।

## বাংলা সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবকী ঈহৌ

'৪০ গী মতমদা বেঙ্গলদা প্রোগ্রেসিব লিতরেচরগী ঈহৌ শাগৎলকপদা য়াম্না চাউনা তেঙবাংখিবসি- অহানবদা, ওল ইন্দিয়া প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসন অমদি

য়ুথ কলচরেল ইন্সটিত্যুট অমসুং এন্তি-ফেসিস্ত রাইটর্স এণ্ড আর্টিস্তস য়ুনিয়ন,অনীশুবদা ইন্দিয়ান পীপল্স থিয়েটর এসোসিয়েসন (ইপ্তা)নি। ওল ইন্দিয়া প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসনগী প্রচার অঙকপা ফংনা কনবা মতমনি। ইং ১৯৪২ দা জ্যোতি বসু, নিখিল চক্রবর্ত্তি নচিংবা ছাত্র নহারোলশিংনা লিংখৎপা রাই.সি.আই. না রেদিকেল থিয়েটর অমা লিংখৎপা পাল্লম্মী। মখোয়না সুনিল চেতর্জীনা ইবা লীলা *কেরানী* অমসুং সুবোধ ঘোষকী রারীমচা "ফোসিল" বু এদাপ্তেসন তৌদুনা লীলা উৎপা হৌই। বেঙ্গলী থিয়েটরদা অচৌবা ঈনোৎ পীখিবা ইপ্তাগী *নবন্ন*দগী মথং মথং হৌরক্লগা উৎপল দত্তগী প্রোগ্রেসিব প্লেশিং, অদুদগী বরটোল্ট ব্রেক্টকী ঈথিলনা '৭০ গী মতমদা বেঙ্গলী ভাবোকশিংবু মথুম-মরাং হৌহনখিবা, পূল্লমক অসিদগী প্রোগ্রেসিব লিতরেচরগী ঈহৌ কনখৎনবগী মরম অমসু ওইখি। টেগোর অমদি কোল্লোন গ্রুপকী কলাগী ফজবা খুৎশেম অমসুং নজরুলগী লৈবাক নীংবগী অকনবা ঈহুলশিংদুদগী তোপ-তোপ্না, মীয়াম্নসু পামগদবা মওংদা ইননবা হোৎনখিবশিংনি— বিষ্ণুদে, সমর সেন, শুভাষ মুখোপাধ্যায়। খ্বাইদগী হেন্না পোপুলার ওইখিবনা সুকান্ত ভট্টচার্য্যনি। মাগী ফজবদি চম্না ফোঙদোকপদা লৈ। নক্সলাইট মুবমেন্টনা অমুক মথি ফোঙলকপগী তাঞ্জাগা চাননা '৭০ গী মতমদসু '৪০ ইহুলশিংবু অমুক নৌথোকহন্দুনা ইখিবা অইবা অমদি বিরেন চেতর্জীনি। কম্যুনিস্ত পার্টি ওব ইন্দয়াগী ঈথিলদগী মচীন তুমখৎলকখিবা নোবেলিস্তশিংগী মনুংদা মনিক বেনর্জী শীংথাবা য়াই। হান্না ক্রিতিকেল রিয়েলিজমদা খূৎ থারম্বদগী মার্ক্সিষ্ট এস্থেতিক্সতা পুরা চঙশিনখিদুনা মহাক্কী কলাগী মগুণ হস্থখিসু হায়নৈ।

নুংঙাইহিরিবা রাফম অমদি বাংলাগী সাহিত্য নৈনরোলদদি মার্ক্সিজমগী ঈথিল অমসুং মসিগী অফ-ফত্তগী মরমদা য়াম্নমক থরায় য়াওনা নৈনবসিনি। '৩০ গী মতমদা দি.পি. মুখর্জীনা চঙশিল্লকখিবা খোঙজংবু, '৪০ গী মতমদদি ভুবেন দত্ত, হিবেন মুখর্জী, সরোজ অচার্য্য, স্বর্ন কমল ভট্টচার্য্য, গোপাল হলদার, বিনয় ঘোষ, সবোজ দত্ত নচিংবনা হিরম অসিবু হেন্না পোপুলব ওইহনখি। সাহিত্যগা ইদিওলোজিগা লৈনবা মরী, অইবগা সাহিত্যগা লৈনবা মরী, ট্রেদিসন অমসুং ইন্দিবিজুয়েল টেলেন্ট অনীগী মরী কয়ামুক অসি য়াম্না থরায় যাওনা খন্ন-নৈনখিবদু নীংশিংনিংঙাইহিনি।

মার্ক্সিষ্ট লিতরেচরগী থিওরীগা প্রেক্তিসকা অনী অসি কয়াম শন্নরিবনো হায়বা রাহং অসিদগী কলা অমসুং ইদিওলোজিগী মরীদা খন্ন-নৈনবগী থবক বেঙ্গলী

সাহিত্যদদি কন্না চৎথবকখি। অসুম্না বেঙ্গলদদি মতম অমা লাকখি— 'প্রোগ্রেসিব' হাযবা ব্রাহৈসিমক 'মার্ক্সিষ্ট' হাযবা বাহৈগা অন্মা ওইনা লৌনবা।

## পঞ্জাবী অমসুং গুজরাতী সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবিজমকী ঈহৌ

প্রোগ্রেসিবকী ঈহৌ লাকপদা পঞ্জাবী সাহিত্যদদি মার্ক্সিষ্ট অমসুং ফ্রোইদিযান পর্সপেক্তিব অনীমক্না তূনা চৎমিন্নবকপগী মশক অমা উবা ফংই। মসিগী মতাঙদা অখণ্ড-অহৈশিংনা হাযনৈ As a counterpoint to the social, political and religious regression of the vast mulltitude of the people, their deep-rooted sexual starvation attracted much attention of progressive writers, tending to beome, as it were, a second-line motif of this literature। সন্তসিংহ সেখোন অমসুং মোহন সিংহগী খূৎইনা প্রোগ্রেসিব ওইনবা হোৎনৈ। '৩০ গী মতমদগী '৫০ গী মতম ফাওবদা প্রোগ্রেসিবিজমগী ঈথিলনা পঞ্জাবী ৱাবীমচাদা, মথংদা শৈরেংদা, অদুদগী দ্রামাদা অমসুং অবোইবদা উপন্যাসতা চঙলকখি। অদুবু পঞ্জাবী লিতরেচরদা মশকনাইবা প্রোগ্রেসিব রাইটরদি কযা থোইনা থোরকখদে।

গুজরাতী সাহিত্যদা '৩০গী অথেঙবা মতমদা প্রোগ্রেসিবকী ঈগিল চঙবা হৌই। ইং ১৯৪০ দা প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিযেসন লিংখৎপগা লোযননা প্রোগ্রেসিব সাহিত্যগী ৱাবীমচা, শৈরেং, অক্ক অমগী লীলা অমসুং ৱারেংশিংগী ভোলুম অনী থোক্লা ফোঙই। ঝাবেরচান্দ মেঘানি (১৮৯৭-১৯৪৭) গী শৈরেং "কবল কাল জাগে" দা ওৎপ নৈবীববা লেববশিং, শিন্মীশিং, শনিদা থবক শূবশিং অমদি লাযরবশিংগী হূমাং অমসুং ঈগী মমল চাদুনা লেল্লিবা ইনাকখুনবশিংগী মরমদা ইবকই। সুন্দরামসু তোল্ল তাবর্বাশিংগী মরমদা শৈরেং ইবকই। মখোযনা হাযবিবা থিমশিং অসিদা ৱাবীমচাসু ই। মখোযগী মতুং ইনবশিং কযা'মসু থোরকখি। উমাশঙ্কর জোশীনা মাগী শৈরেং "জথাবাগনি" (অবাম খৌবাংবগী মৈ) দা অসুম্না ফোঙদোকই— When the fire of hunger of the poor will raise its flames, not a particle of the ashes of the mansion burnt down will remain' (ইংবাজীদা)। স্নেহবশমিনা চাইলদ লেবববু যানিংদবা খোল্লাউ লাউবকই, মাগী শৈরেংশিংদা। কেপিতেলিস্তশিংগী ফৎত্রবা মরমচৎপু চিংথোক্কুনা উৎলকই জযন্তি দলালনা মাগী লীলাশিংদা। মখোযশিং অসিদগী হেন্না

কমিতেদ ওইবা অইবশিংসু তুংদা থোরকখি। অদুবু অনীশুবা মালেমগী লাঞ্জাউ মতুংদগীদি ঈহৌ অসি নেমথখ্রে।

## কন্নড় অমসুং কাশ্মীরী সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবিজমকী ঈহৌ

কন্নড় সাহিত্যদদি, মরু ওইনা নোবেলদা মথংদা ব্রারীমচাদা পোগ্রেসিবকী ঈহৌ অসি থেংনৈ। ওল ইন্দিয়া প্রোগ্রেসিব মুবমেন্টকী মহয় ওইনা '৪০ গী মতমদা কন্নড় সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবকী ঈথিল অসি চঙলকখি। এ.এন. কৃষ্ণরাওনা ঈহৌ অসিগী লময়ানবনি। মীচমগী পুন্সিবু লায়ব-অনংদগী কোকপিদ্রবদি অফবা সাহিত্যগী মফমসু লৈরোই হাযবা ব্রাখল্লোনগা লোয়ননা সমাজ অমসুং সাহিত্যগী মবীবু হান্নদগী হেন্না নকশিন্না য়েংবা হৌরক্লবা অইবশিং অসিনা পুবকখি প্রোগ্রেসিব সাহিত্যগী ঈহৌ। ঈহৌসিগী কান্নবদি– কন্নড সাহিত্যদা অকি-অখং য়াওদনা ফোঙদোক্লীংবা কযা ফোঙদোকপা ঙমহল্লকপা, অনৌবা মখলগী হীরো শেমলকপা, অমসুং ভাবতকী ইতিহাস অমসুং পুবান্নচিংবগী চরীত্রশিংবু ফিক্সনগী কেবেক্তব ওইহনবগী চৎনবী পুশিল্লকপা অসিনি হাযবা য়াই। খরা থেঙনা লাকখিবা কন্নড অইবশিংনা যুবোপকী অইবশিং মকওইনা ফ্লোবার্ট, বালজ্যেক, জোলা অমসুং অতৈ মার্ক্সিষ্ট বাইটরশিংবু থব্রায য়াওনা নৈনবস্মী। '৫০ গী মতুংদগী কন্নড সাহিত্যদা ঈহৌ অসি নেমথখ্রবসু মসিগী ঈথিলদি মমল গাম্মী হায়না লৌনৈ।

কাশ্মীবী সাহিত্যদা মেক্সিম গোর্কিগী খৃৎইশিংবু হন্দোক্লুনা ফোঙলকপসি '৪০ গী অথেঙবা মতমদগীনা '৫০ গী অঙনবা মতম ফাওবনি। প্রোগ্রেসিবকী ঈহৌ অসি ওর্ফিসিয়েল ওইনা প্রেমনাথ পর্দেশীগী লীচিং মখাদা পুশিল্লকখি। অব্দুল অহদ অজাদ (১৯০৩-১৯৪৮) বেদিকেল সোসিয়েলিস্ত অমনি, মহাক্রা কাশ্মীরী শৈরেংদা ক্লাস কনশসনেস, সোসিয়েল কমিতমেন্ট অমসুং অনৌবা য়াকায়রোলগী খোম্থাং পুশিল্লকখি। ট্রেদিসনেল ওইবা খৃৎফোঙদোক্তগী হোংদোক্লুনা চাংয়েং তৌখিবা কবিসিনা বোম্যেন্তিকশিংগা মান্নদবা মওংদা *পুন্সি হায়বসিমক লেপ্পুনা হোংলিবা বিয়েলিতি অমসুং রিভোলুসন অমনি* হায়না মাগী শৈরেং 'দরয়াব' (তুরেল)দা ফোঙদোকই। ঘুলাম সমন বেগনা মাগী শৈরেংশিংদা ব্রার্কিং ক্লাসপু মীকপ থোকহন্নবা হোংনৈ। কেপিতেলিস্তশিংগী মথক্তা আশাউবশিং হৈথগনবা কবিসিনা অকনবা ইমোসনদা হাযখিবনি– Tomorrow, I have heard it said, you would punish the usurper, the capitalist and the

tyrant bureaucrat. Meanwhile, today the poor must suffer the agonies of hell. How does one profit from your justice of judgement day? (ইংবাজীদা)। নুপুর মুহম্মদ রোসনগী সর্কাজম অমসুং সেতাইয়রনা ফ্যদেল সেট-অপপু শীথরকপা, দিন্ননাথ নদিমগী ফজরবা ইমেজরী অমসুং দিক্সননা নীংতম্লবা মতুংগী ভারত্তা ওইরক্লিবা ক্লাস কনশসনেসপু য়েক্লকপা, অব্দুল রেহমান রাহিগী সোসিয়েল কমিতমেন্ট, পুম্নমক অসি প্রোগ্রেসিব ঈহৌনা হকথেংননা নৎত্রগা নাকোইননা পীখিবা ঈথিল ঙাক্লি। '৫০ গী মতুংদদি মখোয়গী ঈহৌ মপাঙ্গল শোন্থত্রবসু মখোয়না সাহিত্যবু মীয়ামগী ওইহনবদা মায়দি পাকখি।

## মৈথিলী অমসুং মলয়ালম সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিবিজমগী ঈহৌ

ইং ১৯৪৭ কী মমাঙ ফাওবদা মিথিলা হায়রগা লৌমী অমদি জমিন্দারশিংগী খুন্নাই অমা ওইনা খঙনরম্মী। সাহিত্য শূবশিংদি লাইরিক-লাইশু হৈরবা জমিন্দারশিংগী মবক্তা লৈরম্মী। অদুম ওইনমক মতমগী মতুং ইন্না কুমার গয়ানন্দ সিংহগী ব্রাবী মচাশিংদা লাযর-অনংশিংনা জমিন্দারগী মথক্তা ঈহৌরকপগী ব্রারীশিং ইরকখি। মথং মথং শৈবেং অমসুং ব্রারীমচা কয়ামুক ইনবকখি, মার্ক্সিজমবু নৈনবা অইবশিং থোরকখি। জামিন্দারী সিস্তেম মূৎথৎত্রবা মতুংদগীদি কবিশিংনা অতোপ্পা থিমশিংদা অমুক শৈরেং ইনখ্রে।

মালয়ালমগী ওইনদি ইং ১৯৩৭ তা ত্রিচুরদা পাঙথোকখিবা সাহিত্যগী মীফম অমদগী প্রোগ্রিসিব লিতরেচরগী ঈহৌ লাকপা হৌখি। মসিবু জিবল সাহিত্যম (অহিংবা সাহিত্য) হায়না খঙনরকখি। ইং ১৯৪৪ দদি পুরোগমন সাহিত্যে হায়দুনা অমুক খঙনখ্রে। মতুংদা ই. এম.এস. নম্বুদিবিপাদনা সাহিত্য, সাহিত্যকার অমসুং সমাজগী মবীবু মার্ক্সিজমগী মীৎয়েংদগী নৈনরকপদা ট্রেদিম্নেলিস্ত কাঙবুগা মূক্লবা কয়ামুক থোরকখি। অদুম ওইমক প্রোগ্রেসিবকী খূৎইদা ইরকপা অইবা কয়া থোরক্লুনা মলয়ালম সাহিত্যবু হেন্না ইনাক খুলহনখি। তাকাজী সিবসঙ্কর পিল্লৈ, মহম্মদ বশীরনচিংবা উপন্যাসকাব, ব্রাবীমচা ইবশিং থোরকখি। লীলা ইবদসু অদু মঙায়। সাহিত্য নৈনরোলদা ই.এম.এস. নম্বুদিরিপাদ, এম.এম. দেবদাসনচিংবা থোরকখি। প্রোগ্রেসিব মুবমেন্ট হৌজিকমক্কীদি নেমথত্রবসু মুবমেন্ট অসিনা পুরকখিবা অহোংবদি — The literary norms which the movement advocated are now part and parcel of Malayalam. A proletarian

theme is normal, and so is a liberal view of sex. Taboos belong to history. মসিমক অচৌবা খূনীংথেক অমনি।

## অতৈ লোলগী সাহিত্যশিংদা প্রোগ্রেসিবিজমকী ঈহৌ

মরাঠী সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিব ঈহৌ লাকপদা নুংঙাইরিবা ৱাফমদি— উপন্যাস অয়াম্বদা মার্ক্সিষ্ট ইদিওলোজিবু গান্ধীবাদনা নৎত্রগা হিন্দুত্বগী ৱাখল্লোন্না নমহৎখিদুনা মপূং ফানা প্রোগ্রেসিব ওইবা ঙমহনদবসিনি। শৈরেংদদি মার্ক্সিজমগী ঈথিল ফজনা চঙবা থেংনৈ। মরাঠীগী খ্বাইদগী মরু ওইরবা মার্ক্সিষ্ট কবি নরায়ন সুরবেগী মতাংদা হায়রি— 'Narayan opened a new vista in poetry writing'। ৱারীমচাদসু ঈহৌ অসিগী মমি তাখিদবা নত্তে। ৱারেংগী লমদা বাবুরাও বাগুন শীংথানবা য়াই, মহাক্না মার্ক্সিজম অমসুং দালিত অন্দোলন অনীবু মরী লৈনহল্লি। থিয়েটরগী লমদা মার্ক্সিষ্ট প্লেরাইটশিংনা ফোক থিয়েটরশিং শিজিন্নদুনা মখোয়গী ইদিওলোজিবু ফোঙদোক্লবা অমসুং শন্দোক্লবা হোৎনদুনা চাংয়েং তৌবকপসু য়াওই।

নেপালী সাহিত্যগী ওইনদি ইং ১৯৫৯ দা প্রগতিসীল লেখক সঙ্গ লিংখৎপদগী ঈহৌ অসি লাকখি। মসিনা সমাজদা অইবগী থৌদাং অমসুং সাহিত্যগী ৱাহল্লোক্তা অহোংবা অমদি পুরকখি।

ওড়িয়া সাহিত্যদদি মার্ক্সিজমবু চেৎনা থাজবশিং, বিপ্লবী কবি ওইনা খঙনবশিং কযামুক্কী খূৎইনা প্রোগ্রেসিব সাহিত্যগী ফজবা মহাও অদু অপাবশিংদা পীবা ঙমখি।

রাজস্থানী সাহিত্যদদি ১৭শুবা শতাব্দিদগী হৌনা চেন্থবকপা সাহিত্যগী প্রোগ্রেসিবিজম অমা লৈজরকই। মার্ক্সিজম হাযবসি ভারতকী পরম্পরাগী মচরীৎকদি চান্নফাৎতে খনবা অইবা কয়াসু লৈখি। অদুম ওইনমক অৱা-অনং তোল্ল-তাববশিংগী মায়কৈদা লেপ্পা সাহিত্যদি থোরকখি। করপসন্নচিংবা পব্লিক লাইফকী শোকচিল্লবা ফীভমদা পেন্দবা উৎপা অইবশিং থোরকখি।

সিন্ধী সাহিত্যদদি শৈরেংঅমসুং ৱারীমচাদা প্রোগ্রেসিব ওইবসু উবা ফংই। কে.এ. অব্বাস, মুনশী প্রেমচন্দ, কৃষনচন্দরনচিংবশিংগী অনুবাদনা মখোয়দা অচৌবা ঈথিল পীখি। থাঙ্গৈশেংনমক সিন্ধী সাহিত্যদা '৫০ গী মতমদা প্রোগ্রেসিব সাহিত্য মপূং মরৈ ফানা চাওখৎখি। গোবিন্দ মালহি মথন্তনা প্রোগ্রেসিব উপন্যাস কুনলোম ইখি। লীলা অমসুং ৱারেংগী পুক্কৈদসু সিন্ধী সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিব সাহিত্যগী মফম চাউনা কল্লি।

তামিল সাহিত্যদা চিদমপবা বঘুনাথনগী উপন্যাস **পঞ্চম পসিয়ুম** (লশিং অমসুং অবাম যৌবাংবা, ১৯৪৯-৫০) না প্রোগ্রেসিবকী ঈথিলবু ইহান হান্না পুশিল্লকখি। সুব্রমনিয়া ভাবতীনচিংবা কবিশিংগী মফমদা প্রোগ্রেসিবিজমগী মমি তাবি। সমালোচনাগী লমদসু প্রোগ্রেসিব ক্রিতিসিজমগী মফম চাউনা অদুম্মক লৈখি।

আসামী সাহিত্যদা '৪০ গী মতমদা ফোঙখিবা থাগী চেফোঙ *জয়ন্ত* গী এদিতব ওইনা কমল নবাযন দেব অমসুং চক্রেশ্বব ভত্তচার্য্য মীওই অনীসিনা থৌদাং লৌবকপদা প্রোগ্রেসিবকী ঈহৌসু চঙলকখি। মতুংদা ব্রাবীমচা কযামুক থোবকখি। শৈবেং ঈশৈ অমসুং ব্রাবেং কযাসু মবাং কাযনা লৈখি। থোইদোক্লা বিষ্ণু প্রসাদ বাভাগী মিংদি কাউথোকপা চুমলোই। '৮০ গী মতম ফাওবা ঈহৌ অাঁস লেপ্তুনা চৎথখি। ***কন্দাবী*** (১৯৭৯) হাযবা নোবেল অসি ইং ১৯৭৪ গী ওল ইন্দিয়া বেল বার্কস স্ট্রাইকতা যুমফম ওইদুনা শাগৎপনি। ***সত্র*** (১৯৮০ ) হাযবানোবেলদনা '৬০ গী অঙনবা মতমদা ভাবত অমসুং চাইনা খুৎথোক্লবগী ইতিহাসিক ওইববা থৌদোক্তা যুমফম ওইবনি।

## মণিপুরী সাহিত্যদা

অনৌবা মণিপুবী সাহিত্যগী খোঙজেন্দা প্রোগ্রেসিব সাহিত্যগী ওইবা ঈহৌ অমা মশক থোক্লা লৈবকই হাযবক্তি ঙমদ্রবসু, মতমগী যাওনগা চূননা, প্রোগ্রেসিব খুৎইগী মশক-মশোনগা লোযনবা খুৎইদি অদুমক থোবকই। কুনশুবা চহী চাদা মার্ক্সিজমনা সাহিত্য অমসুং অতৈ কলাশিংদসু অকনবা ঈথিল পীবক্লুনা, অইবশিংনা মীচমগী পুন্সি অমসুং সমস্যাদা হেন্না পুক্লীং থিংজিল্লকপা অদুগী ঈথিল লমদমসিগী সাহিত্যদসু যৌবকফম থোক্লুনা যৌবকখি। লমদমসিগী অইবশিং অযাম্বনা মার্ক্সিষ্ট ইদিওলোজিদা তশেংনা লূপ্তুনা কলম পাযখিবদি নত্তে।

মার্ক্সিষ্ট ইদিওলোজিবু মশক খঙনা অমসুং খোইদাজনা *'আর্ত ফোব লাইফস সেক'* হাযবা ব্রাখল-পবিংদা খোর্জ্জৈ পাযখিবা অইবা অমতংগী মিং পনবা তাববদি হিজম ইবাবতনি। প্রোগ্রেসিব খুৎইগী মাযকৈদা মাগী ***ইমাগী পুজা*** শৈবেং লাইবিক্লা খুৎমাবা ওইবি। ইমপবিএলিস্ত ফোর্সকী মাযোক্তা থৌনা ফনা লেপ্লা উই। লোইলমগী চৈথেং নংলিবা অশোনবা জাতিশিং অমদি শুবি-নোমলিবা মীচম মীযামগী লাইবক লেপ্পদা মথৌ তাবিবা ইন্তলেকচুয়েল অৱেকনিং অদুমক পীনবা

হোৎনবগী মমি ফজনা তারি। ইন্টবনেশ্নেল ওইবা ব্রাখলদগী অমুক থৈদোরক্লগা, লমদমসিগী ওইবা সমাজ সংস্কারদা মীৎয়েং থমদুনা, অমনবা চৎনলোনচৎকী পঙ্খেনুংদা মৈতে নুপীগী নিংখা-তম্ববু ফাজিন-পুনশিন্দুনা থম্বসি মতমসিগী শীৎলিবা নুংশিৎকা চানদ্রে চূনদ্রে হায়বগী খোল্লাউ অমা শৈরেংগী কলাদা নীংথিংজনা ফোঙদোকপা থেংনরকই। শুরি নোঙ্লিবা মীয়াম (লৌমী শিন্মী) না সেম্মিৎলোনগী য়াঙলেন শরূনি, মখোয়গী য়াইফবনা সাইন্তিফিক সোসিএলিজমগী লম্বী যাৎকদৌবনি হায়বসিদা থাজবা থম্বা খৃৎই থোরকই।

থাঙ্গৈশেংবদি হৌজিক মতমগী মণিপুরী শৈরেং, ব্রাবীমচা অমসুং ফম্বাক লীলাশিংদা মীচমগী দষা উৎপা খৃৎইদি মরাং য়াম্না কায়বে। মসিমক্তি নুংঙাইনিংঙাইনি। প্রোগ্রেসিব লিতরেচববোমদা ঙামথবা খৃৎই অমা মশানা অদুমক ওইজে। অদুমকপু হাযরিবা খৃৎইশিং অসিবু খবা কৃপথনা নৈনববদি, মখোয অয়াম্বনা মীওইবগী সমস্যাবু হ্যুর্মেনিস্তিক অপ্রোচতা মীনুংশিগা লোযননা যেংবদগী হেন্দোক্কুনা, ক্লাস স্ত্রগলগী ব্রাংঙবোল খঙনা মীযামগী অপূনবা ঈহৌ শাগৎনবগী ঈঙ্গীৎ পীবা, মাঙদা উবিবা ইষ্টাব্লিসমেন্ট অসিবু অফবা সিষ্টেম অমনা মহুৎ শিন্দোকপগী তঙাযফদবদু উৎপা মখলগী খৃৎইদি খরা তাঙনা থোক্লি। পান্দম অসিদা খরা হেন্না নকশিনবা খৃৎইশিংগী মনুংদা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনগী ব্রাবীমচা "ইনে নৈপাক নৈ" মতম কুইনা প্রোগ্রেসিব খৃৎইগী নমুনাদা শীংথানিংঙাই ওইববা খুদম-চাংদম ওইনা লৈহৌবগদবা ব্রাবীমচানি হাযনীংই।

ফম্বাক লীলাগী লমদা জি.সি. তোংব্রাগী অয়াম্বা লালীশিংদা উবি অমনবা চৎনলোন, থাজনবী অমদি ফৎতবা হৈনবী লীচৎ শাজৎ (কবপসন্নচিংবা) বু লংশেক্কুনা, পুকচেল শেংনা শূব-নোম্বা কন্না খীং খীং লাউনা হিংবা; লৈঙাক্লোনগা খুন্নাইবোলগা খুজেং পালোয়নদুনা মবেক- মহাউ থোক্লা পানবা পুন্সি মহিং অমগী পাউজেল। অদুগা অরাম্বম সমবেন্দ্রগী লীলাশিংদসু, মরুওইনা নুপীনা মযাযদা থল্লগা, করিগুম্বদনা জোইন্ত ফেমিলিনা ময়াযদা থল্লগা, খুন্নাইসিগী ব্রাখল মীৎযেং অমসুং মাইন্দসেত হোংদোক্কুনা হেন্না অফবা খুন্নইগী মশক অমা শেমগৎনবগী মায়কৈদা মীৎযেং থম্লকই। অহোংবা হায়বসি পুবকপদা তঙায়ফদনা অনকনবেঙ্গনেল ওইবা এতিচুদ অমদি দাইনামিক ওইবা খোঙথাংদি চঙই হাযবা উৎনবা লাক্রে। মণিপুবী সাহিত্যগী শৈরেং ব্রারীমচা লীলা কয়া অমসু পায়খৎতুনা প্রোগ্রেসিবিজমদা কয়াম নকশিনবা নৎত্রগা মসিদগী কয়াম লাপথোক্লিবগে হায়বসি পুথোকপা মতম চারে।

উপন্যাসকী লমদদি প্রোগ্রেসিব খূৎইগী মশক-মশোন চঙবা খূৎইসি মণিপুরী সাহিত্যগী ওইনা খবা ব্রাৎনা উবি। যাম্লামক মশক থোকপা পোখোক লৈত্রবসু, মাযকৈসোমদা খবা নকশিনবা খূৎইশিং কবি কবস্থা লৈবিবগে হায়বদুদি যেংশিনবা যানা লৈবে।

অঙনবা মতমদা শীতলজিৎকী *ইম্থোকপা* উপন্যাসনচিংবদা প্রোগ্রেসিব আউটলূক্কী মমি খবমখৈ তাখি, অদুবু বেদিকেল ওইবা এতিচ্যুদতগী খবা লাপথোকখিবনা মবম ওইদুনা, আইদিএলিজমগী পাউজেল অমা পীবদগী হেন্দোক্লা সোসিও-কলচবেল দাইনামিক্সতা চঙদুনা মতীং লৈববা খূৎইগী যুম্ফম থোনবদি ঙমখিদে। শম্না হাযববা– কুনশুবা চহীচা হৌগৎলকঙৈদা নীংথিজনা খূমাঙ চাওশিনখ্রবা মালেমগী সাহিত্যগী যাওনগা চূননা, মণিপবী সাহিত্যনা বোমেন্টিসিজমদগী বিযেলিজম অর্মদি নিও-বিযেলিজমদা মপূং ফানা মায ওর্নশিনর্বদি ঙমখিদে। দা. কমলগী ফম্বাক লীলা *দেবযানী* অইবা মশা হিংলিঙৈদা নৎত্রগসু থেঙলবদা '৬০ গী মতম ফাওবদা ফোঙলম্লবদি মণিপুরী সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিব বাইতিংগী খূৎই যাম্না ফজনা মপান মবা তাবস্লসু যাই।

সাহিত্য নৈনবোলগী লমদসু নৈনবোযাশংনা মাযকৈসিদা যেংশিনবদি খবা ব্রাৎনা উবি। প্রোগ্রেসিব বাইতিং হাযবসি প্রোপগেন্দা সাহিত্যনি হাযনা মবাল থংজিনবগী মওং অমা উবিবা, এস্থেতিক্সতা মযাঙ কংবা খূৎই ওইনসু লৌনবিবা, অদুনা মবম ওইদুনা কলাগী পোখোক অমা ওইনদি মতম শাংনা কুইনা হিংগদবা ওইদেসু হাযনবিবা, নাকল অমবোমদনা অমুক– তুংকোইনা হিংবঙাক্লসু পূম্নমক্তগী মফবর্বনি হাযবদি লোজিক্কী মীৎযেংদা যাদ্রি, দাইলেক্তিকেল মেতবিএলিজমগী মীৎযেংদগী যেংবদদি 'হৌজিক' হাযবসিনা অফবা ওইদ্রবদি 'তুং' সু খক ফবোইদবনিনা হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা তঙাই ফদববু পীবিবা পোখোক (কলাগী) অদুসু থাদোকপ' যাদে হাযবসিনি। অসিগুম্বা মবৈ কযা অসি পানশিন্দুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পোখোকশিংবুসু নৈনবা নুংঙাইগনি। মাযকৈ সোমদা সাহিত্য নৈনবোযশিংগী থৌদাং চাউনা লৈবি।

## ব্রারোইশিন

প্রোগ্রেসিব সাহিত্যগী হিস্ত্রিকেল ইমপোবতেন্সতি যাম্লা ব্রাংনা লৈ হাযবসিমদি যেৎর্ননিঙাই ওইদ্রে। পুবাবীগী অকক্লবা তাক্কক অমনা ঈহৌ অসিবু কমদৌনা

ওইহল্লকখিবা, অমসুং ঈহৌসিনসু পুৱারীগী খোঙজেল অমদি মাইওন লেপ্পদা কবি করম্না থৌদাং য়াখিবা হায়বসিবুনি 'ঈহৌসিগী হিস্ত্রিকেল ইমপোবতেন্স' হায়রিবসি। অদুমকপু ঈহৌ অসিনা শিথখিবগী মবম অদুদি নৈননিংঙাই ওইরি। মার্ক্স অমসুং ইঙ্গেলসনা সাহিত্য হায়বসি দাইনামিক ওইগদবনি হাযরিবনিনা প্রোগ্রেসিব সহিত্যনা মতম মতমগী সমস্যাশিংবুসু থেংনবা ঙমফম থোক্তবরা? কনানা খঙবা হৌজিক ওইরিবা ফীভম (প্রোগ্রেসিব সাহিত্যনা মরাই চাযথবক্লিবা) অসিমকসু হেন্না ফবা প্রোগ্রিসিব মুবমেন্টকী অতোপ্পা ফেজ অমা লাক্লমদাইগী ত্রানজিসনেল পেবিযদ হাযবদু ওইবমবসু।

## মতেং লৌখিবশিং


তোম্বী সিংহ, নোংমাইথেম মার্ক্সবাদ অমসুং সাহিত্যদা, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮৫

Journal of India Writing in English (Jan-July 1995), Vol 23, No 1 & 2

Marx and Engels On Art and Literature Moscow Progress Publisher, 1978

Sahitya Akademi Encyclopaedia of Indian Literature Vol-IV, Delhi, 1991

Sahitya Akademi Indian Literature No 229, Delhi, 2005

Sahitya Akademi Indian Literature No 231, Delhi, 2005


*ৱাবেং অসি প্রোগ্রেসিব বাইটর্স এসোসিএসন মণিপুবনা শীন্দুনা মার্চ ১৪, ২০০৩ দা ইম্ফালদা পাঙথোকখিবা সেমিনাব অমদা লাস্থোকখ্রবা চেদগী অইবা মশানা খবা শেমদোক্লবনি। — ইদিটব*

# মণিপুরী থিয়েটরঃ মশাগী শক্তম থিরকপা

ডা. লমাবম গোজেন্দ্র

**হ্রাহৌদোক**

পীক্লবসু চাউববসু কনাগুম্বা জাতি নত্তগা কাওলুপ অমনা মশাগী শক্তম ঙাক্লা হিংজনিংবা মশানা তারবা হ্রাফম্লি। অপীকপা জাতি নত্তগা কাওলুপশিংদি মতম পূম্বদা অচৌবা জাতিশিংনা খুদুম চনশিনখিবদগী মশাগী শক্তম মাঙখিবা য়াবগী খুদোংথীবা আসি তত্তনা থেংনগল্লি। জাতি অমগী মশক হায়বসি জাতি অদুগী লোন অমসুং কলচবগী মপান তাংবনি। মণিপুরী জাতিসু অপীকপা কাওলুপ ওইরুবনা থেঙ্খ্যাং কয়াদা নাকল কযাদগী হায়জিল্লকপা ইথিলনা মশাবু কাউথোকহন্দুনা লাপ্লা পুবগী ফীভম অসি হেক হেক লাকই। অদুমকপু মশাগী লোল অমসুং সংস্কৃতিগী যুম্ফম চাউনা, চেংনা লৈজবা জাতি ওইবনা হায়জিল্লক্লিবা ইথিল ময়ামদু থিংনবা অমদি থেংননবা থৌনা ফনা হোৎনবক্তুনা মশাগী শক্তম মাঙদনবা মতাং কযাদা হোৎনদুনা অসুম লাকই। অদুবু মপান্দগী হুমজিল্লকপা হ্রাখল্লোন ময়াম্লা চবক-চহীং নাইবা মওং অমদা পুবক্তুনা পল্লেপফম খঙদবা মতাংসু যাওদবা নত্তে। ঐখোয়গী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিনা য়াম্লা ইনাকখুঞ্জনা, পূক্কে চাউনা মমাংঙৈদগী লৈজরক্লবসু, মওং তানা থিজিনবগী মতৌ অসিদি নোংচুপলোমগী শিক্ষা ফংলবা মতুংদনি, কুইদ্রি হায়বা যাই। মণিপুরী থিয়েটরসু হৌজিক্তি, ভারত্তা অমসুং পৃথিবীদা মিংচৎ থম্বা ঙম্লে। কহ্নাইলাল, রতন থিয়াম, লোকেন্দ্র অবাম্বমনচিংবনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা ঐখোয়গী ত্রেদিসনগী মচাক কয়া শীজিন্নদুনা মণিপুবী থিযেটবগী তোপ-তোপ্পা মশক তাকপা ঙম্লুরে। অদুবু মসিনা মণিপুরী থিযেটরনা মশাগী শক্তম থিবগী অবোইবা খোঙচৎ ওইবদি নৎত্রি। মশাগী খোঙফমদা চেৎনা লেপ্তুনা, মশাগী ওইজবা থিয়েটরগী মশক অমা, কায়াৎলোন (ড্রামাটর্জি) অমা, মীরমগী কায়াৎলোনগী মপান তাংদনা পুথোকপা ঙম্নবা চঙশিনবা তাবক্লি। হ্রাফম অসি অরায়বা নত্তে। অরুবা সমস্যা অমনি।

ভারত্তা শতাব্দী অমা চুপ্পা নোংচুপকী থিয়েটরগী নমুনাদা তাউরক্লবা মতুংদা নোংচুপকী মতৌ তম্বা তোক্তুনা ভারতকী থিয়েটরনা মশাগী শক্তম থিরকপা হৌরকই। হায়রিবসি বৃটিশকী লোইলম শাসন মখাদগী নাম্ভোক্লবা, নীংতম্বা মতুংগী

ৱাফম্নি। নীংতম্বা ফংদ্রিঙৈ মমাঙ কুনশুবা শতাব্দীগী অঙনবা শরুক্তা বেঙ্গলীদা রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা, হিন্দীদা ভর্টেন্দু হরিশ্চন্দ্রনা অদুগা মারাথিদা কিরলোসকবনা ভারতকী ওইবা মফোঙদোক, ইদিয়ম অমদা চঙশিন্দুনা নোংচুপতগী নাম্বোক্লবা থিয়েটবগী মশক অমা পুবক্লবা হোৎনখি। মসিগী মখা তাবদা বিয়োন ভাটাচার্য্য অমসুং সম্ভু মিত্রনচিংবনা ইন্দিয়ান পিপলস থিয়েটর এসোসিয়েসনগী খুখাঙদা ঈহৌ অসি শন্দোক্লবা হোৎনরকখি। চঙশিল্লক্লিবা খোঙজং অসি কট অমসুং ত্রেদিসন্দা চঙশিন্দুনা মদুগী মশক মওং অদু লৌবগা মতমগা চানবা অনৌবা থিয়েটর অমা থিবগী খোঙচৎনি। হান্নগী ত্রেদিসনেল থিয়েটরগী মশক অদু হিঙ্গৎহনবগী ৱাফম ঙাক নত্তে। অদুনা মশক নাইরবা ভারতকী ডিবেক্টবশিংনা, অইবশিংনা ভাবতকী ওইরবা থিয়েট্রিকেল ট্রেদিসন্দা-নাট্য শাস্ত্রদা অমদি লমদম লমদমগী ওইনা লৈরিবা কোক নাট্যগী মশকশিংদা চঙশিন্দুনা থিরকই অমদি মদুদগী মচাক লৌদুনা লীলা কয়া পুথোবকই। মসিনা নোংচুপ্তুগী নাম্বোক্লবা মশাগী শক্তম তোপ-তোপ্না লৈজবা ভাবতকী থিয়েটরগী মশক অমা পৃথিবীদা খঙহনবা ঙমখি।

মণিপুবদা নোংচুপকী প্রোসিনিয়ম থিয়েটবনা মরা তাপ্রবসু মশাগী শক্তম থিবকপগী লম্বীদি তপ্ন-তপ্না লাকপা হৌখ্রবনি। অদুবু অকনবা ঈহৌ অমা ওইনা লাকখিবদি য়াম্না থেঙনা '৭০ গী মতম অসিদগীনি। মদুদগী হৌনা হৌজিক ফাওবদা খোঙচং অসি চত্থরি। ৱাবেং অসিগী পান্দমদি মণিপুরী থিয়েটরগী খোঙচৎ অমা শন্নপ্না থমজবগা মশাগী শক্তম থিবকপগী খোঙজং, ঈহৌ অসিগী মাঙদা লৈবিবা সমস্যা অদু পুথোকপনি।

### *মণিপুরী থিয়েটরগী খোঙচৎ*

ঐখোয়না দ্রামা হায়না খঙনরিবা প্রোসিনিযম থিয়েটবগী মশক অসিনা লাক্ত্রিঙৈদা ঐখোয়গী লাইনিং-লাইশোল, রিচুয়েল হবাও কুম্মৈগা মরী লৈনবা পার্ফোমেন্স ত্রেদিসন অমা শাংনা লৈরকই, *লাই হরাওব* নচিংবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চঙলক্ত্রিঙৈ মমাঙগী অদুগা অমনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চঙলক্লবা মতুংগী *গোষ্ঠ, উদুখোল, গৌর লীলা, বাস লীলা, নট সংকীর্ত্তন, রামায়ন, মহাভারত* নচিংবা মাঙুবতা শান্নবা নাট্য মখল কয়া অসিনা ট্রেদিসননেল ওইবা মণিপুবী থিয়েটরগী মশক লৌরি। লাইনিং লাইশোন ধর্ম্মগা মবী লৈনবা নত্তবা থিয়েটর ফোর্ম খরা *ফাগি লীলা', মোইরাং পর্ব্ব, শুমাং লীলা* নচিংবা অসিসু থোরকখি।

মসিগী মতুংদা মনিং মখা তম্না লৈজবম্বা মণিপুবনা বৃটিশকী মখা পোন্দুনা খৃঃ কুম ১৮৯১ দগী লোইলম শাসন মখাদা লৈবক্লবা মতুংদা নোংচুপলোমগী প্রোসিনিযম থিয়েটবনা খোঙদাবক্তুনা থিয়েটবগী অচৌবা মাইওন অমা পীবকখি। ভাবত্তা প্রোসিনিযম থিযেটব চঙলকখিবা অসিগা মণিপুবদা চঙলকখিবা অসিগা যাম্না চাউনা খেন্নবা অমদি লৈবি। ভাবত্তনা ১৯শুবা শতাব্দীগী তঙ্খায চল্লকপা মতমদা সাহেবশিংনা মখোযগী শিক্ষা অমসুং কলচব শন্দোবকপা (কোলোনিযেল থিযেট্রিকেল কলচব) ওইনা পুশিল্লকখিবনি। অহানবা প্রোসিনিযম থিযেটব অসি ১৮৬০ ইংগী মতমদা বোম্বে অমসুং কলিকতাদা শান্নখ্রে। মণিপুবদনা সাহেবশিংনা মখোযগী বাযেল থৌদা অমসুং শীল্লম কযাদা মতেং পাংনবা, থবক তৌনবা পুবকখিবা বঙ্গালীশিংগী খুৎথাঙদনি। বঙ্গালীশিংনা হৌদোবকখিবা অনৌবা থিযেটব অসি লমদম অসিগী মৈতৈ কলাকাবশিংনসু যাম্না পাম্না লৌখি। খৃঃ কুম ১৯০২ দা *প্রভাস মিলন* ষ্টেজ শেমদুনা শান্নখি। চপ চাবা থিযেটব হোল লৈদুনা শান্নবকখিবদি খৃঃ কুম ১৯০৩ দা বামাচবণ মুখোপধ্যায বান্ধব নাট্যশালা লিংখৎলকপদগীনি। হৌবকপগী মতম অসিব্রাইদা শান্নখিবা লীলা বাংলা লোন্দা ঙাক্তনি। খৃঃ কুম ১৯১৮ দা থাইদেম নোংযাই সিংহনা *পার্থ পবাজয* মৈতৈলোনগী চপ চাবা মওংদা হন্দোক্তুনা শান্নখি। মদুগী মতুংদা অকোইজম অমুবী সিংহনা বাংলা নাটক *কন্থহাব* হাযবদুদগী শেমদোক্লগা *বিজয-মালতি* কৌবা দ্রামা অমা সমাজিক নাটক্কী মওংদা শান্নখি। মসিদগীদি মৈতৈবোন্দা দ্রামা হন্দোক্তুনা শান্নবগী ঈহৌ অসি কন্না লৈবকখি। মমাবোল নুংশিবগী ঈহৌ অমা হৌবকপনি হাযনা লৌবা যাই। মীগী মবোন্দা অমদি মীগী মবোন্দগী হন্দোকপা লীলাদা, মপান লমগী বাবীদা ঙাওদুনা লৈনকবা অদুদগী নাম্থোক্লিংবগী বাখল অমা কন্না ফাওনবকখি। অদুনা শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহাবাজগী ইথিন্দগী মৈতৈগী ব্রাবীদা যূম্ফম ওইবা, মৈতৈগী ওইজবা ফিজেৎ-চাকচেৎ, ব্রাঙাও শাঙাঙদা হেন্না নর্কাশনবা লাইবেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহনা ইবা *নবসিংহ* অসি খৃঃ কুম ১৯২৫ গী সেপ্তেম্বব তাং ৩০ দা গোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা ষ্টেজ শেমদুনা শান্নখি। খৃঃ কুম ১৮১৯ দা থোকখিবা চহী তবেৎ খুন্তাকপবু নৌহৌননা নীংশিংহন্দুনা অমদি নবসিংহগী মবৈবাক্কীদমক কখোকপা ঙম্বা থৌনা লিংজেল অদুবু উত্তুনা মীযামদা মবৈবাক মবমদম নুংশিবগী পাউজেল যেনবা ঙমখি। মসিনা থিযেটবগী মাযকৈদা মশাগী শক্তম থিবকপগী লম্বী মব্দ হুনখ্রে হাযনা লৌবা যাই। মসিদগীদি মথং মথং মবমদমগী ব্রাবীদা যূম্ফম ওইবা লীলা কযা ইনবকখি। শান্নবগী মওংসু মৈতৈগী ওইজবা লম্বীবোমদা চঙশিল্লক্লবা হোৎনখি।

খৃঃ কুম ১৯২৮ দা **য়াইস্কুল নুপীমচা স্কুল ড্রামা পার্টি** হায়বসিনা সোরোকখাইবম ললিত সিংহনা ইবা লীলা ***সতী খোংনাং*** শান্নখি। লীলা অসিদগী মৈতৈগী ওইবা ফিজোল চরিত্রশিংগা চানবা ফিজোল শেত্তুনা হেন্না রিয়েলিষ্টিক ওইবা খোঙথাং অমসু লাকখি। পার্টি অসিনা **মণিপুর ড্রামাটিক য়ূনিয়ন** ওইরক্লবগী মরূ হুনবা হৌখি। খৃঃ কুম ১৯৩১ দা মৈতৈশিংতগী ওইবা থিয়েটর সংস্থান ওইনা **মণিপুর ড্রামাটিক য়ূনিয়ন (এম.ডি.য়ূ)** লিংখৎখি। মদুদগী মথং মথং **এরিয়ান থিয়েটর** (১৯৩৭), **চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির** (১৯৩৬), **সোসাইটি থিয়েটর** (১৯৩৭), **রূপমহল থিয়েটর** (১৯৪৩) নচিংবা পার্মেনেন্ট থিয়েটর হোল কয়া লিংখৎনরকখি। লীলা ইবা কয়াসু থোক্লরকখি। অদুবু অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙ ফাওবদি বাংলাদগী হন্দোকপা লীলানা অয়াম্বা শান্নখি।

অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা মরূ হুনবা হৌরকখ্রবা মরৈবাক নীংবগী ৱাখল্লোন পাউজেনবা, লমদম অসিগী তাবুনুংদা লৈখ্রবা অরিবা ৱারী কয়া লৌখত্তুনা লীলা ইনবকপা অসি লাঞ্জাও মতুংদদি কন্না চৎথরকখি। খূদম ওইনা মরৈবাক নীংবগী ৱাখল্লোন য়েনবা মৈত্রম বীরগী ***বীর টিকেন্দ্রজিৎ,*** সিনাম কৃষ্ণমোহনগী ***মোনু থাঙ্গাল,*** ময়াংলম্বম বীবমঙ্গলগী **সনামহি কোলু** য়েখায়বা অসিনচিংবা। অদুগা অমরোমদা থায়নগী লোক সাহিত্যগী মচাক্তগী লৌখৎপা নুংশিরবা ৱারী কয়া শবাংথেম বরমণিগী ***হাওরং লৈশং শাফবী, কেগে লমজা, তোনু লাইজিংলেম্বী,*** হাওবম তোম্বগী ***তাম্না, পিদোনু, নুরা শাম্থলেম্বী,*** ময়াংলম্বম বীরমঙ্গলগী **হেঞ্জুনহা** অসিনচিংবা। হায়রিবা লীলাশিং অসি **এম.ডি.য়ূ, এরিয়ান** অমসুং **রূপমহল** না মায়পাক্লা শান্নরক্তুনা মীয়াম্না পাম্নবা লীলা ওইহনবা ঙমখি। মশাগী শক্তম থিরকপগী ৱাখল্লোন অইবশিং অসিদা য়াওরি হায়বদু লীলাশিং অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লি। থোইদোক্লা মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়নগী ফোক হায়না খঙনরিবা লীলা খূৎপুথোক্কী মওং প্রদক্সন ষ্টাইলদসু ঐখোয়গী হান্না লৈজরম্বা নেটিভ কলচরদগী মচাক কয়া লৌদুনা, ৱাঙাঙ-শাঙাঙদা, শাথেক-শাওংদা ঈশৈদা অহোংবা অমা পুরক্তুনা খৃঃ কুম ১৯৫২ দা বরমণিগী ***হাওরং লৈশং শাফবী*** উৎখি। মসি শেম্নবা হোৎনবদা এম.ডি.য়ু. গী এক্টব, ডিরেক্টর নিংথৌজম তোম্বী অমদি অইবা মশানা পেনা শকপা ওঝাশিং— মরু ওইনা চুংথাম মণিক, চিংথাম অহোংজাউ (মোইরাং পর্ব্বদা খম্বা শারম্বা) অনীগা তত্তুনা উন্নখি, নৈনখি। অদুগা অমুক মতমদুগী ডিরেক্টর জেনরেল এস. ললিত সিংহগা চূংশিন্নদুনা তান্নরগা পেনাগী শৈশক, মোইরাং পর্ব্বগী খোম্লোক খোলহায় কয়াদগী শুংদোক্তুনা শেম্নবা

ৱাঙাঙ-শাঙাঙ অদুগী মথক্তা খুৎলং-ঈশৈ জগোয়নচিংবা কয়াসু হাপচিন্দুনা হেন্না নুংঙাইনবা মশক অমা শাগৎখি। মখোয়গী হোৎনজমনগী মহৈসু য়ানখি। মীয়াম্না য়াম্না পাম্নবা লীলা ওইখি। ষ্টেজদা শান্নবা ফোক হায়না খঙনবা লীলাগী শক্তম অমা, মহাও অমা ফজনা থম্বা ঙমখি। লোযননা খৃঃ কুম ১৯৫৪ দা নই দিল্লিদা পাঙথোকখিবা নেসনেল ড্রামা ফেষ্টিবেলদা ফোক্কী কাঙলুপ্তা অহানবা মনা ফংলকখি। মশক নাইরবা থিয়েটর ক্রিটিক কয়ানা লীলা অসিগী তোপ-তোপ্পা শক্তম্ থাগৎনদুনা ইনরকখি। তুংদসু মসিগী মপৃথোক্তা লীলা কয়া এম.ডি.য়ু. না মখা তানা শান্নখি।

মায়কৈ অমরোমদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা ফংলুবা অমদি মখোয়গী সাহিত্য নৈনরুবদগী মদুনা ইথিল পীরক্তুনা খরা হেন্না পাক-চাউবা মীৎয়েং য়েংলক্তুনা মণিপুরী সমাজগী সমস্যা কয়াদা, পুন্সিগী হেন্না লুশিল্লকপদা মশক্তা মীৎয়েং থমদুনা ইনরকপা লীলা কয়াসু থোরকই। অদুনা মোর্দন মণিপুরী ড্রামাগী লময়ানবনি হায়না লৌনরিবা জি.সি. তোংব্রানা থিয়েটরগী অনৌবা মাইওন অমা হোংহল্লকই। সমাজগী সমস্যা কয়া নৈনবকই। মহাক্কী মখা তাবদা থোরকখিবা অরাম্বম সমরেন্দ্রনা মরু ওইনা মহাক্কী লীলা ***জজ্জ সাহেবকী ইমুং*** দা মশাগী কলচরবু কাউথোক্লগা, মীরায়রগা নোংচুপলোমগী চৎনবী লাইফ ষ্টাইলদা হেন্না থৱায় য়াওজবা কাঙবু অমসুং মশাগী কলচরবু নুংশিজবা, কঞ্জনিংবা কাঙবু অনীগী মূরুবা উত্তুনা ঐখোয় ইশানা ইশাবু শকখঙজনবগী ৱাহং তৌবা হৌরকই।

খৃঃ কুম ১৯৬০ গী মতম অসি সাহিত্য অমসুং থিয়েটরদা অনৌবা ঈহৌ অমা লাকপা মতম্নি। '৬০ গী লোইরমদাই মতম অসিদা মণিপুরী সাহিত্যদা মণিপুরীনেস থিবগী অনৌবা ঈরাং অমা লাকখি। মীঙোন্দগী পৃবা নত্তবা লমদম অসিগী ঈশিং-নুংশিত্তগী শাগৎপা, মণিপুরগী মরমচৎ চেনবা সাহিত্যগী মশক অমা লৈফম থোকই হায়বসিদা কন্না চঙশিন্নরকখি। মসিগী ইথিল মণিপুরী থিয়েটরদসু লাকখি। অহোংবা ৱাখল অসিগা লোয়ননা কাহ্নাইলাল থোরকখি, **কলাক্ষেত্র** (১৯৬৯) পোকখি। '৬০ গী লোইরমদাইদগী হৌরকখিবা নোংলৈ অসিনা '৭০ দদি অকনবা ঈচেল ওইনা চেন্থখি।

## অনৌবা থিয়েটরগী খোঙচৎ অমসুং মশাগী শক্তম থিরকপা

কুনশুবা শতাব্দীগী হৌরকপদগী ফনা শাংনা চহী ৭০ রোম চত্থরক্লবা মতুংদা নোংচুপকী য়ূস্ফমদা শাগৎখিবা প্রোসিনিয়ম থিয়েটর অসি খৃঃ কুম ১৯৭০ দগীদি অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। লোয়ননা ট্রেদিসন অমসুং রুটতা চঙদুনা মশাগী

শক্তম থিরকপগী খোঙজং অমা ভারতকী মফম অতৈদা লাকখিবদু মণিপুরী থিয়েটরদসু মতমসিদা কন্না য়ৌরকখি। মতমসিদা থোরকখিবা মরু ওইবা ডিরেক্টর খরদি— হৈস্নাম কান্হাইলাল, রতন থিয়াম, পুখ্রম্বম শামু, সনখ্যা ইবোতোম্বী, লোকেন্দ্র অরাম্বম অসিনচিংবা অসিনি। মখোয়গী লীলাগী মশক অমসুং মখোয়না ট্রেদিসনবু করম্না য়েংলিবগে, শীজিন্নরিবগে হায়বদু য়েংবা য়াই।

কান্হাইলালনা মহাক্কী লীলা *তম্নলাই* দা হান্নগী লীলা খুৎপুথোক্তগী ঈখায় অমা পীরকই। মসিগী মতুং বাদল সরকারনা ১৯৭৩ দা লাকখিবদগী অমদি মাগী *স্পার্টকস* পুথোকখিবা অদুদগী থিয়েটরগী য়াওল অমা লাকপদা য়াম্না চাউনা ইথিল পীখি। ৱাহৈ যাম্না শীজিন্নবগী মহুত্তা হকচাংগী শাথেক শাওংনা লোন ওইনা শীজিন্নবগী মফোঙদোক ফিজিকেল, নন-ভর্বেল থিয়েটরগী মওং অসিনি। বাদল সবকারগা থেংনরুবদগী কান্হাইলালগী লীলাগী মাইওনসু হোংলকখি। ফিজিকেল ওইবা নন-ভর্বেল থিয়েটরগী মায়কৈদা ***কবুই কৈওইবা*** (১৯৭৩), **ইম্ফাল '৭৩** (১৯৭৪), ***খোমদোন মৈরৌবি*** (১৯৭৪), ***পেবেত*** (১৯৭৫), ***লাইগী মচাশিংগা*** (১৯৭৭), ***থম্বালনু*** (১৯৭৭), ***হুরানবগী ঈশৈ*** (১৯৭৮) অসিনচিংবা। মসিদগী সাহিত্যনা থিয়েটরদা চাউনা থৌদাং লৌবম্বা মওং অদু হোংলকখি। অসিগুম্বা লীলাগী খুৎলাম্থোক অসি শাগৎপদা কান্হাইলালনা মণিপুরগী হান্নদগী লৈজরিবা মার্সিয়েল আর্টস, রিচুয়েল অমসুং ফোক পার্ফোর্মেন্স কয়াদগী মচাক লৌদুনা শীজিন্নরকই। লোয়ননা প্রোসিনিযম থিয়েটরগী অফা-অপুন্নবা লীলা শান্নফমদগী নাম্থোক্তুনা ভাবক্কা হেন্না নকশিন্নবা, ওপন স্পেসতা শান্নবগী অপাম্বা লৈরকখি। ঐখোয়গী ট্রেদিসন্দা মীৎয়েং কুপ্না য়েংদুনা চঙশিল্লকপগী খোঙথাংনি। লমদমসিগী থিয়েটরগী মশাগী ওইবা শক্তম অমা থিবা হৌবকপনি। মাগী লীলাদি হকচাংগী শাথেক্না ফোঙদোকপা ফজববা শৈরেং অমনি। মণিপুবী থিযেটরদা মহাক্কী চাউরবা শীংথানিংঙাই ওইরবা খুদোল অমনি।

ঐখোয়গী ট্রেদিসন্দা চঙশিল্লক্তুনা লীলা পুথোবক্লিবা ডিরেক্টর অমনা রতন থিয়ামনি। নেসনেল স্কুল ওফ দ্রামাদগী থোরক্লগা খঃ কুম ১৯৭৬ তা কোরস বিপর্টরী থিয়েটর লীংখত্তুনা লীলা কয়া পুথোরকই। মরু ওইনা মহাক্না বৈষ্ণব থিয়েটর ট্রেদিসনগী নট সংকীর্ত্তন, মার্সিয়েল আর্ট, থাঙ-তানচিংবা কয়াগী মচাক লৌদুনা শীজিন্নে। মহাক্কী লীলা ***উচেক লাংমৈদোং*** (১৯৭৯), ***লৈমা য়েংলিঙৈ খুনু কাবা*** (১৯৮১) নচিংবা অসি মৈতৈগী ফোকলোরদগী লৌখৎপা লীলাশিংনি। মহাভারতকী ৱারীদগী লৌখৎপা ***চক্রবৃহ, উরুভঙ্গম, কর্ণভরম*** না ত্রিলোজি ওইনা

শেমদুনা ত্রেদিসনগী মচাক কযা লৌদুনা পুথোকপা লীলা ময়াম্না যাম্না পাম্নবা ওইখি। থোইদোক্না **চক্রবৃহ্** লীলানা হেন্না পাম্নখি। লোযননা পৃথিবীগী ওইবা এদিনবর্গ ফেষ্টিবেলদা এৱার্দ অমা ফংখি। মসিনা ভাবতকী থিযেটবগী শক তাকপা ঙম্বা লীলা অমসু ওইখি। লৈ পবেং লেংবা হৈবগী গুণ, ফজখ্রবা নাচোম অমা শেম্বা হৈবগী হৈশিংবা, মাষ্টব ক্রাক্টসমেন অমা ওইবগী গুণ অদুতনা মাগী লীলাশিং মীৎ থক্না নুংঙাইহনবা ঙম্মী।

লোকেন্দ্র অবাম্বমসু মহাক্কী লীলাশিং-- ***১৮৯১*** (১৯৭৫), ***ইরাবত*** (১৯৭৬), ***খুমন চাখা মোইবাং ঙম্বা*** (১৯৮২), ***নুমিৎ কাপ্পা*** (১৯৮৪) অমসুং ***ফৌওইবী লাংওন*** (১৯৮৫) নচিংবদা ত্রেদিসনগী মচাকশিং শীজিন্নে। অদুবু মহাক্কীদি বৈষ্ণব ত্রেদিসনগী মমাঙগী অবিবা মৈতৈ কলচবদা যুম্ফম ওইবনি। লোযননা লমদমসিগী সমাজগী অমদি বাজনীতিগী সমস্যা কযা অদু উৎথোক্লবা লাক্লবদা অনৌবা বাজনীতিগী নুংফাও (পোলিটিকেল সেন্সিবিলিটি) অমা থিবগী খোঙচৎতা মদুগা চানবা ত্রেদিসনগী মচাক অদু লৌখৎপতনি।

ত্রেদিসনগী মচাকপু খোঙ্গুল তানা থিজিন্দুনা শীজিন্নবিবা ডিবেক্টব অমনা সনখ্যা ইবোতোম্বীনি। নেসনেল স্কুল ওফ দ্রামাদগী থোবক্লগা মহাক্কী গ্রুপ আওাঁ গার্দতা অমদি অতৈ গ্রুপ্তা নোংচুপলোমগী অমদি ভাবতকী অফাওবা লীলা কযা - ***ৰেতিং ফোব গোদো*** (১৯৭৬), ***কৌকাসিয়ান চোক সার্কল*** (১৯৭৮), ***সাম্ভতা কোর্ট চালু আহে*** (১৯৭৭), ***অন্ধযুগ*** (১৯৭৬), ***লেহবোংকী রাজহঁস*** (১৯৭৮), ***বাকী ইতিহাস*** (১৯৮০), ***আধে আধুরে*** (১৯৮১) পুথোক্লুনা উৎখি। এপিক থিযেটবগী নমুনাদা পাচা মীতৈগী ***না তাথিবা অহল অমা*** (১৯৭৩) অমসুং ***তোনু লাইজিংলেম্বী*** (১৯৮৫) মণিপুবগী ত্রেদিসনগী মচাক লৌদুনা শাগৎখিবা, পুথোকখিবা লীলাশিংনি। মহাক্কী ***অভিজ্ঞান শকুন্তলম*** অমদি **নোংমা ইঙাদা** মণিপুবগী নট সংকীর্ত্তন অমসুং বাস লীলাগী ফোর্মেটতা পুথোর্কখিবা লীলানি।

নহা ওইনা লৈখিদ্রবা পুখ্রম্বম শামু '৭০ গী মতমদা থোক্লর্কখিবা প্লেবাইট ডিবেক্টবশিংগী মনুংদা শীংথানিংঙাই ওইবা অমনি। মহাক্কী লীলাশিংদসু ত্রেদিসনগী মচাক শীজিন্নদুনা মশাগী শক্তম থিবকপগী খোঙজং যাওবি। মহাক্কী ***কংলা চেকখায়বা, থমায়খ্রবা ঈ, অতুম্বা মৈগী চীং*** অসিনচিংবা অসি পনবা যাই। মহাক্কী লীলাগী শকওংদি মপান্থোংগী ওইবা অচুম্বা অদু নত্তবা নুংগী ওইবা অচুম্বা

অদু পুথোকপনি, উৎপনি। নন-রিয়েলিষ্টিক ওইবা মওংদনি। অদুনা মহাক্না মহাক্কী লীলাবু 'থিয়েটর ওফ দি ইন্নর ক্রথ' হায়না থোল্লি। মহাক্কী থিয়েটর মওং অসি শাগৎপদা নোংচুপলোমগী মোর্দন থিয়েটরগী ব্রাখল্লোন চঙলম্বদি য়াই হায়ববু তশেংনা মসিগী মচি (ইসেন্স) অসিদি মীতৈগী ব্রাখল্লোন্দা ফংলিবা— তাইবংপান অসি লাই অমনা শেম্মী অদুনা তাইবং মীওইবগী মনুংদা ঈশ্বরগী মশক অসি লোত্তুনা লৈ। লোত্তুনা লৈরিবা ঈশ্বর অসি ইন্নর ক্রথনি। অদুনা থিয়েটর ওফ ইন্নর ক্রথকী মতেংনা মীওইবগী নুংগী মশক অদু থিবনি। মীতৈগী ফোক দান্স, ফোক সোং, জগোয় ঈশৈ পূম্নমক তাইবং মপুগী নুংগী মশক খঙনবা হোৎনবনি হায়বসিদা চেৎনা থাজখি। মহাক্না মীতৈগী ওইবা মরমচৎপু থিজিন্দুনা মহাক্কী লীলাগী মপুথোক্কী মচাক ওইনা শীজিন্নখি।

হায়রিবা প্লেরাইট ডিরেক্টরশিং অসিগী মতুংদা লাকখিবা অইবা কয়া, ডিরেক্টর কয়ানসু মখোয়গী লীলাশিংদা ত্রেদিসনগী মচাক শীজিন্নদুনা লীলা কয়া পুথোক্লরকখি। লোয়ননা নোংচুপ অমসুং ভারতকী মপান তাংদবা লমদমসিগী ওইবা থিয়েটরগী মশক অমা শেমগৎকদবনি হায়বসিদা পূক্নিং থিংজিন্নরকখি। '৮০ গী মতমদদি বিসর্চ ওবিয়েন্টদ ওইবা প্রোজেক্ট কয়া ফোর্দ ফাউন্দেসন, ডিপার্টমেন্ট ওফ কলচরনচিংবদগী পৈশা পীথরক্তুনা পায়খৎনরকখি। ঐখোয়না নোংচুপলোমগী অমসুং ভারতকী এস্থেতিক্স অমসুং দ্রামাটর্জিদা মপান তাংবগী মহুত্তা ঐখোয়গী ওইবা এস্থেতিক্স অমসুং দ্রামাটর্জি অমা পুথোক্কদবনি হায়বসিদা থিয়েটর ব্রার্করশিংগী মীৎয়েং থম্নরকই। অদুবু হৌজিক ফাওবদি মদুগী পান্দম ফংবা ঙমদ্রি। মতম কুইনা মরা তাশিনখ্রবা নোংচুপলোমগী অমসুং ভারতকী লীলা কায়াৎলোনগী অমসুং নৈনরোলগী য়ুম্ফম মনুংদা লৈনা লৈনা ইশাগী শক্তম থিবা ওইনা তৌরি। মসিদগী মপান থোক্লগা য়েংবা ঙমদ্রি।

## মশাগী শক্তম থিরকপদা মণিপুরী থিয়েটরনা হৌজিক থেংনরিবা সমস্যা

মণিপুরী থিয়েটরনা ভারত অমসুং পৃথিবীগী মফম কয়াদা মশক খঙহনবা ঙম্লে। ঐখোয়গী মফম ফংলে হায়দুনা চাউথোকচবা পোকচৈ। অদুবু তশেংনমক ঐখোয়গী তোঙানবা থিয়েটরগী মশক অমা পুথোক্লবগী লম্বী অদুদি লোইখিবা নৎত্রি। চঙশিনগদবা য়াম্না ব্রাৎলি। ত্রেদিসনগী মচাক লৌদুনা শীজিন্নবা হায়বসি য়াম্না লুবা ব্রাফম অমনি। হৈ-লৈগুম পৎ পৎ থত্তুনা ঙাইহাক্কী মীৎকী কুম্মৈ ওইনবা ফোর্ম ওইনা শীজিন্নবদু নত্তে। মসিগী ব্রাফম অসি মণিপুরগীতা নত্তে ভারতকী ওইনসুনি। অদুনা মখাগী ব্রাফম অসি তঙাইফদনা থোবকই—

'ত্রেদিসনগী ওইবা মচাক ফোক ফোর্ম শীজিন্নবা তারবদি ফোর্ম অদুগী ব্রাংমদা চত্তুনা হেন্দোক্লা পাক-চাউবা মীৎয়েংদা, হৌরকফম মরু, সংস্কৃতিগী য়ুম্ফম, মদুবু ওইহল্লক্লিবা শেল্লক্লিবা চৎনবী, ফীভম কয়া অদুগী অপূনবা মশক অদু কৃপ্লা নৈনফম থোকই' হায়বসিনি।

হৌজিক মণিপুরী থিয়েটরগী মরুওইবা মীওই খরনা মশাগী শক্তম থিরকপগী, ত্রেদিসন্দা চঙশিল্লকপগী খোঙজং অসিদা ফোঙদোক্লিবা মত, ব্রাফম অসি মাঙদা থমদুনা য়েংবা য়াই।

...ফিলোসোফি য়াওদনা ঐখোয়গী ইশাগী শক্তম থিবা হায়বসি কৈদৌনুংদা মপূং ফাবা ওইবোই। ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সিদা, ঐখোয়গী হাকথেংনরিবা অশেংবা মশক (রিয়েলিটি) করম্লা য়েংলিবগে ? ঐখোয়না মসিবু ঐখোয়গী থিয়েটরদা মতৌ করম্লা মরী লৈনহল্লিবগে ? ঐখোয়না ইন্দিভিজুয়েল অমসুং কল্লেক্টিভ লেভেলদা ফিলোসোফি অমা দরকার ওইরকই। ত্রেদিসনবু ঐখোয়না মপানগী মীওইশিংগী মতকী মীৎয়েংদা (আউটসাইর্দস পোইন্ট ওফ ভিয়ু) পাদম লাক্তুনা য়েংই। মরমদি থিয়েটরবু ঐখোয়না নোংচুপলোমগী নৈনরোলদা তাংদুনা খঙলুবননি। প্রোসিনিয়মগী পনখৈ মনুংদা ত্রেদিসনবু য়েংবসি তোক্কদর্বনি।... *—হৈস্নাম কাহ্নাইলাল*

...ঐনা হৌজিক ত্রেদিসনগী মচাক শীজিন্নবা তারবদি চহী কয়া চঙই— মরমদি মদুবু মচেৎ-মচেৎ শেগায়দুনা কৃপ্লা য়েংবা তাই। হন্না হন্না য়েংবা তাই, গুরুশিংদা চত্তুনা মখোযনা প্রাক্টিস তৌবগী মওং, মখোয়না এক্টরশিংগা লৈনবা মবী. ত্রেদিসনেল স্পেসকা মোর্দন থিয়েটরগী স্পেসকা লৈনবা মরী নৈনবা অমদি ইনর্জি কবম্লা শীজিন্নবগে হায়বনচিংবা কয়া অসিদা পূক্লিং কন্না লৃপশিনবা তাবনা মতম কুইনা চঙই। *—রতন থিয়াম*

...ঐখোয়গী খোঙফমদা চেৎনা লেপ্তুনা ঐখোয়গীতা ওইজবা অনৌবা মতীকচাবা থিয়েটর অমা শেমগৎপা তাই। *— সনখ্যা ইবোতোম্বী*

...অসিগুম্বা সমাজগী লুরবা তানফম অসিদা এথনিসিতি অমসুং রুটপু থিবগী ব্রাফম অসি ঙাক্তনা ওইবা য়ারক্তে। ঐখোয়না থেংনরিবা সমস্যা, সোসিয়েল টেন্সন, লমদমসিগী মীওইশিংগী পুন্সিদা ফাওরিবা চৈনা কয়া অসিবুসু মুন্না পূক্লিং চিংশিনগদবনি। ত্রেদিসনবু শীজিন্নরবসু হৌজিক্কী ওইরিবা পুন্সিগা মরী লৈনহনগদবনি। লাপথোকখিগদবা নত্তে।

*— লোকেন্দ্র অরাম্বম*

...হৌজিক ঐখোয়গী মাঙদা লৈরিবসি ঐখোয়গী ত্রেদিসন শীজিন্নরগা ঐখোয়গী ভাবক্তা হেন্না শক্তি লৈবা অনৌবা মওংদা পাউ ফাওনবগী খোঙচৎনি। ...হৌজিক মণিপুরী মীয়ামগী পুম্নিবু মশক মুন্না খঙবগা লোয়ননা ত্রেদিসনবু খঙনা-হৈনা-শিংনা অমদি ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা শীজিন্নবা ইথনোড্রামাটর্জি খৌরাংনা ঙাইহিরি। —*নোংথোম্বম প্রেমচান্দ*

...কাহ্নাইলালগা রতনগদি মাঙজিন থানা চেকশিন্না চঙশিল্লি। নহারোল ডিরেক্টরশিংসু ফৈ অদুবু করিগুম্বা মতমদা মখোয় সুপরফিসিয়েল ওইরকই। ত্রেদিসনগী মচাক খরা লৌরগা হেক্তা থমজিনবগী হৈনবী য়াওরকই। বিচুরয়েল হায়বসিদি য়াম্না দিপরুটেদ ওইখ্রবনি। অদুনা মসিদা মরেপ লুথনা চঙবা ঙমদ্রবদি কৈদৌঙৈদসু ঐখোয়গী ত্রেদিসনগী মনুংদা লৈরিবা অচুম্বা অমসুং ফজবা মশক অদু খঙবা ঙম্লোই। --*এলাংবম নীলকান্ত*

...অনৌবা মতমগী ওইবা থিয়েটরগীদমক্তা ঐখোয়না লোক নাট্যগী মচাকশিং শীজিন্নগদৌরিবা অসি হান্না লৈজরম্লবা ফোক্কী মওংশিং, মপানগী ওইবা মশক অদু নত্তে। লোক নাটগী মনুংদা পক্লুনা লৈরিবা মথ্বাই, মতীং, রিদম, মচি, হিংনবগী মপাঙ্গল শক্তি (ইসেন্স, ভিটলিটি) অদুগী মওং চুম্না শীজিন্নদুনা শেমগদবনি।" —*নোংমাইথেম তোম্বী*

## ব্রারোই

মথক্কী থিয়েটরগী শক্লাইরবা মীওইশিং অসিগী মফোঙদোকশিং অসিদগী খঙবা ঙম্বদি ঐখোয়না ইশাগী ওইজবা থিয়েটরগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অমা শেম্বগী লম্বী অসি চঙশিনগদবা য়াম্না ব্রাংলি হায়বসিনি। অদুনা মাঙদা তাদুনা লৈরিবা সমস্যা কয়া অসি পূন্না নৈনমিন্নদুনা কোকহন্নবা হোৎনবগী তঙাইফদবা লৈরি। অমরোমদা ইশাগী শক্তম থিবা, কলচর অমসুং ত্রেদিসনগী মশক অমা থিজিন্নবগীদমক ফন্দিং এজেন্সি কয়াদগী পৈশা ময়াম তান্নবদা ঙাওনখিবদগী রুটিন ব্রার্ক খরা পাঙথোক্লবদগী হেন্না মরেপ লুথনা চঙবা ঙমদ্রে হায়বা কনাগুম্বগী মতসু কন্না লৈনরি। পূন্নমক অসিগী অচুম-অরান নৈনদুনা মণিপুরী থিয়েটর ব্রার্করশিংনা খোঙজং হেন্না কন্না চঙশিনফম থোক্লি।

## মতেং লৌখিবা লাইরিক অমসুং চেফোঙশিং

### লাইরিক

১। উপেন্দ্র, তেলেম (সম্পাঃ)
*মণিপুর দ্রামাটিক য়ুনিয়নঃ ঙরাং অমসুং ঙসি,*
এম ডি য়ু, ইম্ফাল, ২০০০

২। তোম্বী নোংমাইথেম ঃ
*মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা,*
ভি আই পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, ১৯৮৫

৩। শ্যামসুন্দর সিংহ অয়েকপম ঃ
*মণিপুরগী শুমাংলীলা অমসুং থিয়েটর,*
মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল, ১৯৮০

৪। Banerjee Utpal K (ed.) :
*Bengal Theatre 200 Years,*
Publication Division, Ministry of Information & Broadcasting, Govt. of India, 1999

### চেফোঙ

৫। নীলকান্ত সিংহ, এলাংবম (সম্পাঃ) ঃ
*মণিপুবী থিয়েটরঃ সোভিনীর, ওল মণিপুর থিয়েটর কনফরেন্স,*
থিয়েটব সেন্টর, মণিপুর, ১৯৬৮

৬। সমরেন্দ্র অবাম্বম, অক্ষয়কুমার ময়েংবম (সম্পাঃ) ঃ
*ডাইমণ্ড যুব্লি সোভীনীব, এরিয়ান থিয়েটব,*
এরিয়ান থিয়েটর ডাইমণ্ড যুব্লি সেলেব্রেসন কমিটি, ইম্ফাল ১৯৯৬

৭। Katyal Anjum (Ed ) ·
*Seagull Theartre Quarterly,*
Issue 14/15 June/Sept. Seagull Foundation for the Arts, Calcutta, 1997

৮। Jain Nemi Chandra (Ed ) ·
*Sangeet Natak,*
No. 77-78, July-Dec. 85,
Sangeet Natak Akademi, New Delhi, 1985

*(সোরোকখাইবম ললিত সিংহ বার্থ এনিভসরী সেলেব্রেসন কমিটি অমসুং মণিপুর দ্রামাটিক য়ুনিয়ননা যাবিবদগী)*

# প্রোগ্রেসিব লিটরেচরগী মীৎয়েংদা মণিপুরী সাহিত্য

আর জে মীতৈ

প্রোগ্রেসিব লিটরেচর হায়বসি প্রোগ্রেসিব হায়বদি মাঙলোমদা চঙশিনবা নৎত্রগা মহৌশাগী ফীভমদগী খূমাঙ চাওশিন্না চঙশিনবা (advancing of the nature of onward motion) অমদি লিটরেচর হায়বদি সাহিত্য হায়বা ৱাহে অনীসিনা পূনশিন্দুনা শাগৎপনি। মাক্সিষ্ট লিটরেচরদা মতম লেন্নবা তৌবা সাহিত্য নৎত্রগা কলাগী মফম লৈতে। প্রোগ্রেসিব লিচবেচরবু অসুম্না মশক তাক্লুনা হায়–

> *...it required that literature should be 'progressive' and should display a progressive outlook on society. This necessitated forms of optimism and realism. Moreover, doctrine demanded that literature should be acessible to means*
>
> *(Cuddon 1998: 493)*

প্রোগ্রেসিব লিটরেচর হায়বসি মাক্সিষ্ট কৃতিসিজমগী সাহিত্যগী মীৎযেংদগী থোবকপনিনা মাক্সিষ্ট লিটবেচবগী মীৎযেং খরা যেংশিনফম থোকই। মাক্সিষ্ট কৃতিকশিংনা সাহিত্যদা সোসিএলিষ্ট রিএলিজম হায়বসি পুবকখিবনি। Hungariar Georg Luka'cs (1885-1971) বু ইহান-হানবা মাক্সিষ্ট কৃতিকশিংগী মনুংদা কি ফিগবনি হায়না শীংথানৈ। মহাক অমসুং মাগী তুংইনবশিংনা ফোর্মেলিজম, ফ্যূবিজম এপিক থিএটবনচিংবা ইনোভেটিভ থিওবীশিং অমদি ডেভলপমেন্টশিংবুদি যাই। *ফ্রেঙ্কফর্ট স্কুল ওফ মাক্সিষ্ট এস্থেটিক্স* হাযবসি ১৯২৩ দা লিংখৎখিবা *ইন্সটিট্যুট ওফ সোসিএল রিসার্চ* গা এসোসিএট তৌবগা লোয়ননা ফ্রেঙ্কফর্ট যুনিভর্সিটিদা এফিলিট তৌখি। Theodor Adormo না থিওবী শাগৎপগী মাযকৈদা মায়পাক্লা চঙশির্নখিবগা লোয়ননা হায় *সাহিত্য হায়বসি সমাজগী রিযেলিটিগা হকথেংননা মরী লৈনদে।* মহাক্লা সাহিত্যদা মোফর্নিজম হায়বসি যাবস্মী মবমদি মসিদা রিয়েলিটিগা দিস্টেন্সদ অমা লৈ লৌরস্মী। রিয়েলিটিগী জ্ঞানসি সমাজদগী নাকোযননা ফংবনি হাযরদুনা কলা হাযবসি অওইবা তাইবঙগা তাইওন্নবা জ্ঞাননি।

মাক্সিষ্ট কৃতিক Walter Benjamin না মীযাম্না সিয়ার তৌরিবা *মাস কলচর* বু উৎনবা হোৎনগদবনি হায়রদুনা সাহিত্য নৎত্রগা কলাদা বুর্জ্জুৱাগী এলাইটিজম অমদি রিচ্যুএলবু ইলিমিনেট তৌখ্রগা লৈঙাক্লোনগী ওইনা য়াকাহনবদা মতেং ওইহনগদবনি লৌবম্মী। মহাক্না কলা অমসুং সাহিত্যগী খূলাম্থোক অমদি কলাগী শাফৃশিংদগী কলাগী অচুম্বা মশক সমাজ অমদি শেল-থুমগী মায়কৈদা মীৎয়েং থিংজিনগদবনি হায়বগা লোয়ননা কলানা য়াংনা হোৎলক্লিবা সমাজগী খোঙচৎকা কলাগী পোত্থোক্কা লৈনরিবা মরীদা শাফ্ পীরম্মী। মহাক্না মসিমসু পান্নম্মী মদুদি সিনেমা, ড্রামা, রেডিও অমদি ফোটোগ্রাফশিংদা লাইরিক লাইশু হৈবা ইনাকখুনবা মীশীং য়ামদ্রবা কাঙবুশিংগী মরমদা হেন্না উৎপা তোক্কুনা লায়রবা লৌমী-শীম্মী, মীচম মীযামগী পুন্সিগী শক্তম য়েকপদা মরুওইনা লৌগদবনি। মাক্সিষ্ট লিটরেরী থিওরী শাগৎপশিংগী মনুংদা বোমানিযান কৃতিক Lucien Goldmann হাযবসিনা পুর্নাশিল্লকখিবা *হোমোলোজিজম* হাযবা তার্ম অসিমক্তি মপূং ওইনা নেচবেল সাইন্সদা কন্সেপ্ট অমবু মশক তাকপদা শীজিন্নে। খুদম ওইনা ঙাগী মশাইগুপ্ন চিংবা মশাশিং, উচেক্কী মশা শাগল অমদি মেমেলগী ফোরলিস্বশিংদু হোমোলোগোস ওই হাযবদি মদুনা মখোয়গী হকচাংবু শাগৎপদা মশাগা চাং চান্নবা মওং অমদি হৌবকফমসু মান্নবা ওই। Goldmann গী 'হোমোলোজিজম' দা হায়রিবদি সাহিত্য হায়বসি আইদিযা অমদি সমাজগী মীয়ামগা ষ্ট্রকচরিএল ওইনা পবীং নাইবা মওংদা চথৈ হাযবসিনি। অদুনা সাহিত্য হাযবসি কনাগুম্বা জিনিয়সম অমগী পোত্থোক অমা নত্তে, মসি মীওই কাঙলূপ নৎত্রগা ক্লাস অমগী ব্রাখলগী ষ্ট্রকচবদগী লাকপনি হায়বসি। Goldmann না মহাক্কী সাহিত্যগী ব্রাখল্লোনশিংসি 'The Hidden God' (1964) হায়বসিদা মচা খাইনা নৈনবম্মী। মহাক্না ত্রেডিসনেল মাক্সিষ্টশিংগী ব্রাখল্লোন্দগী খেন্নবা মওংদা ফ্রান্সকী ফিলোসোফর Lonis Altheusser (1918 – 1990) গী ব্রাফম অচৌবা সাহিত্যগী খূৎই হায়বসি করিগুম্বা ব্রাখল্লোন খরা ফোঙদোকপা নত্তে। নৎত্রগা রিয়েলিটিগী কন্সেপচ্যুএল অন্দষ্টেন্দিং অমা পীনবা হোৎনবসু নত্তে হায়না লৌরম্বদু যাবগা লোয়ননা সাহিত্যবু ইডিওলোজিকেল ফোর্স অমা ওইনা লৌদুনা ইডিওলোজিনা সমাজদা করম্না থবক তৌবগে হায়বদু উৎনবা হোৎনবনি হায়বগা লোয়ননা Jacques Lacan গী সাইকোএনালাইটিক থিওরী ফাওবা কোনশিন্দুনা যেংননবা হোৎনরম্মী।

Althusser গী মতুং ইনবা Pierre Machercy 'A Theory of Literary Production' (1966) দা মহাক্না আইডিয়া অমা লিটরেরী টেক্স অমদা য়াওরিবদু ফোর্ম অমদি ফিক্সন্দা ইডিওলোজিগী অহাংবা নৎত্রগা শম্নদবা অমা টেক্স অদুদা য়াওই হায়বদি ফোঙদোক্তবা ৱাফম অমা লৈ হায়না লৌবম্মী। হায়বিবা অহাংবা নৎত্রগা শম্নদবা অসি টেক্স অদুদা লোন্না থুপ্না লৈবতা নত্তনা ৱাখল্লোনশিংগী মূক্ন বশিং অদুসু উৎলকই। অৱাৎপা অসি টেক্স অদুগী মনুংদা অনকন্সিয়স ওইনা নমশিন্দুনা লৈবনা কনফ্লিক্ট অসি টেক্স অমদি টেক্স অদুগী ইডিওলোজিগী মচাক শিংগী মনুংদা লৈ। Macherey গী মীৎয়েং অসিনা মাক্সিষ্ট কৃতিসিজমদা টেক্স মনুংদা যাওরিবা সাইলেন্স অমদি টেক্স অদুদা য়াওবিবা অনকন্সিয়স কন্টেন্ট অদু মরোল থোকহনবগা লোয়নননা মদুবু সব-টেক্স হায়না মমিং থোল্লম্মী।

ইংলিসকী অহানবা মাক্সিষ্ট কৃতিক্তি christopher can dwell (1907-37) নি। মহাক্না মহাক্কী লাইবিকশিং Illusion and Reality (1937), Studies in a Dying Culture (1938) হাযবিবর্শিংসিদা মাক্সগী কলাগী থিওরীশিং মশক তাক্ল নবা হোৎনবম্মী। অতোপ্পা মকওইবা মীশক অমদি Raymond William (1921-88) হায়বর্সিনি। মহাক্না মাক্সকী তার্মশিংদা ইতিহাসকী মমলদগী কলচর অমসুং সাহিত্যবু মশক তাক্লনবা হোৎনবম্মী। মহাক্না ইরম্বা শীংথাবা য়াবা লাইবিকশিংদি – 'Culture and Society' (1958), 'Marxism and Literature' (1977) অসির্নাচিংবনি। মাক্সিষ্ট কৃতিসিজমগী থিওরী পুথোকখিবা মকোকথোংবা মীশক্তি Terry Eagleton নি। মহাক্না মাক্সিজমগী মকওইবা প্রোব্লেমশিংবু নৈনরদুনা ইডিলোজিগা লিটরেচবগা অনীগী মরক্তা লৈনবা ৱাফম্বু মযেক শেংনা পুথোক্লম্মী। মহাক্কী মীৎয়েংদা টেক্স অমদা বিয়েলিটি বিফ্লেক্ট তৌদে অদুম ওইনমক বিয়েলিটিগী ইম্প্রেসন নৎত্রগা ইফেক্ট পুথোক্লনবা ইডিওলোজিদা ইনফ্লুএন্স তৌই হায়নদি লৌবম্মী। মহাক্কী *ইডিওলোজি* হাযবসি পোলিটিক্স নৎত্রগা সাষ্টি ইডিওলোজিগী ৱাফম নত্তে, সিষ্টেম নৎত্রগা থিওরী পূম্নমক্কী মহুৎ শিল্লিবা মীওই অমগী এক্সপরিএন্সপু ফোঙদোকপদা মতেং পাংলিবা শক্তম অদুবুনি লৌই। মহাক্না ইডিওলোজি হায়বসি টেক্স অমগী মপান্দা থি, মদুগা লোয়নননা টেক্স অদুগী ইডিওলোজিবুসু য়েংশিল্লি। মাক্সিষ্ট কৃতিসিজমগী থাইদগী মরুওইবা মীশক অমদি অমেৰিকা মচা Fredrie Jameson নি। মহাক্না মযাম্না যান্নগদবা মচং ওইবা

কাওলোন কযামকুম হাযবদি ষ্ট্রকচবেলিজম, দিকন্সট্রক্সন, অর্কিটাইপেল কৃতিসিজম, এলিগোবিকেল ইন্টবপ্রিটেসন অমদি Jacques Lacan নচিংবগী ইন্টবপ্রিটেসননচিংবশিংদগী লৌশিন্দুনা সাহিত্যগী টেক্সশিং ব্রাহম্থোক পীনবা হোৎনবদা খুদোংচাবা কযামকুম লৌবম্মী। সাহিত্যগী টেক্স অমবু নৈনবদা পোলিটিকেল কন্সিযসনেসকা শাগোন্নদুনা পোলিটিকেল ইন্টবপ্রিটেসন্সু পীনবা হোৎনবম্মী। মহাক্না Macherey না সব টেক্স থিবদা মকওইনা লৌবগুম মহাক্না ঙাংথোক্ত্রিবা ইতিহাস অমদি ইডিওলোজিকেল ওইবা মবী থিবম্মী। মাক্সিজমগী ইন্টবপ্রিটেসন্দা *মোড ওফ এলিগোবি*গী ব্রাহম্থোক থিবা হাযবসিদি খক থাদোকপা যাদে।

মাক্সিজম্না আইডিএলিজমগী ব্রাখল্লোনবু যাদে। আইডিএলিষ্টশিংনা তাইবঙ পানবা অসি পোৎচাক্কী সংসাব অমনি হাযবসি খক খল্লুবা লৈতে। মখোযনা তাইবঙগী লেংলি-পাল্লিবা পূম্নমকসি ঈশ্বব অমনা শেম্বনি অমদি থোক্লি-ওইবিবা পূম্নমকসি লাইবক্কী নোংদম ওইনা উৎনবা হোৎনৈ। আইদেলিজম্সু সবজেক্তিভ অমদি ওবজেক্তিব হাযনা অনী থোক্না খাইদোকই। সবজেক্তিব আইজিএলিজম্না হাযবিবনা ওবজেক্তিব ব্রার্ল্ড অসি মী ওইবগী লৌশিংদগী মনীংতম্না লৈতে হাযবদি লন্নাইগী পূক্লিং বাখল অমদি লৌশিংনা লাম্না ফংবা ঙম্না অদু মখৈ অশেংবা অচুম্বনি হাযবসিনি। ওবজেক্তিব আইদেলিজম্না হাযবিবনা মীওইবগী পূক্লিং ব্রাখলগী বাংমদা লৈবিবা ফেনোমেনন পূম্নমক এবসোলুট, যুনিভর্সেল আইডিযা নৎত্রগা ঈশ্ববনি অসিনি। প্রোগ্রেসিব লিটবেচবদি আইডিএলিজমগী মাযোক্না হিষ্ট্রোবিকেল মেটিবিএলিজমগী বাখল্লোন্দগী শাগৎলক্কদবনি। হ্যুমেন নোলেজ, হাযবসি মথৎ মথৎ পৈশিনবা নত্তে অমগী মহুৎ অমনা শিন্দোকপনি। অদুনা সাহিত্য নৈনবদা কবম্না স্কুল নৎত্রগা প্রিন্সিপালস ওফ থিওবীদগী নৈনবিবনো তাক্লবা অমদি খঙহন্দ্রবা মহাক্না পাক-খঙলুবা খবগী এক্সপবিএন্সদগী সাহিত্য নৈনবসি হৌজিক্কী মতমদা ক্রেডিটেব্লিটি লৈত্রে। মাক্সিজম্না পৃথিবীগী লৈঙাক্লোন অমদি শেল-থুমগী মাযকৈদা কুনশুবা চঠীচাদা চাউনা অহোংবা পুবকখি। তাইবঙপান হাযবসি বাখলগী মখা পোনবনি হাযবসি হোংদোক্কুনা মাক্সিষ্টশিংনা পোৎচাক্কী মখা পোনবনি হাযবসি হিষ্টৌবিকেল মেট্রেলিজমনা পুথোবকপদগীদি সমাজগী সিষ্টেম, ষ্ট্রকচব অমদি ভেল্যুদা চাউনা অহোংবা লাকখ্রে। মাক্সিজমনী মীৎযেংদি পৃথিবীনা

*চাওখৎপগী মায়কৈদা চঙশিল্লকপগা লোয়ননা চৎনবা য়াদ্রবা সমাজগী অরিবা চৎনবীশিং মাঙহনখ্রগা পুন্সিগা হকথেংনরিবা সাহিত্যসু প্রোগ্রেসিব ওইগদবনি* হায়বসিনি। মাঙ্গিজম্না কলাগীদমক কলা হায়বসি য়াদে, কলাদি মীওইবা সমাজগী পুন্সি খোঙচত্তা চাশিন্ননা চৎপা ঙম্নবা মতেং পীগদবনি হায়।

মণিপুরী সাহিত্যদদি হৌজিকসু সাহিত্য হায়বসি আর্ট ফোর্ম অমনি অদুনা লিটরেরী এস্থেটিক্স *লেপ্পদা কাব্যশাস্ত্র* থাদোকপা য়াদে হায়বসিদা চপ লেপ্তুনা লৈবা সমাজগী সমাস্যাদি খনবা পামদবা সমাজগা শম্নবা ঙমদ্রবা স্কোলারশিংনা ব্রাফমসি হঞ্জিন হঞ্জিন হায়দুনা লৈরি। মখোয়গী মীৎয়েংসি সমাজগী লায়ওং খঙবা পামদবা অনাবগী মমায় উরগা *থাজগী মায়থোঙদা মায়হীং কারবসু মদুনা থাজগী মগুণ মাঙহনবা ঙমদে* হায়বা এলংঙ্কারদা ঙাওবা কাঙবুনি। অনাবগী দরকারদি অনুপ্রাস অলংকার নত্তে, ডাক্তরনা প্রেস্ক্রাইব তৌবা হিদাক্কি। নৎত্রবদি সাহিত্য হায়বসি থৌরেম্মি। অলংকার হায়বসি নুংঙাই-য়াইফবশিংদা দরকার ওইবনি, হিংবগী চৈনা ফংলিবশিংদদি লৈতেংগী দরকার লৈতে। মণিপুরী সাহিত্যগী অইবা খরখক নত্তুনা অতৈদি, মখোয় খুদিংমক্কী খুৎইদা মখোয় সমাজ অসিদা ফংলিবা শেল-থুম, অনা-লায়েং নৎত্রগা লৈঙাক্লোন অমদি নাংকী নমথবিবা পুম্নমক মশা মশাগী লাইবক্কী নোংদম ওইনা উৎপগা লোয়ননা মশা মশাগী মরাইবক্কীদমক তেংথাদুনা অৱাবা ফোঙদোকপনা মখোয়গী সাহিত্যগী হীরম ওইদুনা লৈরি। খুন্নাইগী মচৎশিংদা পুন্সিগী ফীভম্না তাংজদুনা চৎপগুম তৌরি। হৈনরক্লবা ধক-খা নাইবা খুন্নাইগী চৎনরোল নৎত্রগা কলচর হোংদোকপা ঙম্লক্তে। মসিনা হোংদোক্লবা হোৎনবদা অরিবা চৎনরোল, ব্রাখল-মীৎয়েং, ব্রাহস্থোক পুম্নমক হোংদোকপা তারকই। মসি কলচরেল রিভোল্যুসনগী খোঙথাংদা ওইগদবনি। কলচরেল রিভোল্যুসন হায়বসি হান্না চৎনদুনা নৎত্রগা য়ান্নদুনা লৈরম্লবা কলচরগী মনুংদা য়াওরিবা অফ-ফত্ত নৈনরগা মতমগা চুনবা মওংদা অনৌবা কলচর অমা শেম্ননবা হোৎনবগী অহোংবগী য়াওলদুনি। মসিগীদমক ইতিহাসকী লৈমহৌরিবা কলচরগী মখাকশিংদু ময়েক শেংদোকহন্নবা হোৎনবা চঙই। সমাজগী ইতিহাস অমসুং খুন্নাই নৈনবা চঙই। অরিবা সমাজগী চৎনরোলগী ফিমন লৌথোক্তুনা লংথোকখ্রগা য়াওলগী অনৌবা ফিজোল হোংদোকপা তাই। মসি ওইগদবা মরমদা থাজবা দর্শন শাস্ত্র অমদা যূম্ফম ওইগদবনি।

ঐখোযগী সমাজগী অবিবা চৎনবোলশিংনা ফাজিন্দুনা লৈবিবা ব্রাখলগী অফা-অপুনশিংদগী নাম্বোক্তুনা মনীংতম্বা মীওইবগী ব্রাখল মীৎযেংদি ঙসিগী মণিপুরী সমাজগী অইবশিংনা পুথোবক্লিবা সাহিত্যগী খূৎইশিংদা মমি নীংথিজনা তাবকউ হাযবা যাদে। মবমদি অইবা পূম্নমক সমাজনা মপু অদুগা লন্নাই মীওইনা মনাইনি হাযবা ব্রাখল্লোনগী মীৎযেংসিদগী মখোয কৈদৌঙৈদা নাম্বোকপা ঙমদে। লৈঙাক্লোনগী ঈচেলদা যাম্নমক কন্না লৈবিবা ব্রাখলগী ঈচেল এনার্কিজম অমদি সমাজ অসিদা লৈবিবা অওৎ-অনৈদা যুম্ফম ওইবা খূন্নাইদা ওৎপিববা কাঙবু যেংথিনবগী ঈচেল, থকসি-খাসি, মথক-মখা নাইবা অমদি ফিউদেলিজমগী ব্রাখল্লোন্দগী নাম্বোকপা ঙমদে। অইবশিংনা ইবিবা খুদিংমক চেৎলবা অবিবা সমাজগী যুম্ফম অমদি ব্রাখল্লোনগী মাযোক্তা মখোযগী সাহিত্যনা লালহৌ তৌবা মপূং ফানা উৎপা ঙমদে। মদুগী মহুৎ অবিবা সমাজগী চৎনবোলবু ইনবা কবিগুম্বদনা চৎনবোল অদুনা ভিক্তিম ওইহল্লকপগী তেংথা-নাওইবা মতৌবু হঞ্জিন হঞ্জিন যেক্লনবা হোৎনদুনতা লৈ। অদুনা মখোযগী সাহিত্যগী মপূং ওইবা হীবমদি লনাই মীওই অমগী শেল-থুমগা শাগোন্নবা হিংবগী ফীভম, লন্নাইগী লৈত-লাযবগী অবাবা, থবক ফংদবা, কবপসন, লালহৌবগী ইবাং, নুপা নুপীগী মরী অসিনচিংবনি। উৎলিবশিংসিসু সমাজগী অশোযবা অবানবশিংদু হোংদোকহনবা ঙম্বা ম ওংদা অকনবা শীংনবগী মীৎযেংদা, মখোযগী টেক্সশিংনা সমাজগী অহোংবা পুবকপদা খূৎলায ওইনা শীজিন্নবা নত্তে, মপুগী মফম মনাই অমনা নাওশোন্ননা অর্মদি তিঙক মাযঙক্লনা হুইঙক যেঙক ওইনা পুথোকপনি হাযবাস মখোযগী সাহিত্যগী টেক্সশিংসি পাদুনা যেংবদা ইবায লাযনা খঙবা ঙমই।

ঐখোযগী সাহিত্যদি মান্নদবা ব্রাখল্লোনশিংগী মূক্লবা ওইবগী মহুৎ ওনশিন-ওনশিন্দুনা তেংথামিন্নবা, গতি লৈত্রবা মীওইশিংগী মচৎ মতৌ পুথোকপদা মপূক্লিং চঙনদুনা লৈবি। অপূনবা সমাজ অমদি জাতিগী মূক্লবশিংদা চঙশিন্দুনা সমাজ শেমগৎপদা মীৎযেং থমদুনা সমাজগী চাওখৎ খোঙথাংদা যুম্ফম থোনবা মপূং ওইনা উত্তে। পূম্নমক লন্নাই মীওই অমগী পূক্লিংগী ইথিল ইহুলশিং ফোঙদোক্তুনা পিনৌবী নুপীমচা অম গুম তেংথাবদা মপূক্লিং চঙদুনা লৈ। কবিগুম্বদা মখোযনা মবৈবাক্কী লৈঙাক্লোনগী ওইবা মাযকৈদা কবিগুম্বা খবা ইবা তাববসু লালহৌবগা সবকাবগী লাম্মীশিংগগী মবক্তা লাম্থেংনবা উৎলগা অবোইবদা

সরকারগী লাম্নীশিংগী মখূত্তা লালহৌবশিং মথৱায় থাহনবদা পোলোয় ওইগদবনি হায়বসি অইবা নিয়ম ওইনা লৈত্রবসু য়ানরবা ওইনা লৈবগুম পুথোকই। মখোয়না উৎলিবা লালহৌবগী চরিত্রশিংসিসু সমাজগী লৈঙাক্লোনগী অনৌবা য়াওন পুরক্লনবা হোৎনরিবা চরিত্র অমা য়েক্লনবা হোৎনবগী মন্থৎ লাহৌবগী পরীংদা কাউন্টর ইনর্সজেন্সি খুদোংচাবা লৌদুনা মশাগী মরন-মথুম লৈপশিনবা, লৈত-লায়রদগী হিংনবা লম্বী থিখিবা মীশক মীওইশিং ওইনা উৎলি। অদুনা মখোয়না ইরকপা মতমদা কনাগুম্বা লালহৌবা খূলায় পায়বশিংদগী থ্রেট লাক্কদ্রা খন্দুনা অনীংবা ফোঙদোকপদা মনীংতম্বদা অকিবা লৈ হায়বা তত্তনা ফোঙদোক্লবা অমদি ঙাংনবা অইবশিংগী মরক্তা তাবা ফংই। মরমদি মখোয়না ইবিবদু নাকল নাম্মতগী ওইবা মীৎয়েং ওইবা অমদি মশানা ইরিবশিংদুদা মশানা থাজবা ৱাৎপনা। অদুনা অইবা হায়বসি সমাজ শেমগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌবা ইন্টলেকচ্যুএল অমা ওইবগী মন্থৎ মনেম-মকুনা যাবিনবা চৎপা য়াম্না হৈবা মবম ওকপী মৌ অনৌবীগুম সমাজনা য়ান্নরবা চৎন পরীংগী মতুং ইন্দুনা ওম্থোক্লা হায়বা ইনবী ওইনা লৈ। মথক মখা, মপা-মচা, নুপা-নুপী, লাযববা ইনাকখুনবা হায়বগী পরীংসিদগী নাম্থোকপা ঙমদবসিনা ফজবা ৱাখল্লোনগী মমল অমদি মদুদা ঙাওজবা ঙম্বা হায়বসিদা চঙশিনবা ঙমদে অদুনা অরিবা সমাজ অমদি ৱাখল্লোনগী যূম্ফম থাদোকপা ঙমদে। ফজবগী পাদম লাকপদা সমাজগী পুন্সি মচৎকী শক্তম অমদি মদুগী ৱাখল্লোনগী মশক অমদি মাঙজৌননা লন্নাই মীওইশিংগী মকোক্তা *আইদিএল ইমেজ* ওইনা য়াওদুনা লৈ। অসিগুম্বা *আইডিএল ইমেজ* অসি লৈঙাক পায্যরিবশিংগী ৱাখল্লোনগী মশক্তংগী শাগৎলকপনি। মবমসিনা সমাজগী লৈঙাক্লোন হোংলকপা অমদি ইকনমিক ওডর হোংলকপদা ফজবগী মশক মওংসু হোংলকপা হাযবসি মশানা লোয়নজরকই। ফজবগী মশক মওং হোংলকপগী মতৌবু Peter Jay Newkamer না জপানিজ নুপীশিংনা মখোয়গী মমীৎ নোংচুপকী নুপীশিংগী মতৌগুম্না কোয়বাওননবা অদুগা মনাতোন শাংননবা প্লাষ্টিক সজরি তৌখিবসি নোংচুপকী নুপীশিংনা হেন্না ফজৈ হায়না খনবদগী তৌবনি হাযবা ৱাফমসি খন্নবা য়াবা ৱাফম্নি। ফজবা হাযবসি মী অমনা খঙজবা মওংদগী ওইরকপনা পামজবগা চাউনা মবী লৈনৈ। ফজবা হাযবসি অদুনা ওইজনীংবা ৱাখলগী পরীংদগী শক্তি লৈবশিংগী মতৌ তমজরগা মীচম্না মতোমতা পেনবা

ঙমজরিবনি। সমাজগী ফীভম হোংলকপদা আটকী এস্থেটিক্সসু হোংলকই। মতম শাংনা মীয়াম্না য়ান্নদুনা লাক্লবা চৎনরোল অমবু ইনবদি জীব অমনা হেক্তা ঙমখিগনি অদুবু অনৌবা অহোংবগী লম্বীদা খোঙ থাংদুনা চৎপা হায়বসিদি মখোঙ পানবা মীওই খুদিংমক্কা ঙম্বদা অদুক লায়বা ওইরোই।

অরিবা সমাজগী চৎনরোল মনুংদা কনাগুম্বা ইনাকখুনবা নুপা অমগী মরল মথুম অমদি শক্তিদা ইপং পংজবী নুপী অমনা ঙাওজরুবা অদুগা মমৈথংদনা নুপাদুনা থওইবিরক্তবা মতমদা নুপীদুদা মীনুংশি পীদুনা মহাক্কা লোয়ননা ভাবকশিংনা হঞ্জিন-হঞ্জিন কপমিন্নবা হীরমসিদগী অইবা অমদি ভাবকশিং নাম্থোকপা ঙমদ্রি। লৌশিং যাওদ্রবা অমনবা ৱারীশিংগী নুংশি-নুংওনগী ৱারীবু য়াম্না হোংনা কলা তৌবিবশিংনা অহোংবা মমলদা য়োন্দুনা লৈরি। ৱারীশিংসিদা শাংলবা চঠী কয়াসি চথবক্লি। মসিদা কলাকাব অমদি কলাবু পাম্না য়েংলিবা পারিবা পূম্নমক চগোসিগী মনুংদা হঞ্জিন-হঞ্জিন নৈশিন্দুনা লৈরি। চাওখৎপা ঙমহন্দে। অদুনা ঐখোয়গী কলানা মীয়ামগী মতীং শাগৎপগী মহুত্তা পূক্লিং শোন্থ-নৌথহন্দুনা মীবু শোন্থহনবদা মতেং পাংশিন্দুনা লৈবি। ফত্তবা মনেম নৎত্রগা মমৌ নৎত্রগা মৌশিংগী মবক্তা খৎন-চৈনবা নৎত্রগা নুপা-নুপীগী মরীবু কুনমাথোইশুবা চহীচা ফাওবগী সাহিত্য অমদি কলাগী হীরম ওইদুনা পুথোরক্লবদি ঐখোয়গী কলা নৎত্রগা সাহিত্যসি কবম্বা কলা নৎত্রগা সাহিত্যনো? অসিগুম্বা ৱাবীশিং অসিদদি ঈখেং অমদি পিবাংদা ভাবকশিংবু মবূক থলহল্লি। অদুনা অনৌবা কলাগী খূৎশেম শেমগৎলকপদা অরিবা খুন্নাইগী সিম্বল, ৱাহম্থোক অমদি ৱাখল্লোনশিং মূথত্তুনা অনৌবা মশক অমা পীবা তাই। সমাজগী যাওলনা কলাগী হীবম পীরকপগুম কলানসু মীয়ামদা অহোংবা মতমগা চাশিন্ননা চৎপা ঙম্লনবা ৱাখল লৌশিং পীবতা নত্তনা মীযামগী পুন্সিবু মশক খঙজবদা মতেং পীবা ঙমগদবনি। মদু নৎত্রবদি মঙ হাগী মহুম মনুংদগী অওইবা তাইবঙ পানবগী মশক থোকপা পুন্সিশিং ওইনা থোবকপা হায়বসি ওইথোক্তবনি।

লৈঙাক্লোনগী মায়কৈদা শেল-থুম্না শান্নবা গনতন্ত্রগী লৈঙাক্লা মীয়ামদা খোইচাক থাদুনা মযূম মযূমদগী পোলিং ষ্ট্রেসন তান্না চিংদুনা পুনবা হোৎনরি। ইলেক্সন হায়বসিগী মমল অসি লৈহন্দনা ইলেক্সনবু ফেষ্টিভেল ওন্থোক্তুনা চা-থকপদা ঙাওহন্দুনা থমই। ইলেক্সন্দা শেল থাদদ্রবদি চাদা অমসু ভোৎ থাদরোই।

মরমদি গনতন্ত্রবু মশক খঙনা, মীয়ামগী লৈঙাক্কী অর্থ খঙনা লৈঙাক্লোনসিদা শরুক য়াবা ঐখোয়গী প্রজাশিংনা ঙমদে। মরমদি মীয়ামগী লৈঙাক্কী মহাউ অদু তৌশিন্নবা মীওই খূজোক অমত্তং নত্তনা মশীং য়াম্লবা মীচম প্রজাশিংনা ফংবা ঙমদে। লৈঙাক্লোনগী ওইনা নীংতম্বা লৈরবসু শেম্মীৎলোনগী নীংতম্বা লৈতবনা মপূক হাংলবা মীশিংগী মফমদা চেজেৎ অমা বেলোট বোক্সতা থাদবগী অর্থ লৈতে। পূক্লিংগী নীংতম্বা হায়বসিসু হিংবগী পুন্সি মরেল, হিংবগী থাক্লা অকনবা শাফু পী। মতাংসিদা ঐখোয়না ক্বালিটি ওফ ইন্টরভেসন য়েংদবা য়াবক্তে। ভারতকী লৈঙাক্লোনগী মনুংদা মণিপুর হায়বসি শেল-থুমগী চাওখৎ লমজেলদা অতৈ ষ্টেটশিংদগী থাক হন্থনা লৈরি। ভারত সরকারনা চহী খুদিংগী পুথোকপা বজেত্তা য়ুম্ফম ওইবা শেল-থুমগী থৌশিলনা চাওখৎপগী লমজেলদা মায়পাক্লা য়াওবা ওইথোক্তে। শক্তি পায়বা আইডেলিষ্ট খরনা ললোনবা, শেন্দোং অমদি শেলগী মীকান্নবদা শাগৎপা পুন্সিগী মচৎ অমা মখোয়না শেমগৎনবা হোৎনবি। অসিগুম্বা মশা নারবা ব্রাখল মীৎয়েং অসি ঐখোয়গী শিক্ষাগী পরীংদা পুথরক্তুনা হাইপোক্রেসি, নেপোটিজম অমদি করপসন হায়বসি হায়নদ্রবসু য়ান্নরবা সমাজগী লোনচৎ ওইরকখি। অদুনা য়াবিনবা চৎপা হায়বসি নৌবিবা মহৈরোয়শিংদা শিক্ষাগী শরুক অমা ওইনা থংথরকই। মসিনা জাতিগী অচঙবা মীরোল অমা শাগৎপদা অচৌবা শীংনবা ওইরকই। মনা পীবা অমদি দন্দি তৌবা হায়বসি চৎন-পবীং অসিদা শাগৎলকই মদুগী পোখোক ওইনা মহাম তারবা সমাজগী মশক উবা ফংলকই। অসিগুম্বা অরানবা মওংদা ফমথোন অমদি মনা-মথুম পীশিনবসিনা মশাদা মতীং হাপকৎখিদুনা মশাবু মতীক চারবনি হায়বসিদা মশাবু মশক খঙজবা মওংদা শক্তি পায়নিংলকপদগী ফিজিকেল পার্টিসিপেসন অমদি হাইপোক্রেসি হায়বসি য়াগদবা মওংদা চত্থরকই। মসিনা লান্না লমজিংবা মওং অমদা শমথরকপতা নত্তনা চাউরবা কলচরেল ফেনোমেননশিংবু ভেল্যু দেন্মিনেট তৌদুনা জাতিগী মতীংবু শুদত্তুনা থমই। অদুনা সমাজদা মী মীগী মতীক মগুন্দা ইকায় খুম্নবা তোক্লখিদুনা মশাগী মপূকচাক পীবা ঙম্বা মীশক্তবু ইকায় খুম্নবগী শাথীনা ফত্ত্রবা সিষ্টেম অমা ডেভলপ তৌরক্তুনা সমাজ অসি অমনা অমবু ইকায় খুম্নবা ঙম্নরক্তবা মশাগী কান্নববু ফংলবদি লাল্লবসু অচুম্বনি, কান্নবা ফংদ্রবদি চুম্নবসু লাল্লবনি হায়বা ব্রাখল্লোন অসি চোংথোরকই। মদুগা লোয়ননা মশাগী

খুদোংচবা থিবা হৈবা মীশক্তবু অশীংবা ওইনা লৌনবকপগী পবীং মখা শমথবকই। মখোযগী ব্রাখল্লোন অসি অসুক্কী মতীক কবপ ওইবকই মদুদি মশাগী কান্নববু ফংদ্রবদি নোকপা ফাওবা নোক্লবোই হাযবগী মওংদা লাকই। অমসুং সমাজ অসিদা মী পুম্নমক মশা মশাগী মশক মচু খঙহন্দবগী শাথীনা মূক্লবকপা সমাজগী ফীভম অমা হান্নগী মীবোলনা অনৌবা মীবোলদা খুদোল ওইনা পীবমগদৌবি। মূক্লবা হাযবসিসু ব্রাখল পবীংদা নত্তবনিনা মুক্লবিবা মীওই অমগা অমগা মূক্লবনিনা মখোযনা তৌথোবকইবা থবকশিংদা মমি মযেক লানা তাবকই। অসুম্না অবিবা সমাজগী ঈবৈ অমদা হঞ্জিন হঞ্জিন লৈশিন্দুনা সমাজগী চাওখৎ খোঙথাংবু থিংজিন্দুনা থম্মী। সমাজগী ইন্টলেকচ্যএলনি হাযদুনা লৈবিবা কাঙবূসু মখোযগী পূক্লিং ব্রাখলদা মীযাম্বু লমজিংনবা হোৎনবগী মহুৎ সমাজদা শক্তি লৈনা মখূৎ লিংদুনা লৈবিবা অবোৎপা, অফোঙবা নৎত্রগা যান্নদবা কাঙবূগী খূৎশিলদা ইন্দুনা চৎপনা মখোযগী মথৌ ওইবকই। হাযবিবসি মখোযনা তৌথোবকপা থবক খুতৌদতা নত্তনা মখোযনা ইবকপা লাইবিক্কী লমায লমাযশিংদা মদুগী মমি মযেক শেংনা তাই। মসি ওকিসিএল কলচব শুম্না সমাজগী অতৈ ইনষ্টিট্যুটশিংদসু থংথখিদুনা মীযামগী ব্রাখল লৌশিংবু নমশিন্দুনা থস্বতা নত্তনা ওথোবিটিনা অচুম্বনি হাযবগী কলচবসি নমদুনা শাগৎনবা হোৎনবকই।

মণিপুবী সাহিত্যনা কুনশুবা চহীচাদগী চত্থবল্লিবা সমাজগী পুন্সি ঈচেলগা তিন্নবা ঙমদবা মওংদা তোঙান-তোঙান তান্নবা মওংদা সাহিত্যদা ফজবা ব্রাহৈ-ব্রাতা, ছন্দ, ইমেজ, ব্রাবী চবিত্র শেম্নবদা অইবশিংনা ঙাওনদুনা লাকখিবদু মণিপুবী সাহিত্যদগী কোকপা ঙমদনা লৈবি। অদুনা সাহিত্য হাযবসি সমাজগী অহোংবা পীবা ঙম্বা প্রোগ্রেসিব ফোর্স অমা ওইনা খঞ্জবা মীশিংগী মফমদদি মণিপুবী সাহিত্য হাযবসি অথ থোক্তবা ওইনা উবম্বা যাই। লাইবিক অমা পাবগা কমদৌবগে হংবদা নৎত্রগা মশীং নাইদনা চেফোঙ অমদি খববশিংদা ইবিবা বুক বিভিয্যু অমদি কৃতিসিজম পীদুনা ঙাংন-ইনবিবশিংদা হাযনবিবসি *মহাক্কী শৈবেংদু পাবে যাম্না ফজৈ, পাবা যাই, ব্রাহৈ ব্রাতা, সিমিলি, মেটাযব শীজিন্নবা অমদি শেম-শাবা হৈ, মহাক্কী উপন্যাস, বাবীমচাদু পাবে ব্রাবীদু যাম্না নুংশি, কবেক্তবাইজেসন ফজৈ, নেবেটিভ মশা নাল্লি* অসিবাইফাওবদনি। প্রোগ্রেসিব সাহিত্যগী মীৎযেংদগী অইবা অমগী মথৌদি মতমগী সমাজগী মিহুলদু মহাক্কী কলম্না ফাজিন্দুনা সমাজগী

লমজিং ওইহনবা ঙম্বা; লৈঙাক্লোন, অর্থনীতিনচিংবদা লৈবাক সমাজগী পুন্সিদা অহোংবা চাওখৎপা পুরকপগী মপাঙ্গল লৈবা মতীং লৈবা মীরোল অমা শাগৎপদা মমল লৈহনগদবনি। সাহিত্য হায়বসি মীগী মীৎপু তৌখায়দুনা তূরেল শেম্ননবা খূলায় নত্তে, অমদি তিক্রি তিক্রি হোত্তুনা নোকহনবসু নত্তে। মায়কৈ অশোমদা য়েংলুরবদি অইবা হায়বসি মতীক লৈবা অচৌবা সমাজগী লুচিংবা অমগী মথৌনি। মসিদি অহোংবা মিংচৎ থিবা, মিংচৎ পান্বা ব্রাখল মপূং ফাদ্রিবশিংনা মতম লেন্ননবা চেন-চোংদুনা শান্ননবা লৌবুক লম্ফাং নত্তে। ব্রাখল মপূং ফাদবা লৈঙাকপা অমগী মথোং মরম খঙদবা লৈঙাক্লা লৈবাক মীয়াম্বু চাওখৎ মায়কৈদা লমজিং পীবা ঙমদবদগী মীয়ামগী পুন্সিবু তুংগী লম্বীদা অমম্বা নত্তনা কবিগুম্বা অমত্তা উহনবা ঙমদবা মতৌদুগুম্না মণিপুরী সাহিত্যনা মীয়ামগী পুন্সিবু লমজিং ওইবা ঙমদ্রি। মসি হাযকুবদা সাহিত্যবু পামজবা, ঙাওজবা সাহিত্য সেবকশিংনা নুংঙাইতবা যাই। শীনফম হাযবসি কবিমত্তা খেন্নবা লৈতে রাজনীতি ওইগেরা, সাহিত্য ওইগেবা, দুকান ফমগেরা, সেচ্যুওব ওইবা লৈঙাক, পোখোক, থৌদৌ হাযবসিমক্তবু মেচ্যুওব মাইন্দগী থোক্লক্কদবনি। পংথা থাগৎনবনা অমনি। হৌজিক লৌবিবা মণিপুবী সাহিত্যদি লম্বী চৎফম খঙদ্রবা যাত্রিকশিংগুম্না অইবগা অপাগা ওনশিন ওনশিন্দুনা গতি লৈতনা কর্পামন্নবা নৎত্রগা অঙাওবা মশেল পোন্নবগী মওংসিদা অযাম্বা অইবশিং মপূক্লীং চঙনদুনা লৈরি। লিটরেবী কৃতিসিজমসু লৈশাবানা য়াবিনবা থেম্বগুম থোথ নৌর্থশিন্নদুনা নুংশিবিনবা য়াবিনবা তৌশিন্নবা, কবিগুম্বদনা মনা মথুমগী মতাংদা মশীংগী লান্দা মীচঙ খোম্নবগী থাক্তগী পংব্রাং ব্রাংখৎলকউ হায়বা য়াদ্রি হাযবসি হীবমসিদা সেবিয়লি কর্নসন ওইবা মীশক অমদা শোয়দনা ফাওহনগনি।

মাক্সিষ্টশিংনা জাৎ-বিজাৎ খায়বা মওং অমদা কাঙলূপ অমনা কাঙলূপ অমদগী অহেনবনি, অচৌবনি লৌবা , শেঞ্জাও পাযবশিংগী শুপ্নম নীতি , অনেম অৱাং খায়বা, নুপা নুপী খাইদোক্তুনা নুপীবু হম্থনা লৌবা, কম্মগী ফল) অমদি অন্ধবিশ্বাস নচিংববু য়াদে। মাক্সিষ্ট অইবা অমগী মথৌদি অরিবা সমাজগী চৎনবী অমদি সিষ্টেম্বু থিদোক্তুনা মখোযদুগী মায়োক্তা ঈহৌ শাগত্তুনা অবিবা সমাজগী অফা-অপূনশিংদগী মীয়াম্বু মূক্তি পীদুনা অনৌবা মশা খিংবা নাগবিক শাগৎন্নবা হোৎনবনি। মাক্সিজম্না সাহিত্যদা থল্লিবা পান্দম্বু য়েংবা য়াই ঃ

*All literature had also to address the interest of the people as whole. This quality was known as narodnost. And hit had to present a progressive and, of course, communist outlook for the future of society. (Carter 2006: 57)*

মাক্সিজমগী সাহিত্যদা মীৎয়েং পামখিবা Bertolt Brect (1988-1956) না এরিষ্টোটেলিয়ান থিযেটরগী ট্রেডিসন ওইনা লৈরিবা ৱারী পরীং, লাইবক্কী নোংদম অমদি বিশ্ব তাইবঙ হায়বিবশিংসিসু য়ারমদে। মহাক্না রসিয়ান ফোমেলিষ্টশিংনা কোইন তৌবা *defamiliarisation* হায়বসিবু য়ারম্মী। মহাক্না কেপিটেলিজমগী মনুংদা মহৌশাগী চৎনরোলনা য়াদবা মওংদা লৈরিবা মূক্রবশিংবু পুথোক্নুনা অহোংবা পুবক্কদবনি হায়না লৌবম্মী। ৱাফম অসি মহাক্কী মশীং য়াম্লবা ড্রামা অমদি নৈনবগী মীৎয়েংদা ফোঙদোক্লবা হোৎনবম্মী। মহাক্না মফম মতম চান্নববু যাদবতা নত্তনা খন্নাইদ্রবা ফজবগী কাঙলোনশিংবুসু যাদবগা লোয়ননা মতাং চানা ড্রামাটিক ডিভাইস অমবু মহৈ যালহনবা মওংদা শীজিন্নগদবনি হায়না লৌরম্মী। ৱাখল্লোন হাযর্বাস শক্তি পায়রিবশিংনা মখোয় শক্তি শাগৎপা য়ানবা মখোয়গী ৱাখলগী পবীংদা পুথনবা হোৎনরিবদুগী মাযোক্তা অইবশিংনা মীয়ামগী মীচঙদা লৈগদবনি হাযনা Antomio gramsci (1891-1937) নসু মত পীরম্মী।

মথক্তা মণিপুরী সাহিত্যবু প্রোগ্রেসিব লিটরেচরগী মীৎয়েংদুনা নৈনরিবসি অইবা খুদিংমক্কী ওইবা ৱাফম্নুদি নত্তে। অদুবু সমাজগী পুন্সিবু প্রোগ্রেসিব ওইবা মায়কৈদা লমজিংনবা হোৎনবা সাহিত্যবু সমাজগী লমজিংনবা হোৎনবা অইবা খবদি মশক থোক্না লৈরি। অদুবু মখোয় খরগী মরমদা নৈনবদগী মশীং য়াম্লবা অইবশিংগী মবমদা ৱাহৈ খরা হায়রম্ননা হেন্না মমল লৈগনি খনবদগী মথক্কী ৱাফমশিংসি নৈনাখবনি। মণিপুবগী লাইবিক-লাইশু হৈববা অইবশিংগী মফমদা মাক্সিজমগী ৱাখল্লোন অসি কন্সিযস ওইনবু ওইরবসু নত্তগা ভাব ফত্তনবু ওইরবসু চঙলম্লোই হায়কবা ঙমদে। মাক্সিজমগী ৱাখল্লোন অসি পৃথিবী থুংনা শন্দোকখিবা ৱাখল্লোন অমনি। মসি হায়দুনসু নৎত্রগা লায়রবা লৌমী শিন্নীশিংগী মরমদা হেক্তমক ইরগা মাক্সিষ্টকী লিটবেচরগী মীৎযেং প্রোগ্রেসিব লিটরেচর ওইবা নত্তে। মপূং ওইবা মীৎয়েংনা মণিপুরী সাহিত্যদা প্রোগ্রেসিব রাইটরনি হায়না মশক তাকপা য়াবা অইবশিংদি — জননেতা হিজম ইরাবত, জি.সি. তোংব্রা, অরাম্বম সমরেন্দ্র,

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন, বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, মেমচৌবী অসিনচিংবা মখিং পনবা য়াই। কেপিটেলিষ্ট সিষ্টেমদা শাগৎপা ইন্দিয়ান ডিমোক্রেসিগী লৈঙাক্কী মনুং চনবা মণিপুর অমসুং মণিপুরী সাহিত্যবু মাক্সিজমগী অমদি প্রোগ্রেসিব লিটরেচরগী মীৎয়েংদগী নৈনবা হায়বসি নামুংবা ৱানি। অদুনা নৈনরকপা মতাংদা ডিমোক্রেসিগী মনুংদা লৈরিবা লৈঙাক্লোনগী সিষ্টেমদগী শাগৎলকপা শেল-থুম, সমাজ, মীওইবগী মরী অমদি চৎনবী কয়াবু মাক্সিসকী মেগ্নিফাইয়িং গ্লাস থান্দুনা য়েংলুবদা লৈঙাক্লোনগী তাৎ, বিকার ওইরবা মশক কয়ামরুম চোংথোরক্কনি। মদুনা মরম ওইদুনা ডিমোক্রেসিগী লৈঙাক্তা হিংলিবা আইদেলিজম্বু থাজবা অপাবশিংগী মফমদা চৈনা ফাওহনবা, নুংঙাইহন্দবা কয়া থোক্লোই হায়বা ঙমদে। মরমদি ডিমোক্রেসিগী লৈঙাক্লোনগী মায়োক্লনা লৈবিবা মাক্সিজমগী লিটরেরী থিওরীদগী কেপিটেলিজমগী য়ুম্ফমদা শাগৎপা ডিমোক্রেসি চৎপা লৈবাক নৎত্রগা মীওই কাঙলূপ নৎত্রগাস মখোয়গী সাহিত্যবু নৈনবদা চাশিন্নবা ওইথোক্তে। অদুবু জ্ঞানগী মাযকৈদা অঙম্বা মখৈ খোমজিন্দুনা পুন্সিবু মীৎযেং কয়ামুক্তগী য়েংদুনা মশক তাক্লনবা হোৎনবা হায়বসিনা মীওইবগী সভ্যতাগী ইতিহাসতা মঙালগী মায়কৈদা লমজিংবগী খোঙথাং অমদি ওইদুনা লৈহৌগনি।

### *মরী লৈনবা লাইরিকশিং*


**Ahmad, Nijaz.** *On communalism and Globalization*. Three Essays Press. New Delhı, 2002.

**Carter, David.** *Literary Theory.* www.pocketessentıals com. London, 2006.

**Cuddon, J A.** *A Dictıonary of Literary Terms and Literary Theory.* Maya Blackwell: Doaba House, 1998 (8th edition)

**Luka'cs, Georg.** *Writer and Critic and Other Essays.* Marlın Press: London, 1978 .

**Lu Xun.** *Selected Works* trans Yang Xianyi and Gladys Yang Beijing Foreign Language Press, 1985 (2nd reprinted)

**Mao Tse Tung.** *On Literature and Art* Peking Foreign Language Press, 1977 (3rd edition 2nd reprint)

**Marx and Engels** *On Literature and Art* Moscow Progress Publishers, 1984 (3rd edition)

# লৈবাক্কী লাইরিক্কী

পোলেম নবচন্দ্র

হিন্দীদদি লাইবিক হাযবসি স্ত্রীলিঙ্গসু ওই পুলিঙ্গসু ওই। অদুগা মণিপুরীগীদি অসিগুম্বা জেন্দবগী ৱাসি লৈতে। অফবা লাইবক্তি মীগী খ্বাইদগী চান্নবা মরুপনি হাযনৈ। ৱাখলগী অমদি আইদিওলোজিগী লোন্দা লাইবিক্ক। খূৎলাযনি, মীখা পোল্লবশিংগী নীংতম্বগী লম্বীনি। মীযামগী অপূনবা ঈহৌ শাগৎপদা, লৌশিং পীবদা মাস মেদিযাগী অমদি অইবশিংগী অচৌবা থৌদাং লৈ হাযবদি পুম্নমক্না খঙনববা বাফমনি।

ঐখোযগী তাইবংপান অসি মিকুপ খুদিংগী তোংই। মতমগী মতুংইন্না সমাজ অমসুং ইতিহাসকী ঈচেল তত্তুনা হোংলি। পোল্লম্বা লৈনা লৈশাৎ তম্লকপা, লৈখোক লোইববা লৈশিংনা লৈখোক্তগী কেল্লকপবু কনানা খিংলুবা ঙম্বগে? মতৌ অসুম্না সমাজগী যাওল মতুংইন্না হোংলাক্লবা শক্রোনাশংবু কবম্না খিংলুনি? হোংহন্নিংদবা কযা লৈববসু ইতিহাসকী যাওলগা চৎমিন্নবা ঙমদ্রবা চৎনবী, মমল লৈনা লৌবম্বা তীকখল কযা মতমগী ঈবোন্নুংদা অসুম্না লূপখিবা তাখিবনি। হোংলক্লিবা মীযামগী অনৌবা ৱাখল, মখোযগী অপাম্বা লীলা, ড্রামা, ঈশৈ নোংমাইনাচিংবা সাহিত্য অমদি কলাগী তোঙান তোঙানবা মচলশিংদা মমি তাবা ঐখোযনা উবা ফংই। মীযামগী পূক্লিংগী মাইওন লেপ্লদা সেনিমা, ড্রামা, তেলিভিজননাচিংবনা অচৌবা মতেংসু পী। মীওইবগী নুংগী ওইনা গুণ, অমসুং থৌনা লিংজেলদি তম্বদা ৱানা খোল্লবসু পানগী ওইবা কে-মৌবা, পুন্সি মবেল অমদি ফিজেৎ-লৈতেংদি মতৌ তম্বদা লাযনা থোকই। হোংলাক্লবা সমাজগী মশক অমসুং সমাজ অদুনা কবম্বা মাযকৈদা চঙাশল্লবগে হাযবদু জাতি অদুগী হোংলক্লিবা কলচবগী মশক অদুদগী ঐখোযনা খঙবা ঙম্মি।

লাইবিক হৈবা মীযাম্না ইকায খুম্নৈ। মদুগী মবম মসিনসু ওইবম্বা যাই-মখোযদি অফ-ফত্ত হেন্না খঙই; পুন্সিগী কবম্বা লম্বীদা চৎলগা হেন্না চুম্বা, মীযামগী যাইফ-নুংঙাই ওইগদবা অচুম্বা লম্বেল উবা ফংই। মতম অমদা লাইবিক হৈবা

হায়বসি সূপ্নতগী মশীং যামখিদ্রবা কাঙলুপ খবতগী ওইবম্মি। হিন্দুগী বর্ণ মবিগী মনুংদা ব্রাহ্মণতমক বেদ তম্বা য়াবম্মি। উপনিষদ মখোয়তগী মোনোপোলী ওইবম্মি। সূদ্রনা বেদগী পাঠ তাবম্বা থোক্লবদি মনাকোংদা শৌদোক্লবা মিশি নৎত্রগা চা হৈজিনবা তাবম্মি। ঙসিদি অদুগুম্বা মতম অদু হৌখ্রে; অদুবু সমাজসিদা লাইবিক হৈবা মী অমসুং লাইবিক্কী থৌদাংদি হৌজিক্কী মতমসিদসু যাম্না মক ওইবি। অবিবা যুগতগী হৌনা মী ওইবনা প্রকৃতিগী থৌওং কযাবু যেংদুনা লাক্লি অমদি খঙনবা হোৎনবক্লি। ঙসিসু মসিবু খঙনবা হোৎনবগী লেপ্পা লৈত্রি। মীওইবনা ব্রাখলগী শক্তম, বিজ্ঞানগী কাঙলোন কযা শেমগৎতুনা মীওইবগী লৌশিং পাঙ্গল (হ্যমেন কোগ্নিসন) না প্রকৃতিবু মশক লাক্লবা হোৎনবি। ইতিহাসকী তাংকক কযাদা ফাওবকখিবা মীওই ফুকপশিংগী ব্রাখলগী মমি, মখোযগী থাজবা, মহৌশাগা মখোযগা লৈনবা মবী কলা অমদি সংস্কৃতিদা মঙাল শেংনা তাবা উবি। মহৌশা অমদি মসিগী অথূপ্পা শক্লোনশিংবু লৈবাক মীযামদা খঙহন্নবা হোৎনবদা গেলিলিও অমসুং কোপার্নিকস নচিংবা বৈজ্ঞানিকশিংনা হান্নগী চৎনবীদা হকচিন্না থাজবশিংগী মখুত্তা অব্রা অনা কযা থেংনবা তাখি। *দ মেনিফেস্তো ওফ কম্যুনিস্ত পার্তি ১৮৪৮* দা ফোঙলকপদা মতম অদুগী মী ওই কাঙলূপ অমনা মসিবু তমথিববা ভুট অমনা তম্নবকপ গুম মিপাইনখি, অদুগা কাঙলূপ অমগীনা অব্রা-অনংদগী কোক্লবা অমদি নীংখা তম্নবগী অমত্তা ঙাইববা লম্বী ওইখি। কার্ল মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলসকী লাইবিক মচা অসিদা *সাইন্তিফিক সোসিয়েলিজম* গী মচং ওইবা ব্রাখল্লোন পুম্বা যাওই হাযনা লৌনবি। মার্ক্সনা সমাজগী হোৎলক্লিবা শক্লোনবু হিস্তোবিকল মের্তেবিযেলিজমগী মীৎযেংদগী নৈনদুনা উৎখ্রবা মতুং চহী নীফূ লৈবগা নিব্রিজ মোর্গাননা ইতিহাসপু পবীং অসিদা নৌহৌনা বৈজ্ঞানিক ওইবা মাযগৈদগী নৈনদুনা পুথোবকখি।

তবামাপলশুবা চহীচা অসিগী খ্বাইদগী মকওইবা থৌদোকশিংগী মবক্তা অমদি দার্বিনগী *ওন দি ওরিজিন ওফ স্পেসিস* হাযবা মালেমগী তোঙান তোঙানবা থব্রাযপানবশিং হৌবকপগী মবমদা ইবা ১৮৫৯ দা ফোঙখিবা লাইবিক অসিসু অমনি। লাইবিক অসিগী অনৌবা মীৎযেং অসিদা ধর্ম্মদা হকচিনবা কাঙবুশিংদা নাবোন্দগী শাজৈনা খঙহৌদনা কল্লকপগুম থোকখি। ধর্ম্মগী লুচিংপুবেল কযানা বৈজ্ঞানিক কযাগী মতেঙ লৌদুনা লাইবিক অসিগী ব্রাবোল কযাবু কক্লবা কন্না

হোৎনখি, অমসুং ঙসি ফাওবদসু অরেপ্পা লৈতনা হোৎনরি। ধর্ম্মগী লুচিংবা কনাগুম্বনা দার্বিনগী মপাদু অচৌবা য়োংজাও ওইরমগনি হায়না করেম্নখি।

অথিংবা কয়া পীরবসু অমদি দার্বিনগী ইভোল্যুসন থিওরীবু য়ানীংদবা কাঙবুসু ঙসিদি মচীন্দা মকা ফোংনা য়ানীংদে হায়বদা ইকায়বা পোক্নবগুম তৌরে। সরকারগী মহৈশঙশিংদা থাজবগা লোয়ননা তম্নরে। অদুবু ইকুই কুইদনা চহী মরিফু মঙারোমগী মমাঙদা সাইন্স অমসুং তেক্নোলোজিদা চাওখৎলে হায়নরিবা আমেরিকাদা দার্বিনগী থিওরীগী মতাঙদা অচৌবা ৱাথোক অমা ওইখি। ৱাথোক অদুনা *য়োংগী বিচার* নৎত্রগা *স্কোপকী বিচার* হায়না মমিং য়াম্না চৎখি। ***স্টেট ওফ তেনেসী***না ১৯২৫ দা দার্বিনগী থিওরীবু তম্বীবা য়ারোই হায়না আইন অমা পাস তৌখি। অদুবু সেন্ট্রেল হায় স্কুল ওফ দেতোনগী জোন টি স্কোপস কৌবা নহা ওইরিবা বাইওলোজিগী ওজা অমনা আইনদুবু শীংনদুনা মদুবু থৱায় য়াওনা তম্বীখি। মসিগীদমক মহাকপু ফাদুনা ৱায়েনশঙদা বিচার তৌখি। বিচার অদু ১৯২৫ গী জুলাই ১০ দা হৌখি অমসুং নুমিৎ ১১ চূপ্পা চৎথখি। মসিগীদমক খবরগী অমদি অতৈ মীওই কয়াগী লৈফম চাফমগী অখন্নবা থৌরাং তৌখি। সরকারগী মায়কৈদা মমিং চৎলবা আমেরিকাগী প্রেসিদেন্তকী মীবেপ অহুম্লক ওইরুবী ক্রিমিনেল লোয়র দব্লু. জে. ব্রেয়ন (William Jennings Bryan) না লেপখি। মদুগা আ্যাসামীগী মায়কৈদা ক্লারেন্স দেরোনা লেপখি। বাইবলদা য়াওরিবা লৈশেম নোংশেম্বা (ক্রিয়েসন থিওরী) গী ৱাফমদা হকচীনবা কাঙবু অমসুং লিবরেল ওইবা কাঙবু অনীগী মরক্তা মীয়ামগী ওইবা অচৌবা শীংনবা অমা ওইখি। স্কোপসকী উকিলনা ব্রেয়ন্দা খুদোম্বী থিল্লদুনা হংখি।

মালেমসিদা চহী লীশিং মঙাগী মমাঙদা করিগুম্বা সিভিলাইজেসন অমতা লৈরমদে হায়বসিদা অদোম থাজবা নৎত্রা? অদুবু ব্রেয়ননদি ওলদ তেস্তামেন্তকী মতৃংইন্না মালেমসি খৃষ্টনা পোক্কদবা চহী লীশিং মরি চামরি (৪০০৪) গী মমাঙদা শেমখি হায়বসি থাজৈ হায়খি। অদুগা অমুক মঙোন্দা মখা তানা হংখি–

পৃথিবী অসি শেম্বদা শুপ্নগী নুমিৎ তরুকনিদমক চঙই হায়বসিদি য়াবিনীংব্রা? মতাং অসিদদি মাগী হান্নগী ফিরেপতগী খরা হোংদোরকখি অদুগা ঐখোযনা খঙনরিবা *পৃং কুনমরিনা শাবা নুমিৎসিদি নত্তে* হায়না খুমখি। উকিল অনীমক মশা মশানা কেশ অসিগীদমক চোংথোক্নরকপনি। ৱায়েল চথরবা মতৃংদা আইনগী

মতৃংইন্না কোর্টনা স্কোপসপু মরাল লৈরে হাযনা রায় পীখি দোলর চামা ফাইন তৌখি। অদুবু আপিল তৌরবা মতৃংদা স্তেতকী সুপ্রিম কোর্টনা মাবু মরাল কোকপীদুনা থাদোকখি। মফম অসিদা নত্তনা অর্কান্সাস অমসুং মিসিসিপীদসু ইভোল্যুসনগী থিওরীসিবু তম্বীবা থিংখি। মমৈথংদা যু.এস. কী সুপ্রিম কোর্টনা ১৯৬৮ দা অসিগুম্বা মখলগী আইন অসি সংবিধাননা য়াদে হাযনা লাউথোকখি।

ভাবতনা বৃটিশকী মখা পোল্লিঙৈদো আয্য সমাজগী মক ওইববা মীশক, শ্রদানন্দনা *সেভিয়র ওফ এ দাইং রেস* কৌবা লাইবিক অমা লাহোবদগী ফোঙখি। মসিদগী মহাকপু ইসলামগী যেক্লর্বনি হাযনা নিন্দা তৌনখি। সবকাবনা লাইবিক অদুবু থিংখি অদুবু লেখক অসিবুদি যাম্না তমথীবা মওংদা থাঙনা থিন্দুনা হাৎখি। বৃটিশকী আইন মতৃং ইন্না মীহাৎপা অব্দুল বসিদপু মবালগীদমক ফাঁসী তৌদুনা হাৎখি। অদুগা মতম কুইনগী তৃংদা পাকিস্তানগী জেনেবেল জিযাউল হকনা মীহাৎপা নুপা অসিগী মিংদা ম্যুজিযম অমা লিংখত্তুনা মহাকপু অশেংবা শহীদ অর্মনি হাযনা ইকায খুম্নখি। মবম অদুনা ভাবতকী মীযাম্না উবিবা ভগতসিংহ, চন্দ্রশেখব, বীব টিকেন্দ্রজিৎনচিংবা অথৌবশিংগী শক্তম বৃটিশশিংগী মীৎযেংদগী কবম্না উবমগনি? *ভাবতকী নীংতম্বগী অহানবা লান* হাযনা খঙনবিবা ১৮৫৭ কী লালহৌবু কলোনিযেল হিস্ত্রিয়ানশিংনা বে-আইন ওইবা *সিফাই লালহৌ* হাযনা কৌবম্মি। বাজনীতিগী শক্তি অমসুং ইতিহাস যাম্না নক্লে। মতম অমদা ভাবতকী ইতিহাসপু মতম খাযবদা হিন্দুগী, মুসলিমগী, বৃটিশকী পেবিযদ হাযনা কাঙলূপকী, জাতিগী নৎত্রগা শাসন তৌবিবা শক্তি পার্যবিবশিংগী মীৎযেংদা মতম খাযবম্মি। নীংতম্নবা মতৃংসির্দদি অবিবা, মযায, অনৌবা মতম অসুম্না চৎনবে। হান্না যাওবমদবা কযা অনৌবা সিলেবসতা হাপচিল্লে। মকওইনা বেঙ্গলদা লেফ ফ্রন্তনা সবকাব পাযবকপদগী মহৈবোযশিংদা তম্বীনবা সিলেবসকী মতাংদা অচৌবা অহোংবা লাকখ্রে। প্রাইমাবী থাক্তা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী এসেদগী হৌবদুনা রুসকী বিপ্লব অমসুং চিনগী বিপ্লব যাওশিল্লকপদগী অচৌবা ব্রাথোক ওইনখিবা পূম্নমক্না খঙনরবা ব্রাফমনি। অনৌবা পবীং অসিদা হান্ননা ইতিহাসকী মরুওইবা বোল কূম্নম্বা নিংথৌ, মহারাণী অমদি শাসন পাযখিবা নেতাশিংগা পার্ত খর মখৈ হন্থ্রে। অচৌবা নিংথৌ, নেতা নৎত্রগা মহাপুরুষ অমনা ইতিহাস শেম্নম্বদু, ইতিহাস শেম্বদা মকওইবা যৌদাং লৌরিবদি মীয়ামনি হাযবদু নৌহৌনা উৎনবা হোৎনবক্লে। রোয়েল ইন্দিয়ান নেভি (RIN) গী ব্রাবী ইতিহাসকী পাবাদা য়াওবা হৌরক্লে।

অওনবা পুরক্লবা হোৎনবদা অথিংবা থেংনবা হায়বসি হৌনশানি। মী অমগী মরাইবক লেপ্পা হায়বসি পাল্লিবা লৈঙাক্লোনগী মওং অদুগা মরী ইরে লৈনদবদি নত্তে। কেন্দ্রদা জনতা সরকার লৈরিঙৈদা হিস্ট্রিগী প্রোফেসর আর. এস. শর্ম্মগী তেক্সত বুক স্কুলদা তম্বদগী লৌথোকখি, অদুবু মতৃংদা অমুক হঞ্জিনহনখি। চহী খরগী মমাঙগী কেরলাদা মলয়ালম লোন্দা ফোঙবা জোসেফ ইদামরুকুগী কুরানগী সমালোচনা অদুবু থিংননবা মুসলিম কাঙবুদগী অকনবা ঈহৌ লাকখি। মসিবু লাম্বা তৌনবগীদমক লাইরিক অনীখকসু ফোঙখি। অদুগা অমুকসু খৃষ্টান কাঙবু অমনা প্রি-দিগ্রিগী মলয়ালমগী তেক্সতবুকতা য়াওরিবা অদাম অমসুং ঈশ্বর কৌবা কবিতা অমবু য়াওহন্দনবা অমদি বিবেকানন্দগী সাহিত্যদগী হায়বা ৱারেং অমবু তম্বীদনবা অকনবা দাবী তৌখি। কবিতা অসি বিষ্ণু নরায়ণ নম্বুদরীনা ইবনি। শন্নপ্পা ৱাবোলদি ঈশ্বরনা অদাম অমসুং ইভপু স্বর্গদগী তাম্থোকখি। মতুংদা ঈশ্বরনা শোয়খ্রে হায়বা খঙলক্লুনা মখোয় অনীবু অমুক হল্লক্লবা হায়খি। অদুবু মখোয়না হল্লকউ য়াখিদে। কবিগীনো হায়ববু হিংনবগী মতীক চারবা, ফজরবা মফম ওইনা শেন্নবা মালেম অসিবু মখোয়না হেন্না পামজখি। তশেংবদি শৈরেংসিদা কবিসিনা মীওইবগী হুমাংমনবু শৈথাদুনা ইবনি।

অতোপ্পা ৱারেং অসিদা উৎলির্বদি— কেরলাগী মীয়ামসি অনৌবা লাইশঙ অমদি মন্দিব কয়া শাগৎতুনা ধর্ম্ম চেনবগী শক্তম উবা ফংলে। অদুবু অমরোমদা মখোযগী লীচৎ-শাজৎ, ব্যবহারদি নোংমা নোংমগী লৈখা তাশিল্লকপা উবা ফংলি। মরম অদুনা ধর্ম্ম অমসুং মীওইবগী অফবা ফিদম, অশেংবা লীচৎ-শাজৎকা থোইনা মরী লৈনবা নত্তে হাযনর্বসি ৱারেংসিগী পান্দমনি। অদুম ওইনমক বিশোপ অসিনা তীং শোক্লা শাওবগী মবর্মদ ৱাবেং অসি ইবিবা সংকরন অসি কম্যুনিস্তকী চয়োলগী চেফোঙ অমগী ইদিতর ওইরম্বদগীনি হাযনখি।

সম্রাজ্যবাদীশিংনা লোইলম মচাশিংবু; অকনবনা অশোনবু, ইনাকখুনবনা লাইরববু, অচৌবনা মচাবু হস্থনা য়েংবগী ফৎত্রবা চৎনবী অমা মীওইবদা য়াওবি। ঐগী লাইনীং ঐগী লৈবাক, ঐগীনা মহেল্লে হায়বগী হামচৎনবা ৱাখলগী কুয়োম অমনা ঐখোয়গী পূক্লিংবু কৃপশিন্দুনা থম্মি হায়বদা থোইনা লাল্লোই। মীহৌরোলদগী অসিগুম্বা লীচৎ অসি মীওইবদা য়াওরক্লবসু মহাক্লা হিংলুবিবা সমাজ অদুদগী মহাক্লা ফংলকপনি। মতৌ অসুম্না মহাক্কী জাতি নৎত্রগা কাঙলুপকী

লাইনীংবু থাগৎতুনা অতোপ্পা কাঙবু নৎত্রগা অতোপ্পগী মমল *লৈনা লৌবা* পোৎলমশিংবু হুন্দুনা ইবা লাইরিক করিগুম্বা মতমদা থোরকতবা নত্তে। সেমোর হর্সনা মোরাজী দেশাইবু সি. আই. এগী তলব চাবা অরোনবা মীনি হায়না মরাল শীরকপদু ভারতমচা অয়াম্বনা হাইফেৎ পেন্নখিদে। তর্কীদা ১৯৭৩ দা গীতা অমসুং উপনিষদপু 'এস্তি নেসনেল' ওই হায়দুনা থিংখি। মণিপুরদা ১৯৭৯ দা ডা. চন্দ্রমনিনা সভাপতি ওইদুনা হিন্দু ধর্ম্মগী শেংলবা লাইরিক *গীতা* অমসুং 'মহাভারত' মৈ থাখি। পংচাউ চাউবা থৌদোক ওইনা লৌনদ্রবসু মণিপুরদা লৈবাক মনিল নাইখিবা লাইরিক ইরৈ লৈখিদবদি নত্তে। জনাবখানগী ***মণিপুরী মুস্লিম*** ৱারৈ চেনবা লাইরিক ওইনা লৌনখি। মণিপুরীশিংনা মালেমদা মশক তাক্লিংঙাই ওইরিবা জগোয় রাসকী মবমদা গুরু বিপিনসিংনা ইখিবা জগোয় রাসকী লাইরিক অদুগী মতাংদসু মণিপুরী পণ্ডিত কয়াগা কুইনা অৱায় অখুম তৌনখি।

জাতি অমগী মীহৌরোলগী ৱাবীদা অমোৎপা তৈশিন্দুনা কাঙলুপ অদুগী চৎনরোল অমদি ইতিহাসপু লান্না উহন্নবা হোৎনবা হায়বসি অচৌবা লঙজবা অমনি। কে. পি. সিনহাগী বিষ্ণুপ্রিয়াগী মরমদা ইংরাজীদা ইবা লাইরিক অদুগী মতাংদসু লাইরিক-লাইশু হৈরবা মণিপুরী কাঙবুশিংনা য়াম্না খোয়শাওনবা ফাওখি। লাইরিক অসিনা মরুওইবা ঙাক্লৌ ওইদুনা চাউরাক্না ১৯৭৭-৭৮ গী অদুৱাইদা কাছারগী বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা অশেংবা মণিপুরী অসি মখোয়নি হায়না কন্না দাবী তৌরকখি, খাংঙবোক, নিংথৌখোংনচিংবদা লৈরিবা মণিপুরীশিং অসি মখোয়গী কাঙবুনি হায়না কন্না প্রমান তৌদুনা উৎনবা হোৎনখি। হায়রিবা মরুওইবা ৱাফমশিং অদুবু শীংনরদুনা মণিপুরগী মনুং অমসুং মপানগী স্কোলরশিংনা তংঙায়ফদনা বিষ্ণুপ্রিয়াগী মরমদা অনৌবা লাইরিক ইদুনা পুথোক্লুরকখি। হৌখিবা মরিফু (১৯৮০) গী মতমদা মনা মনিন নাইদনা থোকখিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা ***মীতম্বাল*** পনবা য়াই। লাইরিক অসি ***ভাগ্যচন্দ্র লারৈ লাথুপ*** তা মমিং অমা থোনজিল্লগা ফোঙবনি। লাইরিক অসি থোরকপগা ইকুই কুইদনা মূর্ত্তি অসি পূংথু থুগাইরগা, অকায়বা, অতৎপা মকোক অদু শামু ময়াদা য়ান্দুনা লৈবা থেংনখি।

সাহিত্য, ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিদা শাসন তৌরিবা কাঙলুপ অদুগী অপাম্বা মখোয়গী ৱাখল্লোনগী মমি তত্তনা তাবা থেংনৈ। কাঙলূপ অমনা অমবু নমথদুনা থম্বা, মীথাপোল্লবশিংনা মনীংতম্নবা হোৎনবা ইতিহাসকী থেংখাং কয়াদা থেংনরি।

*অদুবু নীংখা তম্নীংবগী ৱাখল অসিদদি কাণ্ডলূপকী অচৌ পিশক্কী, লাইর-ইনাকখুনবগী খেন্নবা লৈতে। মরম অদুনা নীংতম্বগীদমক মীনা মীবু অমদি মহৌশাবু* লাম্হেংনবা তারকই। অসিগুম্বা থিংঙমদ্রবা মীওইবগী ৱাখলশিং অসি ঐখোয়গী সাহিত্যদসু অদুম্মক উবা ফংলি। বৃটিশকী মীনায় য়োল্লিংদগী নীংতম্নিংবগী খোল্লাও অসি ১৯০৬ তা ফোঙখিবা প্রেমচন্দগী *'সোজেৱতন'* কৌবা ৱারীমচা মণ্ডাগী লাইরিক অদুদগী তাবা ফংখি। লাইরিক অদুবু বৃটিশ সরকারনা রাজবিদ্রোহগী ৱাখল য়াওরে হায়দুনা থিংখি। অদুগা অফংবা লাইবিক মখৈ খোমগৎতুনা মৈ থাখি। লাইরিক অসিগী অমতা ঙাযরবা কোপী অমথক হৌজিক কাশীগী ম্যুজিয়মদা চেকশিন্না থল্লি।

ইম্পরিয়েলিস্তকী শাজৎ অসি ফনমক লোত্তুনসু মখোয়গী মহৌশাদগী ইহোং হোংবা লৈত্রি। মখোয়গী স্বার্থ অমদি চেৎনা শাগৎলিবা ফিভম শোক্কদবা থৌওং অমত্তা মখোয়না খাঙবা ঙমদে। মখোয়না রাজনীতিগী অমদি শক্তিগী খুবাম্মুংদা মনীংতম্বা লৈবাক কয়াবু চেৎনা থম্নবা মওং অমা নৎত্রগা অমদা হোৎনবকই। মখোয়না জাতিগী নীংতম আন্দোলনবু নমথনবা হোৎনবা, সমাজবাদপু য়েক্লবনি হায়না লৌবগী ৱাখল থাদোকপা ঙমদ্রি। অসিগুম্বা লাল্লোং অসিগী মনুংদা বাশিয়াদা ওক্তোবব বিপ্লব মায় পাক্লকপদগী হৌনা সমাজবাদকী ঈহৌবু নমথনবা হোৎনখি। বৃটিশ সরকারনা মতম অদুগী ভাবতকী মীয়ামদা পাউ অসিবু যৌহন্দনবা, মসিবু থিংননবা পাউগু লীশিং কয়া চাদিং তৌখি। রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরবু সোভিযেৎ য়ুনিয়নদা চৎহন্দনবা কয়াবক হোৎনখি। অদুবু অথিংবা পূম্বা কবিসু নাচুংদনা কবি অসিনা চৎখি। মদুগী মহৈ ওইনা *রাশিয়াগী চিঠি* ইখি, বৃটিশ সরকারনা হোৎনবা পূম্বা অরেম্বা তারবদা তণ্ডায়ফদনা লাইবিক অদুবু থিংবা তাখি।

# অঙনবা মতমগী চেফোঙ খরা

উশম ধনঞ্জয় সিংহ

## I

অঙনবা মতমদা ফোঙলম্বা চেফোঙশিং অসি চহীগী ওইনা ফোঙবা, থা ৬/৬ কী ওইনা ফোঙবা, থা ৩/৩ গী ওইনা ফোঙবা, থা থাগী ওইনা ফোঙবা, চয়োল ২/২ গী ওইনা ফোঙবা, চযোলগী ওইনা ফোঙবা, নুংতিগী ওইনা ফোঙবা মখল মখলনি। মমিং খবদং পল্লবদা *মৈতৈ চনু (১৯২২), য়াকহিরোল (১৯৩০), দৈনিক মণিপুর পত্রিকা (১-১৩২), ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা (১৯৩৩), মণিপুব সাহিত্য পবিষদ পত্রিকা (১৯৩৭), মৈতৈ মাইবা (১৯৩৮), মণিপুব (১৯৩৮), মতম, মণিপুব মতম (১৯৩৯), মণিপুর পাউজেল (১৯৩৯), মণিপুব মাহিলা (১৯৩৯), মৈতৈ (১৯৪১), নহারোল (১৯৪১), ভগ্যবতী পত্রিকা (১৯৪৬), ঙসি (১৯৪৬), প্রজা (১৯৪৭), প্রজাতন্ত্র (১৯৪৭), ঐখোইগী মণিপুর (১৯৪৭), পানম (১৯৪৭)* অসিনচিংবা অসুম্বা অঙনবা মতমগী চেফোঙ খবা লৌখৎতুনা নৈনদুনা যেংসি।

হিজম ইবাবতনা ফোঙবা *মৈতৈ চনু* অসিনা মণিপুবদা ফোঙবা ইহান হানবা চেফোঙনি। অচঙবা খুৎশু খুৎলাই শেন থুম পুম্নমক বীব টিকেন্দ্রজিৎকী মজা ইবুংঙো বীবচন্দ্র সিংহনা পুথোকপিবনি হায। খৃঃ ১৯২১ দা পুথোকখিবা খুৎই চেফোঙনি। কোপীদি যাম্না পুথোকখিবা নত্তে, মশীংসু অনীবক অহুম্লক গুম্বদগী পংহেন হেন্‌খিদে। চেফোঙ অসি খবদি থাই, ব্রাইবগা মথং মথং য়ান্না পাম্না পান্নখি হাযনৈ।

*মৈতৈ চনু* হাযবা অতোপ্পা চেফোঙ অমা খৃঃ ১৯৪৯ দগী চহী খুদিংগী ওইনা মদু ৫ মুক মণিপুব মাইনা শখানা পুথোকখি।

শ্রীথোংবম গোকুনচন্দ্র সিংহনা পুথোকপা চুবাচাঁন্দ প্রিন্টিং ব্রার্ক্স শগোলবন্দ। খৃঃ ১৯৩২ দা নম্লগা পুথোকখিবা *দৈনিক মণিপুব পত্রিকা* অসিনা ছাপা তৌবগা

ফোঙবা ইহান হানবা নুংতিগী ওইবা চেফোঙনি। মণিপুরগী অহানবা নুংতিগী ফোঙবা পাউচে অসি ফোঙনবগী অয়াবা মণিপুর ষ্টেট দরবারনা তাং ৬ জুলাই ১৯৩২ দা ব্রারেপ তাখি। মণিপুরগী মহারাজনসু দরবারগী ব্রারেপতু অয়াবা পীবিখি। অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহনা পাউচে অসি ফোঙনবা হোৎনবদা চাউনা মতেং পাংখি। ***দৈনিক মণিপুর পত্রিকা*** অসি মণিপুর ষ্টেট দরবারনা তাং ৬ ফেব্রুৱারি, ১৯৫৫ দা ব্রারেপ নম্বর ১ গী মতুং ইন্না ফোঙবা থিংজিনখি। চেফোঙ অসিগী মমিং অসি মৈতৈ ময়েক্তসু থারম্মী।

থাগী চেফোঙদা ডাক্তর শ্রীলৈরেন সিংহ নিংথৌজম নুতন বাজার ইম্ফাল পো. আ. না ফোঙবা ***য়াকাইরোল*** অসিনা ইহান হানবনি। ওক্টোবর, ১৯৩০ ইংদা ইহান হান্না থাগী চে *য়াকাইরোল* অসি পুথোকখি। অহানবা চেফোঙসিদা শ্রীনবদ্বীপচন্দ্রগী *শ্রীশ্রীস্বরগতীবু খুরমজবা*, যুমজাওগী *ঐ* (ব্রারেং), শ্রীখোইরাকপম গিরিগী *তোর্বান হমব্রু* (শৈরেং), শ্রীলৈরেনগী *হকচাং ফনবা লায়ব্রা* (ব্রাবেং), শ্রীদ্বিজমনি শর্ম্মগী *ঐগি অমসুং থব্রাইগি* (শৈরেং), **শ্রীচন্দ্রহাস** সিংহগী *ব্রহ্মচার্যা করিনো* (ব্রারেং), শ্রীললিত মাধব শর্ম্মগী *ব্রম্মন সম্মেলন* (ঈ-পাও), শ্রীযুমজাও সিংহগী *Poireiton* (essay), ডা. কমল সিংহগী ***মিংচৎ*** (শৈরেং), শ্রীঅরাম্বম ইবুংঙোহন সিংহগী *পুক্লিংগী সাইওন* (শৈরেং) অসিনচিংবা কয়া য়াওবি। খৃঃ ১৯৩৩ গী জুন থা ফাওবা ফোঙখি।

অবাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহনা ইদিটর ওইবা ***ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা*** চুরাচাঁন্দ প্রিন্টিং ব্রাক্স শগোলবন্দা নমদুনা সেপ্টেম্বর ১৯৩৩ দা ইহান হান্না পুথোকখি। পত্রিকা অসি খৃঃ ১৯৩৮ ফাওবা ফোঙলম্মী। থা থাগী ওইবা চেফোঙনি। চেফোঙ অসিদা শ্রীখ্বাইরাকপম চাওবগী উপন্যাস *লবঙ্গলতা*, মুতুম ঝুলনগী *বিজয় পঞ্চালী*, *মণিপুর ইতিহাস*, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎকী *মোইবাং থোইবী*, ললিত মাধব শর্ম্মগী *অব্রাগী ইতিহাস* নচিংবা পরিং নাইনা ফোঙখি। দরেন্দ্রজিৎকী মতুংদা থোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ, মথংদা ১৯৩৭ তা রাজকুমার শীতলজিৎনা ইদিটর ওইখি।

মসিগী মতুংদা দরেন্দ্রজিৎকা পুন্দুনা ***তরুন মণিপুর*** কৌবা চেফোঙ অমা পুথোকখি। অগষ্ট ১৯৩৮ দা চয়োলগী ওইনা শীতলজিৎনা সম্পাদক ওইনা, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহনা পব্লিসর ওইনা, দরেন্দ্রজিৎকী প্রেস চুরাচাঁন্দ প্রিন্টিং ব্রাক্সতা নম্বনি। মহাক্না দরবারগী অয়াবা পীবিনবা দরখাষ্ট অদুগী মতাংদা দরবারনা অসুম্না অয়াবা পীখি ঃ

To consider an application from self A Dorendrajit Singh, proprietor Charachand Printing Works, Imphal asking for permission to publish a weekly journal under the editorship of self R.K. Shitaljit Singh, B.A Allowed provided a free copy of every publication is sent to the Darbar.

*তরুন মণিপুর* গী ২শুবা চহী ৪শুবা মশীং নোংমাইজিং ১১/৯/৩৮ ইংদা, সোসিয়েল ক্রিতিসিজম ওইনা ইখিবা ইদিটোরিয়েল *নুপী য়াম্না থিবগী কান্নবা* হাযবগী মতেক থরাঃ 'মণিপুরদা নুপী অককপা লৈতনা নুপা অমনা থিবা য়াই। অদুগা খাইননিংবা মতমদা খাইনবসু যাই। অদুদা নুপা অদুনা ঐ মাবু লৌররোই— মানা থোকপা তৌজখিবা যাবে হায়রবদি নুপী অদু ময়ূম পাঞ্জখিবা য়াই, নত্তদুনা মরা অদুনা থাবিদ্রিঙৈদা ময়ূম পাল্লুববদি লুপা ৫০— ময়েক ওইনা পীদবা যাবা নত্তে। ... নুপাসু নুপীগা ৱা লোইনদ্রিঙৈদা মতু অমা থিববদি মতিক চাবা শেল নুপীনা ফংজবা য়ানবা আইন অমা শেম্নীববদি নুপী ঙাকপিবা অমা ওইনা থোক্কনি। শেংথ্রবা লুহোঙববু মোৎথ্রবা নুপীগী ললোনফম ওইবা থিংবিবা মতম ওইবে।'

*তরুন মণিপুর* ফোঙবা চহী অমুক লৈরগা *মতম* হায়বা চেফোঙ অমা শ্রীরাজকুমার শীতলজিৎনা সম্পাদক ওইনা বাইৱিক্লি ওইনা পুথোকখি। নামৈরাকপম কালা কৌবা অমগী *নিউ ষ্টাব প্রেস* কৈশামথোংদা নম্বনি। হিজম ইরাবত সিংহদগী পাবল্লিশন অমা ৱাইদুনা ফোঙবনি হায়। মরক্তুদা মহাক্সু থাখিবা দবখাষ্ট অমগী পারমিশন ফংখি। চেফোঙ অসিদা মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেন্ট মেক ডোলান্দনা কবিগুম্বা ৱাফম অমা নৈনবদা *'মণিপুরী মৈতৈশিংসি মতিক চাদে'* হায়বা ৱাফম অমদা মহাক্লা ইডিটরিয়েলদা ক্রিতিসাইজ তৌদুনা ইখি। মরুওইবা পোইন্টদি অসিনিঃ *'নঙনা খঙবা মীশিং মতিক চাদ্রবসু নঙনা খঙদবা মীশিংগী মরক্তা মতিক চাবা কয়া লৈরি'* হায়বসিনি। Confidential ওইবদু ফোঙদোক্লুবগী মেক ডোলান্দনা শাওদুনা Action লোইরোইদবগী মরম লৈববা হায়দুনা চিঠি ইরকখি। হুইবোংবম ডা. তোলচৌ অহানবা হোমিও প্রাক্তিসনর (মণিপুরদা পোলিটেনিক স্কুল লিংখৎলম্বা) অদুগা তান্নরগা অইবা চে ওইনা পাওখুম পীখি হায়। মরোম্দি *'নখোয়গী রেকোর্ড থম্বা দীপার্টমেন্টতুদা ইনকারী তৌ, ঐদি হায়দোকলোই'* অসিনি। হায়দোক্ত্রবদি ফাদোক পীগদবনি হায়বগী থৌবাং

অমা মেক ডোলান্দনা তৌরকপদা লাইরেনময়ূম ইবুংঙোহলনা *Source* পীগদবনি, পীদ্রবদি দন্দি পীগনি হায়বগী আইন ঐখোয়গী হান্না লৈতে। মদু হান্না শেমখিসি অদুগা কোন্না মদু Apply তৌবা য়াই। হায়বদগী শীতলজিৎ দন্দি ফংহৌদে হায়। অদুবু সোর্স অদু তাক্তবগী পার্মিসন্দা য়াওরিবা লুপা ১০০ অদু ডিপোজিৎ তৌনবা হায়রকপদগী পৈশাদু পীনিংঙাই লৈতবনা মাগী পৈশা য়াওদনা পীরকপা Permission অদুদা ***মণিপুর মতম*** হায়না ফোঙখি হায়। বাই ব্রিক্লি চেফোঙ ওইখি। ***মণিপুর মতম*** অসি মশীং য়াম্না চৎনবা আসামীজ মরুপ Debendranath Bezharuah বেজবারুআ বু আসামীজগী ইদিটর ওইহনখি। অদুনা চেফোঙ অসি মণিপুর আসামীজনি। অনীশুবা পৃথিবীগী লানজাও হৌরকপা অদুব্রাই ফাওবা ফোঙলম্মী হায়।

রাজকুমার শীতলজিৎনা ইদিটর ওইবা *দি মণিপুর মতম* A National Bi Weekly নুমিৎ হুম্নি চে তাং ৩০/৫/১৯৪০ দা লমাই ৩ দা *উশ্মাগী মরিদগী প্রজা সম্মিলনদগী তানথোকপা* হায়বা হেদিংদা অসুম্না ইরিঃ

২৮/৫/১৯৪০ ইংদা শ্রীযুক্ত থোকচোম অঙৌ সিংহনা সভাপতি ওইনা প্রজা সম্মিলনগী মরমদা জেনেরেল মীতিং ফমই। মীতিং অসিদা লেপ্পুখিবা রিজোলিউশন–

১বা– শ্রীযুক্ত মাঘ সিংহ অমসুং শ্রীযুক্ত তোম্পোক সিংহনচিংবা মী ১১না উস্মা ফৌ থাবিয়ু হায়না তাং ১৪/৫/১৯৪০ দা দরবারদা দরখাষ্ট থারম্বা অমসুং ২৭/৫/১৯৪০ ইংগী ***মতম*** পেপরদসু ফোঙখ্রবা অদুগী মবমদা খন্নবদা প্রজানা পামদবা থবক তৌরম্বগীদমক মখাদা ইরিবা সম্মিলনগী ব্রার্করশিং অসি সম্মিলনগী সভাদগী বয়কট তৌরে হায়না লেপনরে।

১। শ্রীযুৎ তোম্পোক সিংহ

২। শ্রীযুৎ বিদুর সিংহ

৩। শ্রীযুৎ বিশ্বরুপ সিংহ

২শুবা– বয়কট তৌরিবা মীশিং অসিদা খংহনবা চে অমমম থাবা ***মতম*** প্রেসতা অমা থাবা।

৩শুবা– শ্রীলোংজম বিজয় সিংহনা সেক্রেটরীগী চার্জ পুবা।

***মণিপুর মতম*** অসি লমাই ৬ পাল্লি। সভাপতি শ্রীঅঙৌ সিংহনা মপাল লমগী

ঈ-পাও কয়াসু যাওই। নিউ ষ্টাব প্রেস কৈশামথোংদা নম্বনি। নামৈবাকপম কালা সিংহনা পল্লিসব ওই।

হিজম ইবাবত সিংহনা খৃঃ ১৯৪৭ দা *অনৌবা যুগ* ফোঙখি। খুৎনা ইবগা cyclostyled তৌবনি। মবক্কী চেফোঙ ১বা ডিসেম্বব ১৯৪৭ তা অসুম্না ইবিঃ

মণিপুবগী চাঁং তমগী দলশিংগী প্রতিনির্ধি গী অপুনবা সভা শ্রীযুক্ত ইবাবত সিংহনা মণিপুব প্রজাগী পুর্নদাযিত্বশীল শাসনগী দাবীগী অন্দোলন অমসুং কোহিমাগী নাগা নেসনেল কাউনসিলনা মখোযগী দাবীগীদমক ভাবত সবকাবদা থা অমা মতম পীদুনা চবম পত্র পীখিবা ডিসেম্বব ৬ তগী ভাবত ইউনিযনদগী তোখাযগনি হাযবা অসিদা মণিপুব অকবা মতাং লাক্কদবা পূম্নমক হাযবগা মণিপুবগী চাঁং তমগী দল মখৈনা প্রজাগী অমতা ওইবা মান্নবা দাবীদা পুন্না চৎমিন্নবা অমসুং মণিপুবগী মাংদা লাক্কদবা খুদোংথিবদগী কন্নবা ইউনাইটেড ফ্রন্ট অমা শেম্নবগী মবমদা ঙাংখি। *প্রজা* হাযবা চেফোঙ অসি মে ১৯৪৭ চযোলগী চেফোঙ ওইনা পুথোকখি। ইদিটবনা শ্রীবনবীব সিংহ এম এ নি। *প্রজা* চযোলগী চে জুন ৭, ১৯৪৭ তশুবা মশীং অসিদা শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহনা ইবা "ফুদিত্তা মাংজোং চোংবা" হাযবা বাবেং অমা যাওবি।

হৌজিক মণিপুবদা প্রজা শাসন পীনিংদবা প্রজাবু চাওহন্নিংদবা, মখোযদি সবকাবগী অমসুং নিংথৌগী মঙান্দগী চাউজবা ওইজবা ফংবা অমসৃং ফংনিংবা মীতা ওইবনা প্রজানা চাওখ্রবদি শোইহৌবা তাবে হাযদুনা নহান মখৈ শাসন নিযম শেম্নবা কমিটিদা চংবা যাদে হাযদুনা প্রজাগী খবদং অফবা ফংলমদাইদা যৈখাইদুনা কোইচেন চেল্লকইবা কাঙবু অদুনা হৌজিক অমুক কংগ্রেসতা চংদুনা প্রজাগীদমক হাযফেৎ নিংথিনা ফববা শাসন নিযম অমা শেমদুনা প্রজাগী শাসন ফংলমদাই অসিদা অমুক্কা কল্লক্লদুনা প্রজাদা উৎ চাইদুনা কংগ্রেসনা লৈবাক মাংহনগদৌবে ধর্ম্ম লৈহল্লোইদৌবে, সবকাব লৈহনখিসি, নিংথৌগী শক্তি চাওহনখিসি অসিনচিংবা হাযদুনা প্রজাগী শক্তি ফংজগদৌবা প্রজানা চাওজগদৌবিবসি মাংহনগদৌবগী থৱাই চেনদুনা সাই খোমদুনা হোৎনবি হাযনা তৌবির্বসিনা অচুম্বা ওইববদি ফুদিৎতা মাংজোং চোংবা হাযবদু অসুম তৌগদ্রা খল্লি।

*প্রজা* অসি সেপ্তেম্বব ২৪, ১৯৪৭ দগীদি শ্রীএল অচৌ সিংহ এম.এ. না সম্পাদক ওইবে, নুংতিগী ফোঙবা চেফোঙ অমসু ওইবে। হাযবিবা তাবিখ অসিদা ফোঙবা "প্রজাদা হাযজবা" হাযবা হেডিংদা অসুম্না ইবিঃ

*দেশ প্রেমী ইচিন-ইনাওশা! ঙসি সত্যগ্রহ হৌখিবা নুমিৎ মঙানি শুরে। সত্যগ্রহীশিং অসি দেশকী সেবাগীদমক মথৱাই ফাওবা কৎনবা লেপখ্রে। দেশ প্রেমী ইচিন-ইনাও পূম্নমক হন্দক্কী প্রজাগী স্বাধীন ওইনবগী অন্দোলন অসিদা শেলনা ওইরবসু হকচাংনা ওইরবসু অঙম্বা সহায় তৌবিয়ু হায়না নীংশিংজরি।*

তাং ২৩/৯/১৯৪৭

শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ

শ্রীমহেন্দ্র সিংহ

শ্রীঅঙৌ সিংহ

শ্রীবঙ্কবিহারী শর্ম্মা।

## II

*মণিপুর পাউজেল* কৈশাম কুঞ্জবিহরী সিংহনা ইদিটর ওইনা পোপুলর প্রেস পুলিস লেন্দ ইম্ফালদা পুথোকখি। অসিগী Publisher না এলাংবম লৈকাইদগী নিংথৌজম নবকুমাব সিংহনি। মহাক্না মণিপুব ষ্টেট দরবারদা কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহবু ইদিটর ওইরগা চয়োলগী ওইবা চেফোঙ অমা ফোঙবা য়াহনবিনবা দরখাষ্ট থাখি। মদু দরবারনা খন্নদুনা য়ারে হায়বা ৱারেপ্তু অসিনি—

Manipur State Darbar Resolution No. 14 of 27.1.1939

14. To consider an application from self Ningthoujam Nabakumar Singh of Elangbam Leikai asking that he may be given permission to start and run a weekly journal under the editorship of Keisham Kunjabihari Singh, Keisamthong Sanction provided a copy of every publication is sent to the Darbar.

ইং ১৯৩৯ দা মহাক্না ফোঙখিবা *মণিপুর পাউজেল* খবরদা ইখিবা ৱারোল খরগা মরী লৈননা মহাকপু ফারগা কোর্টনা বিচার চৎথখি অমদি জেলদা থমখি। Sadar Panchayat Court না 30-4-1939 দা তাবা রাইদা থা তরুক Simple Imprisonment ১সুং লুপা ৩০০ গী fine থিহনবনি মদু মহাক্না Sedition ১সুং defamation ওইবা ৱারোল ফোঙবগীনি।

খৃঃ ১৯৪৮ দা রাজকুমার মাইপাকসনানা ইদিটর ওইদুনা *তরুন প্রেস ইম্ফালদগী* ফোঙখি। চেফোঙ অসিগী হেক মখাদা *The Voice of the people is the Voice of God* হায়না থাই। প্রজাগী খোঞ্জেল্দি ঈশ্বরগী খোঞ্জেল্নি। ***প্রজাতন্ত্র*** নম্বর ২৫ সেপ্টেম্বর ২৩ শগোলশেল নুমিৎ ১৯৪৮ ইং সম্পাদক শ্রীমাইপাকসনা রাজকুমার উপ-সম্পাদক— লোইতাম য়াইমা সিংহ প্রকাশক মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস তরুন প্রেস মোইরাংখোম, ইম্ফাল মণিপুর ষ্টেটনা ফোঙবা অসিদা *থানাদগী ফঙবা পাউ* হায়না য়াওরি। মসিদা নাপেৎপল্লিগী প্রজাশিংদা কৃষক সভাগী মীশিংনা নখোয় ঙসি হুমনিগী মনুংদা কৃষক সভা য়াওদ্রবদি নয়ূম মৈ থাগনি মসিদা লৈহল্লোইনচিংবা হাযনা ওৎপদা সাধারন প্রজানা খাংবা ঙমদ্রদুনা তাক্লবদা মখোয়বু থানানা তদন্ত তৌদুনা য়েংবদা তাং ২০/৯/১৯৪৭ ইংদা মবাল খরা উরদুনা মখোয মী ৬ ফারক্তুনা জেল্দা লৈরি অদুগা অমুক মখোয়গী লিদর ফাবা চৎপদা তাং ২১/৯/১৯৪৮ ইংদা মখোয়গী মরক্তগী নোংমৈ কাপ্লক্তুনা য়েৎথংবা খুউ মথক্তা পান্দুনা ফৈবোমদা ফাওদুনা শ্রীযুক্ত কৈশাম নারান সিংহ ইম্ফাল থানাগী ও.সি. শিবনি।

অসুম্না ফোঙলি। মতুংদা ইং ১৯৫০ দা মাইপাকসনানা সম্পাদক অদুগা লাইশ্রম জয়চন্দ্র সিংহনা উপ-সম্পাদক ওইদুনা মখা তানা ফোঙখি। মতুংদা ইং ১৯৫১ দগীদি। ***প্রজাতন্ত্র*** অসি জয়চন্দ্রনা সম্পাদক ওইদুনা মতোমতা ফোঙখ্রে। মহাক্লা সম্পাদক ওইনা ফোঙবা তাং ২৪/১০/১৯৫২ ইংগী ***প্রজাতন্ত্র*** ২শুবা চহী মশীং ২২৭ অসিদা নেহরুজীনা মণিপুরদা লাকপগী পাওদু অসুম্না ফোঙখি—

কাংজৈবুংগী পব্লিক মীটিংদা মী ৫০,০০০ রোম তিনখি। এরোড্রোমদা মী ১০,০০০ না নেহরুজীবু স্বাগত তৌখি। নেহরুজীদা কংগ্রেসকী মেমোরেন্দম হাযবা পাও অমসু যাওবি। *প্রজতন্ত্র* সম্পাদক শ্রীজয়চন্দ্র সিংহ ২শুবা চহী মশীং ২২৬ শগোলশেল তাং ২৩/১০/১৯৫২ ইংদা *মণিপুরীশিংগী মরমদা নেহরুজীগী রাখল* হায়বা পাও অমা ফোঙলি। শ্রীনেহরুজীনা শ্রীহট্টকী ভানুবিল হায়বা লমদুদা মহাক্লা মণিপুরীশিং থেংনরকখিবদুদা মশাদা ফাওখিবা অদুগী পাওনি। পাও অসিদা অসুম্না হায়— মখোয়সি ইতোপ তোপ্পা জাতীনি, ঐঙোন্দা নৌনা উই অমসুং ঐহাক্লা ভারতবষদা উখিবশিং অদুদগী পুমতোপ তোপই ঐখোয়না ঐখোয়গী ইবৈবাক অমসুং ইরৈবাক মচাশিংগী মরমদা কয়া খঙবা ব্রাৎখ্রবনো।

মখোয়সি মীওই মীতৌদি মঙ্গোলিয়ানি। মখোয়শিং অসি ব্রহ্মাদেশকী মীশিংগা হায়রপ মান্নে। অইবমক্তি ব্রহ্মাদেশকী মীশিংগা য়াম্না মানবা লৈ, মখোয়গী নুপী নহাগী ফিজেৎ ইমান মান্নে। মখোয়শিং অসি থোইদোক হেন্দোক্না লুই অমসুং তরু তরুই অমসুং মীৎতা নোকফেৎ তৌবা লৈশাবী মচাশিং অদু হৈশিংবা হৌজিক কানগী মীতানি। নুপীমচাশিংগী লুমাং তাবা মশন্না তেনতক কক্নুনা লুনা নাননা হাৎপা অদু উবদা পুক্লিং হুনবগী মশকনি। অসিগুম্বা নিংথিনা লং নাইবা অমসুং ফি শাবা হৈবা মরনাই চাওথোকপা, লৌউবা মীতা ঙাকনি। মখোয় ধর্ম্মগী মতুং ইন্নদি বৈষ্ণব ঙাক্তনি। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মনুংদা ব্রহ্মাদেশকী চৎনবী খরসু চংই অদুগা মখোয় অসি লুহোঙলগা খায়নবা য়াই হায়না ঐঙোন্দা তমই।

মণিপুব ষ্টেট তম্পাক অনীগী মরক্তা লৈবা চীংগী লমনি, লম অসি মীশিং অসিগী হৌরকফম্নি। মফম অসিদগী ভানুবিলগী মণিপুবীশিং অসি মীরোন কয়াগী মমাংদা হোংদোকবকপনি। ব্রহ্মাদেশতগীরা কদায়দগীনো হৌফমদি ঐহাক ঙকই। মখোযশিং অসি চাওখৎতবনি হাযনৈ, ঐনা খল্লি অদুবু ক্ষিশা অমসুং খুদোংচাবা ফংহল্লবদি পুক্লিং হুনবগী মশক ওইববা অমসুং মমিৎ মনা শিংনা উরিবা জাতি অসিনা তৌবা ঙমলোইদবা কবি লৈ'?

***ঙসি*** অসি থাখায়গী চেফোঙ ওইনা ১৫ এপ্রিল ১৯৪৬ তগী পুথোকখি। জনুৱাবী ৯,১৯৪৭ তগী চয়োল অমগী শগোলশেল নুমিত্তা ফোঙবা চয়োলগী চেফোঙ ওইখি। অদুবু সেপ্টেম্বব ২৯, ১৯৪৭ তগী নিংথৌকাবা খুদিংগী ফোঙবা চেফোঙ ওইখি। সম্পাদক্না কৈশাম কুঞ্জবিহারীনি, *দি চিত্রাঙ্গদা* প্রেস ইম্ফালদা ছাপা তৌবগা ফোঙবনি। মার্চ ১৯৪৯ নোংমগী চে ওইবকপদা শ্রীকৃষ্ণমোহন সিংহ এম.এ, বি.এলনা সম্পাদক ওইরম্মী। অদুবু এপ্রিল ১৩, ১৯৪৯ দগী কৈশাম কুঞ্জবিহাবী সিংহনা অমুক সম্পাদক ওই। খৃঃ ১৯৫২ দদি শ্রীগীতচন্দ্র সিংহ তোংব্রমনা সহায়ক সম্পাদক ওইবম্মী। কৈশাম কুঞ্জবিহাবীনা সম্পাদক অদুম ওই। ***ঙসি*** গী নোংমাইজিং তাং ৬/৩/১৯৪৯ ইং ৩৬৩শুবা মশীং সম্পাদক শ্রীকৃঞ্জমোহন সিংহ এম.এ, বি. এল. ওইবা নোংমগী চে অসিদা *অঙকপা থৌদোক অমা* হায়দুনা হেডিং ওইবা পাও অমা ষ্টাফ রিপোর্টরদগী য়াওরি। মসিদা য়াওরিবসি হিয়াংথাং মখা পুখ্রম্নম বস্তীদা লৈবা তখেলসংবম ইরাবত শর্ম্মগী ময়ূমদা কোইজম মধুচন্দ্র কৌবা সনা শাবা নুপা অমনা নখোয়গীসিদা শেন লৈরে,

মদু ফংননবা লাই খুরুমবিগে হায়দুনা লাই খুরম্মী অমসুং অমুক্তা হৈবোক মহাদেবদা চৎতুনা বোর নিগদবনি; পোৎচংদি হৈরুক-পানা, শঙ্গোম অমসুং জিঞ্জুর পবেং ৪ য়াওগদবনি ইরাবত শর্ম্মগী নুপী অমুবী শর্ম্মীনা লিক লৈজদে হায়দুনা য়াদ্রবদা সুনারীনা হায় অসুক য়াম্না লুনা লাই খুরম্নক্রবদা তোকপা ফব্রা মীঙোন্দগী ব্রাইয়ু ঐনা লৌগদবসু লৈতে, লিক পরেং অদুনা মাইকৈ ৪ কোইশিনগদবনি অসিনচিংবা অমসুং চৎপসু নুপা য়াদে মরমদি শেল হায়বদি লক্ষ্মীনি অদুনা থৌরানিগা চৎকদবনি অমসুং য়ুমলোন কৈরোন্নবা ফাওবা তাহনবা য়াদে হায়বদগী মাগী ইমুং মনুং নত্তনা মী অমতা তাকতে। মহাক্না হায়বা থাজবদগী মরুপ মপাঙদগী ব্রাইবদা জিঞ্জুর পরেং ২ সিদা ফংলে হায়বদা মেক্রুক হানবা লিক্তি য়াদে অদুবু ব্রাইবা ফংদ্রবদি অফঙবা অমা তৌরসি হায়দুনা লিকলু পরেং ১ থরোই মনিং পরেং ১ গা অমুক ব্রাইরে। তাং ৩/৩/১৯৪৯ ইংগী অয়ুক্তা হৈবোক চীংদা লাই খুরম্বা লোইরবা মতমদা শঙ্গোম হাপ্পা পাত্র অদু মখুম চেৎনা খুম্নগা মসি পুদুনা চৎলম্মো, থৌরানীনা লক্ষমী শাগদবনি খুজাই অসি যাত্রা পাবা মখোঙদা থম্মু ঐনা ফৌওইবী শাদুনা লাক্লগা মখুম হাংদোক্কদবনি হাযরবদা লিকশিং অদু খুজাই মনুংদা য়াওরমাল্লে খন্দুনা খুজাই অদু পুদুনা লাক্লে। লম খরা লাক্লবদা শঙ্গোম অদু নিকথোকখিদুনা য়াংলক্লে। মতম অদুদা মপুক্রিংদা চিংনবা পোক্লক্লদুনা ময়ূম য়ৌবগা মী ১/২ গা য়েংবদা লিক য়াওরমদ্রে নুং মচা ২খক যাওরম্লে হায় অদুদগী নুপা অদু তান্নবদা থিবা ফংদ্রে। মরম অসিদগী ইরাবত শর্ম্মনা তাং ৪/৩/১৯৪৯ ইংদা থানাদা ইস্তার তৌগনি হায়না চৎখি অমসুং মহাক্না থবক শুমিন্নবা মীদি ফাদুনা থম্লে হাই হায়দুনা ইরি—

*ঙসি তাং ১৪/৭/১৯৪৯ ইং শগোলশেল ৮৯শুবা মশীং সম্পাদক কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ দা হুইদ্রোম অমুবীগী মতাংদা অশেঙবা কনানো হায়বা ঈ-পাও অমা য়াওরি। হুইদ্রোম অমুবী খাগেমপল্লি হুইদ্রোম লৈকাইদা পোকপনি। লৈশানা ব্লেকী সাহেবতা ওংই। Collector ১সুং Magistrate নি। অহানবা লাঞ্জাওদা ফ্রান্সতা মণিপুর কন্টীজেন্ট কমাণ্ড তৌদুনা চৎখি। হল্লকপগা কুইদনা কলকাতাদা চৎখি। অমুবীগীদি অব্রা মৈখু লাংবা হায়বদু ওইখি। অশেঙবা কনানো? হুইদ্রোম লৈকাই। হুইদ্রোম অমুবী শেংদোকপা ব্রহ্মা সভাগী রতন অয়াম্বসু য়াবিরে। হুইদ্রোম অমুবী শেংদোকপবু য়াদে হায়রবদি মণিপুরদা অশেঙবা কনানো? তাং*

২৩/৬/১৯৪৯ ইংদা শ্রীযুক্ত চবুংবম চাওবা সিংহগী সুমাংদা শোনখিবা সোরাত্তা শ্রীহুইদ্রোম গুলামজাৎ সিংহবু চিংনবা লৈতনা শ্রীযুক্ত অরিবম গৌরকিশ্বর শর্ম্মা চক্রতীনচিংবা লৈকাইগী অহল-লমন পূন্নমক্না চানবিদুনা কর্ম্ম য়াওহনবিরে। শ্রীযুক্ত কোংব্রাইলাৎপম কৃষ্ণয়াইমা শর্ম্মসু য়াওবিখি অমসুং মাঙোপ মপু ওইবিখি। লোইননা ওইনাম লৈকাইদা হায়বা হেডিংদা তাং ৮/৭/১৯৪৯ ইংদা হিদংময়ূম ৺গুলামজাৎ শর্ম্মগী কর্ম্মদা শ্রীমতি অমুবী শেঙবদা চাবা য়াওরুবা ভদ্রলোক কয়াসু কর্ম্ম অসি য়াওখি। ফোলাদু শ্রীমতি অমুবী দেবীগী শেংবদা মরুওইবা দায়িত্ব লৌখিবা লেংবা য়াদ্রবা কংগ্রেসি শ্রীযুক্ত লাংপোকলাকপম আবের সিংহনা ফোলা অদুগী চুহী, শঙ্গোম য়েংনা বৈষ্ণব পূন্নমক হরাওনা ১সুং চিংনবা লৈতনা প্রসাদি ফংবিখি হায়রি। **ঙসি** তাং ২৯/৪/১৯৫২ ইং সম্পাদক শ্রীকৃষ্ণবিহারী সিংহ সহ- সম্পাদক শ্রীগীতচন্দ্র সিংহ তোংব্রম অসিদা থাংমৈবন্দ য়ুমফম নিলাম হায়না ফোঙই। থাংমৈবন্দ মাইকৈদা য়ুমফম ১০ খক নিলাম লাউখ্রে হায়না হায়। লুপা ৩৬০০ ফাওবা য়ৌবা য়াওখি। য়ুমফম ২০ খক্তি রিফ্যুজীশিংদা লুপা ৫০০ প্রেমিয়ম লৌরগা পীগনি হায়না লৈবি হায়। তাং ২৫/১২/১৯৫২ ইংদা ফোঙবা **ঙসি** খবরদা ভারত সরকারদা বর্ম্মা সবকারনা কাঙ্গাৎ কবি হায়বা হেদিংদা থাইনগী মণিপুবীশিংগী অনোমমননি হায়বা পাও অমা ফোঙলি। দিল্লীগী সংসদতা শ্রীলাইশ্রম য়ুগেশ্বব সিংহনা হংখিবা ব্রাহংগী পাওখুম পীবদা ডা. কাটজুনা খুমখি। মদুদি— ইংশোক ১৮৩৪ দগী হৌনা বর্ম্ম সরকাবনা মণিপুব সরকারদা থা খুদিংগী লুপা ৫০০ খাজনা কারমই। মদুদি কবো ভেলীগীদমক্তনি। মখা তানা কাটজুনা তমখি-হায়রিবা খাজনা অসি থাইনদি মণিপুব সরকাবদা কাবল্পনি। হৌজিক্তি মণিপুব অসি কেন্দ্রনা সাশন পুবিবনিনা কেন্দ্রগী খজাসিদা খাজনা অদু কায়।

ঙসি তাং ৩০/৩/১৯৫৩ ইং কে. কুঞ্জবিহারী সিংহনা সম্পাদক ওইবা নোংমাইজিং ৩৩৯শুবা অসিদা ভাবতকী প্রধান মন্ত্রী ১সুং বর্ম্মাগী প্রধান মন্ত্রী মিউনু লাকপা পাউ ফোঙই। কাংজৈবুংদা ভাবত অমসুং বর্ম্মাগী প্রধান মন্ত্রী অনীনা বক্তৃতা পীখি। মী ১০০০০০ দগী হেন্না তিনখি, শান্তি নিংথিনা লৈখি।

অসুম্না হেদিং ওইখি। ঙসি জানুব্রাবী ২৬, ১৯৪৮ দগী নুংতিগী চেফোঙ ওইরকপদুনা খৃঃ ১৯৭১ ফাওবা ফোঙলম্মী।

## III

*ভাগ্যবতী পত্রিকা* অসি ১৯৪৬ তা পুথোকখিবা The Churachand Printing Works Imphal দা নম্বা নুংতিগী ওইবা চেফোঙনি। জানুৱারী ১, ১৯৪৭ দা মশীং ২১৩ শুবে। মসিগী ইদিটবশিংদি— ডা. লৈবেন সিংহ অমসুং লাইশ্রম যুগেশ্বর সিংহনি। মসিগী চেফোঙসিদা ***সম্পাদক পাউজেল*** হাযদুনা ডা. লৈবেন সিংহনা কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিটিগী মবমদা ইবি। Printer না Ibomcha Singh the Churachand Printing Works Imphal নি। ফেব্রুৱারীদগী মার্চ ২২ ফাওবগী সম্পাদকশিংদি ডা. লৈবেন সিংহ অমসুং খম্নাম মধু সিংহনি। মার্চ ১৮, ১৯৪৭ তগীদি চেনা অনী পানবা থেংনবে। সম্পাদকীযদা কনষ্টট্যিসন মেকিং বোডিদা মযাং ইস্ফালদগী শ্রীযুক্ত মেবা যাত্রাবু খল্লকপদা মযাং ইস্ফালগী মী ওইশিং মোৎ মান্নদবগী মতাংদা অসুম্না ইবি— শ্রীযুক্ত মেবা যাত্রাবু খল্লে যাম্না ফবে। মসিদা কবিস্ু দোষ লৈতে। ঐখোযনা লৈবাক্লা যাবা পান্বনি। লৈবাক্লা যাবে লোইবে। লাইবিক লাইশু হৈবতনা অখঙবনি হাযনা লৌনবম্বা যুগ অদু লোইবে। হৌজিক্কী যুগর্তদি লাইববা থিদে, ইনাকখুনবা নাইদে, অপংবা, অশিংবা নাইদে লাইবিক হৈবা খঙদে হৈতবা লৈতে লৈবাক্লা যাবা মীতবু শাসনদা চঙহনসি হাযবনি।

এপ্রিল ১, ১৯৪৭ কী Bhagyavati Patrika অসিদা (লমাই ৩ দা) কথাগাই কবুইনা অনৌবা শাসন শেম্বদা কবুইগী মীহুৎ যাওহন্দবগী নুঙাইতবা পাও অমা যাওবি।

*ভাগ্যবতী পত্রিকা* এপ্রিল ৯, ১৯৪৭ তা শ্রীনাওবেম অচৌ সিংহ যুম্নাম লৈকাইনা ইবা *ঈশিং ঈশিং ঈশিং* হাযবা ৱাবেং অমা যাওবি। মসি হৌজিকসু অদুম চান্নবি হাযবা তাই। ইবি— *ঈশিং ঈশিং ঈশিং* পীবিযু অফবা ফংহনবিযু প্রজাশিংদা। ফাগি তৌবা ৱা নৎচদে যাত্রা ৱালিগুম্বা লিলা নৎচদে। সিনেমাগুম্বা মিৎ পেনবা পোৎ নত্তে। যেংবিদ্রগা অমসুং হোৎনবিদ্রগা লাইনা যাম্না লৌনদুনা মী খুদিং থৱাই থাগদৌবিবনি। খন্নহৌদ্রবা মীপুম খুদিং লাইনাশিং যৌবক্কদৌবিবনি। হৌজিক ইস্ফাল অমসুং মণিপুবগী মফম খুদিংদা ঈশিং যাম্না নংনবক্লে অমসুং

অফবা ঈশিং মরাং কাইনা ফংবা ৱানরক্লে। তোটিনি হায়দুনা য়ুংবিরে, অদুগা মরিদি নোংগুম্না পীক্লে।

অইবা অসিনা ইবা ৱারেং *ঠগ লৈরে ঠগ উন্নরে* হায়বা ৱারেং অমসু ***ভাগ্যবতী পত্রিকা***গী তাং ১০ এপ্রিল ১৯৪৭ অমসুং তাং ১১ এপ্রিল ১৯৪৭ তা য়াওরি। মসি কম্যুনিষ্ট পার্টিনা তৌবদু য়ানিংদদুনা ইবনি। ইরি–

তাং ২৯ মার্চতা সম্পাদক শ্রীযুক্ত ডা. লৈরেল সিংহনা ঠগ চৎলে হায়বা অদু অচুম্বনি। মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লৌৱাই খরদা শান্নরি। লৌৱাই হায় হায়দুনা শাওবিনু মফমবু হায়জবনি। হায়বা অসি অইবা খুদম খরা ফংজরে। ওস্থোকপগী পুকচেন্নি কম্যুনিষ্টশিং অসিগী শান্নরিবা লিলা অসিদি, মখোয়না তৌরিবা উকিল অসি ওস্থোক্লা ঙকখ্রে। মরাল লৈজদ্রবা লৌউবশিং, শিংচনবশিং, পাত্তা কুমদুনা ঙা ফারিবশিং অমসুং মশীং য়ামদবা জাতিশিংদা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ওস্থোক ওস্থোকপা ৱা হায়শিন্দুনা ইনশিল্লে অমসুং উৎপাৎকী চে পায়হল্লে। লৈবাক অসিদা মরিং মরাংহল্লে। কম্যুনিষ্ট য়াওরিবশিংনা মান্নবা ৱাখল তৌয়ি। মরাল লৈতবা প্রজাশিংদা লশ্বী শেবান তুরাল চিংবা অসি তোকপিরো ঐখোয় কংগ্রেস নত্তে। কম্যুনিষ্টনি হায়না শেংনা হেক্তা হায়দোকপিরো।

*ভাগ্যবতী পত্রিকা* ১৮ এপ্রিল ১৯৪৭ অমসুং ১৯ এপ্রিল ১৯৪৭ তা শ্রীওইনাম শামুঙৌ সিংহ কাকৈথেলনা *মোরে বাজারগী য়ৈখাইবা* হায়বা ৱারেং অমা ইরি- - মৈতৈশিংনা তমুদা কৈথেল ওইরম্বদগী মোরেদা হোংদোরক্লবা তুংদা মী খরনা তমুদা অমুক কৈথেল ফম্নবা হোৎনবা অদু য়ানিংদবা ফোঙদোক্লুনা ইবনি। হৌজিক মোরেগী কৈথেল অসি কায়দুনা তমুদা অমুক হোংবা তারবদা কবোশিংনা মৈতৈবু করি খনগনি।

হৌজিক্কী মতমদা স্কুলগী টেক্স বুক ফঙনদবগী ৱাথোক চাওনা থোকপগুম মতম অদুদসু অদুম মথোকই। ভাগ্যবতী পত্রিকাগী এপ্রিল ৯, ১৯৪৭ কী সম্পাদকীয়দা শ্রীলালমনি সিংহনা অসুম্না ইরি–

ছাত্র ছাত্রীশিং থাইনদগী হেনগৎলি। প্রজানা নোমজবা নিংবা থুংলক্লে। অদুবু তম্নবা লাইরিক্তি য়াওদ্রে, খাত্তা পুদুনা স্কুল কারে, লাইরিক পাদনা পরিক্ষা

থাবে। পবিক্ষা পাউখুম লাইবিক ফংদে ইনবক্কদবা কুইদ্রে। ছাত্র ছাত্রীগী অবস্থা অসি সবক্তা চৎপা ঐখোযদনা উবববা? শিক্ষা বিভাগকী মকোক ওইবিবিববশিংনা মবম অসি থুনা যেংশিনফম থোকই। মণিপুবদা লৈবদসু ফংদ্রবা লাইবিকপু প্রিসক্রাইব হাযনা তাবে।

শ্রীমুতুম ঝলন সিংহনা ইবা *তখেলৈ নাচোম* অসিসু হৌজিক্কা যাম্না চান্নবি। কাঙলুপ কাঙলুপকী ওইনা মচোই তাবকপা মতমসিদা মহাক্না অসুম্না ইবম্মী— মণিপুব মপৈ পুম্নমক্তা নীংশিংজবি। হৌজিক মণিপুবগী মপৈ পুম্নমক অসি তোখাই তোখাই তৌনবগুম তৌনবি। ঐনা নীংশিংজনিংবদি তখেলৈ নাচোমগুম পুলপ পুনশিন্দববদি ঐখোযনা নীংবদা ফংবা খবা ৱাগববা হাযনা নীংজৈ।

তৌইগুম্বসুং মমাংঙৈগী ইতিহাসতা অদুগা মীবৈবাক্কী ইতিহাসশিংদসু পাবিদুনা যেংবিযু, মণিপুবগী লোইবিগী অবোইবা পোলোইদা লৈবা লৈবাকশিং অসি মৈতৈ নিংথৌবেলগী প্রজা ওইবম্লিবনি, মসি কবি মবম্ননো খজিক্তুং খঙজিনবিনি নীংজৈ।

তখেলৈ নাচোমগুম্না থুনা যাংনা পুনশিন্নবনা ফৎলোইদবা অমসুং তখেলৈ নাচোমবু থাদোক্কে নীংলর্বদি মণিপুব পোইবৈ লৈবাক্তি অৱাবা তাগদবনি। অদুনা তখেলৈ নাচোম চিন্নবা যাম্না থুনা হোৎনবিবা পামজৈ।

*জন্মভুমি* নুংতীগী ফোঙবা খববনি, ১৯৫০ সেপ্টেম্বব অদুৱাইদা পুথোকখিবনি। সম্পাদক শ্রীমাইপাকসনা সিংহ সহাযক সম্পাদক্না শ্রীঅহন্থেম নিলমনি সিংহ ওই। প্রিন্টব অমসুং পব্লিসবনা শ্রীলোইতাম যাইমা সিংহ ফোঙফম অমসুং নম্ফম বিজয প্রেস ইম্ফালনি। সহাযক সম্পাদক অসি ৫১ যৌবকপদদি শ্রীখ্বাইবাকপম গৌবহবি সিংহনা ওই। মমল পৈশা মবিনি। *জন্মভুমি* অহানবা চহী ২৯, তাং ২৩ ওক্টোবব ১৯৫০ ইং নিংথৌকাবা অসিদা শ্রীঅচৌ সিংহগী বিবৃতি গোশ্যেলিষ্টকা কম্যুনিষ্টকা খেন্নবা হাযবা ৱাবোলদা অসুম্না ইবি— মণিপুবদা কাঙবু খবনা কম্যুনিষ্টনি হাযদুনা মী হাৎপা লুট তৌবা, যুম মৈ থাবা অমসুং খুৎলাই পাযদুনা লান হৌবিবনি হাযনা তেবোবিষ্টকী থবক তৌবিবশিংবু ঐখোযনা নিন্দা তৌদবা ঙমদে। মণিপুবগী নোংচুপ অমসুং নোংপোক চীংযাদা থোইদোকপদি ইম্ফাল নোংপোক কাচিন্দা অকনবা হিংসাগী থবক লৌখত্তুনা কিশান মজদুব বাজগী মমিংদা বিপ্রব তৌবির্বনি হাযদুনা মবাল লৈত্রবা প্রজাবু ঙমখৈ লৈতনা

অব্বাবা নংহল্লে। চেফোঙ অসিমক্তদা সিঐচ. পীশক সিংহ, এম.এ. না ইবা Stock Taking হায়বা ইংরেজী ৱারেং অমসু য়াওরি। অসুম্না ইরি–

*It is about a year since Manipur became a Chief Commissioner's state. Sri Amar Singh as the Chief Commissioner inaugurated the ceremony on 15th October 1949. During his very short tenure of office, he brought about, new changes in the administrative set-up by the quick strokes of his pen. In doing anything he seemed to loath sloth lethargy, the very attitude of mind, the people praise most because of their strong desire to make quick strides on the path of progress to unable themselves to raise their heads after their long remaining under the heels of a very reactionary government Sri Amar Singh responded to the yearning spirit of the people. He seemed to understand the latent facilities and the special talents of this small community and the manner how to harness them to the bestservices of the people. People became hilarious and enthusiastic to see the first streaks of the light of independence and thought that they were reaping the real fruits of Swaraj. But Amar Singh's career in Manipur was soon cut off. The dazzling fire when only started to pour out a flashing light was soon removed though not put out, from the soil of Manipur without giving proper lines to dispel the darkness.*

চেফোঙ অসিমক্তদা অহল্লেম নীলমনি সিংহগী *বামোনবু মৈতৈনা লৌবা য়াফম থোকই* হায়বা ৱারেং অমসু য়াওই। অসুম্না হৌরি –

হৌজিক মৈতৈ অমসুং বামোনগী য়ান্নবা সমাজদা মৈতৈ নুপীবুদি বামোননা লৌবা য়ানরি। অদুগা মৈতৈনা বামোন নুপী অমত্তা লৌজকবদি মৈতৈ সমাজনা ইল্লোকনবি। বেদ শাস্ত্রগী মতুং ইন্না মৈতৈনা বামোন নুপী লৌবা য়াদে হায়নরি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্কী মৈতৈ সমাজদা কনানা বেদ শাস্ত্রবু চপ চানা ব্যবহার তৌনবিবগে? ঐখোযগী ধর্ম্মদি হিন্দু ধর্ম্মনি – ব্রহ্মনগী ধর্ম্ম নত্তে। হিন্দু ধর্ম্মদা ক্ষত্তিয়, বৈশ্যনা ব্রাহ্মন লৌবা য়াদে হায়বা লৈতে – করিগুম্বা অদু তাথিনরম্লবদি হৌজিক অসি থাইনা বেদ-পুবানগী মতম নত্তে। মী অমগা মী অমগা চপ মান্নে – চপ মান্নবা খুদোং চাবা, চপ মান্নবা সত্ব, আইনগী থোঙদা চপ মান্ননা লৈগনি হায়নরবা মতম অসিদা বামোন্না মৈতৈগী মথক থোংনা লৈবা য়াফম থোক্তে।

***জন্মভূমি*** দৈনিক খবর তাং ২৬ নবেম্বর ১৯৫০ মমল পৈশা মরিগী editorial দা (What the people expect from centre). অসুম্না ইবি–

*The People of Manipur under the aegis of the Manipur State Congress (affiliated to the Indian National Congress) demanded for the integration of Manipur on the assumed belief and hope that they could enjoy the benefits of Democracy, Politically, Economically, Socially and Culturally under the Central Government. But all hopes and beliefs have been frustrated due to the autocratic regime of the present Chief Commissioner'.*

*জন্মভূমি পত্রিকা তাং ১১ জুন ১৯৫১ দা খৃঃ ১১৫১-৫২ গীদমক ভারত সরকারগী মণিপুরগী কাইবা খরচ* হায়বসিদা আইন সভানা লুপা ৩৬, ৯৮,০০০ লাকপগী হিসাব উৎলি অমসুং ভারতকী আইন সভানা লুপা ৪৭,৮৫,০০০ খবচ তৌনবা কাইখ্রে ইরি। লুপা ১০,৯৭,০০০ পুথবা অসি ভারত সবকারন মেনবিবা তারে।

*জন্মভূমি* The Janmabhumi সম্পাদক শ্রীমাইপাকসনা বাজকুমার পল্লিসর — শ্রীলোইতাম য়াইমা সিংহ দৈনীক খবর ইম্ফাল তাং ৩ ডিসেম্বর ১৯৫১ ইং নিংথৌকাবা ২শুবা চহী মশীং ৩১০ পৈশা ৪ অসিদা গান্ধী সেবক সভাগা নাগা নেসনেল লীগ কা ইলেক্সন এলায়েন্স হায়বা পাওদা অসুম্না ইরি—

*তাং ২ দা গান্ধী সেবক সভাগা নাগা নেসনেল লীগকা লাক্লিবা মীখলদা ইলেক্সন এলায়েন্স তৌখবে। পার্টি অনীনা গান্ধীবাদকী আর্দশ অমসুং নীতিদা থাজবগী য়ুম্ফমদা তিন্নবনি।*

চেফোঙ অসিদা Reaction of the National Union. Demands Complete autonomy হায়বা পাওদা অসুম্না ইরি—

In a letter to Sri Jawaharlal Nehru, Prime Minister of India Sri H. Nilamani Singh, President of the All Manipur National Union strongly criticises the constitution of India on the parts affecting the state of Manipur and her people and demands complete self rule

# ট্রেজিক প্রোটাগোনিষ্ট অমা ওইনা পীতঙঙা

থিঙোম তরুনকুমার সিংহ

মমাঙঙৈদগী লৈজরক্কবা জাতি অসিগী থাজনবী, লাইনীং-লাইশোল, জগোই-ঈশৈনচিংবা নাৎকী মচল কয়াগা শাগোন্নরকখিবা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী শিংথানিংঙাই ওইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা ***নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা*** সু অমনি। হৌখ্রবা ইতিহাসকী তাংকক অমদা থোকখিবা থৌদোক অমদা য়ুম্ফম ওইরগা ৱাকমগী হৈ-শিংবা খুৎশেমগী মঙল হাপ্তুনা শেল্লল্লিবা ঐতিহাসিক কাব্যনি। খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩ দা মৈতৈগী নিংথৌ ওইনা পানখিবা মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবগী মপারী হোঙনেমযোয় খুঞ্জাউ অমদি শেল্লোয় লংমাইগী ৱামৈ লাম্থাবগী মমোম পীতঙঙা লীকলু লৌথীবী অনীগী হকচিন্না নুংশিনবগী মশক, ফিবম অমদি তাঞ্জাগী ইথিলদা থাংলকপা নুংশি-খুরৌনা লাকথুবীরবী পীতঙঙাগী অৱাপোলোইগা লোয়ননা শেৎন-খাইনবগী খম-থেংবা অৱাবগী মশক উৎলিবা লাইরিক্নি। মীৎয়েং অসিদগী লাইরিক অসিবু

... a tragedy resulting from circumtances which are not the making of the character. Added to this are misunderstanding and jealousy pitted against steadfast and sincere love.[১] হায়না মশক তাক্লে। লাইরিক অসিদা মৈতৈ জাতিগী ওইবা নাৎকী মচল কয়াগা লোয়ননা লোনগী ফজবা মশক কয়াসু য়াওরি। অদুবু ৱারী অসিনা অপাবা অতাবশিংগী থম্মোয়বু কাউঙমদ্রবা সুর অমদা তাওহল্লিবদি পীতঙঙাগী শক্তম্বু মপুং ফাবা ট্রেজিক প্রোটাগোনিষ্ট অমা ওইনা য়েক্লম্বসিনি, ৱাকমশিংদুগী ৱাংলবা কলা কৃষ্টিগী গুণ উৎলিবসু মসিদনি হায়বা য়াই।

এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্সতা পল্লম্বগী মতুংইন্না ট্রেজিক প্রোটাগোনিষ্ট অমা শেমগৎপা মতমদা য়ামদ্রবা মরুওইবা ৱাফম মরিদি থাদোকপা য়াদে—

*First and most important, it must be good... The second thing to aim at is propriety... Thirdly, character must be true of life... The fourth is consistency.*[২]

হায়বদি ভাবকশিংদা মপুং ফাবা ট্রেজিক ইফেক্ট পীনবগীদমক শাগৎলিবা ৱারীদুগী মকওইবা লমচৎ অদু লাইপোক্কুম্না মশাদা অরানবা অমত্তা লৈতবদুদি নত্তবা অশেংবা মীওইবা পুন্সিগী মীৎয়েংদা লৈবা অফবগী মুর্তি ওইবা তাই। মসিগা লোয়ননা মীশক অদু মশাগা চানবা গুণ চেনবা, অশেংবা পুন্সিগা চাশিন-চুশিন্নবা অমসুং ফিবেপ হোংদনা হায়বা গুণ মরি অসি চেনগনি। মতাংসিদা ঈয়ায়দা তোমশাৎনবী থরোগুম নৌনা অপোকপা মপা মমা কাইনখিদুনা, কনাগীসু চৈঙাক য়াওদনা মদোম মপুং ফাজরকপী পীতঙঙাগী লমচত্তা অচুম্বগী মীৎয়েংদা লৈরিবা ফত্তবা হায়বদুগী মনুংদা থম্বা য়াবা করি করম্বা প্রমান লৈবগে হায়বসি পাউখুম থিবদা ৱানা থোক্কদবা ৱাহংনি। শেল্লোয় মপাচাশিংগী মায়োক্তা লেপ্তুনা মপুরোইববু লোন্না চেলহনখিবদুনা পীতঙঙাবু মপা, মবুং-মৌপ্পাশিংবু নুংশিবা ঙমদবী, মীনুংশি লৈতবীনি হায়না বদনাম তৌরুরবদি শাফু কল্লবা শাবী-শানৌ অনীগী নুংশি ঈচেলবু মশক খঙদবা তাগনি। পুন্সিগী অঙনবা অয়ুক্তা ৱাকচিংগী উলেন নংলবী ওইদুনসু পীতঙঙা অচম্বা নুপীদি নত্তে, শেল্লোয লংমাইগী ৱামৈ লাম্থাবগী মমোম্মি। খুনগী লুচিংবা অমগী মচানুপী অমা ওইনা মতমদুগী লৈঙাক্লোনগী লৌশিং চপ-চানা লৈবীনি। *মৈদিংঙু উবা কোম্থৌবনা কৌবা ঈরোংথোংদা শেল্লোয় লানয়াম থা লংমাই লানগা মাঙহল্লে হায়বা অসিবু শেল্লোয় পূমনা হূপনা লংমাই লানচৎৱাবু হুয়েন লানপাউ চেল্লুদে*[৩] হায়না শেল্লোযশিংগী মরাল পুথোক্তুনা খঙহনবা ঙম্বীনি। মশাবীবু লুনা নীংজবীনি, মপুরোইবগী নুংশি লিচিংনা পুন্দুনা পুন্সি লেল্লিবীনি। মপুবোইবগীদমক শেল্লোয়চাশিংগী মখোঙ পায়দুনা হায়জখি। নোঞ্জ-ৱাহৈনা শেল্লোয মবুং মৌপ্পাশিংগী পুকচেল হোংহনবা ঙমদ্রবা মপুবোইবগী থৱায় কন্ননবগীদমক লৌনম তৌখি। মশাবীগা খাইনরমদাইগী মীকুপ্তা পামদা থামিন্নখিবা পান ফুত্তুনা চামিন্নখিগে হায়না খোয়বুং মরৌ চাউনা তিংইগুম লৌশাখি। য়াইবী কলহৌনিক্লবা শেল্লোয় মপাচাশিংবু ৱাংলৈ অয়াকপা হাওদৈ অথুম্বা পীথক্তুনা নিশাগী ঈপাক্তা তাওহনখি। মখুৎমক্লা মপুরোইববু য়েক্লবগী মখুত্তা শিন্নখিগদবগী শকক মতম খরা কাইনবগী মৈচাক খাঙবনা ফৈ খন্না মথম্মোয়বু থেমজিঞ্জখি। মপুরোইবগা লোন্না নুংশি পোনবী চীনওক্লা পাউমেন্নজে—

*হয়েং তুবী নঙনা ফম্মোই মিৎতা ফম, ফলাংমৈদা তোংলবদা নশানৌ নোংবাল্লোন পীতঙঙাবী ঐবু লাইবেন সনা নখোঙ খাবু ইন্দাঞ্জবকপা লাইরেন*

*পূকনীং ব্রাকাউঙমগুনো... নশানৌ নোংবাল্লোন পীতঙঙা ঐদি শেল্লোয় চীং খুৎশা ইদু লংমাই লংবা চীং অসিদা লাইরেন নঙবু নুংশি পূকনীং ব্রাকাউঙমদনা লোইদাম থা শিরা লাংহৈ কুম ওনববু ঙাইজঙমগে।*[৫]

অসি হায়দুনা মশাবীগী শঙদিং মনিংখমবু পুনুং কিশি থোকপিখি, চরৈ মফুরিৎপু পুনুং হৈরু হুকপিখি। মাল্লৌ লেংহুম নাইনা ইনবীখি পাকলোই শল্লাই য়েৎপীখি। তুংগী পোরম য়েংদুনা মপুরোইববু খুমনগী লমদা শাইদাংহনখি। মপুরোইবনা মৈতৈ ফম্বাল তোংদ্রিফাওবা অচেৎপা ফিরেপ অমগা লোয়ননা লল্লানবা কনাগী ব্রাখল চংদনা লেনখি। অসিগুম্বা পীতঙঙাগী লমচৎ অসিদা মালেমদা হিংলিবা মপুরোইবা নিংবী, থৌনা ফবী, পাইরক্কী লৌশিং লৈবী, তুংগী মীৎয়েং শানবী, অচেৎপা ফিরেপ লৈবী নুপী অমগী শক্তমদগী হেন্দোক্লা য়েক্লম্বা থেংনদে। হিন্দুগী ব্রারীদা য়াওবা সাবীত্রিনা মপুরোইববু যম মহারাজগী মখুত্তগী কল্লকখিবগী মশক্তু ব্রারীসিদা য়াওদে। যাদু-মন্ত্র হৈবী হেলোইগী শক্তি হাপ্তুনা পীতঙঙানা মপুরোইববু কনহনখিবগী মমি লাইবিকসিগী মফম কৈদসু তাদে। ব্রাকমগী কল্পনা য়াওববসু পীতঙঙাদি অশেংবা তাইবঙগী ইথিল চপ চানা লৈরিবী অহিংবা নুপীগী শক্তম্নি।

অফবা, চানবা মগুণ চেনবা, পুন্সিগা চাশিন-চুশিন্নবা অমসুং ফিরেপ হোংদবা হায়বা গুণশিং অসিগী মথক্তা ট্রেজিক প্রোটাগোনিষ্ট অমগী মশাদা হেমরসিদা হায়বদি পুক্লিং-ব্রাখল অমদি লৌশিংগী ওইবা অশোনবা, অশোয়বা ব্রাখলগী শরুক য়াওদবা য়াদে। মসিনা মরম ওইদুনা অফবা অচুম্বগী ফিদম্লফম ওইরবা পুন্সি অদু অব্রাফমদা তাহনগদৌরিবনি। গ্রীক ড্রামাগী ট্রেজিক কেরেক্তবশিংনা মশাদা য়াওবা অশোনবা অশোয়বা অমগী ফিরেপ্না নাম্থোকপা য়াদ্রবা লাইবক্কী নোংদমখোলগী মায়োক্তা মাইথিদুনা অব্রাফমদা তাহল্লি। লাইবক্কী নোংদমখোলগী মথক্তা মীওইবা মশাগী অচৌবা দাইত্ব লৈ হায়বা মীৎয়েংসিদা শেমগৎলকখিবা শেক্সপিয়ারগী ট্রেজিক প্রোটাগোনিষ্ট খুদিংমকসু করিগুম্বা মখলগী অশোয়বা অরানবা অমমমগা লোয়নবা ঙাক্তনি। অদুগুম্বা মীওইশিং অদু ব্রাখল লৌশিং লৈবা, থোইদোক হেন্দোকপা মীশক ওইববসু করিগুম্বা নাকল অমদা পংথবা মনুং হুঞ্জিন্না উশিনবা ঙমদবা, পুক্লিংগী, ব্রাখলগী লিচিং অমনা লমজিং ওইদুনা

অৱাফমদা হেক-হেক তাহঞ্জে। অসিগুম্বা অশোয়বা, অরানবা ৱারেপ অসিমক ট্রেজিক প্রোটাগোনিষ্ট অমগী মরুওইবা হেমরসিয়াগী শরুক্তুনি হায়—

*In almost we observe a marked one sidedness a predisposition in some particular direction; a total incapacity; in certain circumstances of resisting the force which draws in this direction, a fatal tendency to identify the whole being with one interest, object, passion or habit of mind. This it would seem is for Shakespeare the fundamental tragic trait.*[৫]

অসিগুম্বা অশোয়বা অরানবশিং অসিনা মরম ওইদুনা *হেমলেট, ওথেল্লো, মেকবেথ, ব্রুটস* নচিংবা মীওইশিং অসিগী পুন্সি ট্রেজিক এন্দিং ওইখিবনি। মখোয়গুম্মা পীতঙঙাগী পুন্সিসু ইচম চম্না অৱা-পোলোইনখিবা নত্তে। ৱাবীসিদা মতমদুগী ৱাকমশিং পোয়টিক লাইসেন্সকী মনিং তম্বদু শিজিন্নরম্বগী মশক উদে। মথঙলেন হোঙনেমযোয় খুঞ্জাউনা পোইবৈ মৈতৈগী ফম্মোইমিৎতা ফম ফলাংমৈদা তোংলে তাববদা পীতঙঙানা কাইনবমদাইগী মীকুপ্তা মশাবীগী শমু মেনলোঙ মখুৎখুনা শঙদিং কিশি কিবম্ববু খুৎফম কাইদনা লৈরম্বদু য়েংজদুনা নুংঙাইজখি। নহান্নোং পাউমেন্নখিবা ৱারেপ অরুববু লাইরেন মনেম মচানা ৱাকাউঙমলোই খন্দুনা পোইরৈ সনা পুংদা ইন্দানজরকখিবনি। অদুবু মথংলেন ৱারাংখাম অচেৎপা নুংশি থৌকাউ ঙমদবা মশাবীনা খুমন চনু কৈরুহাংবীগা লোইননা ফম্বাল তোংমিন্নবম্বা উবদা চহী কযা চেকশিন্না থমজরকপা নুংশি কিশিদু খঙহৌদনা মাঙখি। অফ-ফত্ত খন্থবা ঙম্বগী পাঙ্গল শক্তি পূম্নমক মাঙখি। হৌখিবা থৌদোক পূম্নমক কাউথোক্তুনা মশাবীনা মাগী নুংশিববু মীরাইবীরবনি খনখি, মশানা মশাগী পুন্সিবু চন্নফম খঙদনা অৱাৎপতনা থল্লবগুম নিন্দা তৌজখি—

*লংমাই অয়াঙ কাইবা হৈয়েননা তাউজীং হৈনা থুংলবসুঙ, নোইনু থুমনা ৱাৎপা, নোইনু থুমনা থুংলবসু তাউজীং হৈনা ৱাৎপা তুগুম্ববু হৈরাঙ চোইনা কেনঙমলে কল্লকএ।*[৬]

চহী কয়া অখাংকনবগী থৌনাগা লোয়ননা ইবাৎচরকখিবা মপুরোইবগী নুংশিববু মথন্তগী ওইবা য়ারবোই খঙলবদা নুংশি থৌকাউ য়াঙবা লংমাই চীনওন কায়খিবা মপুরোইবগী থম্মোয়দা পেন্দবগী অচৌবা ৱাকৎ অমা থাঙ্গৎলকখি—

*ইপন শেক্সপ্লোয় সনা চীং ইদু লংমাই অচোং য়িমলেনবা মরানয়ায়দা অশি-লায়থুংতাম, লৈরাং লৈখাই থাপনা নোংথোইরবী ঐবু লাইরেন ইনেম মচানা লৈহৌ লাংবন সামনগুম লৈরাং মায়ওন য়াংঙমলে। নুংশি সামন কোকঙামলে। লাইরেন লৈরাং মায়ওন য়াংঙমলে। নুংশি সামন কোকঙামলে। মৈদিংঙু তুবী করি খোয়নো ওনথোকএ।*[৭]

পুন্সিদা লাইনিং ওইজরুবা পোৎশক অদু ফংলরোই খঙলবদা থম্মোয় কায়না তাইবঙপান থাদোকপগী ৱারেপ লৌখি। অসুম্না ট্রেজিক এন্দিং ওইরবা পীতঙঙাগী পুন্সিদা করম্বা মখলগী অশোয়বা অরানবা ফিরেপ লৈখিবগে হায়বসি নৈনবদা থোইনা লুনা থোক্তে। মতমদুগী লৈঙাক্লোনগী লৌশিং লৈরবী, মপুরোইববু য়েক্লবগী মখুত্তগী কল্লকখিবী, পাইরক লৌশিং লৈবী, চহী কয়া অচেৎপা ফিরেপকা লোয়ননা অৱা-কোঙ্গাই খাংলকখিবী পীতঙঙাগী লমচত্তসু শেন্নহৌদবা মীকুপ্তা লাকশিনবা ঙমহৌদ্রবা পুক্লিংগী ঈহুল অমনা লমজিংদুনা লৌখিবা ৱারেপকী অশোয়বা লৈখি। হেমলেটকী ৱাখল হেন্না খঞ্জিনগনবা, ওথেল্লোগী মীবু হেন্না থাজগনবা, মেকবেথকী কা হেন্না আশা চাউরুবা অমদি ব্রুটসনা থবক্কী পুন্সিবু মশক খঙবা ৱাৎলুবনা অৱা-পোলোইনখিবগুম মপুরোইববু মথন্তগী নুংশি বন্দি ওইনা থম্মিংলুবা অমদি কল্লক খম্বঞ্জবা হায়বা ইহুল অসিনা মশাবু হুমদুনা পুখিবদগী পীতঙঙাগী থম্মোয়না খাঙঙমদবা অৱাবগী ঈপাক্তা ইরাক্লখিবনি। অসিগুম্বা পুক্লিংগী অশোনবা অসিনা মরম ওইরদুনা অচুম-অরান খম্বুবা ঙম্বগী লম্বীদা ৱাখলনা লম্মুক্লখিবনি। মপুরোইবনা *নুংশি থৌকাউ ঙমদগী থৱায় ইমিরেল অচেৎপী পলেম পীথাঙশিন্না নাউয়োকলকপী নঙবু লাউ-ও লাইরেন ননেমমচা ঐগী শরেন য়েৎলম ফল্লরো পোইরৈ লৈবাক ঙাকমন্নরসে* হায়রকপদু তাইওন্নিা খনখিবনি। অশোনবা পুক্লিংগী ফিবমসিনা মশাবু নমহত্তুনা থমখ্রবদা লৌখিবা ৱাবেপ্নি-তাইবঙ নমু ওইনা পানঙমলরোইএ খোইমোম লাই ওইখিরগে। তশেংনমক কল্লক খম্বনবা হায়বসিনা *ইরর ওফ জজমেন্ট* ওইখিদুনা পীতঙঙাগী পুন্সিনা অৱা-পোলোইনখিবনি।

লোইশিল্লকপদা নাথৈরম্বা য়াদবা ৱাফম অমনা ট্রেজিক কেরেক্তর খুদিংমক্কী পুন্সিনা অৱা-পোলোইনবা মতমদা ঐখোয় পূম্নমক্কী মফমদা মীনুংশি অমসুং অকিবা পোকহনগদবনি হায়বসিনি। অদুগুম্বা মীনুংশি অমসুং অকিবা অদু মতৌ করম্না পোক্লকপগে হায়বসিগী মরমদা পূম্নমক্না য়ানরবা ৱাফমদি—

...Pity is occasioned by undeserved misfortune, and fear by that of one like ourselves.[৮] হায়বসিনি। কনাগুম্বা অমনা মশাগা চানদবা, নংফম থোক্তবদা অৱাবা নংলবা মতমদুদা মীনুংশি পোক্লকই। অদুগা অৱাবা নংলিবা মীওই অদু ঐখোয় ইশাগুম্বা মীওইনি হায়বসি খল্লুবদা অকিবা হায়বসিসু মথল্তা ফাওজবকই।

মকু ইবুংঙো মৈতৈ নিংথৌ উবা কোম্হৌবগী তমথিবা লিচৎ অমদি লমন খুমন্নবা হায়বা চৎনবী অদুগী চৈথেংদা মশাগী মরাল অমত্তা লৈজদ্রবসু মপুবোইবগা শেৎনবগী মৈশা লাংলবী পীতঙঙানি। নুংশি পুক্লিং য়িমতিন্না শমচু লৈৱাইনা লৈমিন্নবা চন্ডী অমা ফাদ্রিঙৈ, মপারি-অমা শাৎনদা মমোম কনাসু ফুইদ্রিঙৈ মপুরোইবগা কাযনবগী মৈচাক ফংলবী পীতঙঙানা চন্ডী কয়া মথংলেনবু ৱানা ঙাইজবা উবদা মাগীদমক মীনুংশি পোক্তবা ঙমদে। অসুম্না মীনুংশিগী ইফুৎনা য়োমদুনা লেল্লক্লবী পীতঙঙাগী পুক্সিনা খন্থহৌদবা মীকুপ্তা মপুরোইববু কল্লক-খম্বঞ্জবগী মৈবিদা মৈবানবী ওইদুনা মশাবু চাকথেকহঞ্জনবা ৱারেপ লৌবকখিবা মতমদুদদি মীনুংশিগী ঈপাক্তা অকিবগী ঈপোম নাইবকখি। চিংনবগী ইঙ্গিৎ ফংবদা মশাবু ফাথবা ঙমদনা শাওববী অধীরা নায়ীকাগুম খুমন চনুনা ওইবোমদা ফমদুনা মশাবীনা ফম্বাল তোংলম্বা উববদা মপুরোইবনা মীবাইরবনি হাযবা ৱাখলসিনা লমজিংদুনা পীতঙঙানা তাইবংপান থাদোকখি। অৱা-পোলোইনখ্রবী পীতঙঙাগীদমক নিংথৌনা লুচিংদুনা মীপুম হুপ্না চিঙ্গোই তুরেলদা চন্ডী খুদিংগী চাংথ্রাওনা মকা ফন্না শাৎপা মতমদা ঈরুপ্পখি। মসিগী খুদুং ইন্দুনা ঙসিফাওবা চন্ডী খুদিংগী চিঙ্গোই ঈরুপ্পগী থৌবম পাংথোক্লবি। ঙসিগী মীবোলসিনফাওবা পীতঙঙাগীদমক মীনুংশিগী ইথক্কা লোযননা পুক্সিগী শেন্নহৌদবা মীকুপ্তা লৌখিবা অরানবা ফিবেপকী চৈথেংগীদমক অকিবা ফাওনরি। তশেংনমক পীতঙঙাগী পুক্সিগী মীবোল কয়া লান্দুনা লাক্লবা ট্রেজিক প্রোটাগোনিষ্ট অমগী মতিক চাবা শক্তম্লি।

## রিফরেন্সশিং


Ch. Manihar Singh, *A History of Manipuri Literature*, page no. 49.
S.H. Butcher, *Aristotle's Theory of Poetry and Fine Art*, page no. 53-55.

শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, *নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা*, লাঃ ১৬।
ইবিদ, লাঃ ২৩-২৪।
A C. Bradley, *Shakespearean Tragedy*, page no. 13
শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, *নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা*, লাঃ ৮৪।
ইবিদ, লাঃ ৮৪।
Ingram Bywater, *Aristotle, On The Art of Poetry*, trans & 50

# ফেমিনিজম অমসুং মসিদা মার্ক্সিষ্টশিংগী মীৎয়েং

ব্রাহেংবম কুমারী চনু

ফেমিনিজম হায়বসি হৌজিক্কী মতমদা কন্না খন্ন-নৈনবিবা হীবম অমনি। হীবম অসিদা থোইনা চঙশিন্দবা মীওইশিংনা মসিবু তৌওম্বী, শুনীংদবী, ময়ূম পানবা খঙদ্রবী নৎত্রগা লমচৎ লৈখা তাববী, মপুবোইববু শুমদুনা চাবা পাম্বী, মনেম-মকুগী সেবা তৌনীংদবী নুপীশিংগী নাতৈ চাদবা ঈহৌ ওইনা লৌনবি। ঈহৌ অসিবু লমহেনবা নুপীশিংনা নুপাগা মান্নবা হক তাম্লকপনি, নুপা ওহ্লোক্লগে, নুপানা নুপী লোনবগুম মখোয়সু ময়ূম তোয়না পানগে, নুপাগুম্না খোঙ্গ্রাউ শেৎকে, মখোয়না চাক থোংলবদি নুপানা অঙাং লৌগদবনি নৎত্রগা ফি শুগদবনি, মখোয়সু নুপাগুম্না যু থক্কে, নিশা চাগে হায়বনি হায়না লান্না পাউথোক্লে। অবানবা বাখল্লোনশিং অসিনা ফেমিনিজমগা মবী লৈনবা বাফম অমা হেক পন্নবকপদা নুপাদি লায়বদুনা নুপী ফাওবনা মুশুক-মুশুক ঙাংনৈ। মসিগুম্বা মীৎয়েং অসি ফেমিনিজমগী হৌবকপা মতমদা মালেমগী লৈবাক অয়াম্বগী নুপীশিংনা মায়োক্লখিবা সমস্যানি।

মণিপুরী সমাজদা ফেমিনিজমগী মযেক শেংবা ঈহৌ লৈবকপা থেংনদে। অদুবু নুপানা মকোক ওইবা মখোয়গী মল্লা চৎপা পেত্রিয়ার্কেল সমাজগী মশক্তি মযেক শেংনা লৈবকই। পেত্রিয়ার্কিগী অকনবা চৎনবোল লৈববসু লমদম অসিগী নুপীশিংবু সমাজনা থাক ৱাংনা থম্বী। মখোয়বু চায়োক-নাউয়োক হৈবীনি, মপুবোইবা অমদি মনেম-মকুগী সেবা কায়দবীনি, অল্লা অনা কয়া মায়োক্লববসু মচাশিংবু মীথোই-মীহেন্নবা শেম্বদা নীংহন্নদবীনি, ইমুংগী কৃপ্লোমদগী হেন্দোক্লুনা চীংদা কাদুনা শাংজল্লি, পাত্তা কুমদুনা লোং খোল্লি, কৈথেল থোক্লুনা মপুবোইবা অমদি মচাশিংগী চাবা নোংখন্নৈ, লৈবাক্কী লুববা তানফম কয়াদসু মথৌনা লৈনা চোংথোবকই. নুপী লানগী থৌদোকশিংনা মসিগী মযেক লাববা খূদম্নি হায়দুনা থাগৎনৈ। মসিদসু নত্তনা লৈবাক অসিদা ভাবতকী অতৈ বাজ্যশিংদা চৎনবম্বা নুপীবু কা-হেন্না হন্থনা থম্লম্বা. সতী, জৌহব, কা হেন্না চহী নৌনা লুহোংবগী

চৎনবীসু লৈতে হায়না লৌদুনা ফেমিনিজম্বু থোইদোক্লা মরুওইনা লৌনদবগুম উই। অদুবু ফেমিনিজম হায়বসিদি সমাজদা নুপীগী মফম খরা লৈরে, মখোয়গী মতীক-মগুণ খরা উবা ফংলে হায়দুনা নাথৈদুনা নৎত্রগা থুপচিন্দুনা হেক্তা থমখিবা য়াবদি নত্তে। মতাং অসিদা কৃপ্না নৈনগদবদি সমাজদা মীওইবা অমগী ফংফম থোকপা হকশিং নুপীশিংনা চপ-চানা ফংবা ঙম্লব্রা, লৈঙাক্লোন অমদি শেম্মীৎলোন্দা মখোয়গী মফম চপ-চানা লৈরব্রা হায়বা ৱাফমশিং অসিনি। মরম অদুনা মসি হেক্তা তরাই-তরাইনা লৌদুনা নুপীগী অহেনবা হক খরা ফংহল্লগা অরোইবা ৱাখৈ অমা হেক্তা লেপথোকপা য়াদ্রি। মসিদি পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোলশিংবু, মীৎয়েং থৌনা, লৈরোল লৈরোল নাইনা অচুম্বা বিচার তৌদুনা, পূম্নৌ নৌবা অচুম্বা সমাজ অমা শেম্নবা, রাজনীতিগী ওইবা অকনবা মীৎয়েং য়াওবা খোঙথাংনি। মতাং অসিগা মরী লৈননা ঈহৌ অসিবু চালোটি বঞ্চনা অসুম্না মশক তাকই—

> Feminism is not about– "adding in" women's rights, but about transforming society, so that feminism may be called "transformational politics "[১]

ঈহৌ অসি থোরকখিবগী খ্বাইদগী মরুওইবা মরমদি নুপীশিংনা মতমগী মঙাল ফংদুনা সমাজদা থোক্লি ওইরিবশিংগী মরমদা ৱাখল খন্থবা ঙম্লকপদগীনি। নুপীশিংনা লাইরিক-লাইশু তম্নরকপদগী মতীক চাবা লৌশিং লৈরক্তুনা, খূর্জি থারবা সমাজগী চৎনরোলনা, নুপীবু মীওইবা ওইনা উবা ঙমদ্রিবশিংদু শেংনা খঙবা ঙম্লকই। মখোয়না ইকায়খুম্নফম থোকপা মহৌশাগী নিয়মশিংদা মকোক নোল্লবসু, মীনা মীবু নমথনবা শেন্বা সমাজগী অশেন্বা চৎনরোলশিংবুদি য়ানীংদবা হৌরকখি। মীওইবনা নীংশিংবা থোক্তবা মতমদগী হৌনা মপাঙ্গল কনবা, মরৌশিং লৈবা লুচিংবগী খূদুং ইন্দুনা কাঙলূপ শেমদুনা সমাজ লিংদুনা পানববুদি মখোয়না ইকায়খুম্নৈ অদুবু লৌশিং অমদি পাঙ্গলগী শক্তিবু লান্না শীজিন্নদুনা পেত্রিয়ার্কিবু সমাজগী শোয়ফদবা চৎনরোল অমা ওইহল্লকপবুদি খম থেংনা য়ানীংদবা হৌরকই। মসিগুম্বা য়ানীংদবগী মীৎয়েং অসি ফোঙদোকপা হৌরকপগা লোয়ন-লোয়ননা ফেমিনিজমসু মমি তম্বা হৌরকই।

লৈবাক্কী অচৌবা ফম্নাইবা অমনা ফনমক শেঙ্গা-থুমজা তৌরবসু, মহাক্কী মথক্তা ৱাকৎ লাক্তুনা বিচার তৌদ্রিবা মখৈ, মীয়াম্না মহাকপু ফম্নাইবা অমা ওইবগী

হক অদুমক ফংহনবগুম্না, সমাজগী চৎনরোলদা ফনা অশোয়বা য়াওরবসু মদুগী মায়োক্তা ৱাহং তৌদুনা ঈহৌ শাগৎত্রিবা মখৈ, সমাজগী অচুম্বা চৎনবী ওইদুনা অদুম লৈ। মতৌ অসুম্না পেত্রিয়ার্কিদা নুপানা মপু ওইদুনা মকোক থোংবা সমাজগী চৎনবোলনা নুপীবু থাক হন্থনা লৈহল্লবসু, ফেমিনিজমগী ঈহৌ লাক্লিভৈদদি অসিগুম্বা সমাজ মখল অসিবু মীওইবনা হকচিন্না ইকায়খুম্নরম্মী। অদুবু ঈহৌ অসি লাকপদগীদি চৎনবোল অসিগী অশোয়বা, অবানবা কয়া পুথোক্লদুনা অফ-ফত্ত কৃপ্পা নৈনরক্লে। ফেমিনিষ্টশিংগী থৌরবা মীৎয়েংনা সিষ্টেম অসিগী নাক-যেৎ কৃপ্পা নৈনদুনা মসিনা ওইহল্লিবা মীওইবগী ৱাখল্লোনশিং — ধর্ম, লৈশেম-নোংশেল্লকপগী ৱারীনচিংবদা ফাওবা লান্দাবা হৌবক্লে।

ফেমিনিষ্টশিংনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী মীশিং য়াম্না চৎনরিবা খৃষ্টান ধর্মগী মথক্তা অকনবা মীৎযেং থমদুনা মীওইবগী ধর্মদা য়াওরিবা পেত্রিয়ার্কিগী মচাকশিং অদু খুদোম্থী থিন্দুনা তাকপা হৌরক্লে। ৱাফম অসি ফিলোসোফব অমা ওইনা হৌবকখিবী ফেঞ্চকী মমিং লৈরবী সিমন দি বিউভর (১৯০৮-১৯৮৬) না মহাক্কী *দি সেকেণ্ড সেক্স* (১৯৪৯) হায়বা লাইবিক অদুদা মযেক শেংনা থল্লকই। মহাক্না খৃষ্টানশিংগী মিথোলোজিদা যাওবিবা মী শেল্লকপগী মতাংদা ঈশ্বরনা আদাম হান্না শেল্লগা মহাক্কী থবাক্কী শব্দ মতেক অমদগী মহাক্কী খোঙলোয় ওইনবগীদমক ইভ শেমখিবগী মতাং অসিদা লৈরিবা নুপানা পানবা, মখোয়না মপু ওইবা পেত্রিযার্কিগী কা হেনবা শকওং অদু মযেক শেংনা পুথোবকই। মহাক্কী দাবীদি ঈশ্বরনা ইভতগী আদাম্বু হান্না শেল্লিবা অমদি ইভপু আদামগী হকচাংগী শরুক মচেৎ অমদগী শেল্লিবা অসিনা নুপীবু নুপাগী পুন্সিগী শরুক মচেৎ অমতমক ওইহন্দুনা মতম পুম্নমক্তা নুপাগী মখা পোনবী ওইহন্নবা থৌওইনা শেমখিবা পেত্রিযার্কিগী যৃম্ফম ওইবা ৱাংঙুবোলনি হাযবসিনি। বাইবলগী লৈশেম-নোংশেল্লকপগী ৱাবী অসি কনানা করম্বা মতমদা চপ-চানা শেমখিবনো হায়বা খঙবা ঙমদ্রবসু পেত্রিয়ার্কিগী শক্তি লৈরবা মীওইশিংনা শেমখিবনি হায়বসিদি মযেক শেংহল্লি। মীৎয়েং অসিনা মালেমগী তোঙান-তোঙানবা সমাজগী লৈশেম-নোংশেম্বগী ৱাবীদা য়াওরিবা পেত্রিয়ার্কিগী অশেম্বা শক্তমশিং অদু পুথোক্তুনা নৈনবগী তাঞ্জা পীরি। বিউভরগী অসিগুম্বা ৱাখল্লোন অসি শক্তি লৈববা কেথোলিক চর্চকী পুরোহিৎশিংনা য়াম্না কন্না নিন্দা তৌখি অমদি মহাকপু ধর্ম অসিদগী ইম্থোকখি। বাইবলগী অসিগুম্বা

হকচিনবা নিয়ন্না মহাক্কী পুন্সি অমদি থবকপু তাথীবীরবসু ধর্ম অসিদা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎলকপা, মহাক্কী মচীন থৌরবা ব্রাফম—

One is not born, but rather becomes, a woman.[২]

হাযবা অসিমদি ঙসি ফাওবা কনা অমত্তনসু ককপা ঙম্নদ্রি।

ফেমিনিজমগী ঈহৌ লাকখিবা য়াম্না কুইরে। খ্বাইদগী অহানবা ওইনা মসি নোংচুপ লৈবাকশিংদগী হৌরকই। অদুবু 'ফেমিনিজম' হায়বা টার্ম অসিগা লোয়ননা ঈহৌ অসি মযেক শেংনা চখরকখিবদি খৃষ্টগী তরামাপনশুবা চহী চাদগীনি। মসিগী মমাঙদা ঈহৌ অসিবু 'নুপীগী মায়কৈদা লেপ্পা' নৎত্রগা মখোয়গীদমক লাম্হেংনরিবা 'ডিফেন্দরস' নৎত্রগা 'এডভোকেটস' হায়না খঙনরম্বা য়াই হাযনা মোত পীনৈ।[৩] টার্ম অসি উটোপিযান সোসিয়েলিষ্ট চার্লেস ফোরিয়র (১৭৭২-১৮৩৭) না শেমখিবনি।[৪] ব্রাহৈ অসি ফ্রেঞ্চতা খৃষ্ট কুম ১৮৩০ গী দিকেদতা শীজিন্নবম্বগী বেকোর্ড লৈ। অদুবু অইবা ওইনা শীজিন্নরকখিবদি খৃষ্ট কুম ১৮৯৫ গী এপ্রিলগী তাং ২৭ তা ফোঙবা অমেরিকাগী চেফোং ***দি এথেনিয়ম*** হায়বদুদা লাইবিক মশক তাকপা অমখক্তনি।[৫] মখোযনা মসিবু সেক্সকী মতুংইন্না মীওইববু খেন্ননা যেংলিবা সমাজগী চৎনবোলবু খম থেংনা য়ানীংদবা, নুপীগী হক তানবা ব্রিইমিনিজমগসু অনকপা মরী লৈনবা, অনৌবা নুপী (নিউ ব্রিইমিন) গী মীৎযেং যাওববা লৈঙাক্লোনগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা ঈহৌ অমা ওইনা লৌই। ঈহৌ অসিগী অপোকপী মমা ওইনা ইংলেণ্ডগী মেরি ব্রুলষ্টোনক্রাফট (১৭৫৯-১৭৯৭) পু খঙনৈ। মহাকপু ফিদা অসিদা মহাক্কী *এ ভিন্দিকেসন ওফ দি রাইটস ওফ ব্রুমন* (১৭৯২) হাযবা লাইরিক অসিনা কাখৎহনখি। মসিদা নুপীনা লাইরিক তম্বগী হক নীংথিনা তাকপদা নত্তনা অধ্যাত্মীক্কী মীৎযেংদা নুপা-নুপী অনীগী থোং মান্নবগী তঙাযফদবা কয়াসু পল্লি।

ব্রুলষ্টোনক্রাফটকী মমাঙদা লৈরম্বা নুপী খরনসু নুপীদা মীৎয়েং থমদুনা মখোয়গা মরী লৈনবা হীরমশিংদা খূৎ থাদুনা লাইরিক্লচিংবা ইনরম্বসু য়াওই। মখোয়গী মরক্তা ফ্রান্সকী খৃষ্টান দি পিসান; ফেনেলোন, মেরি এষ্টল, মিলদার্ট; মসাচুসে বেইগী এনি হৎচিনসন; বোহেমিয়াগী গুল্লেমিন্নচিংবগী মমিং পনবা য়াই। ফ্রাঞ্চকী কবি অমা ওইনসু শীংথানরিবী খৃষ্টান দি পিসান (১৩৬৪-১৪৩০) না মহাক্কী ***দি বুক ওফ দি সিটি ওফ লেদিজ*** (১৪০৫) অমদি ***বুক ওফ থ্রি***

*ভরচুইস* (১৪০৫) হায়রিবা লাইরিক অনী অসিদা নুপীগা মরী লৈননা খূৎ থারম্মী। মহাক্কী পুন্সিগী ইকোন কোনবা লাইরিক ওইখিবা *লে দিতৈ দে জেবান দি আর্ক* (Le Ditie' de Jebanne d' Arc, 1429) হায়বা লাইরিক অসিদা জোন ওফ আর্ক (১৪১২-১৪৩১) কী মতীক-মগুণ কয়া শীংথারি। আর্ক মশা হিংলিঙৈদা মহাকপু শীংথাখিবা ফ্রান্সকী খ্বাইদগী অহানবা লাইরিকসু মসিনা ওইরি।[৬] খৃষ্টান দি পিসান্না তৌরম্লিবা থবকশিংবু শীংথাদুনা মহাকপু খ্বায়দগী অহানবা মোর্ডন ৱুমন ওইনা শীংথানরি–

> If Petrarch can be called the first modern man, then Christine de Pisan, the poet and author who introduced her countrymen Petrarch and *Boccaccio*, to Parisian culture in the early 1400, is surely the first modern women.[৭]

খৃষ্টান দি পিসান্না নুপীগা মরী লৈনবা হীরমদা ৱাখল খন্থবা হৌরমদুনা মখোয়গী মতীক-মগুন্নচিংবা খরমখৈ শীংথাবা হৌরম্লবসু মতীকচাবা মরম পুথোক্কুনা নুপীবু সমাজনা হন্থনা য়েংলিবশিং অদু পুথোক্লবদি ময়েক শেংনা হোৎনরমদে। মায়কৈ অসিদা হেন্না ঈচং থৌনা চঙশিল্লকখিবদি মেরি ৱুলষ্টোনক্রাফটনি। লৈঙাক্লোনগী অকৃপ্পা মীৎয়েংগা লোয়ননা মীওইবগী অচুম্বা ৱাখল্লোন অমদি হক্কীদমক থৌনা লৈনা চোংথোরকখিবী নুপী অসিনা মহাক্কী *এ ভিন্দিকেসন ওফ দি রাইটস ওফ মেন* (১৭৯০) দা মতম অদুগী মীয়াম্না ইকায়খুম্নবিবা পোলিটিকেল ফিলোসোফর ইদমুন্দ বার্ককী ৱাখল্লোন ফাওবা শীংনখি। ইদমুন্দনা ফ্রান্সতা লুই XVI গী লৈঙাক লোয়শিনখিবা অসিনা লৈবাক অসিবু মপু পান্দবা, লমহেন-তুহেনবশিংনা মনীং তৌবা নিংথৌগী লৈঙাক্তগীসু হেন্না শাথীবা লৈবাক অমা ওইরকপা য়াবগী অকিবা ফোঙদোকখিবগী ওন্ন-তৈনবদা ৱুলষ্টোনক্রাফটনদি হেন্না ফবা মীওইবগী নীংতম্ববু ইকায়খুম্নবা সমাজ অমা লাক্লবগী খোঙথাঙ ওইনা লৌখিবগী মশক অমা লাইরিক অসিদা উৎলম্মী। পমফ্লেটকী মওংদা পুথোকখিবা লাইরিক অসি মহাক্কুম্বী নুপী অমনা ইবনি হায়বসি অহানবদা কনানসু থাজনখিদে। অদুবু ইকুই-কুইদনা অমুক মহাক্কী *এ ভিন্দিকেসন ওফ দি রাইটস ওফ ৱুমন* (১৭৯২) পুথোরক্কুনা নুপাগী হক খক্তা নত্তনা নুপীসু মীওইবগী ফংফম থোকপা হকশিং অদু ফংগদবনি হায়রকপা–

> If the abstract rights of man will bear discussion and explanation, those of women, by a parity of reasoning, will not shrink from

the same test: though a different opinion prevails in this country.[৮]
মসিগুম্না মহাক্কী ঈচং থৌনা ফোঙদোক্লম্না মচীন থৌরবা ৱাফমশিংনা মহাকপু কোন্না লাকপা ফেমিনিষ্টশিংনা ঈহৌ অসিগী অপোকপী মমা ওইনা ইকায়খুম্ম রকখি।

পেত্রিয়ার্কিগী কোল্লুনা কন্না চপখায়দুনা মীওইবগী পুন্সিরোলদা নুপা-নুপী অনীগী মরক্তা অঙকপা ফংনা খেন্নহল্লকই। মসিনা মীওইবগী চাওখৎ লমজেন্দা নুপানা মাঙজিন থাখি অদুগা নুপীনা মনীংদা লৈহনখি। লৌশিং অমদি মহৈগী লমদসু নুপাদা খুদোংচাবা পীদুনতা লাকখি। মরম অদুনা ঙসিগী মীরোলগী নুপীশিংনা মশাগী মপূংফাবা হক ফংগে হায়রবদি কোল্লু অসিবু হান্না থুগায়বা তারকই। অদুবু মসিবু পায়দুনা মথৌ শঙলিবা নুপাশিংগী মরক্তগীসু নুপীগী ওইরিবা ফীভমগীদমক নুংনাঙবা ফাওখিবা, মিনুংশি পোকখিবা কয়া য়াওরকই। মখোয়গী মনুংদা নোংচুপলোমগী জোন ষ্টুৱার্ড মিল (১৮০৬-১৮৭৩), কার্ল মার্ক্স (১৮১৮-১৮৮৩), ফেদরিচ ইঙ্গেলস (১৮২০-১৮৯৫); ভারতকী রাজা রাম মোহন রোই (১৭৭২-১৮৩৩), ঈশ্বর চন্দ্র বিদ্যাসাগব (১৮২০-১৮৯১), স্বামি দয়ানন্দ সরস্বতি (১৮২৪-১৮৮৩), মহাত্মা গান্ধি (১৮৬৯-১৯৪৮), জননেতা ইরাবত (১৮৯৬-১৯৫১) নচিংবগী মমিং পনবা য়াই। মখোয়গী মীৎয়েং অসি চাওখৎপা অমদি থোং মান্নবা সমাজ শেমগৎনীংবগী ৱাখল্লোনগা শাগোন্নে।

ইংলেণ্ডগী মিনিস্তরসু ওইখিবা লিবরেলিজমদা চেৎনা থাজখিবা জোন ষ্টুৱার্ড মিলগী মীৎয়েংদা মপূংফানা চাওখৎপা সমাজ অমা ওইহনবদা খ্বাইদগী মরুওইরিবসি মীওইবগী ইণ্ডিভিজুয়েল লিবর্টিনি হায়না লৌই। মসিদা যূস্ফম ওইরগা মহাক্না সমাজদা খ্বাইদগী শোত্থনা লৈহৌরবা নুপী কাঙলূপ্তা মীৎয়েং থম্লকই, মখোয়গী অৱাৎপশিং কুপখৎনবা হোৎনরকই। নুপীনা মনীংতম্না মশাগী হক পাঙথোকপা য়াহন্নবা অমদি মশাগা চানগদবা অপাম্বা শিনফমদা চঙবা য়াহন্নবা মহাক্না কন্না হোৎনরম্মী। মসিগীদমক মহাক্না ইংলেণ্ডগী পার্লিয়ামেন্টকী খৃষ্ট কুম ১৮৬৭ কী অনীশুবা রিফোর্ম বিলদা শোত্থহৌরবী নুপীশিংগীদমক বিল ফাওবা পুথোকখি। সমাজদা নুপীনা শোত্থহৌরিবসি মহৌশাদগী ওইরকপা নত্তে, মসিদি নুপানা মকোক ওইবা লৈঙাক্লোনগী মহৈনা ওইহনবনি হায়বসি মহাকসু য়াখি।

মসিদসু নত্তনা চৎনবীনা নুপাবু ইমুংগী মকোক ওইহনবা অসিনা হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিংবু লান্না লমজিংই। মসিনা নুপাশিংবু তোনানবা মপু অদুগা নুপীবুনা হায়বা ইল্লবী মীখা পোনবী ওইহল্লি। ফীভম অসিদগী নুপীশিংবু খজিক্তং শাফহন্নবা মহাক্না লুচিংদুনা 'ৱিইমিন সফরেজ সোসাইটি' লিংখৎখি। নুপীদা য়েংলম্বা মহাক্কী মীৎয়েং অসি খৃষ্ট কুম ১৮৬৯ দা ফোঙখিবা মহাক্কী ***দি সবজেক্টসন ওফ ৱিইমিন*** হায়বা লাইরিক অসিদা নীংথিনা মমি তারি।

মার্ক্স অমদি ইঙ্গেলসনা নুপীদা য়েংবা তোখায়বা মীৎয়েং অমা তোপ্পদি থনমদে। অদুম ওইনমক খৃষ্টগী তরামাপলশুবা চহী চাগী খ্বাইদগী শীংথানখিবা পোলিটিকেল ফিলোসোফর অনী অসিগী মার্ক্সিজম হায়বা ফিলোসোফি অসিদা মসিগা মরী লৈনবা ৱাফম কয়া পল্লম্মী। মখোয়গী মীৎয়েংদা সমাজদা নুপীগী থাক অসুক্কী মতিক হন্থনা লৈরিবসি মখোয়বু প্রাইভেট প্রোপর্টি ওস্থোকহল্লিবা শেঞ্জাও পায়বগী নিতী কেপিটেলিজম্নি হায়বসিনি। মরম অদুনা নীতি অসি হেক মরু ফংনা মাঙহন্‌খিবদা সমাজদা নুপীগী থাকসু মশানা অদুমক ৱাংখৎচরক্কনি হায়না মখোয়না থাজবম্মী।

ভারত্তা লৈরম্বা নুপীগী য়াইফনবগীদমক হোৎনবীরম্বা মীওইশিং অসিদি রাজনীতিগা থোইদোক্লা মরী লৈননা নুপীগীদমক হোৎনরম্বা অমদি মখোয়দা মীৎয়েং থমখিবা নত্তে। মখোয় অয়াম্বা সমাজ সংস্কার তৌবা মীওইশিংনি। মখোয়গী মরক্তগী 'ব্রহ্ম সমাজ লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা রাজা রাম মোহন রোইনা কন্না হোৎনবদগী মতম অদুগী ভারতকী ভাইসরোই ওইরম্বা লোর্দ ৱিলিয়ম বেন্টিঙ্কনা খৃষ্ট কুম ১৮২৯ দা সতীগী চৎনবী মুখল্লে হায়না লাউথোকখি। নুপীবু লাইরিক তম্বা ফংহন্নবা কন্না হোৎনবীরম্বা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনসু নুপীবু অঙাং ওইনা লুহোংবা থিংনবা অমদি লুখ্রাবীবু অমুক হন্না লুহোংবা য়াহন্নবা হোৎনবীরমই। মহাক্কী হোৎনজমন ওইনা 'দি হিন্দু ৱিদো রিমেরিয়েজ এক্ট' খৃষ্ট কুম ১৮৫৬ তগী চৎনহনখি। 'অর্য্য সমাজ' লিংখৎলম্বা স্বামি দয়ানন্দ সরস্বতিনসু ভারত্তা চৎনম্বা কা হেন্না অঙাং ওইরিঙৈদা নুপীবু চহী খেন্নবা নুপাশিংগা লুহোংথোকপীবগী চৎনবী, অউনপোৎ মস্তিক্রবগী চৎনবী অমদি নুপানা কা হেন্না নুপী লোনবগী চৎনবী কয়া মুখৎনবা হোৎনরম্মী। মখোয়না হোৎনবীরম্বদগী ভারত্তা মসিগুম্বা মথোং হুক্তবা চৎনবী খরগী চাং হন্থখ্রবসু মওং অমা নৎত্রগা

অমদা নুপীশিংদি চৈথেং কয়া অদুম মায়োক্লরি। অদুবু ফেমিনিষ্টশিংনা নুপীগী য়াইফনবা হোৎনবীরম্বা পৃকচেল চাউরবা নুপাশিং অসিবু ইকায় খুম্নরবসু মখোয়বু ফেমিনিষ্ট ওইনদি শকখঙনদে। মতাং অসিগা মরী লৈননা ফেমিনিষ্ট টোরিল মোই (১৯৫৩) গী মীৎয়েং অসি য়েংবা য়াই—

> Yes, man can be feminists. But they can't be feminist in exactly the same way as women. Their role within feminism is first of all strongly to support women. If one defines feminism tentatively as a struggle against patriarchy and sexism, men clearly ought to be struggling against it well.[১]

অসুম্না নুপাশিংনা নুপীগী য়াইফনবা করিগুম্বা থবক খরা তৌরবসু মখোয়না নুপীগী থাক য়ৌনা কুমথরক্কুনা নুপীনা ৱাবিবা, মখোয়না শোত্থরিবসি পেত্রিয়ার্কিগী চৎনরোন্ননি, চৎনরোলশিং অসিনা ঐখোয়গী মীৎয়েং লান্না উহনবনি, ঐখোয় মসিবু থুগায়দুনা ইশাবু শেংদোকচগদবনি হায়বকপগী খোঞ্জেলদি ঙসি ফাওবা নুপাশিংদগী তাবা ফংদ্রি। মরম অদুনা মখোয়না নুপীগীদমক য়াইফনবা হোৎনরিবা অমদি মখোয়গী শোত্থরিবশিংবু খরমখৈ কৃপখৎনবা হোৎনরিবশিং অসিদি নুপীদা উৎপা মখোয়গী থৌজাল অমদি মিনুংশিনি হায়না লৌবা য়াই। মীৎয়েং অসিদগী ঈহৌ অসিগী ইতিহাসতা নুপীনা মায়পুননা চোংথোক্কুনা থৌদাং লৌরকপা হায়বসি য়াম্নমক মরুওই।

ফেমিনিজমগী ইতিহাসকী খোঙচৎ অসি চাউরাক্লা তাঙ্কক অহুম থোক্লা খায়দোক্লে। অহানবা তাঙ্কক্লা ঈহৌ অসিনা হেক হৌরকপদগী খৃষ্ট কুম ১৯২০ গী মতম ফাওবনি। অনীশুবা তাঙ্কক্লা খৃষ্ট কুম ১৯৬০ দগীনা খৃষ্ট কুম ১৯৮০ ফাওবা কোনশিল্লি। অদুগা অহুমশুবা তাঙ্কক্লা খৃষ্ট কুম ১৯৮০ দগীনা হৌজিক ফাওবনি। অহানবা তাঙ্কক্তা ঈহৌ অসিগী পান্দম চপ-চানা ফংবা ঙমখিদ্রবসু নোংচুপলোমগী লৈবাক খরদা নুপীনা মীখলদা ভোৎ থাদবা য়াবগী হক ফংখিবনা তাঙ্কক অসিগী অরোইবা চৈখৈ চিংখি। খৃষ্ট কুম ১৯২০ দগীনা খৃষ্ট কুম ১৯৬০ গী চাউরাক্লা চহী নিফুবোমগী মতম অসিদা ঈহৌ অসি মনিল নাইদনা লৈখি। মরম অদুনা মতম অসিবু ফেমিনিজমগী ইতিহাসতা পোত্থাবা মতম্নি হায়না লৌনৈ। খৃষ্ট কুম ১৯৬০ গী মতুংদগীদি ঈহৌ অসি তোঙানবা মীৎয়েং খরগা লোয়ননা মচীন থৌনা চত্থবা হৌরকই। তাঙ্কক অসি খৃষ্ট কুম ১৯৮০ গী মতম ফাওবা

লেপ্তুনা চংথবকই। মতম অসিগী ফেমিনিষ্টশিংগী মীৎযেংশিং অসি যাম্না রেডিকেল ওই। মখোযগী খোঞ্জেলদা শীংনবগী চাং ৱাংখৎলকই। মখোযনা সমাজগী কা-হেনবা চৎনবোলশিংবু পুমথু-থুগাযদুনা নুপীগী মফম অমদি চপ-চানা ইকাযখুম্নবা ফংবা সমাজ অমগী ঈথৌ লাংখি। মখোযগী অনীংবশিং অসি খজিক্তং হেঞ্জিনখিদুনা নুপা যাওদবা নুপীখক্তগী তাইবঙ অমা শেম্মিংলকপগী মঙলান (উটোপিয়া) ফাওবা শাগৎনবকই। ফেমিনিজমগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী মক চঙলকখিবদি অহুমশুবা তাক্কক্লি। মসি খৃষ্ট কুম ১৯৮০ গী মতুংদগী হৌজিকসু চংথবি। তাক্কক অসিদা ফেমিনিষ্টশিংনা নুপী হায়বসি কনাগীসু মখা পোন্দে, মীওইবগী হেন্দোক-থোইদোকপা মতীক-মগুণ পূম্নমক নুপীদসু লৈ হাযবা অসি হেন্না শাফূ লৈনা ফোঙদোবকই।

মতৌ অসুম্না চংথবকখিবা ফেমিনিজমগী খোঙচত্তা তোঙান-তোঙানবা মীৎযেং (এপ্রোচ) কযাদগী ঈহৌ অসিবু মশক তাক্কুনা ৱাখল্লোন (থিওাব) কযা লেপ্তুনা পুথোক্লবর্ক্লি। মখোযগী মনুংদা মার্ক্সিষ্টশিংগী মীৎযেংদগী শাগৎলকপা ৱাখল্লোন অসিসু মরুওইবা মীৎযেং অমনি। মার্ক্সিজমগী মীৎযেং যাওবা ফেমিনিজমগী ৱাখল্লোনবু 'মার্ক্সিষ্ট ফেমিনিজম' হাযবগা খঙনৈ। মখল অসিগী ফেমিনিজমগী তোপ তোপ্পা মশক্তি থাক খাযদোকপা সমাজগী চৎনবোল (ক্লাস) অমদি সেক্স অনীগী মবীদগী শাগৎলকপা ফেমিনিজমগী মশক্লা ওইবি। মার্ক্সিজম্না খ্বাইদগী হর্কচিন্না যানীংদবা শেঞ্জা ও পাযবগী নীতি (কেপিটেলিজম) গী অকনবা শাফূগী মাযোক্তা শাগৎখিবা ক্লাস ষ্ট্রগল, সবপ্লস ভেল্যুনচিংবগী ৱাখল্লোনশিং অসি মখল অসিগী ফেমিনিজমদা মযেক শেংনা মমি তাই।

লিবিস হেন্নবি মোর্গান (১৮১৮ ১৮৮১) গী *এন্সিযেন্ট সোসাইটি* (১৮৭৭) হাযব লাইবিক অসিদা যুম্ফম ওইদুনা পুথোবকখিবা ইঙ্গেলসকী *দি ওবিজিন ওফ দি ফেমিলি প্রাইভেট প্রোপবটি এণ্ড দি ষ্টেট* (১৮৮৪) হাযবসিদা মীওইবা সমাজগী যেলহৌঙৈদা মমানা মকোক থোংবা সোসিযেল সিষ্টেম অমা লৈবম্মী হাযনা পুথোকখিবা মোর্গানগী ৱাখল্লোনবু শৌগৎলি। মসিদা চপ-চানা থাজদুনা মীওইবা সমাজদা নুপীগী মফম্বু মার্ক্সিজম্না অসুম্না থন্নকই-

> That woman was the slave of man at the commensement of society is one of the most absurd notions that have come down to us from the period of Enlightenment of the eighteenth century

Woman occupied not only a free but also a highly respected position among all savages and all barbarians of the lower and middle stages and partly even of the upper stage.[১০]

অসুম্না মীওইবা সমাজগী য়েলহৌভেদা নুপীগী থাক ৱাংনা লৈরম্লবসু পাঙ্গল অমদি শক্তিগী অথোই-অহেন তান্নরকপদগী মরু হল্লকখিবা কেপিটেলিজম হায়বসি থোরকপদগী সমাজদা নুপীগী থাক কুমথরকখি। মরম অদুনা ৱাংঙুরোল অসিনা ফেমিনিজমদা থোইদোকপা মীৎয়েং থম্লমদ্রবসু কেপিটেলিজম হায়বসি মরু ফংনা হেক মুখৎখিবদা সমাজদা নুপীগী থাকসু মশানা অদুমক ৱাংখৎচরক্কনি হায়না লৌই।

মার্ক্সিজম্না অচেৎপা মীৎয়েং থম্লম্বা ক্লাস ষ্ট্রগল থোক্লবগী খ্বাইদগী মরুওইরিবা 'ইকোনোমিক ইমবেলেন্স'কী মতাং অসিনা ফেমিনিষ্টশিংদা ঈথিল য়াম্না পীখি। ফোমিনিষ্টশিংগী খোঞ্জেলদা হৌনা তারিবা নুপী হায়বসি নুপাগী শান্নপোৎ নত্তে, মখোয় অসি নুপাগী মবল-মথুম নত্তে, মখোয়বু সমাজনা ফক্লাং মরিনা কোয়শিনবা ইমুংগী কাখূ অমদা ইমুংগী কৃপ্লোমদা নমশিন্দুনা থম্বা য়ারোই হায়রকপনচিংবসি মার্ক্সিজমগী 'মেটরিয়েল দিটরমিনিজম'গী ৱাখল্লোনগা হেন্না মরী লৈনরকই। মতাং অসিগা মরী লৈননা ভর্জিনিযা ৱুল্ফ (১৮৮২-১৯৪১) কী অচৌবা ষ্টেটমেন্ট—

a woman must have money and a room of own if she is to write fiction.[১১]

অসি নীংশিংবা য়াই। ফেমিনিষ্ট অমা ওইনসু শীংথানরিবী অইবী অসিনা নুপীনা সাহিত্যদা খোঙদারকপদা থেংনরিবা অপনবা কয়া অসি ফোঙদোকপদা মার্ক্সিজমগী 'থিওরি ওফ সরপ্লস ভেল্যু' পুশিল্লকই। থিওরি অসিনা সমাজদা নুপীগী মফম লৈত্রিবা, লৈঙাক্লোন অমদি শেন্মীৎলোন্দা নুপীনা শরুক য়াবা ঙমদ্রিবসি ইমুংগী কৃপ্লোমদগী নাম্বোকপা ঙমদবগীনি হায়বদু ময়েক শেংনা উৎখি। মরম অদুনা নুপীবু ইমুংগী কৃপ্লোম অমদি মচা নাউয়োক-নোউকোনবনচিংবদগী খোঙকাপ থরদং কাম্বোকহল্লক্কুনা লৈঙাক্লোন অমদি শেন্মীৎলোন্দা শরুক য়াহন্নবা হোৎনরকখিবা অসিমক ফেমিনিজমগী মরুওইবা খোঙথাংনি। মার্ক্সিজম্না ফেমিনিজমদা অপান্নবা মীৎয়েং থমখিদ্রবসু মখোয়গী "the personal is political" হায়বা মতীং লৈরবা খোল্লাউ অসি ফেমিনিজমগীসু অচেৎপা যূম্ফম্নি। ৱাফম অসি ফেমিনিজমগী ইতিহাসতা ৱাথোক চাউখিবী জেরমিন গেয়র (১৯৩৯) ফাওবনা শৌগৎখি। কন্টেমপরেরি ফেমিনিজম্বু শীংনদুনা *দি হোল ৱুমন* (১৯৯৮) হায়বা

লাইবিক অমা ইকবগীদমক ফেমিনিষ্টশিংনা ৱাকৎ থাঙ্গৎলক্তুনা দোলর লাখ মঙাগী ফাইন ফাওবা থীখ্রবী জেবমিন্না নুপীগা মবী লৈননা, মার্ক্সিজমগী মীৎযেংবু শৌগত্তুনা the personal is still political হাযবকই। মতৌ অসুম্না মার্ক্সিষ্টশিংনা সমাজদা যেংলম্লিবা মীৎযেং অসি ফেমিনিজমগী খোঙচত্তা থোইদোক্লা মক্তওইবি।

## রিফরেন্সশিং


Sushila Singh, ***Feminism: Theory, Criticism, Analysis,*** Delhi Pencraft International, 1997, 23-24

Simone de Beauvoir ***The Second Sex,*** trans H M Parshley, London Vintage, 1997, 295

Sushila Singh, ***Feminism: Theory, Criticism, Analysis,*** Delhi Pencraft International, 1997, 14

David Macey, ***The Penguin Dictionary of Critical Theory,*** London Penguin Books, 2001, 123

Sushila Singh ***Feminism: Theory, Criticism, Analysis,*** Delhi Pencraft International, 1997 22

Kathleen Kuiper ***The 100 Most Influential Women of all Time,*** New York Britannica Educational Publishing in association with Rosen Educational Services, 2010 55

Sushila Singh ***Feminism: Theory, Criticism, Analysis,*** Delhi Pencraft International, 1997, 14

Rosalind Horton and Sally Simmons, ***Women Who Changed the World,*** London Quercus, 2006, 46

Toril Moi, ***Feminism· Theory and Simone de Beauvoir,*** Oxford Basil Blackwell, 1990, 165

F Engels ***The Origin of the Family, Private Property and the State,*** Moscow Progress Publishers, Reprinted, 1977 49

Rosalind Horton and Sally Simmons, ***Women Who Changed the World,*** London Quercus, 2006, 98

Neeru Tandon, ***Feminism: A Paradigm Shift,*** New Delhi Atlantic, 2008, 49

# ঙসিমক ওইরক্লিবা শুমাঙ লীলাগী মশক

ডা. লাইশ্রম শশিকুমাব

**১) শুমাঙ লীলাগী মাইওন**

ঙসিমক ওইবিবা শুমাঙ লীলাগী মশক অসিস্ যাম্না কিনিংঙাই ওইদবদি নত্তে। মণিপুবগী মীযাম্না শুমাঙ লীলাবু পাম্নদবদি ওইদ্রি। ঙসি ঙসিমক ওইবিবা মণিপুব জাতিসিগী শেল-থুমগী ফিভম অসুক্কী মতীক ব্রানবে। মসি পূম্নমক্কী মথক্তা নহাবোল লালহৌবগী ঈবাং হাযনিংঙাই লৈতনা বাংখৎলকই। মসিদা শুমাঙ লীলাবু পামজদুনা অহিং নুংথিল খাযদনা কোযনা চত্তুনা শান্নজগদবা কলাকাবশিংগী অব্রাবা কযা মাযযোক্লদবা নত্তে।

শুমাঙ লীলা হাযবসিমক্তবু মতম মতমগী মীযাম্না মাযযোক্লবিবা সমাজশিংদা মপুংওইনা যুম্ফম ওইবগা শান্নবকপা হাযর্বসি মমাংঙৈদগী অদুম লীক্লম কাযদনা চত্থবকই। মতাংসিদা ঙসিগী মপান্দগী লাকপা সিফাইশিংনা লম্নদমসিগী মমাংঙৈদগী চত্থবকপা শুমাঙ লীলাগা খোঙচৎসিদা চাউনা অবাবা কযা পীববে। শুমাঙ লীলাগী যাওন্দা শুমাঙ লীলাবু ওল্লভবা যাদে। শুমাঙ লীলাগী অহোংবা মশক মপুং ফানা লাকপগা ঈবোযননা লীলা উৎপগী চাংসু যাম্না হন্থবে। ঙসিগী শুমাঙ লীলাগী মাইওন চুম্লিববা ঐখোযগী মাঙলমচৎকী মশক কদাইদা লৈখ্রে। থিজিনবগী মখৌ তাবি।

**২) শুমাঙ লীলাগী হোংবগী মশক**

মণিপুবী শুমাঙ লীলাসু মমাংঙৈগী শুমাঙ লীলাগী মচৎতগী চাউনা অহোংবা কযা লাকই। মসিমক্লা মণিপুবী শুমাঙ লীলা হাযবা কলাসিগী শক্লমদা চাউনা হোংলকই। ফিজেৎ, বাঙাং, মীৎযেং-নাযেং কযাদা হাযনিঙাই লৈতনা অহোংবা লাকই। মণিপুবী শুমাঙ লীলাগী পবম-পবাগী মশক ঙসিদি পূম্নমক কাযথবক্লে। চহী কযাদগী লৈজবল্লবা তোপ তোপ্লা ঐখোযগী শক্তমদা চাউনা হোংলক্লি পূম্নমক্কী লাইবক থীবনি। মণিপুবী শুমাঙ লীলাবু যোকখৎপা তঙাই ফদবা কযা লৈবে।

মপুং ওইনা মণিপুবী শুমাঙ লীলাদা অহোংবা লাকখিবসিগী মকওইবা মবম খবদি লৈতবদি নত্তে। ঙসিদগী চহী খবগী মমাংদা শুমাঙ লীলাগী মশক কন্নবা

হোৎনবম্মী। অদুবু মতমগী যাওন্দা অকনবা চৈফুনা ঙসিগী শক্তম অসি যৌখিবনি। মপুং ওইবা থিযেটবগ মপুং ফাবা স্কুলদগী হৌবকপা মীশক মীওই খবনা শুমাঙ লীলাবু চাউনা হোংহনবগী শক্তম লৌবকখি। মসিগী মথক্তা, মপাল লমগী টিঃভিঃ, সিনেমানচিংবা মখল মখাগী শক্তম লৌনবক্কুনা ঙসিদি মণিপুরী শুমাঙ লীলাসি সিনেমাগী মতৌ তম্নবক্কুনা চাউনা ঐখোযগী জাতিগী কলচবদা চৈথেং খবদি পীববে। মসিমক বাখল খবদি খন্থমিন্নবা মতাং ওইবে।

শুমাঙ লীলাসি পুথ্রি, গুহা, চীং, পাৎ-তুবেল, অকি-অখঙ, হৱাগাডিগী খোঞ্জেল অসি আর্ট এক্তিংনা ফোঙদোক্লবম্বা কযা ঙসিদি মতমগী অঙক-অঙকপা খুৎসু খুৎলাইনা মতেং পাংশিন্দুনা কলাকাবশিং মথৌদগী লাপথোকহন্দুনা লীলা উৎপা মসিমক ঐখোযগী কলচবদগী খবদি মওং তানা থৈদোবক্লে। মতম অমদা কলাকাব মশা মশানা ঈশৈ নোংমাই পুং ঈশৈ শক্লবম্বদু ঙসিদি পুম্নমক খুৎলাইগী মতেংনা মপং ওইনা শিঙ্খোকখিবসিমক শুমাঙ লীলাগী চাউনা অহোংবা অমনি। মসিমক ঐখোযগী শুমাঙ লীলাগী মশক চাউনা হোংদোকহল্লে। ঙসিদি মণিপুরী শুমাঙ লীলাসি ফিল্মগী মতৌ তমদুনা ঐখোযগী কলচবগী মশক ঙম্নমক মাংথবক্লে হাযবদা হাযমনবা থোক্লবোই।

লমদমসিদা খুন্দামিন্নাববা মীযাম্না ঐখোযগী ইপা-ইপুশিংনা থীবম্বা অশেংবা শুমাঙ লীলা কনমিন্নবগী মথৌ খবদি লৈবে।

### ৩) শুমাঙ লীলা মৈত্রবাকখক্তগী নত্তে

হৌজিক্কী শুমাঙ লীলাসি মতম অমদা মণিপুবখক্তগী ওইবম্মী। ঙসিদি মপান্দা চত্তুনা শুমাঙ লীলা উৎপা ঐখোযনা খঙনববা ঙাক্তেনি। মীবমগী মমাঙদা ঐখোযনা উৎলিবা শুমাঙ লীলাগী মওংসি থোইনা ইকাইনিঙাই ওইবমগনি খল্লি। মণিপুবগী ফনেক, মণিপুরীশিংগী ফিজেৎ চাকচা ঙম্নমক হোংলকপা, অতৈ অতৈ জাতিশিংনা কর্বিনি হাযনা। লৌবমগনি মতাংসিদা নীংশিংমিন্নবা যাবা খবদি, ঐখোযগী পুং-চোলোম, ঐখোযগী মৈতৈ জগোই, ঐখোযগী দেব-কম্মগী পুঙৌ-ফনেক, ফনেক-মযেক নাইবা, ঐখোযগী মোইবাং ফিজন্নচিংবা কযানা মণিপুবগী তোপ তোপ্পা মশক তাক্লবগুম ঐখোযগী মমাংঙৈদগী লৈজবক্লবা শুমাঙ লীলাগী মশক মাঙহন্দনা থম্বীসু চাউথোকচবা যাবা লৈফম থোকই।

ঐখোয়গী শুমাঙ লীলাদি ফি শেৎপা মপানগী য়াম্না হেনজিনবা মওং তম্নরকপসিনা ঐখোয়গী কলচরদা চাউনা অকায়বা পীবনি হাযদবসু য়ারোই। মণিপুরী ঐখোয়গী মরক্তা মপা-মমা, মচিন-মনাওগী থকশি-খাশি লমচৎ ব্যবহার ঙসি হোংলকইবসি মপানগী মতৌ তম্বদগীনি হায়না লৌবদা থোইনা কয়ারোই। মসিমক টি.ভি. সিনেমাদা মপা-মচা, মচিন-মনাও ফম্মিন্নবা য়াদবা য়েংবদা নুঙাইতবা কয়া উৎলকইবসি অফবগী মওংদি নত্তে। মতাং অসিন্নাইদা লমদমসিদা খুন্দারিবা পূম্নমক্কা শুমাঙ লীলা হায়বা ঐখোয়গী তোপ তোপ্পা মশক অসিবু ঙাকমিন্নদুনা মণিপুরী ঐখোয়গী শেংলবা কলচরবু কনমিন্নবগী মতাং চারে। চহী কয়াগী মমাংদা মশা-মরেং ফন্না লৈরম্বা ড্রামা মুখরকগুম শুমাঙ লীলাসু মুখরক্লোই হায়বা খক ঙল্লোই। মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা য়াওরিবা ফোক থিয়েটরগী অশেংবা মশক ঙাক্তুনা ঙম্বা হায়বসি ঐখোয় খুদিংমক্কী লেমজনফমনি। ঐখোয়গী শুমাঙ লীলাদা য়াওরিবা ফোক থিয়েটরগী মশক অদু ঙসিদি নোংমা নোংমগী মাঙশিল্লকই।

৪) ঙসিগী শুমাঙ লীলাগী মশান্না

ঙসিগী শুমাঙ লীলাসি মমাংঙৈগী মতৌগুম্না শান্নবা যাবক্তবা ওইবক্লে। লীলাগী মনুংদা খূৎশু-খূৎলাই মখল মখা য়াম্না য়াওবা মবম্না থবক অমা ওইরে। মতম অমদা লীচৈ অমনা শগোল শামু মখল মখাগী খূৎলাই ওইনা উতল্লম্বগী মওংদু ঙম্নমক হোংদোক্লে। মতমসি চপ মান্নবা খুৎশু-খূৎলাই ওইনা য়াওহন্দুনা লীলা পার্টিশিংদা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইনা যাওশিন্নবা ইনফেক্তর মসিসু অমনি।

৫) শুমাঙ লীলা পার্টি মশিং হন্থরক্লে

মতম অমদা শুমাঙ লীলা কাঙলূপ চাউবাক্লা ৩০ / ৩৬ লৈরম্মী মসিগী মনুংদা ডাইলোগ লীলা, ঈশৈ লীলা, নুপী কাংলূপ অসুম্না মশীং যাম্না চহী খুদিংগী লীলা উৎলম্মী। অদুবু মতমগী য়াওন্দা ঈশৈ লীলা ডাইলোগ লীলা অমত্তা ওইনা লৈখ্রে। নুপী কাঙলূপ্তি ঙসি ফাওবা লৈরি। অদুবু নুপী লীলা পার্টি মশীং য়াম্না লৈজরবসু তশেংনা ফেষ্টিভেলগীদমক্তা থোরকপা ঙাক্তনি। শুমাঙ খুদিং, খুঙ্গং কোয়না খক উৎপা নত্তে। মসিমক চাওখৎলকই হায়বদি য়ারোই নুপা শুমাঙ লীলা পার্টি মশীং য়াম্ন হন্থরে। মসিগী তোপ তোপ্পা মরম খরসু লৈতবা নত্তে।

**৬) ঙসিগী শুমাঙ লীলা শিথরকপা**

ঙসিগী শুমাঙ লীলা শিথবকপগী মরম খরদি মীয়াম্না ইখঙ খঙনরবা ৱাফম অমনি। শুমাঙ লীলাগী মমল অতিয়া পকনা ৱাংখৎলে। লীলা অমা কৌবদা লীশিং ৯/১০ ফাওবা য়ৌরে মসিমক্তা শুমাঙ লীলা শিথরকপগী অচৌবা মরম অমনি। শুম.ঙ লীলা হিংহনবা হায়বসি মীয়ামগী মথৌনি। মরম অদুনা মণিপুরগী শেল থুমগী ফিভমসিদা শুমাঙ লীলাগী মমল অসিনা মরম ওইরগা লীলা কৌবগী চাং অসি নোংমা নোংমগী হন্থরক্লবগী চাউববা অমসুনি।

**৭) শুমাঙ লীলা ফেষ্টিভেলগী মশক**

শুমাঙ লীলা পার্টি খরদি ফেষ্টিভেল থোক্লবা হোৎনবা নত্তনা অতৈ মতমদা লীলা শান্নবা ঙম্নদ্রে। লীলাগী কলাকার অফবা খব নত্তনা অতৈ শুমাঙ লীলা পামজবা কয়া লৈরবসু কলাকারশিং মরম য়াম্না পীদুনা লৈথোক লৈশিলগী অচৌবা কাববার অমা ওইবসিনসু কলাকার লৈবা ঙম্নদবা পার্টি খরদি ফেষ্টিভেল লোইবগা লীলা লোইহ্রে।

**৮) শুমাঙ লীলদা থিয়েটরগী মশক চঙশিল্লকপা**

মণিপুবী শুমাঙ লীলাসি ফোক থিযেটবগী চপ চাবা মশক অমনি। অদুবু শুমাঙ লীলাদা শুমাঙ লীলাগী মওং মতৌ নত্তবা তোপ তোপ্পা মখলগী মশক যাম্না হার্পাচিন্দুনা শুমাঙ লীলাগী মশক্তা অহোংবা মশক ময়েক শেংনা উহনবনা মসিসু শুমাঙ লীলা শিথরক্লবগী অচৌবা মরম অমনি। মৈতৈগী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা কলাসি লোইনা ঙসি পৃথিবীদা মশক খঙনরকপগুম ঐখোয়গী শুমাঙ লীলাসু মমাংঙৈগী মশক মাঙহন্দনা থম্বগী তঙাইফদবা লৈ। মৈতৈগী লাই হরাওবগী মশক হোংহন্দনা থম্বগুম, শুমাঙ লীলাগী পবম পবা ঙাক্লা চৎপা তঙাইফদে। মীরৈবাক্কী মতৌ তমদুনা উৎপনা ঐখোয়গী কলচবদা মরেক মহাও মাঙহনবগী শরুক ওইরকই।

অরোইবদা থমজনিংলিবদি শুমাঙ লীলাদা ফোক থিয়েটরগী চপ চাবা মচাক য়াওজবনি। ঙসিগী হৌজিক্কী মীরোলনা মতম মতমগী খৃৎশু- খৃৎলাই মতম মতমগী অনৌবা অহোংবা কয়া হৈনা শিংনা মীৎ থকহন্নবা, মখল মখলগী পোৎশক মচাক কয়া হাপচিন্দুনা ঐখোয়গী শেংনা চম্না ফজরবা কলচরদা থৈদোকহনবা হায়বসি শেংলবা ইরল অমা নাকোয়ননা মাঙহন্নবগী মচাক

ওইরক্কনি। ঐখোয়গী চম্ফুৎকী মহাও, ঈরোনবগী মহাও, তোঙান তোঙানবা লৈজবগুম থন্বীরবদি ঐখোয়না ফোক থিয়েটরগী মশক মাঙদনা লৈজরক্কবা শুমাঙ লীলাবু মালেমগী মীমাঙদা লেমজনফম ওইগনি। মসি পূম্নমক ঙাকমিন্নবদা চাউরবা থৌদাং য়ামিন্নবা কলাকার, অইবা, ডিরেক্তরগী মরুওইবা থৌদাং য়াম্না চাউই।

## ৯) শুমাঙ লীলাদা নুপীশাবীগী থৌদাং

মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা খ্বাইদগী মরুওইবসি মপূংদা নুপীশাবীগী শক্তম লাংলিবশিংগী থৌদাংনি। মমাংঙৈদগী হৌনা শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংগী মশীং য়াম্না লৈনরমদে। শুমাঙ লীলাদা মপুং ওইনা নুপী শাবী ফজখ্রবদি লীলা য়েংনিংদে। নুপীশাবী মশক মতৌ ফজবশিংগী গুণ থাক ব্রাংই। মতম অমদা নুপীশাবীশিং অসি উবদা অমঙ্গলনি হায়না ফাওবা ঙাঙনরম্মী। মরম অদুনা নুপা মরক্তা নুপীশাবা পামজবসু য়াম্না হঙ্গোইনরম্মী। মপুং ওইনা লীলা নুপীশাবীশিংগী নেচরসু নুপীমক ওইনা উহনবসিনা মতম অমদা য়াম্না হঙ্গোইনরম্বগী ব্রানি। তশেংনমকসু নুপী মানবী মচা পোকপদা মমা-মপা ওইবশিংনা থব্রায় ফাওবা নুংঙাইনরমদে। মচা-মশু ব্রারকপদা নুপী মানবা নঙনবু হায়না চৈ থাংবা ফাওবা লৈরম্মী। মসিগী ব্রাঙাং-শঙাং ঙসি ফাওবা লৈতবদি নত্তে।

অদুম ওইনমক ঙসিদি নুপীশাবীশিংগী অপাম্বা অসি মশীং য়ামশিল্লকপগা ঈরোয়ননা শুমাঙ লীলাগী ঈহৌনা কনশিল্লকপা পূম্নমকসিনা থোইনা লুনা লৌনরক্লে। নুপা মরক্তগী নুপীশাবী ফজবসি ঙসি ফাওবা ব্রারীনরিবা চেংবা ফাগিগী য়াইমবী, কাউনদনা লৈরি। লোয়ননা শাবীত্রি শাবী রারৈ, গৌরচন্দ্র, তোন্দোন, ইরোম ইবোবী, ইবোতোম্বী, কৃষ্ণমনি, কোদোম্পোকপী কুলা, মাকলং কোকঙাং, বীরেন অসিনচিংবা খর ঙল্লিগী নুপীশাবীশিংনি মসিগী মথা চত্থরকপদা নহারোল নুপীশাবীশিং খরদি ককচীং কোমোল, তোম্বী, জন্মস্থান বীরেন, রোবীন্দ্র, দেবদত্তা সলাম, গুনিন্দ্রো, লৈতোং লোকেশ্বরনচিংবা মতম অমগী নুপীশাবীশিং থোইদোক্লা মমিং চৎখ্রবশিংনি। ঙসি ঙসিমক ফোঙফোঙ শানা লমদমসিগী মীয়াম্না পামখৎনরকপা অরুনকুমার, বোইনাও, সনা, দেনু ব্রাইখোম, লাইশ্রম বোই, আর.কে. সনাতোন, সনায়াইমা, শঙ্কর অসিনচিংবা শুমাঙ লীলাগীদমক্তা নুপীশাবদা শুমাঙ লীলা য়েংলিবা নুপী কাঙবুনা মশা মশা মতোমতা ইকাইজবা মশক মতৌ শক্তম ফিভম মুর্ত্তি নুপী অশেংবীশিং ফাওবা ইকাইবা

য়াওখিদবা নত্তে। মথক্তা খরদং পঞ্জরিবশিং অসি নত্তবা মশীং নাইদনা লৈরমখিগনি, মথংদসু মশীং নাইদনা থোক্লকখিগনি মণিপুরী শুমাঙ লীলাগী লৈহাওদি য়াম্না মরাং কায়বা মফম অমনি। মণিপুরগী নুপীশাবীশিংগী চৎন-লোনচৎ থাক ৱাংই। মপূং ওইনা শুমাঙ লীলা হায়বসিদা লীলা অমদা য়ামদ্রবদা নুপীশাবী ২/৩ দগী তাবা য়াদে। মদুসু মশক মতৌ ফজদ্রবদি লীলা কৌদ্রবা যুগ অমনি। ঙসি শুমাঙ লীলা পার্টি ১৫/২০ অসি নোংম কাংদনা কৌনদুনা শুমাঙ লীলা শান্নরি।

মরম অদুনা শুমাঙ লীলাদা নুপীশাবীশিংগী থাক নোংম-নোংমগী ৱাংখৎলকই। ঙসি সিনেমা-টি.ভি. গী লেপ্পুনা উনবদগী মখল মখাগী ফিজেৎ মীৎয়েং-নায়েং পূন্নমক্না খঙন-উনরিবশিং অসিদগী মণিপুরী শুমাঙ লীলাদা নুপী শাদুনা থোক্লিবা থোরক্লিবশিংনা মফম খঙনা হেনথোইনা ফজবা লীলা হৈবা হেনগৎলকই। মবম খরসিনা মণিপুরগী মপান লমদা শুমাঙ লীলা শানবদা অতৈ অতৈ ষ্টেটকী ভাবোক্না তমজনীংঙাই ফাওবা য়াওরবা মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংনা মফম চাউনা কন্দুনা লৈরে।

ঙসিগী সমাজদা শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংনা শেৎ-চারিবা শারি, ফনেক, মেদি, ইনফিনচিংবা টি.ভি. দা করিদা উরিবশিংদগী মফম খঙনা হেল্লবা থাক ৱাংলবা নুপীশিংগী তমজনফম ওইনরে।

অরোইবদা শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিং অসিগী মফম অসি মণিপুরদা থাক ৱাংখৎলকপগা ঈরোয়ননা মতম খরগী তুংদদি শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিং অসিনা ড্রামা সিনেমাদা ফজনা কৃষ্ণা য়াবগী থাক ফাওবা লৈরে।

## ১০) শুমাঙ লীলাদা কলাকারশিংগী পুন্সী

মণিপুরগী শুমাঙ লীলাগী কলাকারশিংগী পুন্সী অসি য়াম্না শাংদে। য়াম্না মমিং চৎলবা নুপা নুপীশাবীশিং অসিগী লীলাগী মপুন্সি অসি চহী ২৪/২৫ না মপূংনি। মসিমক পূন্নমক্কী লাইবক থীবনি। মণিপুরদা থবক ফংদবগী সমস্যা মরক্তা শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিনা থবক পীবগী অচৌবা মরম অমসুনি। ঙসি শুমাঙ লীলা হায়বা কলা অসিনা নহারোল ৩০০/৪০০ গী মথৌ পীরি মসিমক খ্বাইদগী কান্নরবা শিনফম অমনি শুমাঙ লীলা হায়বা কলাসিনা য়ামদ্রবদা মীওই ১০০/ ২০০ গী মথৌ পিবতা নত্তনা শুমাঙ লীলাগী লমদমসিদা টি.ভি. খবরশিংদগী

মীয়ামদা পাউজেল পীবসি শুমাঙ লীলানা খ্বাইদগী মাঙজিল থানা লৈরে। শুমাঙ লীলাগী পাউজেলসিদি মনঙ্গন্দা পোরগা চৎলিবা অঙাংদগী হৌরগা লৈবাক মীয়াম্না জ্ঞান তারবা ফাওবা খঙহনবদা খ্বাইদগী লায়বা পাউজেল অমা ওইরি।

মসিগী মতাংদা শুমাঙ লীলাদা নুপীশাবীগী মপুঙ্গীনা খর হেন্না অমুক তেল্লি শুমাঙ লীলা য়াওরিবা কলাকার খুদিংমক অয়াম্বনা পুঙ্গী শাংনা চৎতে। সরকারগী থবক তৌবশিং অসিগীদমক্তদি পেন্সিল ফংবা হায়বা অমা লৈ। শুমাঙ লীলাগীদি মদুমা লৈত্রে মতাংসিদা মণিপুর সরকারনা ইজাতিগী কলচরবু অহিং নুংথিল খায়দনা থব্রায় খুবাক্তা হাপ্তুনা মশাগী ওইজ ওইথক ঙম্নমক থাদোক্তুনা চেন-চোংজরিবা কলাকারশিংগী তুংগী পুঙ্গী য়েংবীরগা অনৌবা পোরম অমা য়াৎপীবা য়ারবনি। শুমাঙ লীলা য়াওবা কলাকারশিংনা অহিং মীৎশেল খাঙনা লেপ্তুনা মীয়ামগী সেবা তৌরিবনি। মসিগী মথক্তা শক মাই-মীৎ শেম্বদা মতমসিগী কোসমেতিক্রচিংবা কয়া তোয়না শীজিন্নবনা মায়থোংদা থুনা অহল ওইশিল্লকপগী খুদোংথিবা অমসু কলাকার খুদিংমক্তা মায়য়োক্নরি। মীয়াম্না ঙাঙনরিবা চাক চারা হেনবদি থোইনা কায়দে অহিং তূমদবদি হকচাং য়াম্না শোকই হায়নরিবসি পূম্নমক্না ময়েক খঙনরবা ৱাফম অমনি।

মসি ঙম্নমক তোপ্না থমখ্রগা কলাকারশিং অসিনা মাগী মাগী শক্তম রোলদা পীরম্বশিং অদু মান্নবা হোৎনবা কপ্পা, নোকপা, লাউবা খোংবনচিংবা, অকি-অখঙ মীওইবা খুনাইসিদা মায়োক্নরিবা সমস্যাশিং অয়েংবা ভাবোকশিংদা য়ৌহনবা ঙম্নবা, পেলহনবা ঙম্নবা পাঙ্গল শক্তি কয়া লেপ্তুনা শীজিন্নরকপা য়াম্না লায়না খন্দোকপা য়ারোই।

শুমাঙ লীলাগী কলাকার অমনা অৱাবা শারকপদা অৱাবগী মায়থোংদা তৌশিন্নবদদা ভাবোকশিংনা নোকশিল্লকই মপি তানা থম্মোয় শেংনা অশেংবা মীৎকী পি তানবা হৈশিংনা থম্মোয় শেংনা লীলা উৎপা তাবনা কলাকার খুদিংমক্তা মখোয়গী মথৌ লায়না খন্দোকপা য়াদে। মদু পূম্নমক কলাকারশিংনা ঙম্ন-ঙম্নবা হোৎনরকপদা মখোয়গী পুঙ্গী হীরম খুদিংমক মায়োক্নরিবনি।

ঙসি চাওখৎলবা যুগসিদা পরিক্ষা থারবসু ওফিসকী থবক তৌজরবসু ওৎলৈ-পারৈ লৈথোক লৈশিল পূম্নমক য়াই। শুমাঙ লীলাগীদি অমত্তা য়াদে। শুমাঙ লীলা হায়বসি লোৎফম থৈফম লৈবা জগা নত্তে শুমাঙ লীলা ভাবোক্না ঈকোয়

কোযশিন্দুনা মাযকৈ খুদিংমক্তা লৈবনা তৌশিন্নবা থক যাদে। মসিমক কলাসিগী তোপ তোপ্পা মশক অমা ওইজবিবনি। মবমদুনা শুমাঙ লীলা হাযবা কলাসিবু অতৈ কলাদগী মশাগী মগুণ অসি তোপ্পা খঙনবিবনি।

**১১) শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ**

শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ অসি অঙনবা মতমদদি অৱাবগী শকুক যাম্না মাযযোক্লবম্মী। ঐতিহাসিক শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ অসি ঙসি ঐখোযনা হবাও কুম্মৈদা অযুক নুংথিল শেৎ-চাবিবশিং অমত্তা শেত্তুনা লীলা শান্নবা যাদে। নিংথৌ মনাই লাযববা ইনাকখুনবগী তোপ তোপ্পা ফিজোল লাংদুনা শান্নবম্মী। মসিগী মথক্তা মোইবাং পর্ব্ব হাযবা শুমাঙ লীলাসু মদুদা শেৎ-চাবিবা ফিজেৎ তোপ্পা লৈজে। মসি ঙম্নমক লীলা অমা শান্নবিবা লীলা অমদা শেৎপা যাদবা কযানি। যাম্ন া ঙনবা শীজিন্নবম্বা লীলাগী ফিজেৎ অসি ওস্থোক্লা অৱাবগী মশক অমনি। মসি ঙসিগী হৱাগাডী ফংদুনা যৌনিংবা মফমদা যৌবা যাবা মতাংস্ নত্তে সাইকল তোংদুনা মাইল ৫০/৬০ গী মথক্তা চৎনবম্মী। মদুগুম্বা থাপ্না থাপ্না শান্নবা চৎপদা সাইকল কেবিযাবদা নম্বো হাপ্তুনা কোযনা চৎলম্মী। শুমাঙ লীলা পার্টিশিংনস্ মতমদুদা অযুক্তগী নুমিদাংগী লীলা চৎনবম্মী। ঙসি লৈবক খুদিংক হৱাগাডী ফংলিবসু ফংনবমদে। মসি মতম শাংনা চৎনবকই। লীলা পার্টিনা লীলা শান্নবা লোইবগা অহিং লেক্লগা নোংঙাল্লগা যূম যূমদা হন্নবম্মী। নাকল অমবোমদা মোইবাংদা ঙসি লীলা শান্নবগা নোং ঙাল্লগা শেকমাইদা থৌবালদা ওস্থোক্লা লম্বী লাপ্না লীলা শান্নবম্মী।

ঙসি তম্লিবা ৱাফম খর্বদি ঙসিগী মীবোলসিদা তম্বদা ওস্থোক্লা থাজবগী ৱাংমদা লৈগনি খল্লি। মতমদুদা লম্বী থোং হৱাগাডীনচিংবা অমত্তা ফংনবমদে। অসিগুম্বা অৱাবা কযাসিগী মবক্তা শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎশিং ফিযোম পুদুনা চৎনবম্মী। মতম অদুদা ঙসি থোবক্লিবা ফি-বোল মমল য়াম্ন-যাম্লবা অসি লৈবমদে। ফিজম, শামতু, ঙবোঙ্গুম্বা ঙাক্তনা মপূং ওইবম্মী। মসিগী মথক্তা কোনযা শীজিন্নদুনা লংজমনচিংবা উবং কযাবু লীলাগীদমক্তা তক্লবম্মী। যাম্না ফজনা তক্লবা ফি-বোলশিংদু ফিযোম মনুংদা নমশিন্দুনা হাপ্পা মদুগী খুদোংথিবসু কযামুক মাযোক্লবম্মী। মসি পূম্নমক্কী মথক্তা লীলা পার্টিশিংনা সাইকল অমমম তোংবা ঙমদবদগী সাইকল ফ্রেমদা মী অনী তোংদুনা লীলা চৎনবম্মী। ঙসি ঐখোযনা শেৎ-চাবিবা খোঙ্গাওগী মহুত্তা ফৈজোম শেৎলগা সাইকল তোংদুনা লীলা চৎপা মসিদনা মপূংনি।

লীলা অমদা মীশক ৭/৮ না মপূং ওইনা শান্নরম্মী। লীলাগী নুপীশাবীগী শম অসি লিমোলনা অমুবা শংলগা শীজিন্নরম্মী। মসিনা মতম অদুদা লীলা পার্টিনা শমজেৎ নুংশেল ফাওবা পুদুনা চৎনরম্মী।

মপূং ওইনা শক মায় শেম্নমবগীদমক্তা তিকি, য়োৎশবীগী হামোক শুনু, শিন্দুর, কবোরৈ, পাউদর পোঙ্গনচিংবা কয়ানা শক মাই শেম্নবা ঙাক্তনি মতমদুদা নুপীশাবীগী শম অসি ওম্থোক্লা ব্রানা শেম্নরম্মী। মদুসু লিমোলগী অমুবা শঙবা শক ঙাক্তনি মতমদুদা নুপীশাবীগী শম অসি ওম্থোক্লা ব্রানা শেম্নরম্মী। মদুসু লিমোলগী অমুবা শঙবা শম ঙাক্তনি। ফৈজোম্মক ওইরবসু মৈতৈনা শাবা ফি। নিংথৌগী ফৈজোমনা মপূংনি। নিংথৌশাবগী কোকয়েৎ ফি। নিংথৌগী কোকয়েৎনা কিনার অরংবা য়েৎপা য়াম্না চৎনরম্মী। ঙসি ঐখোয়না খঙনরিবা সলাই তরেৎকী ফিজোল, নিংথৌরেলশিংনা শেৎ-চাবদা শীজিন্নবা মদুমক্তি ফজনা ঙাক্লা চৎনরম্মী। নুপীশাবীশিংগী ফনেক অদু ঙসি থোরকইবা মখল মচুশিংসি নত্তে। শম্না হঙ্গামপাল, হিগোক, অশংবা অসিনি। উরৈরোম্বা শঙবা। ইনফিদা হঙ্গামপাল, মোইরাং ফিজন য়াওবা উরেং মপূং ওইনা ঐখোয়গী মোইরাং ফিজন অসিদি য়াম্না পাম্না শীজিন্নরম্মী। খুদৈ, ফৈজোমনা থূপ্লগা লোংগ্রি, ঙবোং অসিনচিংবা কযানি।

মসি পূম্নমক্কী মথক্তা মোইরাং পর্ব্ব নিংথৌরেল ইতিহাসকী লীলা কয়াদা মতমদুগী অহল-লমনশিংনা হায়নবা ফিগী মচুদি ফজনা ঙাক্লা চৎনরম্মী মপূং ওইনা মৈতৈ লৈবাক্তা নুপীনা শাই ককপা, মসিনা মপূং ওইনা লৈখিবা ঙাক্তনি খ্বাইদগী নানবা ফনেক ময়েক নাইবা, মৌ-অনৌবীগী হঙ্গামপাল ফনেক, হঙ্গামপাল মোইরাং ফিজন য়াওবা খ্বাইদগী পাম্না চৎনরম্বা ফিজেৎ লৈতেংশিংনি। শম্ফাবী, লৈ নাচোম, লীকলুনচিংবা কয়াগী ফিজেৎ লৈতেং কয়ানি।

মসিদগী অসুম থৈথরক্তুনা খর চাওখৎলক্লবা মতমদা মীৎ য়েক্লবা আইব্রু, মায় থানবা জিঙ্ক, চিনবান য়েক্লবা শীন্দুর কোই হাপ্লবা তেঙ্গালী, য়োৎশবীগী হামোক, তেঙ্গালী, তিকি, খ্বাইদগী পাম্না চৎনরম্মী। ঙসি ফাওবা মীযাম্না ঙম্নদনা ব্রারীনরিবা মোইরাং পর্ব্বগী মনুংদা য়াওবা লীলা খরদা কৈ মসি য়াম্না মীয়াম্না পাম্না য়েংরম্বা লীলাশিংগী মনুংদা অমনি। লীলাদা কৈ য়াওরবদি নুংঙাইবা লীলানি হায়না ঙংনরম্মী। শামু খোঙয়েৎপা লীলাদা শামু থোরকপা ভাবোক্লা পাম্না খোয়দানা

য়েংনবন্মী। ঙসিগী মীবোল নীংশিংবদা থাজবা ফংলরোইদ্রবা শুমাঙ লীলাদা কলাকার মশা মশানা ঈশৈ শক্করন্মী। মরম অদুনা ঙসিগী কলাকারশিংগী মতম অমগী মমাংঙৈগী কলাকারনা থাক ব্রাংবা হেল্লন্মী। ঈশৈ হৈত্রবদি হেরো শাবা য়াদে। অসুম্না ফাওবা ঙাঙনরন্মী। ঈশৈ হৈতবা নুপীশাবীনা হেরোইন কৃম্বা য়াদবগী মওং ফাওবা লৈরম্মী। লীলাগী মতাং মতাংদা কলাকার মশা মশানা ঈশৈ শক্করন্মী। লীলদা ঈশৈ শকপা মতমদা লোক অমসুং রামতাল অনীনা লোইরে। করি কবিগুম্বদা চাইশেলদা তান থাবগী শরুক খরসু যাওনবন্মী। মোইবাং পর্ব্ব লীলাদা থাঙ -তানচিংবা কযা যাওরম্মী লীলাগী ফিজেৎ, খৃৎশু-খৃৎলাই ময়াম খুদিংমক সাইকলদা হাপ্তুনা পুবা অসি মতমদুগী চৎনবীনি মরম অদুনা অশাংবা লম্বী চৎপদা উনহৌবা মীযাম্না য়াম্না থাপ্না থাপ্না লীলা য়েংবা চৎনরম্মী। লীলা য়েংবা চৎপদি মাইল ১৫/২০ ফাওবা খোঙনা লীলা য়েংবা চৎনৈ। মতমদুগী ভাবোক থাক যাম্না খেন্নবা লৈবম্মী।

শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ লৈতেং অসিদি মতম মতমগী য়াওন্দা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা লাকই। খৃঃ কুম ১৯৭৭ অসিব্রাইদগীদি শুমাঙ লীলাদা পৌরাণীক শুমাঙ লীলা, মোইবাং পর্ব্বনচিংবা লীলা কযা যাওনা সামাজিক্কী শুমাঙ লীলাসু হায়নিংঙাই লৈতনা ফিজেৎ চাদবা ব্রাঙাং শঙাং খম থেংনা চাওখৎলকই। মতৌ অসুম্না ঙসিমক মীযাম্না উবিবা ঈশৈ লীলা হায়না খঙনবম্বদগী শুমাঙ লীলা খঙনবকইবা ঈশৈ নোংম্নাইদা মখল মখা ম্যুজিক্কী খৃৎশু-খৃৎলাই হাপচিন্নবক্তুনা উৎনবিবা মতাংসি যৌবকপদদি শুমাঙ লীলাসি ফিজেৎ ব্রাঙাং-শঙাং মীৎযেং নায়েং খমথেংলবা নোংচুপলোমগী ইব্রাই ইথিল হেন্না চঙশিনবা ওইনা চৎনরক্লে। মরমদুনা নোংচুপলোমগী মওংদা শান্নবা লীলাদা হেন্না মপৃং ওইরকপা ওইবা শুমাঙ লীলাগী চৎনবী অসি খমথেংনা হোংলক্লে। মসিনা মণিপুরী সমাজদা শুমাঙ লীলাগী ফিজেৎ অমসুং ফিজেৎকী চৎনবীদা মপাল লমগী ওইনা চখরকপসিদা শুমাঙ লীলাদা খব হেন্না মনুং মপান খঙজবা পাম্বশিংনা যেংনবকফম ওইবক্লে। ঙসিগী নোংমৈ বোম তোপনচিংবা ট্রেন্ড্রসকী খমথেংবা মওংলোমদা চঙশিল্লকপা মণিপুরী জাতিগী নহাবোলশিংনা মীরমগী মীতৌ তম্বগী হৈনবী নৌনা হৌরক্লিবা নহাবোলশিংদা নাকোইননা, হকথেংননা অবানবা লম্বীদা লাক্লগদ্রা, লাক্লবরা হায়বা ব্রাহং অমা লৈতবা নত্তে।

হায়বা ৱাহং অমা লৈতবা নত্তে।

খ্বাইদগী লুরক্লিবদি মতম অমদা ওইরক্লম্বা শুমাঙ লীলাগী মওংদগী থরমখৈ নাথৈরক্তুনা লাক্লে। হায়বসি ঙসিগী শুমাঙ লীলা পামজবশিং শুমাঙ লীলাগী কালকারশিংনা ময়েক শেংনা খঙনরবনি। ঙসি শুমাঙ লীলা ষ্টেজদা শান্নরক্লে। মসিসু অচৌবা অহোংবা অমনি মসিমক্কী নীতি নীয়মনা শুমাঙদা শান্নবগী খুদোং চাবা মাঙশিল্লক্লে। লমহাংদা মায়কৈ মরিদা উবা য়ানবগী মওংদি কায়দ্রি। মতম অমদা ওইরম্বা শুমাঙ লীলাগী মচৎতা অহোংবা কযা লৈতবদি নত্তে।

শুমাঙ লীলা হায়বা চহী কয়াগী মমাংদগী হিংদুনা লাক্লবা মণিপুরীশিংনা খ্বাইদগী পামজববা লীলাবু মণিপুরগী ডিজিটেল ফিল্মগী অনৌবা শক্লোন্দা শুমাঙ লীলা খরদি হন্থরকপা য়াবগী ময়েক শেংনা উনরকই। মতম খরদনা দ্রামাগী কলাকারনা শুমাঙ লীলাদা যাওনবমদে। শুমাঙ লীলাগা দ্রামাগা তোঙান-তোঙানবা মওংদা লৈরম্মী। ঙসিনা শুমাঙ লীলাগী অফাওবা কলাকার এক্টরশিংনা ডিজিটেল ফিল্মদা য়াওশিন্দুনা লাকপসি য়াম্না মিপাইনিঙাই ওইরবরা ঙসিমক শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংনা শুমাঙ লীলা ওইনা লৈবসিমক পৃম্নমক্কী অমদি শুমাঙ লীলাগী জেনরদা অচৌবা মশক অমদি ওইবি। মখোয়গী মতমগী হোংলকপা ফিজেৎ খরদা মণিপুরী সমাজগী চৎন লোনচৎ ঙাক্লা চৎপগী তঙাই ফদবা লৈরে। শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংনা চৎফম লৈতবা মরমনা শুমাঙ লীলাগী নুপী ওইনা লৈবগী মওংনি হায়না খন্দোকপসু লানগনি। শুমাঙ লীলাগী নুপীশাবীশিংগী তমজনিংঙাই ওইরবা মীনা তম্বদা ঙম্লরোইদবা খবদি নোংম নোংমগী হেনগৎলকই। মতৌ অসুম্না শুমাঙ লীলাগী কলাকার এক্টরশিংনসু মখোযগী মফম হোংবা হায়বসি হীরম অমদদি শোয়দনা মাঙদনিঙাই লৈতে। তশেংনমক মৈতৈগী দেব-কর্ম্মদা শেৎন-চানরিবা উরৈবোম শঙবা ফনেক, অঙৌবা ইনফি, অসিনা তাক্লিবা ঐখোয়গী কলচর মসিগী মফম অতৈনা খক শিন্দুনা মেনখৎপদা করি ওইরক্কনি।

মতৌ অসুম্না মাগী মাগী মফম অমমম কনদুনা থম্বা হায়বসি কলচর কনবতা নত্তনা হীরম খুদিংমক্তা জাতি জাতিগী চাউথোকচনিংঙাই ওইগনি খল্লি। ত্রিপুবাদা ত্রিপুরী মাঙখিবগুম শুমাঙ লীলাগী ফজরবা কলচরদসু অমাঙবা লাক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। খুদম খরদং পঞরবদা— মতম অমগী দ্রামাগী ফাওরবা এক্টব

কয়ানা শুমাঙ লীলাদা চঙখিবদা দ্রামাগী এক্টিং লৈশিল্লকপগা ঈরোয়ননা দ্রামা শিথরকপগুম শুমাঙ লীলাগী লমদসু ওইরক্লোই হায়নিঙাই লৈতে। ফৌনা ফৌ ওইনা থম্বা, চেঙনা চেঙ ওইনা থম্বা, দ্রামানা দ্রামা ওইনা লৈজসনু ডিজিটেল ফিল্মগী কাংলুপ অমসু থম্বদা ঐখোয়গী কলচরগী চাউথোকচনিঙাইনি। শুমাঙ লীলাগী, ডিজিটেলগী, দ্রামাগী, পৌরাণিক ঐতিহাসিক্কী লীলা হায়না তোপ্পা তোপ্পা লৈজববতদা মণিপুরগী কলচরগী মগুণসু থাক ৱাংখলক্কনি। মথক্তা খরদং পঞ্জবিবা কলা খুদিংমক মশা মশাগী তোঙান তোঙানবা শক্তম, নেচর, ৱাখল, ৱাঙাং-শঙাং মীৎয়েং-নায়েং তোঙান তোঙানবা ঙাক্কনি। ঙসি ভাবোক্লা শোয়দনা খঙনরবা ঙাক্কনি। মশাগী মশাগী তোঙান তোঙানবা লৈজবা শক্তম অসিবু নমথদুনা পূনশীন্নবা হোৎনবা হায়বসি পূন্নমক্কী লাইবক থিমীন্নবা ওইগনি খল্লি। ঙসি হৈশিংলবা কলাকার, ডিরেক্তরশিংনা হৈমনশিংমন্দুনা শুমাঙ লীলা হায়বা তোপ তোপ্পা কলাসিগী মশক মাঙহন্নবা হোৎনবীদবা লৈ।

# কলচর ঙাকপা অমসুং শেমগৎপা

যোদ্ধ ছী সনসম

ৱীভর বার্দ হায়বসি মণিপুরদা লৈব্রা লৈতব্রা, লৈরগনা করম্বা উচেক্লো, ঐখোয়রোমদনা করি মমিং কৌবনো হায়না মী অহূম মরিদা হংবা, তান-খোৎনবা খরা হৌকুরে। অদুবু চপচাবা মশক খঙবদি ঙমদ্রে। মখা তানা য়াম্না থিজিল্লুবগী ৱাখলসু খল্লুদ্রে। থিজিনবা ৱাৎপনি হাযবা তাবনি। অখঙবদি শোয়দনা লৈরমগনি; জূলোজিষ্ট অখঙ-অহৈ অমদগী নৎত্রগা লাইব্রেরীদা থিরুরবসু অদুম খঙফম থোকই। উচেক অসিগী মরমদদি য়াম্না নুঙাইবা ৱা খবা লৈ।

কলচরবু মীৎয়েঙ অমদা য়েংনরিবা মীওঙ্গী কয়ামুক্কী মীৎয়েঙদদি মশাগী কলচব ঙাক্না চৎলিবা লেঙলি পাল্লিবশিংগী মরক্তা ৱীভর বার্দমুক চপচানা কলচর ঙাকপা অতৈ অচৎ-অবেঙ, অহীংবা অমত্ত মালেমসিদা লৈরম্লোই। উচেক অসিবু ৱীভর বার্দ হাযনা কৌনখিবা অসি মখোয়গী মহূম শাবগী তেক্লিক অদু য়াম্না নীংথীনা, চঙখোনবা, সীষ্টেম অমা নাইনা ফি শাবগুম শাবা অদুদগী কৌখিবনি। উচেক অসি মীওঙ্গবগী য়েলহৌ-মীহৌরোলদগী অদুম শকখঙলক্লবনি হায়না লৌনৈ। মীওঙ্গীনা মালেম লৈমায়দা খোঙদারকপা অসি বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা থিজিল্লুবগী মতূং ইন্না চহী লাক্ষ নীফুবোম শুবক্লে[১]। অদুর্নদি ৱীভব বার্দনা মালেমদা শাফোঙলকপা অসিসু হায়রিবা চহী কমপ নীফুরোম অসি হেল্লক্লে হায়না লৌবদা থোইনা লানফম থোক্লে। খল্লুবদা নোক্লীংঙাইনি; নুংশিখ্রবা উচেক অসিদা অসুম্না হায়বীবদা ফজদবদি তারগদ্রা; অসুক কুইববা চহী লাক্ষ নীফুবোম শুরবা অসিফাওবদা ৱীভর বার্দনা মহূম শাবদা শীজীন্নরিবা তেক্লিক, অর্কিতেকচর, মহূম শাবগী পোৎলম (মেতরিয়েল), মহূমগী চাউবা, পাকপা, লুবা হোংদোকপা লৈত্রি। চহী লাক্ষ নীফুগী মমাঙ অদুৱাইগী ৱীভর বার্দ অমনা শাবম্বা মহূমগা ঙসি ঙবাঙগী ৱীভর বার্দ অমনা শাবা মহূমগা অদুম চপ মান্নরি। মখোয়গী মহূম শাবদা শীজীন্নরিবা পোৎলমশিং অসি অকংবা নাপী-শীংবী, ঊনা-ৱানা, অকংবা অপীকপা উশা-ৱাশানি হায়। মদুসু অহোংবা লৈত্রি; হৌজিকসু চপ মান্নবা

মেতবিযেলনা শাবি। মকোল মনুংসিদা উচেক লাবা অমোমগী যাবেকফম, মক্নম কোকফম অমসুং কোনফম, মকমদগী মচা ওল্লক্নগা উচেক মচাশিংনা লৈগদবা মফম্নচিংবা লোইনা শুনা শেমই হায। মক্নম কোনফম অদুনা অঙ্গংবা যৈবক্তনবা লুম্ননবা কাখল ওইনা শীল্লি, অতোপ্পা কাখলদা উচেক লাবদুগী যাবেকফম ওইননবা এযব কন্দিশনগী সিষ্টেম লৈননবা মওঙদা শেম শাই হাযনৈ। মসি মযামসিসু হৌজিকফাওবদা অমত্ত কাযদনা থল্লি অমসুং শাবি হাযনৈ। মসোমগী মাযকৈদগী যেংলুবগদি ব্রাভব বার্দমুক কলচব ঙাকপা জীব মালেমসিদা লৈবমখিগদ্রা হাযনা শীংথানীংলকই।

মাসিদগীসু হেন্না নুংঙাইবা বাফমসু লৈবি। মখোযনা মহূম শাবগী থৌবাঙ হৌগৎলকপদা মহূম শাফম অদু লাবা অমোম অনীমক্না হান্না থিদোকই, খঙদোকই। মহূম শাবগী থবক্তি বাবেপ অসি হেক লৌবগা হেক্তা থুনা শাবা হৌদে। নোংমদৃগী অহানবা মবুক থন্ননবা মচীঞ্জাক থিবা হান্না চৎকনি। মবুক থল্লে হেক খনবদগীদি মতমদুমক্তদা, হৌজিক হৌজিক মখোযনা চাক্তাবিবা মফম অদুমক্তগী মহূম শাবগী মেতবিযেল অকংবা নাপী-শীংবী, ঊনা ব্রানা খূনবা হৌবগনি। অদুগা মখোযনা লেপ্পখিবা মহূম শাফম অদু তান্না পাইবক্কনি অদুগা মহূম শাবা হৌগনি। যাম্না ঙক্লীংঙাই ওইবা বাফমদি মহূম শাবগী মেতবিযেল পূম্নমক মখোযনা খ্নাইদগী অহানবা মেতবিযেল খুল্লকখিবা মফম অদুদগীত লৌগনি। মের্তবিযেল খূনফম মফমদুনা মহূমগী মফমদগী ফনা যাম্না লাপ্পবসু মফমদু তান্না হঞ্জিন হঞ্জিন পাইগনি। মখোযগী মহূম শাবিবা উ পাম্বীদুগী মখোঙদসু, নৎত্রগা অকোযবদসু মখোযনা থিবিবা নাপী শীংবাদুগা চপ মান্নবা ঈনক নক্না মবাঙ কাযনা তাদুনা লৈ। অদুব মখোযনা মদু শীজীন্নবোই, হান্নগী অহানবা থেংনখিবা মফম অদ তান্না বানা পাইগনি, মেতবিযেল পূম্নমক হান্নগী মফম অদুদগীত লৌগনি অদুগা মকোল শাবা লোইশিনগনি।

অমুক মীওঈবা ঐখোয ঈশাদা মীৎযেঙ থমদুনা খন্নসি। ঐখোয মীওঈবসু যেলহৌঙৈর্দদি শাগুম্না হিংনবমই হাযবসি লোইনা খঙনববা ব্রাফম্নি। হকচাঙদা ফি থোংনবমদে, চান থক্নবা পোৎলম থোং-থাকপা তৌনবমদে, শা তাল্লগা হিংনা হিংনা শাহীং ঙাহীং, ইহিং নাইহিং চানবমই। কাঙবু কাঙবু নাইনা চৎ চানবমই, কাঙবু অমগা অতোপ্পা কাঙবু অমগা থাজনবমদে, অঊ অঊবা

থেংন-থেংনবা হাৎনরম্মী। শুরুংগুম্বদা চেকশীন্না লৈনরমই; উথক্তা শগাই শারগা য়ারেক্লফম য়ূম ওইনরমই। য়ারেকফমগী খ্বাইদগী মরু ওইনা চেকশীন্নরম্বদি মফমদু অতোপ্পা মীওঈবা কাঙবুনা নৎত্রেগা লল্লক্কী শাথিবা শা-কৈনা ঈরায় লায়না চঙশীল হাইজিল্লক্তনবা শীনবসিনি। হৌজিক মতমগী মণিপুরদা হিংনরিবা মহীং অসি য়েলহৌঙৈগী মীওঈবশিংনা হিংনরম্বা খুন্নাইরোমদুদা খরা খরবু নকশীল্লক্লে হায়বা য়াই; হোয়, অমরোমদা ঐখোয় ঈপানাৎ ঈপুনাৎ ঙাক্লিবনি, চাউথোক্লা কলচর ঙাক্লিবনি হায়রবসু অরানবদি ওইররোই। মদুদগী মথঙ মথঙ, মীওঈবগী খুন্নাইনা খৃমাঙ চাওশীল্লকপগী মতৃং ইন্না, ইনা কৃপ্পা, লৈখোম্না ফক্লাঙ ওইবা নৎত্রেগা ব্রাচেৎ শীংউৎনা খারগা লৈখোম তৈশীল্লগা ফক্লাঙ ওইবা য়ূম, খরা লৈরগা ঊপাক্লা খারগা জিংঘনা মথক কৃপ্পা য়ূম, অসুম্না মথঙ মথঙ চঙশীন্নরক্তুনা হৌজিক্লা য়োৎ, চেক, কংকৃৎগী মথক্তা বিলামাতিনা তৈশীনবা য়ূম শাগৎনরক্লিবা অসিনি।

ব্রীভর বার্দকা মীওঈবগা খেন্নরিবা অসি উচেক অসিনা কলচর ঙাক্তুনা থম্বনি অদুগা মীওঈবনা, থেংনরকপা খঙলকপা পাবাশিংগী মতৃং ইন্না, কলচরবু শেমগৎপনি। কলচব শেমগৎপা হায়বা অসিসু ফত্তবা নত্তে, শেম শাগৎপগী থৌওংনি। নীউরো-সাইকো-ফীজিওলোজীনা থিজিল্লবদা অসুম্না খঙলক্লেঃ মীওঈবগী থোপ্তুদি নীউরোন, সাইনেপস্না অনৌ-অনৌবা পাউ ফাওনদুনা উরু-উকবা, থেংন-থেংনরুবগী মতৃং ইন্না অনৌ অনৌবা নীওকোর্তেক্স কৌবা নীউরো কমপ্লেক্স অমা লেপ্পা লৈতনা শেমগৎলি[১]। ব্রীভর বার্দকুম্বা অতৈ শা উচেকশিংগী থোপ্তুদ নীওকোর্তেক্স শেমগৎপা লৈতে[১]। হান্ন-হান্নগী চহী লাক্ষ কয়াদগী চৎনবক্লবা মখোয়গী নাৎ নিতিদুতবু অদুম ইন্দুনা লৈ।

মসিদা হংনীংনা হংবা য়াবা ব্রাহঙদি, কলচর হায়বা অসিগা হেন্না চৃশীন্নবা অসি ব্রীভর বার্দকী পুন্সি খুন্নাইনা হেল্লিব্রা নৎত্রেগা মীওঈবগীনা হেল্লিব্রা হায়বা অসিনি। কলচরবু কৃপ্পা য়েংনশিনবদি ব্রীভব বার্দপুদি মীওঈবনা য়াম্না হেল্লি হায়বসিমদি মীপূম খৃদীংমক্লা খুম্নরক্কনি; মসিদা থোইনা য়েৎননীংঙাই লৈতে। অদু ওইববদি কলচর তৌবা হায়বা অসি ঈপানাৎ-ঈপৃনাৎতবু ঙাক্তুনা থম্বা, নাৎ-নিতি অদুদগী ইঞ্চি মচেৎ অমফাওবা লেঙদনা হিংবা, মদু ঙাক্তবা মদুদগী খজিক্তুং থৈদোক্লকপা য়ূমথঙনবা অমবু কলচর লৈজদ্রবা মীনি হায়না নিন্দা তৌবীদুনা লৈকায় মীয়ামগী ব্রাথোক ওইহনবা, লৈকায় খুলদগীফাওবা তাম্থোক্লবা ব্রাফম

বিচার শাগৎপা অসিনা অশেঙবা কলচর ওইগদৌরিব্রা; নৎত্রগা থেংন-থেংনরুবা পারাদগী মশা মশাগী নীওকোর্তেক্সনা ঈনশীল্লকপা মতৃং ইন্না খরা হেন্না শাফনবা, খরা হেন্না ফগৎনবা, খবা হেন্না নুংঙাই য়াইফনবা মপানাৎ মপূনাৎতগী খরা খজিক থৈদোক্তুনা হিংগে হোৎনজবা মীদুগী শেমদোক শাগৎলবা নাৎ-নিতিদুনা অশেঙবা কলচর ওইগদৌরিব্রা ?

জাপান হায়রিবা লৈবাক অসি অকনবা য়ুহার হাবা তোযনা থোক্কনবা, মদুনা মী কয়াগী মীশী-মীনা পাক্তুক্লনা থোক্কনবা লম্নি হায়না লৌনৈ, জাপানীজশিংনসু মসি খঙজে। মবম অদুনা মসিগী খুদোংথীবশিং অসিদগী খরমখৈ শাফনবা হৌজিক্তি জাপানীজশিংনা য়ূম শাবা মতমদা অয়াংবা মেতরিয়েল ঙাক্তা ওইনা শীজীন্নবে; ফক্লাঙসু ফাইবর গ্লাস নৎত্রগা ফাইবর শীত ঙাক্তনা খানরে। মসি অচৌবা য়ুহার লাকপা মতমদা য়ূম অদু ঈরায় লায়না কীস্থদনবনি; কীস্থববসু য়ূমগী অতেক অকায়, মচেৎ মকাযনা মীগী মথক্তা ননবদা, অৰুম্বা যোৎ, কংকৃত, বিলামতি মপাক নৎত্রবনিনা অয়াংবা ফাইবরগী মেতরিয়েল ঙাক্তা ওইরবনিনা, মীশী-মীনা খরা হস্তনবনি। মসিদা অমুক হংবা যাবা ব্রাহঙদি হৌজিক জাপানীজশিংগী য়ূমশিং অসি মপা-মপূশিংনা শারম্বা নোমুনাগা য়াম্না থৈদোক্লখ্রে, পাক্তুক্লনা হোংদোক্ল খ্রে; মবম অদুনা মখোয অসি কলচর তৌদবা জাতিনি হাযনগদৌরিব্রা হায়বা অসিনি। অখঙ-অহৈনা হায়নবদদি জাপানীজশিং অসি হৌজিক হৌজিকসু মালেমগী কলচব তৌবা মীশিংগী মরক্তা থাক য়াম্না ব্রাংবা জাতিনি হায়নরিবনি।

মথক্তা পল্লিবা খৃদমশিং অসিদগী হংনিংলকপদি কলচর হায়বা অসিবু করিনো হায়বা ব্রাহঙসিনি। মী অমগী হৌবকফম খুন্নাই মজাতি তাকপদা কলচরনা অচৌবা মথৌদাঙ অমা লৌই হাযবর্সিদি চুম্লবা ব্রাফম্নি। শাথৌলুপ্না ফোঙবা 'শক্লোন' চেফোঙগী অহানবা খৃৎনমদা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী ডাঃ রাজেন তোইজাম্বনা কলচর করিনো হায়বা অসি মাগী 'কলচরগী ব্রাহম্থোক' হায়বা ব্রারেঙ অদুদা মরীক হাইফেৎ চূম্না নৈনখ্রে[৩]। থিজিনখিবা অহৈ-অশীং মশিং য়াম্লক্লবনিনা মানা মানা খঞ্জরুবা, পামজকবগী মতুং ইন্না হায়রম্বা ব্রাহন্দোক মখলসু য়ামখ্রে। ময়ামসিগী মনুংদা খবা চূশীন্নবদি ঈ বি তেইলর (১৮৩২-১৯১৭) না হায়রম্বা, 'কলচর হায়বসিদি তমগদবনি, মী অমনা পোক্লকপদা মপা মপূগী ঈদা খৃদং ইস্দুনা লোয়নরক্লবা মশকশিং অদু নত্তে; কলচরদি জীনগা শাগোন্নরকপা লীচৎ শাজৎকা

মাফাংনবা নৌনা তম্লকপা লীচৎ শাজৎ অদুনা হেন্না ওইফম থোকই' হায়বসি পনবা য়াই। মহাক্না মসিমসু হায়রমই, 'কলচর হায়বা অসিদি মীওঈবনা খুন্নাইগী মী অমা ওইনা তানশিল্লুবা লৌশিং, থাজবা, কলা, আইন, অকাম কামদগী ব্রাখল, হৈনবীনচিংবা অমদি হিংনবা হোৎনবগী থৌদাং অতৈদা চেন্নরকপা পূম্নমক অদুনা মপূং ওইনা শাগৎলবা অদুনি।' অদুমকপু ব্রাহন্দোক নৈনবনা অচৎ-অওক্তা, মীওঈবগী খুন্নাইদা থোইদোক্না লম্বী তাক্তে, য়াম্না কান্নবা ওইদে। খঙজীনবা য়াবদি ঈচম চম্বা খূদমশিং অমদি ব্রাহঙশিং, 'ব্রীভর বার্দকা মীওঈবগা কনানা হেন্না কলচর তৌরিবনো' হায়বা অসিগী পাউখুমদা অদুম লৈরে। চপচাবা রাহন্দোক্তা অমুক্না হন্না হায়বা তারবদি ব্রীভর বার্দনা কলচর ঙাকপখক্তনি; মীওঈবনা ঙাকসু ঙাকপনি, শেমসু শেমগৎপনি। মীওঈবগী কলচরনা ব্রীভর বার্দকীদগী হেন্না পরীং চুম্না চূশীন্নৈ হায়বসিমদি য়াম্না য়েৎননীংঙাই লৈফম থোক্তে। অদুনা মপূম ওইনা য়েৎলগদি কলচরদি ঈশাগী হৌরকফম, ঈরমদম ইজাতিগী নাৎসু য়ারিবমখৈ মাঙখিদনবা মূৎখিদনবা ঙাক শেল্লগা হেন্না ফগৎপা, হেন্না নুংঙাই য়াইফবা পূরক্লবা, হেন্না শেম শাগৎলবা লৈবাক মচা তাবা অমদি মতম, মফম অমসুং অকোয়বগা চূংশীন্নবা কলচর শেমগৎপদুবু মপূম ওইবা কলচরনি হায়না ব্রারোয়শিন অমা পীবা য়াই। মসিগী ফিদমসি ঙাক্লিবনি হায়দুনা, হৌরকফম ঈপা-ঈপূগী নাৎনি হায়রগসু, হিংবদা তঙায় ফদ্রবা অমসু নৎত্রবা, অরেম্বদা মতম, চাদীং অমসুং কোক শাবা চঙহনবা নাৎতুদি থাদোকপদা ঐখোয়গী কলচরদা হম্ভফম থোক্তে। হৌরকফম, ঈপা-ঈপূগী নাৎতি সাহিত্যদা, পুব্রারীদা লেঙদনা অদুম লৈহৌগনি; মচলশিং অসিনা ঐখোয়গী হৌরকফম, হৌখ্রবা নাৎ নিতিগী খূদম ওইনা অদুম লৈহৌগনি; হৌজিক্কী মতমদা হিংলিবা ঐখোয়না ইতিহাসকী মতমদা হিংলিবনি খন্দুনা হিংবদি অফবা ওইফম থোক্তে। অসুম্না কলচরবু মপূম ওইনা য়েংবা ঙল্লবা, খনবা ঙল্লবা মীশক অদু শোয়দনমক্কী লৈবাক মচা তাবা, পূক্নীং-হকচাঙ-থব্রায়বু লাকশীনবা, খূদূম চনশিনবা ঙল্লবা মালেমগী লৈবাক মচা অমা ওইগনি। যূমথঙনবা অমবু মাদি চাক চাবদা ঙমু লৈরৌ য়াওদে, খূদৈ ফৈজোম শেক্তে, চন্দোন থিন্দে হায়দুনা নৎত্রগা মাদি ময়ূম মনূংদসু সনামহী কাচিন থমদে হায়দুনা মাবু কলচব তৌদবা মীনি হায়নসু শন্দোকপিবা, লৈকায়দগীফাওবা তাম্থোকসি হায়না ব্রাকৎপা অদুগা মদুগীদমক্তা মীয়াম খোমগৎপনচিংবা তৌশিল্লক্লবদি মদু শীল্লিবা নৎত্রগা

ঈহৌ শাগৎলিবা মী নৎত্রগা কাঙবু অদু মিহৌবা, শক্তি পাম্বা মথৌ নত্তনা মথৌ শাগৎপা, মীওঙ্গবগী মথক্তা শলহোই শাজৈ পাযনীংবা অমসুং ফজদবা লীচৎ শাজৎ চৎপা মীনি নৎত্রগা কাঙবূনি হাযবদা লানফম থোক্তে। মদু ফজবা ওইফম থোক্তে। লন্নাই মী অমনা মালেমগী থাক্কী মহীং অমদি যূম্লে কৈবৈ পামজবদগী মদু ফংননবা মানা পামজবা মওঙদা হিংজবদা, লৈবাক্কী কনষ্টিট্যুসন, আইন্নচিংবদা অকাযবা পীদ্রবদি, মহাক কলচবগী মাযোক্তা কবিসু অকাযবা তৌদবা মী অমনি হাযনা লৌফম থোকই। অদুগুম্বা মীদুবু কলচলগী মাযোক্তা লৈবা মীনি, যেক্লবনি কা হাযবা মবাল পীশন্দুনা মীযামগী মাঙদা খোঙ্গোযনবীবা লৈবাক মচা তাদবা থৌওংনি। মাঁশক অদুগী মহীংগা মাগী অকোযবগা, লৈকাযগা চূশীন্নদ্রবসু মাগী মবমদা মতম, মতীক মাঙহল্লুবা কান্নদে। অদুগী মহূত্তা মাসু মী অমনি, মাগী অপাম পামদ লৈজবিবা থৱায অর্মনি হাযনা খন্দোক্লগা মাবুসু মযাম মবক্তা হিংহনবগী হক অদু লৈহঞ্জবনা লৈবাক মচা তাবা লোনচৎ ওইফম থোকই। অদুম হাযনা প্ৰকচেল চাউথোক্লদুনা অমগা অমগা মান্নদ্রবসু হিংমিন্নবা ঙম্লবা খুন্নাই অদু কলচব মশক হেন্না মুন্না খঙলবা খুন্নাইনি হাযনবক্লবা মতম্নি।

লোজিক, রীজনিং, অচূম-অবান্নচিংবগী খন্থবা মচেৎ অমত্ত যাওদনা রাজনিতিদা, ধর্ম্মদা, কলাদা, কলচবদা, আইন্দা, লোযশঙশিংগী থবক থৌবমদা, সাহিত্যদা থৱায হকচাঙ পূংলূপ লূপখিদুনা মানা খল্লিবা অদুতনা অচূম্বনি হাযনা চপ যুংনা লেপখিদুনা নীংঙক নীংঙকপা অদু পাঙথোকপা, মদুনা মশাগী মীযামগী আইন ওইগদবনি খল্লকপা, মানা শাগৎচবা মঙলান অদু ওইথোক্লিবফাওবা অঙম অবায খঙদনা তবঙদা তাউদুনা হিংলিবা মীশিংসি থোপকী যেৎ গংবা তংখায, বাইত হেমিশফীযননা খূদূম চন্দুনা লৈববা মীশিংনি হাযনা বিজ্ঞান্না চাংযেংগা লোযননা প্রমাণ তৌখ্রে[৪]। অসিগুম্বা মখলগী মীওঙ্গশিং অসিনা থোপকী ওয থংবা হেমিশফীযববোমগী লোজিক, রীজনিংগসু খজিক্তং নৈনদুনা অফবা মাযকৈদা মায ওনশীনখ্রবদি রাজনিতিগী, ধর্ম্মগী, সাহিত্য-কলাগী বিজ্ঞানগী গুণ চেল্লবা অফাওবা লুচিংবা, জীনিযস, ইনভেন্তব, দিস্কভবব, অথৌবা সেনাপতিনচিংবা ওইগল্লি হায। কলচবগুম্বগী মিংদা শক্তি পাযনীংবা, মী অতৈবু নিন্দা তৌনীংবা, থীনা থীনা শীথনীংবা, চৈবাক অচৌবা পীনীংবগী, মীযামগী মাঙদা চোপহন্নীংবগী, খোঙ্গোযননীংবগী অপাম্বা অসিগুম্বদা ঙাওদুনত লৈবা

মীওঈশিংসিসু য়েৎ থংবা থোপ্পা খূদূম চল্লবা মী ওইগল্লি হায়রি"। থোপকী য়েৎ ওয়গী খল পুবা ঙম্বা মীনা লৈবাক মচা তাবা মী ওইগল্লিসু হায়রি। অসিগুম্বা মীওঈশিংনা মীয়ামগী ওইবা থবক থৌরম অমা পাঙথোক্লকপদা মখোয়দি লনাই মীওঈশিংগী ছিভিল লিবরতিজ (লৈবাক মচা অমা ওইবগী লনাইগী নীংতম্বা) অদু ঙাক্লা চৎকল্লি। য়ানিংদবা উৎলবসু নাকোইননা সমালোচনা নীংথীনা তৌগল্লি হায়রি। মরম অদুনা ঈপানাৎ-ঈপূনাৎ ঙাক্কুনা থম্লীংবা, মীয়ামগী সেবা তৌরিবশিংনসু মখোয় মখোযগী থোপশিংগী য়েৎ ওয অনীগী খল পূন্না থবক থৌরম চৎথবনা পূম্নমক্কী অফবা ওইগনি হায়নরক্লি।

মরিং-মবাংবা ফিজেৎ লাকশেৎ শেৎপনি খণ্ডে, বাঙাঙ শাঙাঙ লূদবনি খণ্ডে, লীচৎ শাজত্তনি খণ্ডে, মীয়াম মরক্তা চূশীন্নবা ঙমদবা মীদুবু খ্বাইগী লোন্দাদা 'মসি কলচব তৌদবা মীনি' হেক্ত হায়নবিবা অদুনি। মফম, মতম, অকোয়বগী ফীভম ঙাক্লা, য়েংনা ঙাঙ-শকপা, চা-থকপা, লীচৎ-শাজৎ চুম্না চৎপা মী অদুবুদি 'মাদি কলচর তৌবা মীনি' অদুম হেক্তা শোন্নরকই। কলচব হাযববু মদুনা ওইফম থোকই।

**লৌশীল্লুবা অইবশিংগী ব্রারোল অমসুং লাইরিকশিং**

১। **বৃতান্নিকা রেদী রেফরেন্স এন্সীক্লোপেদিয়াঃ হ্যুমেন ঈভোল্যুশন**, ভোল ৫, ২০০৫

২। **বাসস ছী অমসুং বেঞ্জামিন এসঃ নীও কোরেক্স ইন দী হ্যুমেন ব্রেইন**, বৃতিশ জর্নেল ওফ সাইকিয়াত্রী, ১৯৭৫

৩। তোইজাম্বা রাজেনঃ **কলচরগী ব্রাহন্থোক, শক্লোন, শাথৌলুপ**, ইনোগুরেল ইশু, ইম্ফাল, ২০০৬

৪। **আলেকজেন্দর ত্রেছী অমসুং সেভেজ এরিকঃ আব্রার রাইত ব্রেইন, ব্রেকথ্রু তু এনলাইতনমেন্ত**, নীও-তেক পব্লিশিং কমপেনী, নেভাদা, ২০০৪

৫। **ব্রেল্লেছ এফঃ কনত্রোল্লিং মীস্তিক্স থ্রু দেয়র বাইকেমেরেল মাইন্দস, দী নীও-তেক দিস্কভরী, নীও-তেক ব্রার্ডব্রাইদ**, হেন্দবসন, নেভাদা, ১৯৯৭।

# অনৌবা মণিপুরী শৈরেংদা ফেমিনিজমগী মশক

ডা. নাওরেম বিদ্যাসাগর

পোষ্ট-মোদর্নিজমগী থোযদোকপা মচলশিংগী মবক্তা ফেমিনিজমসু অমনি। পেত্রিযার্কেল ভেল্যু সিষ্টেমনা সেন্টব ওইবিবা মশকপু থুগাযদুনা ডি-সেন্ট্রিলাইজ ওইহন্নবা হোৎনবা, ফ্রি প্রেস অমগী দাবী তৌবকপগী অকনবা শাফু অমা ফেমিনিজমগী ফেনোমেননদা যাওবি। তশেংনা হাযববদা ফেলোসেন্ট্রিজমনা শোক্লুদবা নৎত্রগা চণ্ডশিল্লুদবা মাযকৈশিংদ্ মকা লাম্না উৎথোবকপনি। ফেমিনিজম হাযবসি বাজনীতিগী ঈহৌ ওইনা হৌবকর্পান। মতুংদা সাহিত্যগী লমদসু মশা মবেং শন্দোবকপনি, মবা তাবকর্পান। ফের্মিনিজম হাযবসি তাইবং মীওইবা অমা ওইনা নুপা অমসুং নুপী অনীমক তাইবংপানসিদা হীবম খুদিংদা অধিকাব মান্নে হাযনা শৌগৎপা ঈহৌ অমসুং ব্রাখল্লোননি। ফের্মিনিজমগী মীৎযেংসি মখল-মকা যাম্মী বাজনীতিগী অমসুং আইনগী ওইবা মান্নবা খদোংচাবশিং ফঙনবগীদমক হৌবা ঈহৌ, ইন্দ্রিগী অপাম্বা অমসুং মসিবু ফোঙদোকপদা মনীং মখা তম্বা, ষ্টেবিওটাইপ ওইববা পেত্রিযার্কেল ভেল্যু সিষ্টেমনা শেমগৎ শাগৎতুনা থল্লিবা নুপীগী মোদেলনা নুপীশিংগী পূৰ্ন্নদা পীৰিববা চৈথেংশিং অসিগী মাযোক্তা লেপচনবগীদমক্তা লাউজবা খোল্লাউনচিংবা মখল-মখা অযাম্বা ফের্মিনিজমগী বাতশ্লোক ঙাক্তেনি। মীওইবগী সমাজ হাযবসি নুপা অমসুং নুপী অনীনা পুল্লগা শেম্বনি। নুপা অমসুং নুপী অনীমক থাক মান্নববা মতমদা চাউখৎপা সমাজ অমা ওইগদৌবিৰ্ন্ন। অদুবু নুপাশিংগীদমক্তা শেম্বা চৎনবীনা নুপী অমা ওইবা নত্তনা মী ওইবদি ঙমদ্রে হাযবসি মখোযগী বাকৎনি। সমাজদা লৈবিবা, নুপীশিংগী ফীভম, নুপাগী শান্নপোৎ ওইবিবা মখোযগী মবাইবক, মাযকৈ খুদিংদা মখোযবু তোম্বনা হন্তনা লৌবিবা, হীবম খুদিংদা লক্ষ্মন বেখাগুম চৎনবীনা খাজিন্দুনা, পুনশিন্দুনা থম্বীবা, মনীং মখা তমহনবিদবা অসিনচিংবা কযাগী মাযোক্তা ঈহৌ অসি শাগৎলকৰ্পান। তশেংবগীদি সেক্স (Sex) হাযবসি বাইওলোজিকেল (Biological) ওইবা কন্সেপনি। জেন্দব হাযবসিনা মীওইবা জাতিনা শেম্বা

চৎনবীনি। মেসক্যুলিন (Masculine) বুনা থাক ৱাংনা, ফেমিনিন (Feminine) বুনা নেম্না লৌনবিবা মীৎয়েংসিদি মীওইবগী মল্লবা মীৎয়েংনি। জেন্দব অমসুং বাইওলোজিকেল সেক্স অনীগী মবক্তা কবিসু মৰী লৈনদে। নুপী অমগী মোদেল অসিদি মীওইবনা শাবনি। লৈজবম্বা মোদেল নত্তে। অদুনা Simone de Beauvoir না নুপীবু তাক্লদুনা অসুম্না ফোঙদোইঃ "a woman is not born she becomes is made a woman " Simone de Beauvoir গী ষ্টেটমেন্ট অসি নুপী খুন্নাইদা শাফু কল্লবা ঈথিল অমা ওইবি।

যুরোপতা ফেমিনিজমগী ঈহৌ অসি ১৭৯০ গী মতমদগী হৌবকই হায়না লৌনৈ। মতমসিদা ফেমিনিজমগী অহানবা দোকুমেন্ট ওইনা Mary Wollstonecraft না **A Vindication of the Right of Women** (১৭৯২) ফোঙলক্তুনা ঈহৌ অসি মকা লামহল্লকই। মসিদগী মথং মথং কুনশুবা চহীচাগী অঙনবদা Virginia Woolf, Kate millett নচিংবা কয়া চোংথোবক্তুনা শাবেপ ফাহল্লকই। মসিনা রাজনীতি, সমাজনীতি, সাহিত্যনচিংবা মাযকৈ কযাদা লাম্মৈ চাকপশুম শন্দোবকখি। সাহিত্যদা ফেমিনিজমগী ঈহৌ শাগৎলকপগী মতাংদা Elaine showalter বু কাউথোকপা চুমদে। যুরোপকী উপন্যাসশিংদা যাওবিবা নুপীগী তোঙান তোঙানবা চাবিএশিংবু নৈনকবগী ফল ওইনা মহাক্না **A Literature of their own** (১৯৭৭) হায়বা লাইরিকসি ফোঙলকই। লাইরিকসিদা মহাক্না নুপী অইবীশিংনা ইবগী লম্বীদা চঙশিল্লপদা ওইরিবা বাখল, মীৎয়েংগী থাকপু তাংকক অহুম থোক্না খাযদোক্তুনা নৈনৈ। তাংককশিং অদুদি ফেমিনিন ফেজ (Feminine Phase) ফেমিনিষ্ট ফেজ (Feminist Phase) ফেমেল ফেজ (Female Phase) হায়রিবা অহুম অসিনি। মসিমক নুপী অইবীশিংগী ৱাখল, মীৎয়েংগী পাদম ওন্নবা নাপচৈ অমনি হায়বা যাই। ফেমিনিন ফেজ হায়বসিদা নুপী অইবীশিংনা মখোয়গী খুৎইদা নুপীগী মশক অসি পেত্রিয়ার্কেল এসথেটিক (Patriarchal Aesthetic) অমসুং পেত্রিয়ার্কেল সোসিএল ভেল্যুজ (Patriarchal Social Values) দগী লেপ্পবা হোৎনবা মতৌদু উবা ফঙই। অদুগা ফেমিনিষ্ট ফেজ হায়বসিগী প্রোটেষ্ট ফেজ (Protest Phase) নি। পেত্রিয়ার্কেল এটিচুদশিংগী মাযোক্তা, ভিক্টোরিয়ান সেক্সুয়েল ষ্টেরিওটাইপস (Victorian sexual stereotypes) গী মাযোক্তা শীংনবনি, যানিংদদুনা থুগায়নবা

হোৎনবনি। অদুগা ফেমেল ফেজতনা নুপীনা মশাগী মপুং ফাববা শক্তম্ মশানা শেমগৎ শাগৎচর্বনি। নুপীনা লৈশেম্বীগী থৌদাং লৌবনি।

যুরোপ লৈবাকশিংদগী হৌবকপা ফেমিনিজমগী ব্রাখল্লোন অসি লৈবাক খুদিংমক্তা চপ মান্ননা শন্দোক্লান হাযবা লৈতে। মবমদি লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা সমাজগী চৎনবোল খব মথৌদ শেংযদনা খেন্নগনি। অদুনা নোংচুপলোমগী ফেমিনিজমগী মীৎযেং অাস মণিপুরী সমাজ অমদি সাহিত্যদা চপ-মান্নগনি হাযবগী অকক্লবা কবিসু লৈতে। মনিপুরী সমাজগা নোংচুপলোমগী সমাজগী পুন্সি মবেলগা যাম্নমক খেন্নে। মণিপুরী সাহিত্যদদি ফেমিনিজম হাযবসি কুনশুবা চহী-চাগী অঙনবা শকক্তগী যেংবা যাই। মতম অাসগী মণিপুরী সমাজদা ওইরিবা নুপীগী হন্থব থাক, নুপীবু ওৎপী নৈরিবা, নুপী লোনবগী চৎনবী, নুপীগী হকচাংবু কবিস্ লৈতনা ইন্দ্রগী শান্নপোৎ ওইবা অসিনচিংবা কযাগী মাযোক্তা চোংথোবকখিবশিংগী মবক্তা হিজম ইবাবতপু পনদবা ঙমদে। মণিপুরী সমাজদা ওইরিবা নুপাগী শোৎথরিবা ফীভমগীদমক্তা অকনবা ঈহৌ শাগৎতনা খোল্লাউ লাউখিবা, যাকাইবোল শকখিবা, নুপাবু মীৎকুপ থোকহনবদি হিজম ইবাবতনি হাযদবা ঙমদে। সোসিএল এক্টিবিষ্ট অমা ওইবতা নত্তনা সাহিত্যদসু হকথেংননা খুৎ থাখ। মণিপুরী সমাজদা পাঙদবা, অশোনবী ওইনা নুপাবু লৌনরিবসি মহাক্লা যানংখদে। অদুনা নুপী লানগী মতমদা বৃটিশশিংগী সঙ্গীনগী মমাঙদা শিবা কিদনা লেপখিবা মৈতৈ নুপীগী মতীক মথৌনা নৌহৌননা নীংশিংহন্দুনা মৈতে নুপীশিংবু মনাং তম্না পাঙ্গি মবেল অমা ফজনবা মহাক্লা যাকাইবোল শকখিঃ

> হৌগৎলো নুপা পৃম্নমক
>
> নপী কযা নুপী লান্দা
>
> সঙ্গীন মাংদা লেপখিবদো
>
> নুপী ঐখোযবু হাযবন্ অবলা
>
> সান্নপোৎ ওইগন্ নুপাগী থবাযনা

*(ইমাগী পূজা, ব্রাহৌদোক, ১৯৮৬)*

কবি অসিগী 'শকনা নোকই' হাযবা শৈবেংদসু নুপীবু সেক্স ওবজেক্ট ওইনা লৌববু যানিংদবা উৎলি। শৈবেংসিদা বেপকী ভিক্তিম ওইখ্রবী কনাগুম্বী নুপী অমগী শক পোল্লাংনা নুপাশিংগী কবাম চাউবা শাজৎপু কবেম্নবি। তোংশাগী

শরুক য়াওদ্রবা শরু পোল্লাংদদি নুপা-নুপীগী খেন্নবা করিসু লৈতে, নুপাগী অপাম্বা, মিহৌবগী মীৎয়েংসু নাথৈখি। অসিগুম্বা মণিপুরী সমাজসিদা শরুনা কয়া কুইনা নোকখিনি হায়বা শাফু কল্লবা ব্রাহং অমা কবিনা হংলি। অদুগা ‘ডিসেম্বর’ ১২’ কৌবা শৈরেংদসু ১৯৩৯ গী ডিসেম্বর, ১২ দা মণিপুরদা বৃটিশশিংগী মায়োক্তা হৌখিবা নুপীলালবু এলুজন ওইনা পল্লি। নুপীলালদা মৈতৈ নুপীশিংনা থৌনা-লিংজেনগী অকনবা শক্তি ফুদোক্তুনা লাম্থোংনখিবগুম নুপীগী পৃন্সিদা থেঙনরিবা খুদোংথীবা কয়াদসু অকনবা শক্তি পুথোক্তুনা মায়োক্লগদবনি হায়বগী পাউজেল অমা শৈরেংসিদা পীরিঃ

শম পুনশিল্লু দেবী
ইফা ফাবিবদো।
ডিসেম্বর’ ১২ অমা হৌথ্রে,
ডিসেম্বর’ ১২ কাউরব্রা? অমা লাক্লে,
থাজব্রা শম পুনগনি হায়বা?
নিংব্রা নুমিৎ অসি লাক্কনি হায়বা?

*(১৯৮৬, লাঃ ৪৯)*

অনীশুবা লাঞ্জাউ মতুংদা থোয়দোক্লা শক্লাইরবা কবি লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী শৈরেংশিংদসু নুপীগা মরী লৈননা ইবা থেঙনৈ। ‘মূর্ত্তি’, ‘সীতা’ হায়বিবা শৈরেং অনীসিদা ট্রেদিশনেল কন্সেপ্টতগী শাগৎপা ষ্টেরিও টাইপকী ওইবা নুপীগী শক্তম্বু থুগায়বা পাম্বগী সুর তাবা ফঙই। ‘মূর্ত্তি’ দা নুপীগী হকচাংবু, ফজবা শক্তম্বু লল্লোনপোৎ ওইনা মীয়ামগী অপাম্বা মীৎয়েংবু চীংশিন্নবগীদমক্তা খববদা, মেগাজিন্দা এডভর্টাইজমেন্ট তৌববু কবিনা য়ানিংদে, শাউনিংবা পোকলি। ‘সীতা’ দা বিজ্ঞান অমসুং টেক্লোলোজিগী যুগ অসিদা মৈতৈনুপীনা চাউখৎপগী মঙাল ফঙদনা পাৎতা কুমদুনা ঙাথিদুনা চীংদা কাদুনা শীংজন্দুনা লেল্লিবা পৃন্সি মহিংদগী নাম্থোক্লো। অনৌবা সভ্যতাগী অনৌবা পৃন্সি মরেলদা লেন্দুনা চাউখৎপগী লম্বীদা চঙশিল্লো; মল্লবা, কান্নদ্রবা চৎনবীগী লীপুন্দগী নাম্থোক্লো হায়না শৈথারিঃ

মৈতৈ চনু লাইবক চাউবী নঙবো
কপ্পতনা নশিনজাংলনে
চীংদা কাদুনা শীংজবী

পাত্তা কুমদুনা ঙাথিবীবা?
অনৌবা মঙাল অথৌবা পুন্সি
চেল্লো বন্দীদগী চেনখবো
কান্নদ্রবা নহুম চিকথৎলো।

*(ৱাকচীঙগী কবিতা, ১৯৯৯, লাঃ ৩১)*

মণিপুরী শৈবেংগী পূক্কৈদা লৈবিবা এন্দ্রোটেক্স (Androtext) শিংদদি ষ্টেবিওটাইপকী নুপীগী মূর্তিশিংবু থুগাযদুনা অনৌবা মূর্তি অমা চপ-চানা শাগৎপদি উবা ফঙদে। অদুগা কবি হিজম ইবাবমতনা নুপী সমাজগীদমক্তা লাউবিবা খোল্লাউ, অনৌবা মাযোন অমা উৎলিবা অসিগুম্বা অতে নুপা কবিশিংগী খুৎইদা থেঙনদে। মণিপুরী শৈবেংগী ঈচেলদা ফেমিনিজম্না মপুং ফানা লৈশাৎ তম্লকপদি গাইনোটেক্স (Gynotext) শিং থোবক্লবা মতুংদনি। ১৯৬৭ তা খ্বাইবাকপম আনন্দিনীনা ইবা শজিবু লৈবাং হাযবা শৈবেং লাইবিক অসিনা মণিপুরী শৈবেংগী অহানবা গাইনোটেক্সনি। মসিগী মতুংদা ক্ষেত্রিমযুম সুবদনীগী **মাঙখ্রবা ঈশৈগী সুর** (১৯৭৫), লোংজম ওংবী ইবেমপিশক্কী **মমি শান্নবা খোঞ্জেল** (১৯৭৬), **নোম-নোম শগাইতোং** (১৯৭৭), **নাকেন্থ্রগী লৈরাং** (১৯৭৮) ফোঙলকখি। কবিযেত্রীশিং অসিগী মতুংদা '৮০ গী দিকেততদি সঞ্জেনবম ভানুমতী, মোইবাংথেম ববকন্যানচিংবা শৈবেং লাইবিক ফোঙনবকখি। মখোযগী মতুংদা অমুক বেনুবালা. সনামচা, ওক্তম মীনা, সত্যবতী নিংঙোম্বম, ক্ষেত্রি উর্মিলা, লোংজম কুঞ্জবানী, সবিতা বাচ্চসপতি অসিনচিংবা কবিযেত্রীশিং থোবকখি। মখোযগী খুৎইশিংদা মণিপুরী সমাজদা থেঙনবিবা নুপীশিংগী সমস্যাবু নৎত্রগা চৈনাখোলবু ফোঙদোকই। মণিপুরী শৈবেংগী অহানবা গাইনোটেক্ট (Gynotext) ওইবিবা খ্বাইবাকপম আনন্দিনীগী শজিবু লৈবাংদা যাওবিবা 'তাবকখি' হাযবা শৈবেংদা নীংখা-তমদ্রবা বন্দীগী মশক ওইববা নুপীগী পুন্সিগী চৈনাখোল উৎলি। খোযবাং-খোযশাউনবা অদুবু ফোঙনা চোংথোক্কুনা শীংনবদি ঙমজদবা ফীভমগী মশক্কি। মসিবু শৈবেংসিদা অসুন্না শৈথাবিঃ

নখোয খুদিংনা হাযগনু
নশাদা অমুক্তং খপ্পু হাযনা,
তোযনা তাববদি খোইশাওই।

পিকথ্রবা পোননুংসিদা
ঐবুদি য়োংহ্লিং চনশিনবিরে
খজিক্তং ফন্দোকপগী জগাসু খাজিনবিখ্রে নখোয়না
*(মণিপুর সাহিত্যদা নুপীগী খোঞ্জেল, ২০০৩)*

মণিপুরী সমাজদা হকথেংনরিবা নুপাগী মমীৎতা নুপীবু সেক্স ওবজেক্ট ওইনা উবা অমদি খুদোং চাবা অচেংবা তাঞ্জা য়েংদুনা রেপ তৌবা অসিগুম্বা তুক্কচরবা থৌওংসিবু কবিয়েত্রী মোইরংথেম বরক্যানা নীংবা কায়না, মথম্মোয় শোক্লা তেংথারিঃ

দ্রৌপদীগীদি অমুক্তনি
সভাদুদা মফি মুনখিবা
করাম চাউবা দুশাসন্না।
ঙসিদি তোল্লবীশিংগী মফি লীশিংলক মুনথ্রবনি
ইকাই খঙদবা মায়থাবশিংনা।
পিরাংগী ব্লাকৎ কবিবু চন্নফম লৈরুনি
থম্মোই কনবশিংদা?
(উতোল অমদি উচেকশিং, ১৯৯১, লাঃ ৪৬)

মথক্তা পঙখিবা কবিয়েত্রীশিং অসিগী খুৎইদা ফেমিনিষ্টকী অকনবা খোল্লাউ মপুং ফানা তাবা ফঙদে। ফেমিনিন ফেজ অমদা লৈরি। রেদিকেল ফেমিনিজম (Radical Feminism) গী মশক্তু কবিয়েত্রীশিং অসিগী শৈরেংশিংদা চপ- চানা খেঙনদে। পেত্রিয়ার্কেল ভেলুসিস্টেম্বু য়ানিংদবগী নুংহিক্রবা শৈশক্তি ময়েক শেংনা য়াওর। অদুবু মকা ফোংনা শীংনদুনা চঙশিনবা অমদি থুগায়বগী খোঙজংদি নত্তে।

মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎতা ফেমিনিজমগী ময়েক শেংলবা খোঞ্জেল তাবা ফঙবাদ অরাম্বম ওংবী মেমচৌবীগী শৈরেং লাইরিকশিং ফোঙলকপদগীনি। মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎতা ফেমিনিজমগী পজেং ফীরাল পাযরিবী লাঞ্জিংলীবীদি মেমচৌবীনি। মহাক্কী মতুংদা অকনবা শাফুগা লোয়ননা লম অসোমদা চঙশিলক্লিবদি লাইরেনলাকপম ইবেমহল অমদি ত্রিপুরাগী সোরোকখাইবম গম্ভিনীনি। অরাম্বম ওংবী মেমচৌবীগী **নোংগৌবী** (১৯৮৪), **অন্দ্রোগী মৈ** (১৯৯০), **ঐগী পলেম নুংশিবী** (১৯৯৮) হায়বা গাইনোটেক্সশিং অসিদা

ফেমিনিজমগী লাঞ্জং অমা চঙশিন্দুনা নুপীগী মশাগী মপুং ফাববা শক্তম অমা শাগৎলি। পেত্রিয়ার্কেল কলচবনা শাগৎপা নুপীগী মোদেলবু কবিযেত্রী অসিনা যানিংদে। মফম, মতম অমসুং মীশক্কী মতুং ইন্না নুপীগী মশক হোংলি। মসিদি নুপীগী অকক্লবা অবেপ্পা মশক লৈতবা মওংদুনি। হাপ্পু-হাপ্পুবা পাত্রগী মখা পোনবা ঈশিংগী মতৌনি। লাইববগী ইমুংদনা মীনায নুপী ওইবা, ইনাকখুনবগী ইমুংদুনা লাইফদিবী ওইবা অদুবু মতম পূম্নমক্তা অমকপা লমচৎ যাওদবা তশেং-তশেংবা ওইগদবনি হাযবা চৎনবীবু কন্না যানিংদে। অমুকসু মচানুপীগী লুহোংবা নুমিৎতা অহল লমনশিংদা 'নিঙোন্দি মপামদা শিহৈদে, অমুক হন্না মায ওল্লকনু' হাযনা পাউতাক পীবি। অসি গুম্বা ফজববা পাউতাক অসিগী মকমদা নুপীগী হ্যমেন বিইং (Human being) অমা ওইবগী মশাগী অধিকাব লৈতবা, মাগী নুপাগী ব্রাখল, মীৎযেংনা মাগীসু ওইবা, হংলাই ওইবা অসিনচিংবা চৎনবীগী লীপুন অমা লৈবিবদু লোৎলি। মসিবু যাম্না পেন্দনা চৈনাখোলগা লোযননা 'লুহোংবা' কৌবা শৈবেংদা অসুম্না উৎলিঃ

নিঙোন্দি মপামদা সিহৈদে<br>অদুনা<br>লুন তৌবিদ্রসু নুংশিবীদ্রবসু<br>ফন ব্রাববসু নংলবসু<br>নঙ খাঙগদবনি অদুম লৈগদবনি<br>অমুক হন্না মফমকসিদা<br>হল্লকপা যাদে

*(অন্দ্রোগী মৈ, ১৯৯০, লাঃ ৩৬)*

মণিপুবী সমাজদা মৈতৈনুপীশিং শোত্থবিবসি মতমসিগী লৈবাক লৈঙাকলোন শক্ক যাবা ঙমদবসিনি হাযনা মেমচৌবীনা অশোনবা মাযকৈ অমা থীন্দুনা তাক্লি। অদুনা মৈতৈনুপীশিংস্য ঙসিগী বাজনীতিগী লমদা চঙশিন্দুনা যাওদবা যাদে, বাজনীতিগী লমদা অচৌবা ফীদা অমা কনবা ঙল্লবদি নুপীসু সমাজগী যাওলগা খুৎশম্নুনা চৎমীন্নবা ঙমগনি কনানসু নমথবা ঙল্লোই হাযবসি কবিযেত্রীগী ব্রাখল্লোননি। মীৎযেং অসি **'নোংগৌবী'** কৌবা শৈবেংদা ফোঙদোক্লি। মৈতৈশিংগী ইটিওলোজিকেল লেজন্দ (Etiological Legend) ওইবিবা

**নোংগৌবী** চেক্লানা তুরেল, পাৎনচিংবদগী ঈশিং থকপা ফঙদবগী ৱারীবু কবিয়েত্রীনা মেটাফর ওইনা পুশিল্লক্তুনা শৈথারি। ইমুংগী হোৎনরিঙৈ, মচাগী হোৎনরিঙৈ লৈশেম্বা য়াওবা ঙমহৌদ্রবা **নোংগৌবী** গী মফমদা চৈরাক ওইনা তুরেল, পাৎনচিংবদগী ঈশিং থকপা ফঙহনখিদে। মসিবু মৈতৈনুপীশিংনা পোলিটিকেল এরিনাদা চঙশিন্দুনা শরুক য়াবা ঙমদবদগী মী অমা ওইবগী অধিকার কয়া চপ-চানা ফঙদবগা পেরেলেল ওইনা শৈথাবনি। মরম অসিদি ঙসিদি **নোংগৌবী** গী মশক ওইরবা মৈতৈ চনুশিংবু লৈশেম্বা য়াওরো হায়না কৌরিঃ

লাও লাও নোঙ্গৌবী
ঙসিদি নৌনা অমুক লৈসেমগদৌরে
চৎকদৌরে মঙালদুগী হৌরকফমদুদা
লৈশেল্লসি লাও! লৈসেল্লসি লাও!

*(নোংগৌবী, ১৯৮৪, লাঃ ৬৩)*

মেমচৌবীগী ৱাখল, মীৎয়েং অসি 'নোংথাং লৈমা' হায়বা শৈরেংদদি বেদিকেল ফেমিনিষ্ট (Radical Feminist) অমগী মশক লৌরকই। অকনবা শীংনবগী থৌনা অমসুং লাঞ্জংদুনা মশাগী অধিকার লৌজবগী, নীংতমজবগী খোঞ্জেলসু শৈবেংসিদা থেঙনৈ। অদর্শ নারী অমগী মল্লবা থোৎ-নৌবা পুম্বা হুন্দোক্তুনা তাইবংগী মল্লবা চৎনবীগী চেকপল কয়াবু কিস্থহনবা, নিংখায়হনবা ঙম্বী শক্তি লৈবী নোংথাং লৈবগী মশক লৌই। অদুগা পেত্রিয়ার্কেল ভেল্যু অমসুং ষ্টেরোটাইপকী নুপীগী মূর্ত্তিবু থুগায়দুনা অনৌবা নুপীগী মূর্ত্তি অমা শোয়দনা শাগৎকনি হায়বগী থাজবদু শৈরেংসিদা অসুম্না উৎলিঃ

নঙগী থৱায়না তাববসু তাদ্রবসু
নঙগী থৱায়না য়ানিংলবসু য়ানিংদ্রবসু
... ... ...
ঐদিনে নোংথাং লৈমা
খঙলবরা নোংথাং লৈমা
ঐগী অয়াকপা অহৌবা খোল্লাওদা
কিস্থখিগনি। নিংখায়খিগনি
নঙনা অনৌ-অনৌবা মচু
তৈসিন তৈসিন্দুনা থমলিবা

পৎলবা পুন্নবা নপামবোম অনী
তিংথোক্কুনা লেপলিবা থৌনাফনা
অনৌবা ইতিহাস অমগী থোংজিন্দা
... ... ...
নঙগী যুগ কযাগী
লৈকাং চাববা ব্রাখলগী নম্বো
ঐগী থীববা শক্তমসিদা
নমিৎ উইশিন্দুনা খাঙলিঙৈ নঙনা
মপুঙ ফাহৌবগনি
মালেম নৌনা অমুক লৈসেল্লিবা।

*(অন্দ্রোগী মৈ, ১৯৯০, লাঃ ৫)*

শৈরেংসি মৈতৈগী লৈশেম-নোংশেমগী বাবীদা (Myths of Origin) যুম্ফম ওইদুনা, মেটাফব ওইনা শাগৎপনি। অতিয়া শিদবনা মালেম লৈশেম্ববু হাবাবনা হন্না-হন্না থুগাযববদা নোংথাংলৈমা পুথোরখি। হাবাবগা নোংথাংলৈমগী অনীনা পাউশানবিঙৈদা আতযাশদবনা মালেম লৈশেমখি। অদুবু শৈরেংসিদদি নোংথাংলেমাগী অনৌবা ব্রাহম্বোক পীবি। পজেং ফীবাল পাযদুনা লাঞ্জংলিবী ফেমিনিষ্ট নৎত্রগা লৈশেম্বী অমা ওইনা উৎলি।

মেমচৌবীনা মাগী 'ঐগী পলেম নুংসিবী' হাযবা শৈরেংদদি থুগাযবা, যৈথাযবগী লাঞ্জং লোযশিনখ্রে। অদুগী মহুৎতা মশামক লৈশেম্বী অমা ওইনা মশানা থবায তাজবা মৈতৈনুপীগী তোপ-তোপ্পা শক্তম্বু শেমজবে। শৈরেংসিদা লোইবী চীংগা পলেম হাওনুবী অমনা মকোক্তা ষম লুম্না পুবদুনা চীংগী চীংযা চীংযাংদা কাখৎলকই অমদি ষম মনুংদা পলেম মাগী হনু মালৈ কাববা পম্ভৌ অমদি মথোং কাবল্লিবা মপাবী যাওবি। মসিনা মৈতৈনুপীদি শোল্লবী-তোল্লবী নত্তে, রাজনীতি, অর্থনীতি, থৌদোক ব্রাথোক খুদিংদা মচাশিং অমদি মপুবোইবগী মমাঙ থাবি উৎপনি। কবিযেত্রীনা পামজবা নুপী মোদেলনি। মতাংসিদা নহাকপম অকনাগী মীৎযেং অমা লৌখৎপা যাইঃ

ট্রেদিসনেল কন্সেপ্টতা লৈবিবা নুপীগী মশকপু শীংনদুনা চথবকখিবা মেমচৌবীগী শৈরেংগী খোঙচৎ (Poetic Journey) "**ঐগী পলেম**

নুংসিব" দা মপুং ফারে। শেমগৎপরোমদা মায় ওনশিল্লক্লে। লালহৌগী মতুংদা পূক্লিংগী মূর্ত্তি ফংলে। (Self realisatin and containment)। ফেমিনিষ্ট ফেজ লাম্থোক্তুনা ফিমেল ফেজদা চঙলক্লে। গাইনোকৃতিক মেমচৌবীনা শেল্লিবা অনৌবা নুপী অসি য়ুরোপকী মোদেল নত্তে। লমদম অসিগী রুটতকী চীংলৈবাক্কী শক্তমদগী শেমগৎলকপা নুপীনি; ইমাগী শক্তমনি। অইবীগী পূক্লিংগী অচেৎপা খোঙচৎ অমগী তুংদা নুং-পান অনীমক্কা লৌরকপা ফিরেপনি; অনৌবা নুপীগী শক্তম্নি। তাংজবী নত্তে, মীখা পোনবীসু নত্তে, মহাক্কী মথৌনি হায়না মথৌ তৌরিবী অমগী শক্তমনি।... মেমচৌবীগী অনৌবা নুপীগী শক্তম অসি অমাজন (Amazon) ওম্থোক্লবা হোৎনবদা নত্তে-মহাক নুপীনি, মীওইবসুনি, নুপীগী মতিক মগুন্দা হেন্না চেৎনা থাজরিবা।

— *হৌখিবা চহী কুনদা মণিপুরী শৈরেংদা ফেমিনিজমগী মশক (সেমিনার পেপর), লাঃ ৬-৭)*

কবিয়েত্রী লাইরেনলাকপম ইবেমহলসু '৯০ গী মতমগী মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎতা থোরকখিবী ফেমিনিষ্ট অমনি। শাফু কল্লবা শীংনবগী খোল্লাউ কয়াগা লোযননা পেত্রিয়ার্কেল ভেল্যুসিষ্টেমগী মায়োক্তা চঙশিল্লকই। কবিয়েত্রী অসিগী অহানবা **লৈরোল চনখ্রবা থাজবা** (১৯৯৩) হায়বা শৈরেং লাইবিক অসিদি রেদিকল ফেমিনিজমকী য়ুম্ফমদা শাগৎপা নত্তে; উপায় লৈত্রবী অমা ওইনা নুংহিক্লনা পাউদমজবতনি, লিবরেল ফেমিনিজমগী মশক্নি। অদুবু মহাক্কী অনীশুবা নোংথাগী **ইন্নফি** (২০০২) হায়বা শৈরেং লাইবিকসি ফোঙলকপদদি বেদিকেল ফেমিনিষ্ট অমগী শীংনবা অমসুং থুগায়দুনা নুপীগী অনৌবা শক্তম অমা শাগৎপা পাম্বগী খোল্লাউদু তাবা ফঙলে। ফেলোসেন্ট্রিজম (Phillocentrism) অমসুং এন্ড্রোসেন্ট্রিজম (Androcentrism) গী ব্রাখল, মীৎয়েংবু থুগায়নবা হোৎনবনি। পেত্রিয়ার্কেল ভেল্যুনা শেম্বা মহুমনুংদা নুপীনা বন্দি ওইনা মশাবু চেৎনা য়োমশিনজরদুনা মুগা তীনগুম লৈবা মতম নৎত্রে। চৎনবীগী পল্লোনশিং অসি থুগায়গদবনি, কুরাকুম্না য়োমশিল্লিবা কুয়োম্বু চীকখায়দুনা পাইথোরক্লগা অহাঙবা নোংদোলগা শকখঙনদুনা মনীং তমগদবনি হায়না 'নুপী' কৌবা শৈরেংদা লাউরিঃ

মসানা সেমজবা
মহুম্না
মসাবু চেৎনা
যোমসীনজববা
মুগা তীনগুম
...   ...
কবিগী লৈবী
তৌজিক ফাওবা
নমদুনা সেন্বা
চৎনবী কযাগী
পল্লোন্নুংদা
...   ...
থুগাইযু নমখাযবু
কোযসিল্লিবা পল্লোন
চীকখাযু কুবাক্লম
যোমসিল্লিবা কুযোম
সকখঙনবো
অহাঙবা নোংদোলগা
ননিং তমজবো

*(নোংথাঙগী ইন্নফি, ২০০২, লাঃ ৩০-৩৩)*

কবিযেত্রীসিনা নুপীবু মীওইবনি হাযনা থাজকই, অদুবু মঙক্তদি চৎনবীগী হূইগং থাংলল্লে। হূইগং অসিবু মমা ওইবীশিংনা মচানুপীশিংনা মফমদা অমুক মবল ওইনা পীবি, অদুগা হাযবিঃ

'মসি নঙগী লৈতেংনি'

*(কোঙ্গোয, ২০০২, লাঃ১৫)*

অমুকসু নুপীবু ষণগা চাংদম্নবি। 'সি মঙাই' হাযবা শৈবেংদা মপাম্থোংদা হবাও-তযাম্না, নুংঙাইনা হিংলিবা নুপীগী পূক্সিবু নুংদা যেংলুবদদি মীওইবা ওইবমদে হাযনা তেংথাবি। গোর্বদ্ধোন পূজা নুমিৎতা মঙক্তা থৌবী থুবগা

মরাইবক্তা সিন্দুর, মঙক্তা সনারৈ থোনবিদুনা অথুম-অহাও পীজবা, অদুগা মনমদনা চৈজা নম্বোনদুনা পুনিংবা মায়কৈদা হোইদুনা পুবিরিবা ষণগা করিসু খেন্নবা লৈতে হায়বা উৎলি। ষণগা নুপীগী পূক্নিংগা করিসু খেন্নদে হায়বদুগী মেটাফর অমা শাগৎতুনা শৈরেংসিদা ফোঙদোক্লি। ফেলোসেন্ত্রিক ওইবা মীৎয়েংগী লৈই মনুংদা নুপীবু শান্নপোৎ ওইনা থম্বা, নুপাশিংগী পূক্নিংদা ফঙলিবা মনীং তম্বদু নুপীশিংগী মফমদদি অথিংবা লৈবা, মীওইবা অমা ওইনা মান্নবা অধিকারগী চাকথুং ফঙহনদবা, মসিগীদমক্তা কবিয়েত্রীনা শীংনরি। 'মরমদি' হায়বা শৈরেংদা শীংনবগী খোঞ্জেল অসি তাবা ফঙইঃ

নঙদি
নঙগী লম্বীদা
ঐবু খক চৎহন্নীংদবনি।
অদুবু
নঙনা চৎহন্নীংদবা
নঙগী লম্বীসিদা
ঙসিদি
থাংলকলবনি খোঙসি
মৈগী লৈনাতনা
ইসাপূন্বা য়োমসিনজরদুনা

*(২০০২, লাঃ ৮)*

ইবেমহলগী 'নোংথাংগী ইন্নফি' হায়বা শৈরেংদদি নোংথাংগী ইন্নফিবু নুপীগী নীংতম্বা অধিকারগী সিম্বল ওইনা উৎলি। শৈরেংসিদা পেত্রিয়ার্কেল সোসাইটিনা শেম্বা ষ্টেরিওটাইপকী ওইবা আইদিয়েল ৱুমেনগী মূর্তিবু থুগায়দুনা, ৱুমেনহুদ অমদি হ্যুমেন রাইটকী মীৎয়েংদগী নুপীবু মমল পীনবা হোৎনৈ। ত্রেদিশনেল সিষ্টমশিংগী মায়োক্তা চঙশিনবদা নত্তনা অফা-অপুন্নরিবা পূম্নমকপু থদৎতুনা হন্দোক্লিঃ

ইখুৎমক্লা
লাংজদুনা হোংজবা
ঐগী অনৌবা ফিজোল

ঐগী নোংথাগী ইন্নফি

... ... ...

ফিদমগী ফম্বালসিদগী

ঐবু

মচী সুকলেঙ লেঙহন্দনবা

নঙগী খুদোনবীগী

তেনজৈ কয়ানা

অমুকসু

য়েশিনবিখিবনি

থুম্না থুম্না

... ... ...

অদুবু ঙসিদি

ইখৃৎমক্লা

কুপ্লবনি

নঙোন্দা অমুক

নঙনা থোনবীবা ফিজোল

পীরবনি নঙোন্দা

নঙগী ফিদমগী ফম্বাল।

*(২০০২, লাঃ ৩৮-৪২)*

করিয়েত্রী অসিগী শৈবেংশিং অসি নুপীগী মশাগী মশকপু হ্যমেন বিইং অমা ওইনা লেপ্লবা হোৎনবা, বন্দিগী ফীদম ওইরবা পেত্রিয়ার্কেল ভেল্যুশিংবু থুগায়দুনা নুপীগী অনৌবা মশক অমা শাগৎনবা হোৎনবা অকনবা বেডিকল ফেমিনিজমগী খোঞ্জেল পুবা ফেমিনিষ্ট ডিসকোর্স (Feminist discourse) অমদি হায়দবা ঙমদে। ফেমেল ফেজদা লানশিল্লক্তুনা মৃক্তি ফঙদুনা মশাগী শক্তম মশানা পামজবা মওংদা শেমগৎচবগী মশক্তুদি থেঙনদে।

ত্রিপুবাগী মণিপুরী কবিয়েত্রী সোরোকখাইবম গম্ভিনীগী অহানবা শৈরেং লাইরিক হংলক্কনু ব্লাহং অদো (২০০১) হায়বসিসু ফেমিনিজমগী মপাউ পুবা গাইনোটেক্স (Gynotext) অমনি। ফেমিনিন ফেজদগী হৌরক্লগা ফেমিনিষ্ট ফেজ

ফাওবা চঙশিল্লকপা থেঙনৈ। কবিয়েত্রী অসিগী 'খুঙ্গং নিংঙোল' কৌবা শৈরেংদা খুঙ্গং নিঙোলশিংগী পূক্নিনা ফিদমগী লীপুন্দগী নাম্থোকপা ঙমদবা, ত্রেদিসনেল ওইবা মোদেল অমদা নুপীগী শক্তম্বু হঞ্জিন হঞ্জিন শাগৎপা, মমাগী ওইরিবা উচ দা মচানুপীশিংবুসু অমুক হাপ্তুনা শেম্বা, অসিগুম্বা মীওইবগী চপ চাবা মতৌ লৈরক্তববু পেন্দবা শৈথাইঃ

ঐখোয় খুঙ্গং নিঙোলনি।
ঐখোয়গী খুয়াদা
অয়ুক্কী লৈ অমফাওবা কেলক্তে
অদুনা ঐখোয়
অশাৎপা লৈরাং লৈনম ফংলগা নোক্তে।
ঐখোয়গী পূক্লিং খোয়দানা নোক্লি
সনামচুগী ফৌ অমসুং লৈবাক্কী মনম ফংলগা,
লৈরংদগী ফৌ অমসুং লৈবাক্কী ফংলগা,
লৈরংদগী লৌথোরকপা মৈতালনা
ইমাগী শল্লাং য়েক্লগা।

*(২০০১, লাঃ ২)*

শৈরেং অসিদা ফেমিনিন ফেজগী শৈহেক-শৈদা তাবা ফংই। পেত্রিয়ার্কেল ভেল্যু সিষ্টেম্না নুপীগী পূক্নিবু মীওইবা অমগী অধিকার ফঙদ্রবদা কবিয়েত্রীগী মথম্মোয়দা চৈনাখোল ফাওরি। ত্রেদিশনেল মোরেল কোদকী ৱাংলবা পল লাম্থোক্তুনা মীওবা অমগী মতৌদা নুপীবু য়েংহন্নিংই। চৎনবীগী লীপুন্না পুনঙিশ দুনা লাইধি অমগী মোদেলগা খেন্নবা লৈতনা শাগৎলিবা নুপীগী শক্তম্বু উরুবগা শীংনবা হৌরকই। মকা ফোংনা শীংনদুনা লাউবা, হান্নগী মল্লবা নুপীগী মূর্তিবু থুগায়বগী রেদিকল ফেমিনিষ্ট অমদি খোঞ্জেলদি 'ঐ লৈঙাকপী ওইগনি' হায়বা শৈরেংদা থেঙনৈঃ

ঐদি সীতা নত্তে, হেলেন নত্তে
ঐ সমাজ অসিগী অৱা-মৈশা লাংলিবী নুপী'মনি।
... ... ....
লুহোংবা হায়বসি মীনায় খনবা নত্তে,

ইপুরোয়বগী শঙ্গায়দা মৌ ঐগীদি লৈঙাকপীগী অধিকার।

খোঙবিদা মীৎযেং থল্লগা লম্বী চৎলিবশিংগীদমক্তা,
পাউরৌ-পাউতাক্কী মতুং ইনবা-ইনবদা
পাউরৌ'লক্তা অসুম লুপ্তুনা শিখ্রবশিংগীদমক্তা,
তা'দুনতা লৈজবা ফোংবদি ঙমজদা
ঐ মখোয়গীদমক্তা লৈঙাকপী ওইগনি

(২০০১, লাঃ ১২)

শৈরেংসিদা পোলিটিকেল কন্সসনেস লৈনা লৈঙাকপী ওইগনি, মীৎকপ থোক্ত্রিবা নুপীশিংগী পজেং ফিবাল পায়বী লমজিংবী ওইগনি হায়বগী অচেৎপা ফীরেপ লৌবদু ফোঙদোকই।

কবিয়েত্রী অসিগী **বিদায় ! কংলৈপাক বিদায় !** (২০০৭) হাযবা শৈরেং লাইরিকসিদদি রেদিকেল ফেমিনিজমগী য়াক্লবা খোঞ্জেল যাওদ্রে হায়দবা ঙমদে। অদুগী মহুৎতা নুপীগী পুন্সিদা বন্দি কযাদগী মুক্তি শোয়দনা ফঙলগনি হায়বগী ফেন্টাসি অমা 'ত্র্যহস্পর্শ' কৌবা শৈবেংদা উৎলি। ত্রেদিশনেল ভেল্যু ওইনা মপা-মপু হাক্তক্তগী 'লৈক্রক চৎলবা লৌবুক', 'নরমেধ', 'সতীদাহ' হায়বা চৈথেংশিং অসিদি ভাবতীয় নাবীশিংনা ফঙলক্লবনি। ঙসিদি অসিগুম্বা শৈবেংশিং অসি অয়ুক্কী নুংশাদা যুম্বী অমগী অসুম-অসুম তেনশিল্লক্কুনা মাঙখিবগুম মাঙখিগদৌরবা মল্লবা ইতিহাসনি হাযনা মুক্তিগী ফেন্টাসি অমা শাগৎলি। শৈরেংসিদা যাওরিবা 'লৈক্রক চৎলবা লৌবৃক' হায়রিবসি নুংঙাইবা, শান্তি ফঙদ্রবা নুপীগী পুন্সি, 'নবমেধ' হাযবসিনা মী অমা ওইবগী শক্তম নৎত্রগা আধিকার, অদুগা 'সতীদাহ' না পেত্রিয়ার্কেল ভেল্যু সিস্টেম ওইনা লৌবা য়াই। ত্র্যহস্পর্শবু মেটাফর ওইনা শীজিন্নবি। মসিমক্লা ফেমেল ফেজগী থাক্তা য়ৌরব্রা হাযবদুদি ব্রাহং ওইনা লৈরি।

মণিপুবী শৈবেংগী খোঙচৎতা কবিযেত্রী অয়াম্বা ফেমিনিন ফেজদা লৈরি, লাইরেনলাকপম ইবেমহল অমসুং সোবোকখাইবম গম্ভিনী অনীনা ফেমিনিষ্ট ফেজদা য়ৌরক্লে। অদুগা ফেমেল ফেজদা লানশিন্দুনা নুপীনা লৈশেম্বীগী মশক লৌরকপদি অরাম্বম ওংবী মেমচৌবীগী শৈরেংদতা থেঙনরি। মালেমগী

ফেনোমেনন অমা ওইরবা ফেমিনিজমগী লমদা মণিপুরী কবিয়েত্রীশিংনা ঙসি ফাওবদা চঙশিল্লকপা লেপত্রি হায়দবা ঙমদে। *

## মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং


১। Dass, Veena Noble, **Feminism and Literature**, New Delhi, Prestige Books, 1995.

২। Eagleton (Ed.), **Feminist Literary Theory**, Blackwell Publishers, 1996.

৩। Nayar, Pramod K., **Literary Theory Today**, New Delhi, Prestige Books, 2002.

৪। Ruthven, K.K., **Feminist Literary Studies: An Introduction**, Cambridge University Press, 1990.

৫। মীতৈ, আর.জে, **মণিপুরী সমাজ অমসুং সাহিত্যদা ফেমিনিজম**, ইম্ফাল, ২০০৫

৬। মোইরাংথেম প্রিয়ব্রত, **কুমদম**, ইম্ফাল, ২০০৪

৭। মেমচৌবী (সম্পা.), **মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীগী খোঞ্জেল**, নিউ দিল্লি, সাহিত্য অকাদমী, ২০০৩

৮। পঞ্জখিবা করিশিংগী শৈরেং লাইরিকশিং।

# মণিপুরী শৈরেং করিগী পানদ্রিবনো ?

**সলাম তোম্বা**

ৱাহং অসি ঐখোয়গী লোনগী শৈরেং ইবিরিবা পূন্নমক্তা খন্ননবা হৌদোকচরিবনি। অদুবু য়াম্না লায়বা পাউখুম অমদি মণিপুরদদি শৈরেংদা নত্তে অতৈসু সুকপা পানদে। অদুবু ঐগী ৱাখন্দদি মসিনা পেনবা পাউখুমদি ওইরোই। মবমদি মণিপুরদা খ্বাইদগী মরাঙ কায়বা সাহিত্যগী লৈচন অমত্তং হায়বা তারবদি শৈরেংনি। ইবগী চহী মতাঙসু নহারোলনা হেল্লি। চহী ৯ শুরবী নুপীমচা অমদগী হৌরগা চহী ৮০ লাল্লবা অইবা কয়ানা মথৌ অমগুম লৌখৎলিবা সাহিত্যগী লৈচননি। চুম্বা লানবা হায়নৈ খঙদে, মণিপুরদা শৈবেং ইবিবা মীসি চাম্মা হেল্লে। হেল্লম্লনি হায়নসু খল্লি। ঐগী ঐগী অনীশ্বা, ইমোসন, ফিলিংসনা ইথিল পীরকপা ৱাহৈ খবদং ফোঙদোকপদা খ্বাইদগী লায়বা উপায় অমা ওইনা লৌনবি শৈরেংনা। শৈরেং ছন্দদা, শৈদাদা করিগুম্বা খরা ইবমুক লায়বা লৈত্রে হায়ববু য়াই। পরেং ৫ দং, ১০ দং হেক ইবদা শৈরেং অমা হেক্তা ওইরে। অদুনদি ওইবা য়াগদৌরিব্রা? ঐগী ৱাদি যারোই হায়বসিনি। শৈবেং ইবমুক লুবা কবিবু লৈরিবগে? অদুনা ঐখোয় কদায়দনো কবিনো অমা হোরি। মসি খন্নবা মতম চপ চারে খঞ্জে।

ৱাফম অসি থৌবম অমদা ফোঙদোক্লখ্রে। সাহিত্যকারশিংনা ইনফোর্মেল্লী ঙাঙনববুদি কুইরক্লবনি। শৈবেংগী ঈচাও থোক্লে হায়নবু পানবনি। চপচানা থবক অমা ওইনা নৈনবদি তৌদ্রি হায়নীংঙি। অদুনা লাইরিক মশক তাকপগী থৌরম অমদা ঐনা কন্না হৌদোকচখিবদু কান্নে খঞ্জে। ঐখোয়গী কবিশিংগী, ক্রিতিকশিংগী মোত খরা থোরকখি। অহানবা ওইনা ঐখোয়গী কবি য়ুমলেম্বম ইবোমচাগী মোত য়েংবা য়াই। কবি অসিনা হায়রিঃ "শৈরেং ইবসু, পাবসু অরায়বা থবক নত্তে। মসি হোতেলগী চা-বোরাগুম খনবা য়ারোই। শৈরেং পাগদবা মানবসু পারমদে, কৈসু নত্তবদা সুকথা থাজদবা মীনসু হেক্তা থৱায় য়াওনা পারম্মী। অদুবু অফবা শৈরেংদা ইনসি, পাদ্রসু কায়দে, মাঙহৌগদবা নত্তে।" কবি অসিগী ৱাখল্লোন

ঐদি য়ানীংঙি। অফবা শৈরেংবু ইরবদি করিমত্তা দরকার লৈতে হায়র্বনি। ব্রাফমসিদা খজিক মান্ননা ঐখোয়গী কবি লনচেনবা মীতৈনসু মোত ফোঙদোক্লকই: "শৈরেং পাক পাবা য়াবা নত্তে। ক্রিতিকশিংনা লাইন বাই লাইন পাবিবা অসিগুম্না কনাসু পানদে। ব্রাহৈগী, শৈরেংগী অর্থ য়ৌনা কনাসু পানবা নত্তে। অদুনা য়াম্না বোরিং ওইনৈ। তৌরিবনা শৈরেংগী মহাওদি মনুংদনি। থৈবোঙ য়েংবদা করিবু হাউগদবা মানবগে অদুবু খোক্তোক্লুরবদি ওহ্মোক্লা হাউবা মরু য়াওরম্মী। অদুনা মণিপুরদা শৈরেং পাবগী হৈনবী ব্রাৎপনি।" কবি অসিগী ব্রাফমসু লাল্লি করম হায়গনি। মতাঙ অসিদা ক্রিতিক অমগী মোতসু য়েংসি। দা. এম প্রিয়ব্রতনা হায়: "মণিপুরদা শৈরেংগী ঈচাও থোকপা ঙকপিকনু। ঐখোয়না লৈবিবা ইরমদম নোংমতা নুংঙাইনীংঙাই লৈতে। থম্মোয় খুদিংমক কায়বে, পি চোৎতবা মীৎলু লৈত্রে। অদুনা কায়রব্বা থম্মোয়গী খোম্থাংনি শৈবেং। কনানা কপ্পদা ব্রারেংদা কপ্পবগে। অদুনা শৈবেংমক্তা থোক্লকপা তাবনি। যুগনা পীবা খূদোলনি। ঐখোয়না লৌদবা যারোই।" ক্রিতিক অসিগী মোত অসিসু ঐখোয়বু মঙাল পীবা মোত অমনি লৌদবা ঙম্লোই।

মোত অহুম অসিদগী ঐখোয়না লৌবা য়াবা ব্রা যাওরে। শৈরেংদা অফবা ফত্তবা লৈতবা য়াবরোই। অদুদি ঐখোয়গী শৈবেং ময়াম অসি পানীংদবা পাঙদবা শৈরেংনা হেল্লব্রা? অফবা শৈরেং ওইবদনা যারোই, ফজবা শৈবেংসু ওইগদবনি। ব্রাহৈসু ফজদবা য়ারোই, অর্থসু ফজদবা যাবোই। কয়া লুখ্রবা ব্রানো। অসুক লুবা কলা অসিবু লাযনা লৌরুবা ঐখোয়না পঙই ইরুবনা থোক্লকইবা ব্রাবা খন্নফম থোক্লে।

পোব (পাঙদবা) শৈরেংগীদমক্তি মীচঙ লৈতে। ঙসিদা নত্তে, থাযনদগীনি। ১৬শুবা শতাব্দীদা ফিলিপ সিদনীনা পোর (পাঙদবা) শৈবেংগীদমক কবি অমা ওইনা মীয়ামদা এপোলোজী তৌরম্লর্বনি। অফবা শৈবেংগীদমক্তি মানা চাউথোক্লা ঙাঙলম্মী। মসিদি প্রকৃতিনা শেম্বদগী হেন্না ফজনা শেম্লবা খূৎশেম্লি। অফবা শৈরেংবু মানা রাইত পোইত্রি কৌবম্মী। অদুনদি শৈরেং অমা হেক্তা বাইত পোইত্রি ওইবা য়ারোইদৌবি। অদুনা পোইত্রি করিনো খঙবা তাই। পোইত অমগী খূৎইবু, খূৎশেম্বু পোইত্রি কৌই। পোইত হায়বা ব্রাহৈসি গ্রীক্কী ব্রাহৈ 'পোইতিস পোইন' হায়বা অমদগী লাকপনি। অর্থদি শেম্বা হায়বনি। অদুনা কবিনা মশাগী শেমজবা

সংসার অমদা লৈজে হায়বনি। মসিবু সিদনীনা ইমাজিনেতিব ত্রিতমেন্ত ওফ লাইফ এন্দ নেচর হায়না কৌরম্মী। মতাঙ অসিদা গ্রীক্কী কবি অনীগী মোত লৌবা য়াই। জেনোফেন অমসুং হেলিদোরস অনীগী মোত মতুং ইন্না "শৈরেং শৈদাদা রাইম খরা শেমজীন্দুনা ইরগা কবি হেক্তা কৌবা য়াবোই।" অদুনদি শৈরেং ইবা খূদিংমকপু কবি কৌবা য়ারোইদৌরি। মখোয়নীনা প্রমাণ পীরম্মী— উকিলগী গাউন শেৎলগা হেক্তা উকিল ওইবা য়াদবগুম্মি। সিদনীনসু হায়ঃ শৈরেং শৈদাদা ইবা হায়বসি পোইত্রিগী লৈতেং অমখক্তনি।

তৌবগীদি ঙসি ফাওবা শৈরেংগী ব্রাহম্লোক পীবা লোইদ্রি। কবি অমা ব্রাহম্লোক অমা। কবি ব্রালট ষ্টিটমেনগী মত য়েংবা য়াই। মানা হায়ঃ কবিদি হৌজিক ওইবিবা মতম্মু মুন্না কুপ্না য়েংগদবনি। হৌখ্রবা, অশিবা মতম্মু সুম কোন্দুনা লৈরবা নৎত্রগা অমম্বা মফম খঙদবা তুংদা লাক্কদবা মতম্মু থাগোন্নরবা শৈবেংদু মহাও য়াওরবোই। লৈচু পাল্লবোই। মানা মসিমসু হায়ঃ শৈরেংদি কবিদুগী লন্নাই ওইবা পোৎশক নত্তে, খ্বাইদগী ব্রাংবা শৈবেংদি লমদম অদুগী, যুগ অদুগী চপচাবা মথ্বায় হাপ্পা ঙমগদবনি। ব্রাহৈনা, কবিনা লৈতেং হাপ্পনা শৈরেং ওইবা য়াবোই। খ্বাইদগী লুবিবদি শৈবেং অদুগী অর্থ অদুনি। শৈরেংদুনা ফোঙদোক্লিবা অর্থ অদুনা অদুম শৈরেং অদুগী লৈতেং-পোৎ ওইজগদবনি। কবিদি মঙাল পীবা ঙমগদবনি, মাদি নুমিৎকী মঙালনা য়ৌবা ঙমদবা লমদম অদুফাও চঙশিনবা ঙমগদবনি। কবিতাদি কবিগী শিবা নাইদ্রবা খুৎশেম্মি। মসিদি শক্তম অমা শাগৎপনি। কবিদি অশেংবা তুংগী ব্রা হায়বা ঙস্বা প্রোফেটনি।

অদুদি করম্না শক্তম্মো কবিনা শাগৎকদৌরিবা? মসিসু ব্রাহংনি। মতাংসিদা ইংলিসকী কবি টেড হ্যগকী মত লৌবা য়াই। মানা হায়ঃ শৈরেংদি নুংগী সংসার অমা শাগৎপনি। মপাম্লোংগী নত্তে। কল্পনাগী তাইবঙ অমা শেম্বনি। কবিতা ইরবদি নুংদা ফাওবা তাই। মসিগী নুংফাও অসি য়াওদনা উরগা তারগা পংই ইবা য়াদে।

মসিগী নুংফাও অসিবু ইংলিস কবি উইলিয়ম কাউপুরনা 'পোইটিক পেইন' কৌই। মসি য়াম্নমক মরু ওই। মানা হায়, "There is a pleasure in Poetic pains, which only poet knows."

ঐসু কাউপুরগী ব্রাফমসি য়ানীংঙি। সমাজ অসিদা থোক্লিবা, লমদম অসিদা ওইরিবা ফিভম অসি উরগা মৈচাক ফাওবা ঙাক্তনি। অদুবু কবিদি মসি খাঙবা

য়াম্না ৱায়। অহিং খণ্ডদে, নুংথিল খণ্ডদে, হৌগৎলি, ইথোকত্রিমখৈ পোত্থাফম খণ্ডদে। মদু ইথোক্লগদা কবিদু পেঞ্জে। মদুদা নুংঙাইজে। অদুবুনি মানা 'পোইটিক পেইন' অসিদা নুংঙাইবা ফাওই হায়রিবা। অদুবু মদু কবি মশাদনা খণ্ডই হায়রিবনি।

মতাঙ অসিদা মোত খরসু য়েংবা য়ারি। রোমানশিংনা কবিবু 'বেত' কৌই। অর্থদি কবিদি হেন্দোকপা গুণ চেনবা, হান্না উবা ঙম্বা, প্রোফেত অমগুম্বনি। কবি পি বি শেলীনসু হায়রম্মী— "কবিতা হায়বসি নুংগী অচুম্বা ফোঙদোকপা পুন্সিগী মমি অমনি।" মতাঙ অসিদা এরিস্তোতলগী 'মেমিসিস' কাউথোক্লম্বা য়ারোইদৌরি। মানা হায়— "পোইত্রি ইজ এন আর্ত ওব ইমিতেসন।"

২০শুবা শতাব্দীগী অফাওবা কবি, ক্রিতিক, তি এস ইলিয়তকী মোত অসিমতং য়েংলগা খন্নবা কান্নগনি। মানসু সিদনীগুম শৈরেং মখল অনী পুথোক্লম্মী। বেদ পোইত্রি অমসুং গুদ পোইত্রি। মাগী মোত মতুং ইন্না বেদ পোইত্রি হায়বসি কবিগী কল্পনা খক্তনা পঙইদা ইবা ইন্তেলেক্তনা মমায় চুমদবা কবিতাবু খঙনৈ। মানা হায়, অফবা শৈরেংদি ইমাজিনেসন অমসুং ইন্তেলেক্ত অনী পূন্না ইগদবনি। মসিসু লৌবা য়াই। মানা হায়ঃ কবিতাদি কল্পনা লাক্লিঙৈদা ইগদবনি। অদুগা অশংবা মতমদা লৌশিং থাদরগা য়াম্না মোহ্নোক্কদবনি। ইলিয়তনা অমুকসু হায়ঃ য়ুনিফিকেসন ওব সেন্সিবিলিতিজনা অফবা শৈরেং পুথোকই। অদুগা দিসোসিয়েসন ওব সেন্সিবিলিতিজনা ফত্তবা শৈরেং পুথোক্লকই। অদুনা ফ্যুজন ওব থোত এন্দ ফিলিংস য়াম্নহেক দরকার লৈরি। মতাঙ অসিদা পনবদা নুংঙাইগদবা ৱাফম অমদি ক্রিতিকশিংনা হায়ঃ ৱার্দৱার্থনা মীৎকী সেন্সিবিলিতিথক শীজিন্নৈ, শেলীনা মীৎকা নাগা শীজিন্নৈ। সেন্সিবিতিজ মঙামক শীজিন্নবা ঙমখিবা কবিদি কিতস মতোমতনি।

ইলিয়তনা অসিমসু হায়, কবি অদুনা পাউদমগদৌরিবা ৱাফমদু হেক মশাদা থোকপগুম মখোয়দা ফাওদ্রিমখৈদি অফবা শৈরেং থোক্লক্লোই। মসিগী অর্থদি— ৱাখলগা, নুংফাওগা থাদোক্লবা য়ারোই হায়বনি। The thoughts serve no purpose unless they issue forth as feelings হায়বনি।

মথক্তা পীজখ্রিবা মোত অসি খরদনি। শৈরেংগী ৱাহন্থোক চাম্মা চাম্মা লৈ। হৌজিক ফাওবা পীবগী লোইবা নাইদ্রি। দা. প্রিয়ব্রতনা হায়বগুম য়ুগ অমা ৱাহন্থোক অমা হায়বদুনি। পূম্নমক অসি থনম্লগা ঐনা লাকচনীংবদি ঐখোয়গী

ঈচাও থোক্লিবা শৈরেংগী মরায়বক অসিনি। অপাবশিংদা তাইনবনা য়ারোই। ঐখোয়গী অৱাৎপা লৈ। পাঙদবা শৈরেং কয়া য়াওরম্লোই হায়নীংঙাই লৈতে। পাঙদবা শৈরেংগী চপচাবা মণিপুরী ৱাহৈ লৈতে। ঐখোয়গীদি শৈরেংগী শৈরেং চপ মান্নহল্লি। মীগীনা ভর্স পূম্নমক পোইত্রি নত্তে হায়। পাংদবা শৈরেং ইবা মীবু ইংলিসতা 'পোইটাস্টর' কৌনৈ। পোইট কৌনদে। ঐখোয়গীদি শৈরেংবু ইরবদি হেক্তা কবি। ইবু ইকাই। খূৎনা লাইবক কৎলগা কাখৎলু হায়রফাও কিরবা কবিগী ফিদাবু শৈরেং লাইরিক অমা হেক ফোঙবগা ঐখোয়গীদি কবি হেক্তা ফম থিংে দাক্লে। মসিগী অশোয়বা লৈ। শৈরেং পঙই ইবনা কান্নবোই। অফবা শৈরেং ইবনা ৱাহং অসিগী অমত্তা ঙায়রবা পাউখুম ওইদৌরি। পাউখুম অসিনা ঐখোয়গী কবি অনী— ইবোমচা অমসুং লনচেনবগী মোতকসু চানরি।

অফবা শৈবেং ইবদা পুক্নীংগী ফেকল্টি অহুম্মক দবকার লৈ— থিঙ্কিং, ফিলিং অমসুং ৱিলিং চঙঙি। অহুম্মক চূশিন্নরবদা অফবা শৈরেং থোক্তবা য়াবোই। মসিবু ইলিয়তনা 'ওবজেক্তিব কোৰেলেতিবস' কৌই। মহাক্কী মোত মতুং ইন্না ঐখোয়না উরিবা তারিবা পূম্নমক্কী মমি অদু পুক্নীংদা তূংশিন্দুনা লৈ। মমিশিং অদু অমগা অমগা মবী ঐখোয়না ফজনা শেম্বা তাই। মচাকশিংদুবু লৈরবা, ফজনা তাশীল্লবা অফবা শৈরেং, অফবা, তুংকোইবা ৱাখল্লোন শোযদনা থোক্লক্কনি। মানা হায়— ইমোসন্না মনীং তম্লবদি পাঙদবা শৈবেং থোক্কনি। শৈরেং হাযবসি খূজী পায়দবা ইমোসন থাদোকপা নত্তে। য়ারিবমখৈ ইমোসন লাকশীনবনি। ইবিবা ঐগী তঙাইফদবা য়াম্না লৈবা য়াদে। ঐগী পার্সোনেলিতি অদুক্কী মতীক হাপচীল্লিমখৈ অফবা, অপাকপা মীৎয়েং থোক্কক্লোই। য়াবিবমখৈ অইবগী পার্সোনেলিতি লাকশিনগদবনি। য়াববদি পূমথা থাদোক্কদবনি।

ঐনা ফোঙদোকচরিবা খর্বসিনা অবোইবা নত্তে। খন্নবা হৌবদা ঙায়রি। ঐখোয় মোত কয়া নৈনরগা শৈরেংগী মশক কয়া, মগুণ কয়া মমূৎ তানা নৈনরগা অফবা, তুং কোইনা হিংহৌগদবা শৈরেং ইনবা হোৎনবা মতম থেঙমনখিগদৌরে। নহারোল কয়া শৈবেং ইখৎনরক্লে। অদুনা ঐখোয় শৈবেং ইবগী ৱার্কশোপ ফাওবা পাঙথোক্লবা মতম চারে। নৎত্রগদি ঐখোয়গী ইনরিবা শৈরেং কয়া অসিনা মপোক-থা য়ৌদনা হেক হেক শিখিবা কয়াসি উবদা থম্মোয়দা ওন্থোক্লা নুংঙাইতবা ফাওই। পঙইদা ইবগুমসি। অফবা শৈরেং, ফজবা শৈরেং কয়া পুথোক্নুনা থাদোকপা, মপাল্লমদা পাহনবা থেঙমল্লে।

## লাইরিক অসিদা

পি. বিপ্রচান্দ

ডা. লমাবম গোজেন্দ্র

আব জে মীতৈ

পোলেম নবচন্দ্র

উশম ধনঞ্জয় সিংহ

থিঙ্গোম তরুনকুমাব সিংহ

ব্রাহেংবম কুমারী চনু

ডা. লাইশ্রম শশিকুমাব

যোদ্ধ ছী সনসম

ডা. নাওরেম বিদ্যাসাগর

সলাম তোম্বা না ইবা সাহিত্য, থিযেটব অমদি কলচবগা মবী লৈনবা তোঙান তোঙানবা ব্রাবের্ংশং যাওবি। অইবশিংগী মমীৎ থৌববা বাবেংশং অসি মতমসিগী মণিপুবী সাহিত্য লৈনবদা থোইদোক্লা কান্নগনি নাংজে।

ISBN 978-81-922630-0-7

মমল ঃ লুপা ১৪০

প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসন, মণিপুর চেপ্টব, ইম্ফাল